M U. LIBRARY
Data Entered

BY ...................................



**SHILPACHI KUMARIKA**

a manipuri novel (washem wari)

*by* : **B.M. Maisnamba**

ACC. NO. 15031
O2, 3Mni P8; 2

| | | |
|---|---|---|
| অহানবা ফোঙবা | : | দিসেম্বর, ২০০৮ |
| ফোঙজবী | : | শ্রীমতী থৌরানীনা উমা পাব্লিকেসন্সগীদমক ফোঙজবা |
| মখুমগী লাইয়েক | : | য়ুম্নাম গুণিন্দ্র, গোল্ড মেডালিষ্ট |
| ফংফমথোকপা | : | অয়িবা মশামক |
| লাইরিক ফংফম | : | ১। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ (বুক ষ্টোল)<br>পাউনা কৈথেল, ইম্ফাল<br>২। সুচেতা বুক ষ্টোর এন্দ পাব্লিসিং হাউস<br>পোলো গ্রাউণ্ড মনীং, ইম্ফাল<br>৩। রাজেস বুক ষ্টোর<br>গোভর্নর রোদ, ইম্ফাল |
| মমল | : | লুপা ৯০/- |
| টাইপ সেট্টিং | : | আর. আর. ওফসেট প্রিন্টিং প্রেস,<br>নিউ চেক্কোন, সেকেন্দ ষ্ট্রিট। |
| নম্ফম | : | লময়ানবা প্রিন্টর্স<br>কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল। |



**মাইস্নাম নিঙোল সোবিতা**
(২২-২-১৯৪৯ - ১-৮-২০০৬)

মেম্মা !

কেন্সর পেসেন্ট ওইনা নোঙ্গাখ্রবী !
ইবুংগী ইবেম্মা, মিংলেন য়াম্বী ;
(ধুলিপ্রিয়া, মাইস্নাম মেম্মা, ইন্দিরা, মেমথোইবী,
মোইরাংথেম ওংবী সোবিতা দেবী)
নোভেল পাবসু য়াম্না পামজখিবী !
ঙসিসু নোভেল অমা,
নবুংনা নঙোন্দা খুদোল তমলি :
**শ্রীমতী কুমারিকা** !

নঙগী তমাই !



অহিং মমৈদনি।

মহাক মঙ মঙলি ! মাগী নুংমীৎতা শং শং উরকই ; শকহেনবা পাখঙ অমা ! মশা পাতকই ; মরেপ ব্রাংঙি, কুচু ঙৌই, মকোই ফজনা খাকই, য়াম্নসু মীওই মীতৌ ফজে। সুমহৎপা শত্তমনি, মঙলানগী মাঞ্জ কৌবা য়াই। মান্নি, মঙলানগী মাঞ্জ !

মহাক (মঙ মঙলিবী নুপী অদু) নুংখন্নখি (ইস ! ফজেকো, মঙলানগী লোয়ুম্বা !) মহাক, অমুক হেক মীৎকপ থোকই, অমুক হেক তুমথখি, হীদাক্কী ময়াক লোইফাৎত্রি। দোজ হেন্না থাজিনখ্রবোই ! অমবু ওইরে, মহাক পোখাবা ফংজে। মঙগা তাইবংগা, নীংশিংবনা মতেক মতেক শম্নহল্লি। চহী কয়া মমাঙগী মচু শংথ্রবা থৌদোক - রন্নীং ট্রেন খাম্বগী মখোল তারকই (মাগী ব্রাখলদা)। গুরাহাতিদগী থারকপা ট্রেননি। থুংলরে, কোরমন্দল এক্সপ্রেস !

১৯৭০

কলিকাতাদনি।

মতম অদো, 'কোলকোতা' কৌদ্রি। হাওড়া রেল ব্রেল ষ্টেসন, প্লেটফোর্ম নম্বর টেন ! নুমিৎ অদুসু, অহিং মমৈদনি। মহাক, ট্রেনদগী কুমথরগা থোরকই। মপুক্সিগী অহানবা ওইনা কলিকাতাদা লাকপনি। খামলিবা ট্রেনগী মনাক ওইরপ্পা, (মহাক মথন্তা) লেপলগা কোইয়েং য়েংঙি। পুমলাং লাংঙি, পুমঙাও ঙাওই। মহাকপু মীশক অমনা ওকলমগনি হায়দুনা মথন্তা লাকচবনি। কদায়, কনাসু ওকলমদ্রবা !

মহাক পাখৎতে, গ্যান মাঙবসু তৌদে। মীরম ওইরবসু থোইনা কিরুদে। মহাক য়াম্নসু চিংলেমজে। ঙানু কাঙাগী মতৌগুম্না, মঙক থাঙ্গৎ-থাঙ্গৎতুনা, কোইরাওনরবী মমীৎ অনীনা থিজখি, মীশক অমা। লুরিবদি, মশক মশাসু খঙবা নত্তে, ফোটোসু য়াওদে। মীশক চুম্মী, চুমদে, কমদৌনা লেপ্তোরিবা ! লুই, য়াম্না লুই। মহাক্না, মশক্না মমিংগা কোন্ননা খঙলিবদি প্রোফেসার বাসু অমসুং মাগী ইমুং মনুং।

মহাক্না থুংলগদবা মফমগী ঠিকানা, মশাদা য়াওরি। হাওড়া ষ্টেসনদগী ট্রেন মাথাং অমা তোংলগা নৎত্রগা বস, টেক্সিদা চৎপা তাবনি। মহাক ঙাইহাক্তংদি চম্মনৈ। মী অমত্তং চেন্না চেন্না হেক লাকপা উবদা (মহাকসু) অমুক হেক চেঙ্ঘোকই, অমুক হেক চেনশিল্লকই। মাগী সুইট কেস থমলিবা মনাক্তা লেপলে।

পাইরভুদা (ইখণ্ড হেক খণ্ডহৌদনা) শকহেনবা পাখণ্ড অমা, চেন্না চেন্না মীশক অমগী মমিং হংল-হংলদুনা থিবা লাকই। মহাকসু চেঙ্ঘোকলুই, পাখণ্ড অদুসু চেনশিল্লকই। মায়থকপা মায়থকপী অনী থেংগাইনগে তৌই, উচিন নাচিন্না থেংগাইনখিদ্রে। মায়োক্লে মখোয় অনী, চপ চপ লেপ্তুনা য়েংনৈ, মীৎচান্নে হায়বসু য়াই, ঙাইহাক্তং। খংপ্রেক খংনৈ, শ্বাই শ্বাই লাওনৈ। নোর্থ পোল অমদি সাওথ পোল চিংশিন্নে হায়দুরা ? মহাক (মঙ মঙলিবী নুপী অদু) মথন্তা নুংখন্নে (নঙলনে, তপন সিনহা !)

"আপনি নাম কি ?"

শকহেনবা পাখণ্ড অদুনা চপ লেপ্লগা নমহং হেক্তা হংলকই—" আর য়ু নোট মিস...?"

"ঐবো... কি হায়বা ?" মহাক্না ('কি'গী অর্থ খঙলবসু) অফিং অফাই ওইনা সৎ হেক্তা নোৎশিল্লকই। পাখণ্ড অদুগী ৱাহং লোইশিনবা নংহনখিদ্রে।

"হাইমা ! মৈতৈ নুপী ওইরে।" পাখণ্ড অদুনা শোঞ্জে।

মহাক (মঙ মঙলিবী নুপী অদু) মৈতৈ নুপীনি। য়াম্না ঈচং থৌই, মঙোন্দা অকি অখঙ লৈতে। তৌবসু, মীরমদা কিথি- কিরুম তৌরুবা য়াদে। মসি, মহাক খঙই। মহাক্না খুদক্তা সৎ হেক্তা (অর্থ মান্নে খঙনা খঙনা) অমুক হংলকই—"মিষ্টর মশায় ! ঐ মৈতৈ নুপীনি হায়বা... হাও দু য়ু নো ?"

শকহেনবা পাখণ্ড অদুনা সৎ হেক্তা খুম্মী—"টাইগার মেখলা অদুনা মশক তাকচৈ। এম আই রাইট?"

মহাক হায়ফেৎ নুংঙাইজে (মতম অদুদা) ! পাখণ্ড অদুগী পাউখুম খজিক্তংদি পেনফাৎখিদে। মহাক্না নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই —"টাইগর মেখলা হাযবা নত্তেদা, ফনেক ময়েক নাইবা হায়বনি। দোন সে, টাইগার মেখলা !"

"আই এম সোরী !" শকহেনবা পাখণ্ড অদুনা মরোল খোইরপ তৌরগা নোল্লুকপা উৎতুনা হায়রকই—"ঐদি খঙদবনি, ঙাকপীগনি, মেদাম !"

"মিষ্টর মশায় ! দু য়ু নো মণিপুরী ?"

"খঙই, মমুৎতানা।" পাখণ্ড অদুনা খুম্মী।

"কমদৌনা খঙলুই ?" মহাক্না নোৎশিল্লি।

"ঐসুনে...।" পাখণ্ড অদু ঙাইহাক লকক তৌই।

"অদুদি, আপনি নাম কি ?" মহাক্না (নুপী অদুনা) খঙনোৎ হেক্তা নোৎশিন্দুনা মখা তারকই—"আর য়ু মিষ্টর, তপন সিনহা ?"

পাখণ্ড অদুনা মশাগী মমিং তাকপা তৌদনা কাউন্টর ওইনা নোৎশিল্লকই —"এ বাঙ্গালীসু খঙব্রা, মেম ?"

"হৌজিক্তা অদোমদগী তমজবনি।" মহাক্না খুস্মী।

পাখণ্ড অদু নোকফেৎ তৌই—"য়ু আর সো স্মার্ট!"

মণ্ড হাযবা অসি অণ্ডকপনি। মথন্তা মণ্ডজরকপসু য়াওই, থওইনা মণ্ডহনবসু য়াই। মণ্ডগী থৌদোক্না, তাইবংদা অচুম্বা ওইরকপসু য়াওই। তাইবংদা থোকখিবা থৌদোক্ন (করিগুম্বা তুমলমদাইদা নীংশিংলবদি) মণ্ডদা অমুক হল্লকপসু য়াওই। মসিবু 'নমফু মণ্ড' কৌই। মণ্ড হায়বা অসি কনাগুম্বা মীওই খরগী মফমদদি য়াম্না মরিক চুম্না, য়াম্না শাংনা শাংনা মণ্ডবসু য়াওই। মণ্ডতাকৱা, মণ্ডফাওনবা হায়বা অসিসু মীওই খরগী মফমদা থোকই। তশেংনমক মণ্ডগী লিখুন অমসুং নুংহন্দোক লৈ ; মণ্ড হায়বা অসিদি, মণ্ডনিদা হেক্তা হায়দোকপা য়াদবা মতাং লাকই। অসুম্না ঙসিসু মাগী মমণ্ডদা হল্লকলিব্রা ?

নত্তে, মহাক অমুক তুমথখ্রে, মীৎকপ থোক্ত্রি। মণ্ডসু মতেক মতেকনি। মশা অদু ইনম নমথরি। হীদাক্কী দোজ খরা হেনগ্রবসু, মাগী নুংমীৎতি পাংলি ; পুরা হেক্তা পংথখিবসু নত্তে। মাগী নীংশিং ৱাখল লৈরি, মচীনবান ময়াদা খোইরুম মোমোন মীনোক্কী মমি তরি।

"ওভর স্মার্ট্রি নচ্চদেকো।" মহাক্না নোকফেৎ খুস্মী।

"এনি ৱে, অদোম্বু...?" পাখণ্ড অদু মখা তাখিদে।

"ঐবো ? কৈদৌঙৈ ? নমণ্ডদা...?" মহাক্ন য়াম্না হৈশিংনা তায়োনন্না খুস্মী—"মীশক ওন্নজনিকো, মশায় !"

পাখণ্ড অদুনা হংগে খনবনা অমনি। মহাক্কী কাউন্টর ৱাহংনা অমনি। মহাক্কী হৈশিংবা মতৌ, পাখণ্ড অদুসু নোকফেৎ তৌজে।

"অমবু ওইরবসু, ঙসিদি তাইবংদা উন্নরেদনা।" পাখণ্ড অদুসু নমফুদা হেক্তা নোৎশিন্দুনা মখা তানা ঙাংলকই—"মণ্ডদসু তোয়না তোয়না উজখি, মীশক চুম্বা চুমদবদি খণ্ডজদ্রে।"

"মশায় ! হৈকো ৱা ঙাংবা।"

"অদোমসু ঐঙোন্দগী হেল্লিদা।"

"অওইব্রনে ?"

মমীৎ মরি মীৎচান্নে।

মহাক্না (নুপী অদুনা) নুংখন্নে (অস ! থেংগাইনরমলবদি নুংঙাইদৌনি !)

পাখণ্ড অদুগী থম্মোয়দসু মথন্তা তকশি শোঙ্গে (অস ! কোক হেক থেংগাইরমদৌবু ! ইস ! ফজৈদা ! নত্তে, মীশক চুমলব্রা ?)

মহাকসু (মণ্ড মণ্ডলিবী নুপী অদু) মতম অদুদা খণ্ডচিং চিংনজখি (নণ্ডবু, নণ্ডবু... নৎত্রনে ? মান্নিদা, শোয়দনা ওইগনি। নশক নমিং ওল্লবা ! নহাক্নদি ঐবু শক খণ্ডদ্রমাল্লে, ফরেদা।)

মীনা কৃক কৃক ইন্নরবা, মীনীল কয়ানসু নীল্লবা প্লেটফোর্ম— মবানীগী মমীৎ, মমীৎতা করিসু ওইনা উখিদ্রবোই! মসি হৌনশানি। চান্নরুবা মান্নরুবা থম্মোয় অনীগী মরক্তদি হেক্তা চিংশিন্নে, নকশিন্নখিবা খণ্ডহৌদে। করিগুম্বদা 'সেক্সচুয়েল এফিনিটি' থোকখিবসু য়াওদবা নত্তে। মবানীগী মরক্তা পোৎ পুবা কুলিশিং অমদি যাত্রিকশিং ; ফাও-ফাওদুনা চৎনখি।

অদু ওইদুনসু, অমুক হেক্তা মীৎলোকনৈ। নোকমি নোকমি তৌনৈ — কনাবুসু মবানীনা থৌশারুদে। মশক মমিং তাক্লদ্রি, অওক অথোং, থৌদোক থৌজিন শান্নরি। অমনা অমবু নুংদদি হান্নদগী শক- খঙনবগুম তৌই; খঙনদবসু মাল্লি। অঙকপনি! মবানীগী মওং মতৌ। মসিবু, মসিবু... লভ এট ফার্স্ট সাইট হায়বদুরা ?

ওইনীংবা ওইসনু ! মীৎকপ থোকপা ঙাইখিসি।



"অতৈ লায়রি, অদোমগী মিংবু...?"

পাখঙ অদুগী অনৌবা ব্লাহংনি। মহাক চিংনরপ তৌই। অদু ওইদুনসু পাখঙ লৈশাবী অনী — অহানবা উন্নবদা, য়াম্না তোরোৎ খোদানবা হায়বা অসি পংনা থোক্তে। মখোয় অনী মমুৎতানা শকখঙনদ্রিবনি হায়বসু য়াই। অদুবু, য়াম্না হেক্তা ফ্রি ওইখ্রে। নুপী অসিসু লায়রোইদৌরি। মীরমনি, মীনৌনি হায়বগী করিসু থুকৎপা, পাখৎপা মতৌ উদে। পাক হেক্তা মশক মমিংসু হায়দোক্লখিদে। কোৎচি কোৎনৈ, মখা তানা অব্রায়- অখুম্নখি।

পাখঙ অদুনা অমুকসু মখা তানা হংলকই —"মে আই নো য়োর গুদ নেম ?"

"ঐ নচচদে, অদোম্না খিবীরিবদো।" মহাক্ল মখা তানা শমথরদুনা হায়রকই —"আদসু শ্বালব্রার, সাড়ী, ফনেক শেৎপী নুপী খরা লৈরে, মখোয়দসু হংঙুদনা।"

"অদুম লৈবীরমখো, মচি লেঙবীরমগনু।" শকহেনবা পাখঙ অদুনা পাউমেনবা ওইনা মখা অনা হায়রকই —"মীনৌ ওইনসু উজে, কালিকাত অসিদি অঙকপা সহরনি, মীসু য়াম্না মাঙগনবনি ; উবিরেদনা হাওড়া ষ্টেসন ! ঐ গাইদ তৌজগে হায়ববু...?"

"অদোম্বু টুরিষ্ট গাইদলা ?" মহাক্লা মখা তানা হংলকই —"নৎত্রগা ছাত্র ছাত্রি কয়াগী মিং চল্লোক- চনশিন তৌদুনা কোইচেন চেনবা কোলেজগী, য়ুনিভরসিটিগী সেনিয়ার দাদা হায়দুরা ?"

"অদুম্না খনবীবসু য়াই।" শকহেনবা পাখঙ অদুনা শমথরকই —"মণিপুরী ছাত্র ছাত্রি কায়াবুসু ঐনা লমজিং লমতাক তৌদুনা মফম চানা চানা লৈফম চাফমসু শিঞ্জখি। অদোমসু মিং চনবীগদবরা ?"

"অদোমগী ফীদি কয়ানো ?"

"মীনোক মীৎয়েং অমত্তংগা কোকথোক্লবসু য়াইদা।"

"সুগৎপা মীনোক মীৎয়েংসু...?"

"মদুনবু হেন্না মীতাজে। এনি ব্রে, অদুম লৈবীরমখো, মচি লেঙবীরমগনু, ঐ অমুক তন্না লাকচগে।"

"অদোমবু, তপন সিনহারা ?"

শকহেনবা পাখঙ অদু পাউখুম পীরমদ্রে। মমাঙ পাংনা চেন্না চেন্না চংখ্রে। কুলি অমদি

টেক্সি দ্রাইভর ঙাইহিরবা নুপীশিংগী মনাক মনাক্তা চংশিল্লগা মখূদোম্বী থিন, থিন্দুনা হংঙি —"আপনি নাম কি ? আপনি নাম কি ? আর য়ু মিস সুরধুনী...?"

মাগী মতৌ অদুদা মৈতৈ নুপী অমখক্কা খুমলকই —"সুরধুনী হায়দি সুরোধোনী গঙ্গা ? অদুদিনে, আ শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা !"

ভগীরথী গঙ্গাগী অতোপ্পা মমিং অমা 'সুরধুনী গঙ্গা' কৌই। সুরধুনী হায়বা ৱাহে অসি 'সুরোধোনী' নৎত্রগা 'সুরধনী' হায়দুনসু খোঙ্গোকনৈ।

"ঐদিনে অম্বিকা কৌহি, কুম্মারী অম্বিকা!" অতোপ্পা নুপী অমনা অমুক ওকশিন্দুনা পাখঙ অদুদা লক্কবা ওইনা মখা শমথরকই —"ঐখোয়সু নবদ্বীপ চৎতৌইনি, প্রেমনিকেতন ফাওরগা শান্তিনিকেতনসু, শ্রীনিকেতনসু য়ৌনি। ফোটো অমা পীয়ুদনা, সুরধুনী থিবীরক্কে। নঙসুনে, পি. কে. রোই মাল্লেকো।"

"ঐগী ইমিংনা একাবলী, ত্রিপুরা নিঙোলনি।"

"ঐগী ইমিংনা গীতাবলী, কাছার মীতৈ।"

"ঐগী ইমিংনা নাসিম বানু, মৈতৈ পাঙল।"

নুপী সঙ্গু অদুসু মীকি লাইক্বিদবী ঙাকনি। মহে মহে মশক মমিং তাকচৈ। কোলেজগী ছাত্রিশিংনি। মৈতৈ নুপী অহুম, মুসলিম নুপী অমা — মখোয় মঙানি। লৈশাবী ঙাকনি, কোইরাং লাংঙি। নুপী অমদি তুম্মিন্না লৈরি, মশক মমিং তাক্তি। পাখঙ অদুগী ৱাহং ; মখোয়না করিসু য়ৌশারুদে। রেলৱে ষ্টেসনদা, অচৌবা সহরগী বস অমসুং টেক্সি পার্কিংদা, থওইনা ঠোক, চালাক শান্নবা মীওই কয়া লৈতবা নত্তে। শাশিন্নবা টুরিষ্ট গাইদ নৎত্রগা মরমচৎ চুমদবা হুরান- চীন্থি তৌগনবা মীওই কয়াসু লৈতবা নত্তে। মখোয় অদুনা, মীনৌ যাত্রিক কয়াবু, মরুওইনা, নুপীশিংবু লৌনম নমথাক তৌদুনা পুবিরগা মাঙহনখিবসু কয়ানি, লুট-পাট তৌবসু কোঙ্গায়নি। নুপী ফাবা, নুপী লল্লোনবা কয়াসু লৈতবা নত্তে।

মখোয় মঙাদি পুন্নমক অসি খঙই। মতম কুইনা মীরমদা লৈরকলবী ঙাকনি। মখোয়দি (ঙশায় খামলম্বা) কোরমন্দল এক্সপ্রেসতগী কুমথহৌবা নত্তে, ঙাইহিরবনি ; অতোপ্পা লোকেল ট্রেন অমা। মখোয়দি কদায়দা চৎতৌরিবা ?

'চারু মজুমদর' উন্নবা চৎলিব্রা ? ওইরম্বা য়াইকো। প্রেমধোনী মৈদানদা, চারু মজুমদরনা মীয়ামগী সভা অমদা ভাষন পীগনি হায়দুনা নুমিৎ অদুগী পাউচে অমদা ফোঙখি। মতম অদুৱাইদা, বাঙ্গালী পাখঙ লৈশাবী কয়াদসু নত্তনা কোলেজগী ছাত্র ছাত্রি কয়া, চারু মজুমদরগী মমিংদা ঙাওনরম্মী। কয়া অমা, মাগী মতুং ইন্নখ্রবনি। ছাত্র ছাত্রি কয়াসু শ্বাই শ্বাই মাঙনখ্রবনি। খৃৎপু অদুসু চিংননিংঙাইহিনি। কুম্মারী অম্বিকানা (মখোয়না চৎতৌরিবা মফমগী) পাউখুম অমদি পীখ্রে। মদুনা তশেংনমক চুমলব্রা ? থোইদোক্কা, লুপ অদুগী লুচিংবী কুম্মারী অম্বিকাদি ঙাইহাক লৈতনা 'চারুদা, চারুদা' হায়দুনা ৱাঙাং খুদিংগী পনখিবসু লৈ। মসিনা মাগী তোঙানবা ৱাফমলা ? খৃৎপু অদু দারজলিং কোইরুবদগী হল্লকখিবনি।

কুম্মারী অম্বিকানা শকহেনবা পাখঙ অদুদা করেম কথাইনখিবগী মরমসু লৈতবা নত্তে। নুপা কয়ানা (মরুওইনা পাখঙশিং) নুপী মনাক্তা চং চংদুনা ঠোক শান্নবগী য়ৌওং কয়া (মহাক্ক) থেংনখ্রে। বেঙ্গোলগী মমিং চৎলবী এক্ট্রেস অনিতা গুহাদা ঙাওজবা বাঙ্গালী পাখঙ অমা লৈরম্মী। মহাক্কা রেলৱে ষ্টেসনদা থেংনবা নুপীশিংবু অনিতা গুহা ওইরবোইদা নীংদুনা

কোয়তান তান্নরম্মী। মহাক্তু তশেংনমক ঙাওচৎনখ্রবনি, মমিংনা প্রসন কুমার রোই। মমৈথংদা, পি. কে. রোই হায়রগসু খঙনখিবা পাখঙ অদু রন্নীং ট্রেনগী টালিদা তাশিন্দুনা শিখি। কুমারী অম্বিকানা মদু নীংশিংলকই। নৌনা থেংনরিবা শকহেনবা পাখঙ অদুসু 'সুরধুনী' কৌবী নুপী অমদা ঙাওরিবনি হায়দুনা খন্দোকখি, 'নঙসু পি. কে. রোই মাল্লেকো' হায়না লক্লখি। তৌবদি, শকহেনবা পাখঙ অসিসু ঠোক চালাক শান্নরিব্রা ? ওইরম্বা য়াই।

"ঐনি সুরোধোনী।"

ঙশায়দগী মশক মমিং তাকপা তৌদনা তুস্মিন্না লেপলিবী নুপী অদুনা লক্লবগী মওংদা হায়রকই —"ঐনি সুরধুনী গঙ্গাসু!"

নুপী অদু মুসুক হেক মুই। রাসিদি খরা লৈগুম তৌই(কন্দায়রাইদনো অমা, অং, য়াতোন্দা রাসি লৈ)। মমীৎ খুই, মখোলসু য়াকলপ তৌই। ময়াসু চৌতক, মীওই মীতৌ ফুল্লেনৈ ; ময়ুম পানবা খঙদৌ মানদে।

"মান্নি, মান্নি, মহাকনি সুরধুনী।" ময়াম্না পাংশিল্লকই।

"শকথীবী য়াচৌবী ! নঙবো সুরধুনী ?" শকহেনবা পাখঙ অদুনা য়াম্না উশিংতনা অমদি কল্লক পেন্না হায়রকই —"নঙদিনে মুকাকলৈ কৌরমগনি। নত্তে, নহাক সুরধুনী, ওইগে হায়দুনসু খল্লুনু। মাই দিয়ার মণিপুরী সিস্টবস, ইন পার্টিকুলর, বি সিরিয়স। দোন ট্রাই টু বি ওভর স্মার্ট!"

কুচু মুসুক মুবীদো, মমিং তশেংবদি 'অঙৌবী' কৌই। মুসুক মুবা অদুদা ঙৌরক্লবা থোনখিবা ওইরিদ্রা ? মহাক মমায় ঙাংঙি, ইচপ মুক হেক ঙাংঙি ; মরু থোক লুকথখি। করিনুংগী লক্লরুবা হায়দুনা ইকায়জখ্রে।

মৈতৈনুপীশিংনা মীরমদা হেক লৈখিবদা নৎত্রগা ওংখিবদা মরমদমগী মবুং মৌপ্পাশিংবু উংশিং থওইদবা, নাথৈদুনা করেম কথাইনবসি, মরক মরক্তা থোকই। অচুম্বা লম্বীদা লমজিং লমতাকপা লাকচবা মবুং মৌপ্পাশিংবু হুল্লাগা মীতোপচাগী তেংমাইদা লেপখিবসু য়াওদবা নত্তে। মদুনা মখোয়দা করি তোংজরিবা ? লৈরম্বা য়াই ; মাঙজবা কয়াসু।

শকহেনবা পাখঙ অদুগী মওং মতৌ অমদি য়াম্না হকচিনবা রাঙাং– কুমারী অম্বিকাসু ইকাইজরকই। মাগী রাখল লাল্লে হায়বা খঙজরকলে। মহাক্না, শকহেনবা পাখঙ অদুবু মমীৎ কুপ্তুনা য়েংলগা ময়ামগী মহুৎশিন্দুনা হায়রকই —"ব্রদর ! প্লিজ ফোরগিভ অজ ! আই হেভ মিসটেকন য়ু এজ অনাদর পি. কে. রোই, দ লুনাটিক লভর।"

শকহেনবা পাখঙ অদুসু পি. কে. রোইগী রারী খঙই। মহাকসু চহী কয়া কলিকাতাদা লৈরকলবনি। মহাক মমোন তৌই, পাউখুম পীদে, অম্বিকাদা মীৎচান্নদুনা য়েংঙি (নঙ ওইরে, অম্বিকা চৌধুরী ! নমিং তাবা কুইরে, নশক খঙলে ঙসিদি।)

অম্বিকানসু খঞ্জে (কনানো নঙবো, ওহ্বোক্রা ফজখ্রেদা।)

একাবলীনসু খঞ্জে (মতৌ অমদি লৈকো নহাক।)

গীতাবলীনসু খঞ্জে (চাকইকো, শকহেনবা পাখঙ।)

মুসলিম নিঙোল (মৈতে পাঙলনুবী) নাসিম বানুনা নোল্লুকপা উৎতুনা, মমীৎনা নোকলপ তৌরগা হংলকই—"দাদা ! আর য়ু বাঙ্গালী ওর মণিপুরী মৈতৈ ?"

"অনীমক ওইবা য়াই, মিস বানু!" শকহেনবা পাখঙ অদুনা মখা তানা হায়রকই — "ঐগী ইমিং শ্রীমান্স কৌই। খ্বাইময়াম্না শ্রীমান কৌনৈ, মিং অশঙ্বনি।"

"শ্রীমান হায়বা ?" কুমারী অম্বিকা চৌধুরীনা খুদক্তা নোৎতুনা হংলকই — "প্রোফেসাব বাসুগা করি মরী থোক্রবগে ? নোংমা, সার বাসুনা শ্রীমান কৌবা নুপা অমগী ৱারী তৌখি, অদোমলা ?"

"দিয়ার আর সো মেনি শ্রীমান!" শকহেনবা পাখঙ অদুনা অসি হায়রম্লগা মীরক্তা প্রপ প্রপ চেনশিনখ্রে।

লৈশাবী সঙ্গু অদু ঙককচান্দুনা লৈহৌই। নাসিম বানুনা ময়ামগী মহুৎশিন্দুনা খঙলাও হেক লাওরকখি — "ইচৌ! লেট অজ মিট এগেন!"

মিকুপ অদুদা, লোকেল ট্রেন অমা থুংলৈ। লৈশাবী সঙ্গু অদু হোবে হোবে কাখৎনখ্রে, কোইরাং লাংঙি, যাত্রিক (পেসেঞ্জর) কয়া কুমথহৌই, যাত্রিক কয়া কাখৎখি। ঙাইহাক্তংদা মীগী মীমক্তা... চিংন- চান্না ঙমখিদে। মীনীল অমদি হুমাং মনম- পুমনীল। মরক অদুদা, পোৎশারি চায়োনবশিংসু চিৎ- চা মহানি।

লোকেল ট্রেনগী খোঙচৎ য়াংঙি, কুইনা খামদে, সিটি বসকুস্সনি। খাম্নগা মীনা পূমথন, কৃক কৃক। তৌবতবু নুপীগী ফমফমদি পীনৈ, নুপীবু ইকায় খুমনৈ!

হোরোন খোঙলকই, ট্রেন অদু থাখ্রে।



"শ্রীমতীজি ...! হো ভাবিজি...!"

মহাক (মঙ মঙলিবী নুপী অদু) শ্বাই লাওই, তু খ্যাও! মশা পুম্না জিং লাওখি (মতম অদুদা)। মহাক তায়, মঙোন্দা কৌরকপগুম তায়। মাগী কোইৱাওনরবী (য়েক্রমলৈ মওং মাললপ তৌবা) মীৎম্না অনী, নাক- য়েৎতা সৎ সৎ য়েংথোরকই (ঐবু নপাই শ্রীমতীজিরো ?) মহাক্না খুমগে তৌরুই, খুদক্তা মচীন ফাজিল্লি। ইনক হেক নক্না, পঞ্জাবী মতৈ মনাওসু ট্রেন ঙাইদুনা লেপলি। অতোপ্পা নুপা অমা চংলকলগা পঞ্জাবী নুপী অদুদা কৌখিবনি। মখোয় অহুম, ৱারী চৎথখ্রে। মখোয়গী হৌনবী মখোল হৌই, নোক খেবসু য়াওই। ৱাহং- পাউহংনৈ (কদায়দা চৎপা, কদোমদগী লাকপা, ইমুং মনুং কমদৌরি)। মরূপ মপাং ওইবগী ইচম চম্না ৱারীনি, খঙহৌদনা খেংনবগী হৱাও নুংঙাইবা ফোঙদোকনৈ। মখোয়সু নুংঙাইনা ৱারী শৃজসনু।

"শ্রীমতী!"

"কেকু, ফোং ফোং!"

পীকলিবা অঙাং অমগী নুংশিরবা খোনফম- মহাক্না তাবগুম তৌবকই। মহাক, অমুকসু তুজুংনৈ। চহী ১১/১২গী চুং- ফিরাল চানা ফজরবা নুপা মচা অমা ফমুং ফমজাও খুয়া খাদগী

কৌখিবদো... মমীৎতা শং শং হেক উরকই। মহাক্না চেপথদুনা য়েংলগা খুমখি —"কেকু, ফোং ফোং!"

অদুঙৈ, অঙাং ওইরিঙৈগী কেকু লোৎপী শান্নখিবদো... চমলবা পুক্নি এলহৌঙৈগী কুমহৈ কয়া, মাগী মীৎলমদা ফন-ফন চোংথোরকলে। মতম অদুগী চমলবা মিংগৌনি, শ্রীমতী! অদুগা, ঙসিদি তুংজুংনিংঙাই ওইরবা মিংগৌ অমা ওইরকলবা! হেন্না হেন্নসু অর্থ লৈরকলে, হেন্না হেন্নসু ময়েক শেংলকলে। মহাক্না অমুকসু তাবগুম তৌই —"শ্রীমতী কুমারিকা!"

(শ্রীমতী! অদুগা কুমারিকা!)

মহাক নুংলোন শান্নরি. মশাবু শকতাকচৈ (শ্রীমতী! ঐবু কনাগী শ্রীমতী? ঐ লুহোংদ্রি, ঐ লুহোংদবী শ্রীমতীনি! কনাগী শ্রীমতী? উম! মান্নি, ঐ শ্রীমতীনি! ঐগী ইমিং শ্রীমতী কৌই, কুমারিকাসু। মসিনা ঐগী ব্রাহৌদোকনি, সেল্ফ ইন্ট্রোদক্সন। ওল্লোকইদ্রা! মিং অনী অসিনা ঐবু হেক মাঙহল্লিদা। ঐ লৈশাবীনি... লৈশাবী অরিবী! লৈশাবী শরী কৌবর্মক্তি য়াদ্রি, তুংগী আশা লৈরি। ঐবু ব্রানাইখণ্ডবী কৌবীখিনু, ব্রানাইদৌরিবনি; অমদনি খণ্ডে. মঙোন্দনি খণ্ডে।

মী খ্বাইদগী ঐসে কনাগুম্বা মরুম্বা অমগী শ্রীমতী ওইনা খনবীখি। খনফমসু থোকই; মিংদা অসিদা। হৌজিকসু ঐসে কুমারিকা নৎত্রগা কুমারী ওইরি হায়বা থাজবীদবসু য়াওরমগনি, য়াওদ্রনে? মসিদি ঐগী ব্রাদসু নত্তে। লুহোংদবী (কুমারী) ওইনা শিখিবী কয়াবুসু মী অয়াম্বনা থাজনদে। কনা-কানি হেক্তা ঙাংনহৌই, ঙাংনবকই। লুহোংদবী নৎত্রগা য়ুমনাইদবী নুপী কয়া হিংলম্মী। মখোয়বু ব্রানাইখণ্ডবী কৌনবসু য়াওই। থওইনা লাইনীংবী নৎত্রগা 'দেবদাসী' ওইদুনা মপুক্নি লেনখিবসু য়াওই। অদুবুনে, মখোয়গী পুক্নি মরুমদা, ব্রারী অমমমদি হেক্তা লোৎতুনা লৈনরম্মী। ঐগীসু মথেল অমা; করিগীসু লৈরোইদগে, লৈ।

ঐদিকো, ইমিংসু শ্রীমতী থোনবীরমলে। ওইনীং ওইনীংবা ইয়াদা য়াবে; কুমারিকা হায়বা মিংথোল, মিংনপ অমসু য়াওজরি। ঐ শ্রীমতীনি; অদুগা কুমারিকাসু! ঐগী ইমা ইপানা কৈদৌবৈ শ্রীমতী হায়বা মিং অসিবু থোনখিবা! কুমারী হায়বা ব্রাহৈ অসিসু লেঙদবা মিং ওইনা থোনবা য়াবা নত্তে; মতাং মতাংগী মিংথোলনি। ইমা ইপা, অহন লমনশিং অদুনা খঙখিদ্রবা! ঐগী পুক্নি! ইমিংদগী অদুম শোয়াখবরা? ইথক্তা কয়ারক হংজখি। শ্রীমতী কুমারিকা কৌবা লৈগী লৈকাদা, থোইমু কয়াসু পাইশিল্লকপা হঙ্গোইখিদো।

অঙাং ওইরিঙৈদদি, শ্রীমতী হায়রিবা মিংথোল অসিগী অর্থ খঙলুদে, য়াম্না পামজখি, য়াম্না হরাওজখি। লৈকাইগী ইচে ইনেমশিংনা ঐবু লক্কখিবা কয়াদো, নীংশিংলকই, তপ্না তপ্না। নোকনিংবা য়াওখি, শাওনিংবসু কোঙ্গায়নি।

ঐসে, শ্রীমতী রাধিকানা স্বয়ং ওইনা পোকপনিকাসু হায়বীখি। মদুদা, ঐসু তশেংনা থাজখ্রিপোৎনি। ঐগী খজায় নাক য়েৎতা ব্রাই ব্রাই তারিবা শমলাংশিংসে ফেরে ফেরে হায়জরগা চেঞ্জবদো... ইমীৎতা শং শং হেক উরকই। ইমাদা চেনশিন্দুনা পাউদমজখি। ইমানসু মান্নি মান্নি হায়বীখি। ঐহাক ইশামক শ্রীমতী রাধিকানি হায়দুনা খঞ্জখ্রিপোৎনি।

ঐদিকো, য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদা, রাধা কৃষ্ণগী প্রেম কথাসু তাখ্রে, ইমানা লীবিখি। ঐগী

কৃষ্ণদি কনা ওইদৌরিবা ? ইথন্তা খনবসু হৌত্রিপোৎনি। অদুগাদি, ইনক হেক নক্লা কাংখদা লৈরমলেদো। নমণ্ডদা কৃষ্ণ উব্রা য়েংঙুকাসু হায়বীখি। ঐদিকো মণ্ড থেমদুনা মণ্ড মণ্ডবা শান্নরকই। তশেং তশেংনমক নুপামচা ফজবা অমা, উইনেহে, মণ্ডদা। ঐনা হিপলিবা কাংখদগী কেকু লোৎপী শান্নরিবনি হায়দুনা হেক্তা কৌরকপগুম তৌখি —"শ্রীমতী ! শ্রীমতী কুমারিকা ! কেকু।"

তাইবংদা শান্নখিবা ব্যাই লীলা - মণ্ডদসু হেক্তা মণ্ডফাওনে। মসিবু নমফু মণ্ড হায়বদুরা ? ঐগী লাইবক মনুংগী নুংমীৎতা (অহুমসুবা মীৎ) মমি তাখি, শক্তম অদু, মুর্তি অদু। ইমীৎ অনী চেজেৎ উইশিল্লবসু নুংমীৎতদি মাবু হেকতা উরকখি। মণ্ড শান্নবসিদি নুংঙাইজাৎনি। ঐননে হেক চেপথরগা নোকচৈ —"কেকু, ফোং ফোং !"

অদৈদিকো, নুপামচা লাই মানবদো, নদীয়া বিহারী হেক মাল্লদনা, কাংখদগী থোরকলগা ঐগী ফমুংদা হেক্তা কাখৎলকই। ইবানী হেক্তা হিপমিন্নে ; অঙাং নৱা ওইরিঙৈগী ৱানিকো। মায়োব্রন্দুনা ৱাছু- ৱাছা নোকমিন্নখি। মসিদিনে, মণ্ডগী ৱা নত্তে, তাইবংগী ৱানি, নোংমতসু নত্তে ; নুমিৎ কয়ানি। ঐগা মাগা চহী ফানা হন্নদে, মরূপনি অদুগা পুংবাসু। পুংবা হায়দিকো, রাধা কৃষ্ণগুম্না !

অদুগা, ঐসে 'কুমারী ঈশিং হৈবী' ওইদুনা য়াম্না কুইনা লৈরকই। লৈকাইগী নাহুৎ নারেং, লুগুন থাংবদা ঐ অমা থওইনা নেকনৈ। কুমারী নৎত্রগা কুমারিকাগী মগুণসে চাওখ্রপোৎনি। ঐখোয় কুমারিকা অহুম্না নাহুৎ নারেং তৌদৌরিবা অঙাংশিং নৎত্রগা লুগুন থাংদৌরিবা পাখঙশিং অদুগী মরু অকোকপদা (ফিঙৌ খুদৈ অমা ফাওহল্লগা) ঈশিং হৈথদ্রিমখৈ শেংদেকাসু হায়নর্রিপোৎনি। ঐখোয়বু কুমারিকা নৎত্রগা কুমারী কৌবীদো য়াম্না নুংঙাইজখি, পামজখি। ঐখোয়সে শেংখ্রবো খঞ্জরকখি ; য়াম্না পামজরুই, কুমারিকা !

'কুমারিকা পুজা' নৎত্রগা 'কুমারী পুজা' হায়বা অমসু লৈরি। মদুদা ঐসে অহুম মরিবক 'কুমারিকা' শাদুনা ঐবু পুজা তৌরিবা মীওই খরদা বর পীরুই। মখোয়গী মমীৎতা মচা উজবা ফংখি। মাগী মাগী থাজরানি। অদৈদি, ঐবু কুমারিকা হায়দুনা খঙনরকখি। মমৈথংদা, শ্রীমতী কুমারিকা ! ঐগী ইমিং ওইরকখি। ঐগী অশেংবা ইপানা থোল্লকপা ইমিংনা সুরধুনী, শ্রীমতী কুমারিকাসু থোল্লকই হায়। স্কুল কোলেজগী ইমিংসু সুরধুনী। অদুবুনে, লৈকায়গী ইচে ইনেম, ইমান্নবীশিংনা, শ্রীমতী কুমারিকা হায়দুনা অদুম কৌনখ্রে ! মরক মরক্তা সুরোসু কৌনৈ, মিংশম ওইনা।

ঈশানসু পামজবা মিং অমা ওইরকখি। ঐবু সুরধুনী কৌই হয়বা অয়াম্বনা খঙনখিদ্রে। মিংথোল অমসু ফংখি, 'মাঙ্গী'! মসিসু ৱারী লৈবা মিংনি। 'কুমারী' অমসুং 'কুমারিকা' মিংথোল অনী অসিগী খেন্নবসু লৈ।

ঐদি হৌজিকসু কুমারিকানি ; অদুবু ঐহাক শ্রীমতী অমসুনি ! কনাগী শ্রীমতী ? হাযদোকখিরোই। মগুণ হন্থখিনি, পাম্মুজে যাম্না। মাগী অরোৎপা নুংশি মিংলেন্দো, নুংদা অসুম লোৎচখিগে। লৈরিনে, অতোপ্পা পাখঙ অমসু ! মসিনি, ঐগী শক্তাক ৱারোল।)

পঞ্জাবী মতৈ মনাওদো (মখোল হৌবদুস য়াওনা) ট্রেন তোংখ্রে, ইচীক হেক চিকই। হাওড়া ষ্টেসন্দা লেপলিবী শ্রীমতী কুমারিকা ! মথন্তা নুংলোন শান্নদুনা নুংঙাইজরি। ঙসিদি মশকসু হান্নদগী হেন্নদুম ফজখ্রে ; ওঙ্খোক্রা মায়থোং মকা লামখ্রে। ময়ুম থাদোক্রম্লে হায়বগী

চিন্তা উদ্রে। ইনুংদা হেক নুংঙাইনা উখ্রে। মরক মরক্তা ময়েক য়াওদবা ঈশৈ ঙংজে। খঙদে করি থোক্লগাবা ? কনানো, করিনো মহাক্না ঙাইরিবা ? ট্রেন নৎত্রগা মঙলানগী মাঞ্জ !



ট্রেন অমসু থুংলে।

থংনবা প্লেটফোর্ম অমদা। ট্রেন অমসু থাগদৌরে, অতোপ্পা প্লেটফোর্ম অমদা। হোরোন অমগী মথংদা হোরোন অমা। ট্রেনগী ট্রেনমক্তনি — থৌজিল্লকপা, থৌদোকখিবা। প্লেটফোর্ম কুনগী মথক্তা লৈরিবা জংসননি। মফম অসিদগী শন্দোকখ্রিবা রেলরে ট্রেক, মিরাং মহুমগী মতৌগুম্মী। চৎনিংবা য়ৌনিংবা মফমগী ট্রেন ফংঙি। ভারতকী মফম খুদিংমক্তা পাকশন্না শন্দোকখ্রিবনি। মিকুপ পুংজা খুদিংগী থুংলবা কয়া, চৎখিবা কয়া — রেলরে ষ্টেসনদি অহিং তুমদে। পুং কুনমরিগী অয়ুক নুংথিল অমসুং অহিং, উরু উরু লৈশিন্দুনা নীলখোংবা নত্তনা অতৈদি তাদে। কান্তিন, চা য়োনফম, থোঙ লোন্দে। অচা- অথক য়োনবশিংনা লাওর-লাওরদুনা কোয়চৎ চৎলি, তুম্বা উদে, কোইরাং লাংঙি, কুলিসু শিন্মীসু। পুম্নমক হিংনবগী কুমহৈনি, লাননি। মখোয়বু করম্বা মতমদা তুমলিগবা ? চাকনী ফিনীবা কয়াসু নীবগী থবক লেপ্পে। চাবা ফংদবা কয়ানা পোৎ লাক্তুনা চাই ; লুখাক খুন্দুনা চরা নোংখন্নে। মীচেন মীনৌ কয়াসু মচি মচিদা... নাখোক্তুনা তুম্না ময়াওই, মোন খাঙদে ; ফৈজুপ সুপতে, ইংথম থাদসু। নোংঙাল্লগা অশিবা হকচাং ! তাদুনা অদুম লৈ। কনাসু হন্না য়েংনদে। লাইরিক য়োনফম, খবর য়োনফম, প্লেটফোর্ম খুদিংদা লৈ। পুং কুনমরি, পানিংবা লৈনিংবা লাইরিক অমসুং জর্নেলশিং ৱাৎতে। নুঙফালদা যাত্রিক কয়া ফমলি, মখোল হৌনা হৌনা নোকপসু য়াওরি ; পুংবা লাকপা কয়ানা নুংশি ৱাবী চিবোন চিবোন। অঙকপনি ! অঙকপা ! খুনগৎপা হৈরবদি ৱারী কয়ানি, থৌদোক কয়ানি। থুংলবা, চৎখিবা অমসুং ঙাইবা — রেল রে ষ্টেসনগী ৱামচংনি।

অদুগা, শ্রীমতীদি (মঙ মঙলিবী নুপী অদু ) কৈদৌরিবা ?

মহাক, অদুম লেপ্তুনা লৈরি। ইনক নক্লবা মফমনি। কুমারী অম্বিকাখোযগী কাঙবুগা ইউ হেক উন্নখি। ময়াম অদুগী কুমহৈ ; মওং মতৌ, শকহেনবা পাখঙ অদুগী আর্ট এক্টিং মহাক্না য়েংজখি, মীৎচিনা ফল্লপ ফল্লপ। মহাক য়াম্লসু চিংলেমজৈ, খৎ- খৎসু লাওদে। ৱাঙাং খোনফমসু ফজৈ, থৌদোক থৌজিন শান্নবসু ওম্বোক্লা চংখোল্লি।

শ্রীমতী মশকসু ফজৈ। চু ফিরাল চানা ৱাং চাওই, মশা পাতকই, মীৎতা নাতা অৱাৎপা অমত্তা য়াওদে। মাগী অপোকপী মমাসু শোয়দনা ফজরমদৌ মাল্লি। শগোল মায়তানৈ, কুচু পাল্লি। য়াম্না নৌরিবী নুপী অমদি নত্তে, চহী কুন্থ্রা য়ৌনিং য়ৌমাঙগী মরক্তা লৈরবীনি। মপুং মরৈ, হায়বদি হৈজিং হৈমুন ফারবা শাথেক শবাননি। নুপীগী মপুং মরৈ ফানা, ফজবা হৌরকপা অসি, চহী ১৬তগী ৩০ ফাওবনি। মহাকসু মীৎফম হোংবা য়াদনা ফজবগী মওং মতৌনা লৈতেং ওইরিবীনি। অচৎ- অওকশিংনা মাবু য়েংলমদবা য়াওদে।

শ্রীমতী খঙই। মঙোন্দা খ্বাইগী মীৎয়েংফম ওইরি হায়বা, মহাক খঙই। মদুদা, মহাক করিসু নুংশা থিবা তৌদে। মহাক্না শেৎলিবা ফনেক ময়েক নাইবা, (মপান্দা টাইগর মেখলা

কৌনৈ) সাড়ী ফিইন তৌরিবা লৈমচুগী (ফিবান হৎপা) মোইরাংফি ইন্নফি- খ্বাইগী মমীৎতা, তোপ- তোপ্পনা উই। মদুনসু মীৎয়েংফম ওইরিব্রা ? মান্নি, মৈতে নুপীগী ফজবা দ্রেসিং ষ্টাইল খ্বাইদগী ইতোপ তোপ্পী ; হায়নিংঙাই লৈতনা ফজবা মওংনি। মসি মহাক খঙই। থওইনা ট্রেনগী খোঙচৎ অদুদা ফনেক ময়েক নাইবা শেৎলগা লাকলিবনি। শেৎপসু য়াই, মহাক কোলেজগী ছাত্রি অমসু নত্ত্রে ; য়াম্না চিং-লেম্বা, ইসু তারবা ফিজোল শেৎপনা হেন্না পকচরকপা চহী মতাংনি ; হেন্নসু চুশিন্নখ্রে। মমান্নবীদি অঙাং মরি মঙাগী মমা ওইখিবসু য়াওরে। মাদি হৌজিক ফাওবা কৈদৌরিবা ? মতম অসিব্রাইদদি চহী নৌনা য়ুমপানবা চৎনরম্মী। নুপী অয়াম্বনা চহী ১৭তগী ২০ ফাওবদা লুহোংনরম্মী। চহী ২০ হেক লানখৎখিবদা ময়ুম পনবা খঙলরোই হায়দুনা পাখৎনরম্মী। নুপীনা মহৈ মশিং তমলুরগা থবক ইনখাং তৌবগী ব্রাফম অসি থোইনা মরু ওইরমদে। চহী নৌনা লুহোংনবা হোৎনবনা হেন্না মরু ওইরম্মী। নুপীনা চহী ২৫/২৬ হেক সুরকপদা লৈশাবী শরী হেক্তা হায়নরম্মী ; ব্রানাইখঙদবী হায়দুনা নোক্লবসু কোঙ্গায়নি।

শ্রীমতী কুমারিকা লৈশাবী অরিবী কৌবা য়ারব্রা ? থায়নগী হায়রুরবদি লিরে। হৌজিক মতমগী ওইনদি লিরে হায়না লৌবা য়াদ্রি। নুপী অয়াম্বা এম এ তম্বা লোইদুনা রিছার্চ অমুক তৌবা ফাওবদা চহী ৩০দি অদুম য়ৌনৈ। য়ুম থেংনা পানবনা ফৈ খন্নরকলে। তান চাদ্রগা শিৎপা ! ব্রানাইখঙদবী !



"হৈ ব্রানাইখঙদবী ! নঙনে, নঙকো!"

শ্রীমতীনা খঙহৌদনা নীংশিংলকই — নোংমা লৈকাইগী মনে থরোনা মমাঙদা চপ হেক লেপলগা চৈখিবদো —"কয়া কুইনা লৈশাবী শরী ওইদুনা লৈখিগে হায়রিবনো ?"

"কনাবুনোনে, ইনে থরো ?" শ্রীমতীনা ইতপ হেক তপ্না হংঙি।

"নঙবুনিনে, নঙবু!" থরোনা মখা শমথরদুনা হায়রকই —" অমা হায়বা লাকই নঙনা য়াদে, অমনা থেম্মী নঙনা য়াদে। নত্তে, নঙবু কৈদৌগে খল্লিবনো ? দোক্তর, ইঞ্জিনিয়ার, উকিল, মন্ত্রি- সন্ত্রি কয়া কয়ানা নঙবু হাইবা লাকখ্রে, নঙনা অমত্তা হেক য়াদ্রিসিবু করিগীনো, হা, সুরো ?"

"য়ুম পানবা তল্লিদা, ইনে।" শ্রীমতীনা লুরপ খুম্মী।

"হৈ, নুপী ওইনা পোকলবদি লুহোংগদবনি, য়ুম পানগদবনি, মমা ওইগদবনিনে, অঙাওবী!" থরোনানা মখা তানা হায়বকই —"মতৌ অদুম্না নুপা ওইনা পোকলবশিংসু লুহোংদুনা ময়ুম পানগদবনি, মপা ওইগদবনি। মমা মপাদগী অমুক মপু মবেন হায়বদু ওইগাদৌরিবনি। মসিবু পুন্সি কোই ; তাইবংপালগী লোনচৎনিনে, সুরো!"

"মমা ওইদ্রবদি অসুম হিংবা য়াদব্রনে, ইনে ?" শ্রীমতীনা মচং ওইনা নোৎশিল্লগা হায়রকই — "ময়ুম পাল্লবসু চাবোক্তবী মমা কয়া হিংলিনা।"

"অদু ওইরসু লুহোংদুনা য়ুম পান্দনা হিংবদি য়াদে, অখুংবী ওইবা ওইদবা অদুনা মী খরগী ৱানি, সুরো।"

"নুপীনা লুহোংলগা নুপা ময়ুমদা লৈবা হায়বা অসি মীনাই ওইবা চৎপনিদা, ইনে।"

"নঙসিদি মতা অমনি।" থরোনা শোঙ্গে।

"চুম্ব চুমদ্রনে, ইনে!" শ্রীমতীনা কাপশিল্লকই।

"নঙগা মরৈ য়েৎনবা ইতিক নত্তে। নঙসে এম এনি, এম এ!" থরোনা মখাতানা হায়রকই —" নয়ুমদা য়াওং ইন্দুনা থম্বা য়াবা অধামোরা অমা হেক থম্মোদনা। নুপাদো নয়ুমদা মীনাই ওইহল্লু। নঙগী ৱাখলদো লাল্লিকো।"

"ফংগদ্রনে অদুগুম্বা নুপাবো ?" শ্রীমতীনা নোকফেৎ হংঙি।

"করি ফংদনি।" থরোনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই —"অতৈ লাইরি, নঙনা হেক হায়রিখে য়াগনি হায়রম্বা দোক্তর ইমোবা অদুসুনে..।"

"দোক্তর ইমোবা কৈদৌগ্রবা, ইনে ?"

"নাইট দিয়ুটি তামিন্নবী নর্স অমদা মখূৎ শাংলুই হায়নদুনা নর্স ময়াম্না ফারগা কন্যা দান কংগ্রেদো।" থরোনা খুন্মী।

"ফরেদা ইনে ! নুংঙাই য়াইফনা পানবা ওইসনু!"

"নত্তে, নঙগীসিবু...?" থরোনা চিংনরপ হংঙি।

"হো, ঐগীসু লৈয়ে, লৈয়ে।" শ্রীমতী নোকফেৎনৈ।

"কনানিনা, সুরো ?" থরোনা খঙনিংনা হংঙি।

"শ্রীনদীয়া বিহারী !" শ্রীমতীনা নোকফেৎ তৌনা খুন্মী।

"শ্রীনদীয়া বিহারী হায়দি কনানোনে, সুরো ?"

"সুরধুনী গঙ্গাগী মৱাদো, তস !" শ্রীমতী কুমারিকানা মমীৎনা নোকলপ তৌরগা হায়রকই —" মঙদা হেক হেক উই। ঐবু কৌরি ; ঐ চৎতবা য়ারোইদৌরি, ইনে।"

"চরোদা অঙাওবীসিদি, মঙগী ৱাবু।"

"অতৈ লাইরিনে...।" শ্রীমতীনা ইকাইরপ তৌনা হংলকই —"লুহোংবসিবু নুংঙাইব্রা হায়মি, ইনে ?"

"ইস ! করি হায়রুনি।" থরোনা হায়রকই —"নঙসু হোংলগা হেক য়েংঙুদনা। ইনেসু অহানবদদি কিরুই, অদৈদি... অস!"

"হোয় হোয়, ইনে...।" শ্রীমতীনা ঙাইহাক খল্লগা থরোগী মতৌ য়েংলগে খন্দুনা হায়রকই —" লুহোংদ্রবসুনে... য়াইদনা ?"

"থুই!" থরোনা মতিল শিৎলগা শাওরপ তৌনা ঙাংলকই —"নত্তে নঙবু কনাগী মরুন্নী ওইদুনা লেনগে খল্লিবনো ? নমিংসু নাতৈ চাদবা অমগা কৌশিল্লে, নঙকো শোয়রোই।"

"নুপা নুপী লুমদিন্নবগী চাংয়েং অদুমত্তংদি...।" শ্রীমতী কুমারিকানা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই —" তঙাইফদনা, য়াম্না তঙাইফদনা খঙদোকসিরা খল্লি।"

"অদু ওইরগনা...।" থরোনা থয়াইননা লেপথোকখি।

"কৈদৌবা ইনে, হা কৈদৌবা ?" শ্রীমতীনা মতৌ য়েংগে খন্দুনা নোংশিল্লি —"খুৎনেক অমত্তং থিবীয়ুদনা।"

"অদু ওইরগনা... নতৈদা হেক ওংশিল্লু, তস!"

"ফাগী তৌবনিদা, ইনে।"

"নত্তে, নঙবু তশেংনমক...?"

"পাঞ্জিনা ঐগী লুহোংফাল লৈতে হায়নে, ইনে।"

"কনাই পাঞ্জিনো, মরৈদুম থৎলুগে।" থরোনা শমথরদুনা হায়রকই—"নঙতা ফিরেপ হোংগনু, ইনে শিনগে। নশকনে, নগুণনে, নহৈনে নঙগী করি ৱাৎতুনা শিংতৌরিনো ? থরো অপাইবী ননে লৈরিসিদি।"

"ইনে, নমৌদা অৱাৎপা অমা লৈরিনে।" শ্রীমতী কুমারিকানা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই —" হয়েং কোন্না খঙলক্কনি, ঐসে...।"

"ঐসে কৈদৌবা ? ইমৌদা করি ৱাৎলদনা ?"

"ঐবু মীনা নবদ্বীপ মরূ হায়নৈ, ইনে।"

"হেবা সুরো, শ্রীধাম নবদ্বীপ মরূদি পুণ্যগী মশকনি।" থরোনা ঙাইহাক খল্লগা শমথরকই —" নঙবু নমা চন্দ্রিকানা সুরধুনী গঙ্গাগী অবতারনিদুম হায়রম্মী।"

"অবতার !" শ্রীমতী কুমারীকানা নোকফেৎ তৌরগা ৱাথৈদুনা হায়রকই —"অতৈ লাইরিদা ইনে, নচানুপী মায়াদো হান্না অমুক্তা লুহোংবীখো।"

"হোয়নেহৈ, ইচানুপী মায়াসু লীরেনে।"

"তস ! দুতি ইনে!" শ্রীমতীনা ফাগী ওইরপ্পা নাকচেক য়ৈদুনা শমথরকই —" মীগী হোৎনরিঙৈদা নচানুপী যোগ মায়াসুনে ঐদৌনা ৱানাইখঙদবী ওইজনিকো।"

"সুমদৌসি সুরো, মায়া নবানী নোংমদা পুল্লপ লুহোংনবা ইনে শিল্লগে, নুপাসু অফবা অমা লৈরেহে।"

"এ ঃ মায়া ইবানী তুরোন্নবী ওইদৌরিবা ?"

"শিৎতৌশরুক... পুনশিনবনা ফরোইদ্রা ?"

"হোয় হোয়, লাইবক য়েংসি।"

"অদুদিনে ইনে চৎলে, নুপাদো থেমলুরগে।"

"নচানুপীনা য়াদ্রগা নঙ হেক চেনখোকো, তস !"

শ্রীমতী মচীন খুমদুনা নোকহৌই।

হেক থংনবা মিকুপ্তা মহাক লৌশিং লাকই। মহাক্না লেপলিবসি হাওড়া ষ্টেসন্দনি, তাম্না লৈহৌরবা ময়ুমগী কোম্বোং ময়াদা নত্তে। মহাক্না চৎকদৌরি খোঙচৎ অমসুং মিসন — মদুগী মরমদা অমুক খনবা হৌরকই।

মাগী শাংতক তৌবা মঙক (ঙানু কাঙাদৌনা কাহেন্না শাংবদি নত্তে) অদু থাংগৎলপ তৌনা লাওতক্লরবী মীৎয়া অনীনা কোয়থিথিরি — প্রোফেসার বাসু অমসুং মাগী ইমুং মনুংগী মীওইশিং।

মহাক নুংখৈন্নে (মায়থকপা পাখঙ অদুনা কদোমদা ? হৈদকো লীলা শান্নবা। নঙনদি ঐবু খঙদ্রমাল্লে। ঐনদি নঙবু খঙই। ঐসে নঙগী হং হং... ফোঙদোকপা য়াদ্রি। ফৈ ফৈ। ঐসু লীলা শান্নবা হৌরগে। ইশক ইমিং লোৎখিগে। পাকহেক্তা তাকখিরোই ; মাবু ঙাওহনখিনি।)

মহাক মথক্তা খোইরুম মোমোন্নে। মপৃক্লিংসু লাংঙি, ইরাং হেক লাংঙি। মিন্থুন চেঙুম চেঙ্গানে। কোয়বৈ লৈদুনা য়েংবদি তোক্তে। মহাক ঙকই ; তশেংনা ঙকই (শকহেনবা পাখঙ অদুনা কদোমদা, কদায়দা মাঙখ্রবা ?)

মহাক অমুকসু নুংঙাইজে। মাগী মঙলাননগী মাঞ্জ, লাকখিনি খঞ্জে। থৌদোক থৌজিন, কোৎচি কোরাং তৌগে খল্লি (ঙসিদি নুংঙাইদৌবিকো। খঙনি, মহাক লাক্তা লাকখিসনু, মকোক মমৈ ঙাওহনগে। পুন্সিগী অনৌবা পন্দুপ অমা, হেক্তা হৌরগে মফম অসিদা। ঐসু মীচেন ওইরকলে, ইমাদৌনা। ঐসু হল্লবোই য়ুমদা ! য়ুম ? ঐগী অশেংবা য়ুম, পোক্লফম কদায়দনো ?)

হি ! নুপী অসিদি মমাগী খোঙ্গুল লীবা লাকলিবোই !



শ্রীমতী কুমারিকা মোন্দ্রং শান্নবি।

ষ্টেসনগী কুম্মহৈসু য়েংনা য়েংনা মহাক মোন্দ্রং শান্নরি। অসুম্না হেক হংবা, অসুম্না হেক খুমলকপা - নুংঙাইদৌরিকো। মহাক্না হংগদবা, মহাক্না খুমগদবা- ৱাহং পাউখুম কয়া শাগৎচৈ। মহাক নুংঙাইজে, হায়নিংঙাই লৈত্তনা নুংঙাইজে। মহাক থাজরুদে, শকহেনবা পাখঙ অদু থেংনগনি হায়বা। হি ! মহাক্তি নুপাসু ফাদৌবিব্রা ?

("মিষ্টর মশায় ! ফংলব্রা ?") মাগী নুংরাখলনি।

চিংঙৈনা, মমাঙদা চপ হেক লেপলে। মমীৎতা শেরান তুরান উরিব্রা ? শকহেনবা পাখঙ অদু হোবে হোবে অমুক চেনশিল্লক্তুনা মহাক্কী (নুপী অদুগী ) মমাঙদা নোকমি নোকমি তৌরদুনা মচীন কাংলপ তৌরকই, ঙাংলক্লবগী খুদোংচাবদি ফংখিদ্রে। মহাক্না হান্না খংথৎ থৎখি। নুংদগী চীনবালদা থোরকখি —

"মিষ্টর মশায় ! ফংলব্রা ?"

"কনাবো ?" শকহেনবা পাখঙ অদুনা নোৎশিল্লকই।

"অদোমগী নায়িকা, সুরধুনী ফংলব্রা ?"

"ঐদি নায়িকা থিবা লকপা নত্তে, পাখোন লাকচবনি।" শকহেনবা পাখঙ অদুনা শমথরদুনা হায়বকই —"অসুম অসুম মাল্লকএদা... অদোমগী মিং সুবধুনী কৌদ্রনে ?"

"মাল্লকএ হায়বা ?" শ্রীমতীনা খঙনিংনা অমুক মখা তানা হংঙি—"কৈদৌঙৈ, কদায়দা সুরধুনী উখিবগে ?"

"মঙদসু, তাইবংদসু।" পাখঙ অদুসু ঙাংবা হৈ, তুবৎ খুন্মী।

"তাইবংদসু ? কৈদৌঙৈ, কদায়দা ?" শ্রীমতীনা অমুক নোংশিল্লি।

"হৌজিক হৌজিকমক।" শকহেনবা পাখঙ অদু নোকফেৎনৈ।

"হৈকো, ব্রা ঙাংবা।"

"অদোমসু শান্নবা হৈখ্রেদা।" শকহেনবা পাখঙ অদুনা শমথরদুনা হায়বকই—"নোংমা অঙাং ওইরিঙৈদা...।"

"কৈদৌবা ? অঙাং ওইরিঙৈদা কৈদৌবা ?"

"সুরধুনী উখি।" পাখঙ অদুনা শমথরকই—"সুরধুনী হায়বদিকো সুরধুনী গঙ্গা!"

"কদায়দা ? কদায়দনো হায়বা ?"

"শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা নত্তে, মণিপুরদনি।"

"চরোদা, মণিপুবদা সুরধুনী গঙ্গা চেন্দে।"

"তাম্না লৈহৌবনি, বস পাকিংদা নুপীমচা অমা।" শকহেনবা পাখঙ অদুনা মখা শমথবদুনা হয়রকই—"মপি শিন্থহৌই, মখূৎসু হাইহৌইদো।"

"অদোমদি নপি শিন্থখিদ্রা ?"

"শিন্থখি, ঐসু খূৎ হাইদুনা বিদায় পীরম্মী।"

"সুরধুনীদি শিখিবা কুইরে।" শ্রীমতীনা সৎ হেক্তা হায়বকই।

"হা !" পাখঙ অদুনা ঙক্লপ্লা হংঙি—"অদোমদি কনানো ?"

"শকমান্নবী ফাইবোক!"

"হোয়নে হোয়নে ঐসু অদুম খল্লি।" শকহেনবা পাখঙ অদুনা মখা শমথরদুনা খংহায় হায়রকই—"ট্রেনগী রিজার্বভেসন লিষ্টতসু সুরধুনীগী মমিং থেংনদে।"

"ঐসে মহুৎ শিল্লগা লাকপনি।"

"ও ! মীহুৎ ওইরে।" শকহেনবা পাখঙ অদুনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—"অদুদি, কনাবু সুরধুনী শারগা পুশিনগনি।"

"নত্তে, অদোমবু কনানা থাবকপনো ?"

"ঐসে !" পাখঙ অদুনা শ্বব অমা শাংনা হোন্দোক্লগা হায়রকই—"প্রোফেসার বাসুনা হৌজিকরাইদা তপন সিনহাগী খূৎথাঙদা ফোন তৌরকপনি। সুরধুনী কৌবী নুপী অমা ওকউচোদং হায়রকই, মৈতৈনি, বাঙ্গালীনি, অসামীনি হায়বা অদুদি ময়েক শেংনা পল্লভে, অদুদা ঙাইহাক কোইঙাওনকই।"

"অদো, ঙশায়না কোক হয়বা য়াদ্রো ?"

"সুম নুংঙাইবদো, হেক থেংনবদা।"

"ঐসু মনাক্তা লাকপনি।" শ্রীমতীনা হৈনিংনা মখা শমথরদুনা হায়রকই —"অদুবু, ঐহাক সুরধুনীদি নত্তে ; তান চান্নরুবনি।"

"হা ! সুরধুনী নত্তে হায়বা ?"

"হোয়, ঐহাক সুরধুনী নত্তে।"

সুরধুনী কনানো ?

প্রোফেসার বাসুগা করি মরী থোকনৈ। মসিগী য়াম্না শাংলবা ৱারী অমসু লৈরি। সুরধুনী পোকপগী অঙকপা ৱারী অমসু লৈরি। চুপ্মী, মহাক ফাইবোক পোকমিন্নৈ। অমনা 'গঙ্গা' কৌই। মচীন মনাও ফাইবোক পুংবাবু 'সুরধুনী গঙ্গা' থোনখি। মখোয়গী মমা কুইনা হিংলমদ্রে। তোঙান তোঙানবা মফমদা 'সুরধুনী গঙ্গা' য়োকখি। মসি, শ্রীমাননা মুন্না খঙই।

"সুরধুনীগী মহুৎতা গঙ্গা ওইনা লাকলবা ?"

"ঐদি গঙ্গাসু নত্তে।"

"অদুদি, অদোম কনানো ?" শ্রীমাননা মখা তানা হংলকই —"মিং অশেংবা করি কৌবগে ? শেংনা অমুক্তা হায়বীয়ু।"

"ঐবো ? ইমিং হায়দোকপা ইকায়জে।"

"মিং তাকপবু করিগী...?"

"মওং চাদবা মিংনি।"

"অদু ওইরসু খঙনিংঙি।"

"শ্রীমতী...!"

"শ্রীমতী হায়বা ?" শ্রীমাননা খঙনিংনা হংলকই —"অদোমগী শ্রীমানগী মমিংদি করি কৌবগে ? মদুসু খঙজনিংঙি।"

"শ্রীমানকা লৈজদ্রিদা।"

"হৌজিক ফাওবা...!"

"অহোয়, লুহোংজদ্রি।"

"অদুগা কমদৌনা কনাগী শ্রীমতী...?"

"ঐসে...।"

"হা ! কৈদৌবা ?"

"অতৈ লাইরি, অদোমগী মিংদি ?"

"সে য়েংঙু, প্রোফেসারগী চিঠি, তপন সিনহাদা হান্না থারকপনি।" শ্রীমাননা ফুরিৎখাউদগী চিঠি খাউ অমা লৌথোকলগা পীরে, মখা শমথরকই —"মুন্না পাউ, ঐগী শকতাকল্লাসু য়াওরমগনি।"

শ্রীমতীনা চিঠি খাউ লৌরে, গমনপ শেগায়রগা চিঠি লৌথোক্তুনা মমীৎনা পারে অদুগা হায়রকই—"চিঠি অসিদি সুরধুনীদা সার বাসুনা ইরকপনি অদুবু ঐদি সুরধুনী নত্তে। এনি ৱে,

ঐ সুরধুনী শারগে। অদোমগী মিংসু হায়রোদনা।”

“চিঠিদা য়াওদ্রনে ?”

“য়াওদে।” শ্রীমতীনা শন্দোক্তুনা হয়রকই —“অদোমগী নমিং নথা সুকয়াও হেক য়াওদে। ‘কম ৱিথ দ বিয়ারর ওফ দিস লেটর’ হায়বদং য়াওই। নত্তে, চিঠি অসি কদায়দৈ খুল্লকই ? হাও কেন আই বিলিভ য়ু এজ এ মেসেঞ্জর ওফ সার বাসু ? টেল মি য়োর রিয়েল নেম। ঐবু মীনৌনি হায়দুনা ঠোক তৌবা লাকইরা ?”

“অস ! ঐবু ঠোক মাল্লবা ! মুন্না য়েংঙু, সারগী সহিদো।”

“সহিবুদি চুম্মী, অশাবা নত্তে। টেল মি হু আর য়ু ?”

“ঐগী ইমিংসু শ্রীমান কৌই, তস !”

“এ ঃ নঙবু কনাগী শ্রীমান ?”

“ওইরকপা য়াই।”

“কনাগী ? লাইবকফবী অদুদি কনানো ?”

“অদোমগী নত্তেদা।” শ্রীমাননা মখা তানা হায়রকই —“ঐগী ইমিং শ্রীমান্স কৌই, খ্বাইনা শ্রীমান কৌবীখি।”

“মানসৈসু কৌদাইনে ?”

“কমদৌনা খঙই ?”

“সুম মাল্লকএ।”

“অদুদি নহাকসু...?” শ্রীমাননা মখা তাদনা লেপথোকখি।

“ঐগীসু মান্সী, মান্সকী স্ত্রি লীঙ্গ।”

“শান্নবা হৈখ্রেদা।” শ্রীমাননা শোঞ্জে।

“অদোমসু...।” শ্রীমতীনা ওইনজে।

“নঙ- মা অদুম কৌনসিবা।”

“হৌজিক্তি পান্সিন মান্নরবনিনা...।”

“কৈদৌবা ? হা কৈদৌবা ?” শ্রীমতী কুমারিকানা য়াম্না মরৌ লৈনা শমথরদুনা হায়রকই —“তিংখং য়ুজনিকো।”

“থোইদোক্তে, ইহে ! ইকাওবু কাউই।”

“নীংশিংভুদনা।”

“সার বাসুগী মনাক্তা লাকপদি করিগীনো ?”

“মহাক ঐগীসু...।”

“খঙজে, য়াম্না মুন্না খঙজে।”

“কমদৌনা, করি খঙলিবা ? নত্তে, অদোম্মু সার বাসুগী...?”

“কোচি হৈদকো, হে শ্রীমতী কুমারিকা !”

শ্রীমতীনা নোক্না নোক্না মখা শমথরদুনা হায়রকই —"নীংশিংলব্রা, শ্রীমান ? তাংহৈবসিদি ! ইমিং অশেংবা অদুতা নচীনদগী পলহনগে তৌবনি, হৌজিক্তি পল্লেদনা।"

শ্রীমাননা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই —"ঐসু ফনা কুইনা লোৎকে হোৎনবনি। নঙদি য়াম্না ফজরমলেনা, শ্রীমতী !"

"নঙসু শকহেনবা পাখঙ অমা ওইরমলে।"

"অমুক উন্নরক্কনি হায়বা থাজরুদে।"

"অদুবু, য়াম্না থাজদনা উন্নরেদনা।"

"চৎসি, চৎলো, শ্রীমতী!"

"কদায়দা ?" শ্রীমতীনা মরৌলৈনা হংঙি।

"প্রেমনিকেতনদা !"



প্রেমনিকেতন !

মমিং অসি কয়াদা নুংশিথ্রবা ! কয়াদসু অর্থ লৈখ্রবা ! নুংশিবগী লৈফম নৎত্রগা তুংনফম হায়বনি। করম্বা নুংশিবা ? নুংশিবা পূম্নমক ফংলিগদ্রা ? মমিং অসিনা শ্রীমতী কুমারিকাবু ঙাওহনখি। মাবু অসুম অসুম চিংশিনবা হৌরকখি। মহাক, মফম অসিদা লৈনিংলকই, চৎনিংলকই। য়াম্নসু চিকপা মফমনি। শ্রীমতীদি অচিকপা পামজে। মহাক্না প্রোফেসার বাসুদা চিঠি ইরুই। বাসুনা মাবু কৌরকখি। ঙসিদি মহাক লাকলে।

প্রেমনিকেতন ! নোংচুপ বঙ্গগী কাতোর্রা নগরদা লৈবনি। প্রেমধোনী গঙ্গা মপানগী নোংচুপ থংবা তোর্বান্দা লৈবা মফমনি। তুরেল অহুমগী ঈতিনফম মনাক্তনি। শ্রীধাম নবদ্বীপগীসু থোইনা লাপত্রে। শান্তি নিকেতন অমদি শ্রীনিকেতনসু পূং অহুম মরিগী লম্বীনি। প্রেমনিকেতন হায়বা অসি নৌনা লীংখৎখিবা মহৈকোন অমনি। মনাক্তা প্রেমধোনী কৌবা মহৈকোন অমসু লৈ।

মসিগী ব্রারী অমা লৈ। 'প্রেমনিকেতন' অমসুং 'প্রেমধোনী' গঙ্গাদা হিরাক্তুনা শিখি। মবানীবু নীংশিংনবগীদমক মহৈকোন (বিদ্যালয়) অনী অসি লীংখৎখিবনি। ইনক হেক নক্না লৈমিন্নে। প্রেমনিকেতন হায়বা অসিনা কোলেজনি ; নুপা নুপী পুন্না তম্মিনবা য়াই। প্রেমধোনী হায়বা অসিনা হায়স্কুল ফওবদুং তম্নবা স্কুলনি। মসিদসু নুপা নুপী পুন্না তম্মিন্নবা য়াই। অনীমক্কী ওইনা লৈফম চাফম হোষ্টেল নীংথিজনা লৈ, হৈকোল লৈকোল, পোত্থাফম কয়াসু ফজনা শেমদুনা থম্মী। অকোয়বদসু প্রেমগী প্রেমমক্তনি — প্রেমনিব্রাস, প্রেমগার্দেন, প্রেমসাগর অসিনচিংবা কয়ানি। প্রেমনিব্রাস, প্রোফেসার বাসুগী ময়ুমনি। প্রেমনিকেতন অমসুং প্রেমধোনী — প্রোফেসাব বাসুগী মপা অমসুং মমাগী মমিংনি। কোলেজ অমসুং স্কুল, বাসুনা মপা মমাগী মমিংদা লীংখৎপনি। নোংচুপ বঙ্গগী সবকারনা মশক খঙলবা মহৈকোন ঙাকনি। কোলেজ অসিদা পোষ্ট গ্রেজুয়েট ষ্টদিজ সেন্টরসু হাংলে, কলিকাতা য়ুনিভরসিটিদা

এফিলিয়েট তৌই। কোলেজ অমসুং স্কুল অনীমক ট্রাষ্ট অমা শেমদুনা চলাইবনি ; শকনাইরবা মীওই কয়া য়াওরি। প্রোফেসার বাসুনা চিয়ারমেন ওইরি। অরাং- নোংপোক লমদগী ছাত্র ছাত্রি কয়া প্রেমনিকেতন অমদি প্রেমধোনী অনী অসিনা চিংশিল্লি। বাসুদা থাজবা থমনৈ। মহাক অরাং নোংপোক লমদমগী কোলেজ কয়াদা ওঝা ওইরম্মী (মকওইনা কলিকাতা সিটি কোলেজ, অমদি কোটন কোলেজ গৌহাতিদা)। মীয়াম্না মাবু মুন্না খঙই।

প্রোফেসার বাসু মণিপুরদসু কুইনা লৈরম্মী।

থোইদোক্না, প্রোফেসার বাসু অমসুং শ্রীমতী কুমারিকাগী ইমুং- মনুং মহৌশাদগী য়াম্না নক্লবা মরী লৈনরকই, করি অমুক হায়রক্গনি ; ঙাইশেন থোকনৈ। প্রোফেসার বাসুগী মপূং ফবা মমিং জে.কে. (জয়কুমার) বাসু কৌই। ডি. এম. কোলেজদা ওঝা ওইরম্মী ; সিভিক্স (ইকোনোমিক্স অমদি পেলিটিকেল সাইন্স অনী পুল্লগা খঙনরম্মী) তম্বীরম্মী। মহাক গৌহাতি কোটন কোলেজদগী লাকখিবনি। ডি.এম. কোলেজদা সিভিক্সকী ঐচ. ও. দি. ওইনা পুরম্মী। মতম অদো কোলেজ অসি লীংখৎপা নৌরিইংগী রানী। প্রোফেসার কোলোনি, লৈফম চাফম মওং চাদ্রি। মহাক ভারাগী য়ুম অমদা লৈরম্মী, মফম্না থাংমৈবন্দ মাইস্নাম লৈকাইদা। য়ুম্না অদুগী মমিংনা কোইজম মনিতোন কৌই।

মনিতোনগী মচানুপা অমগা মচানুপী অমগা পোকই। মচানুপা অহলগী মমিং চন্দ্রবাবু কৌই। মচানুপীগী মমিংনা জয়মতি কৌই। চন্দ্রবাবুদি শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা কবিরাজ (লায়েংবা মাইবা) ওইনা চৎথ্রগা খুন্দাদুনা লৈথোকখি, নবদ্বীপ নুপী লৌই। জয়মতি অমসুং জয়কুমার বাসু হায়ফেৎ মিংমায়ৈ হায়দুনা নোংমা নোংমগী মীৎয়েং নায়েং অমা তৌনরকখি। জয়মতি অসি বাসুগী ছাত্রিসু ওইবম্মী, ময়ূমদসু টিয়ুসন তৌবীরম্মী। মবানীগী ইথক ইরাং অদু জয়মতিগী মমা ইবেমু খঙই ; মনিতোনসু বাসুবু মমাকনুপা ওইনিংখি। করিনা, মচানুপাসু মীবমদা লৈদ্রে। কৌথোকপদা থোরকউ য়াখিদে।

ইবেমুনা বাসুবু মচাদৌনা লুনা তৌজে। মচানুপী থাজবগী রাফম হৌদোকলুই। বাসু য়াখি। মৈতৈগী হৌনবী মতুংইন্না (নুমিদাংদা) বাসু অমসুং জয়মতি লুহোংখি। মখোয়গী সুমাংদা লৈকাইগী অহল মঙা তরা সাখি ওইহনবগী মওংদা কন্যা দান কৎপদৌনা হোংখিবনি। জে.কে বাসুগী পুন্সি লৈতাখ্রে। মাগী মমা মপা কনাসু লৈখিদ্রবনি। মৈতৈগী হৌন- লোনচৎ, লোল- লী, চাক এন্সাং হান্নদগী চাবা হৈখ্রবনি। কোইজমগী জামাইবাবু ওইদুনা লৈবা তাখি। য়ুমগী ভাবা কোকথোক্লখ্রে। মনিতোন ইবেমুগী মমাক, ময়ানুপা ওইবতসু নত্তনা মচানুপা শক্না লৈরকখি।

বাসু অমসুং জয়মতি পুংবা চাখি। য়াম্না নুংশি চান্নজখি। জয়মতিদি বাঙ্গালী ওংবী অমগী মওংদা সাড়ী শেৎখিদে অদুবু লাইবক্কী শম কারক্তা সিন্দুর নম্মী। কনাগুম্বা খরনা মাবু নোক্লখি, মহাক্না নাচুংখিদে। মৈতৈগী সোসাইতিদা তশেং তশেংলবা বাঙ্গলীদগী মৈতৈ নুপী লৌরগা মৈতৈ য়ুম্নাক্তা ওনখিবা কয়া লৈরকই। থায়নদগী হৌরকখ্রে। মসিদা করিসু নোক্লনিংঙাই লৈতে। বাসুদি মাগী য়ুম্নাক ওনগে হায়বগী রাখল লৈখিদে, মকু মনেম্নসু পামখিদে। জে.কে বাসু ওইনা অদুম লৈরকই।

জয়মতি বাসুনা লুহোংবা মতুং, চহী অমা ফাফাৎত্রিঙৈদা, মচানুপা অমা ফংজখি। মপুবোক ওইরিবা মনিতোন্না ইহান হান্না ফংজবা মশূনুপাবু 'মানসৈ' থোঙ্জে। মপাবুং

জয়কুমার বাসুনা 'শ্রীমান্স বাসু' থোনখি। মবেন ইবেমুনা 'ইবেনগী বাসুনাও' কৌজখি। মপু মবেনগী ঙম্মোক ওইজখি।

"বাসুনাও !" শ্রীমতীনা খঙনীং নীংশিংলত্তুনা কৌরগা হায়রকই –"অবোক ইবেমুনা নঙবু বাসুনাও কৌখিদাই।"

"অস ! শ্রীমতী নঙগী নকোক অদুদি ফৈদা।" শ্রীমান্স বাসুনা নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই –"নঙগীসু ..।"

"ঐগীসু কৈদৌবা ?" শ্রীমতীনা খঙনিংনা হংঙি।

"অশাওবী অমা লৈখিদাই ? অবোক্না হেক হেক পনখিবদো।" শ্রীমাননা ঙাইহাক নীংশিংলুরগা হায়রকই –"নবদ্বীপ মরূ ! হৈ নবদ্বীপ মরূ হায়খিবদাই। নুংঙাইকো অঙাং ওইরিঙৈগী মতমদো।"

"নঙসুনে, হাইব্রিৎ মরূ ! তস !" শ্রীমতীনা ওইনজৈ।

"ওল মেন এন্দ ৱোমেন আর হাইব্রিৎ, আই মষ্ট সে।"

"য়েস, আই এগ্রি।" শ্রীমতীনা মখা তানা হায়রকই –"য়াম্মা চুমথ্রবা ৱানি, য়েক মশেন লৌনবা লৈনবা য়াদে। লুৱাং মঙাং লৌনবা য়াই ; অনীগী প্রদক অদু হাইব্রিৎ নত্তবরা ?"

"হোয় মদুসু মখল অমগী হাইব্রিৎ কৌবা য়াই, সলাই মান্নদে।"

"হাইব্রিৎকী ৱা তোকসি, বাসুনাও !"

"ঐবু বাসুনাও কৌনু, নঙনা হনবা মাল্লি।"

"ইতেবুংঙো কৌজৌরা ? নঙসে ঐগী ইতে থোকই।"

"কৌনুদা, শৌবিংনৈ, হৈনদে।" শ্রীমাননা হায়রকই –"অঙাং ওইরিঙৈগী মিংগৌদো অদুম কৌনসি ; নুংশিদ্রা মতমদো !"

"উম ! তপ্পা তপ্পা নীংশিংলকই।"

শ্রীমান অমসুং শ্রীমতী অঙাং ওইরিঙৈদা শান্নমিন্নরকই। লাইরিক তম্বা কামিন্নরকই। ইমুং অমত্তদা লৈমিন্নরকই। অঙাং ওইরিঙৈ ফমুং অমত্তদা হিপমিন্নরকই। অমনা অমবু উদবদা কৌইথি থিন্নরকই।

"মাঙ্গী ! ঙসিদি ৱা অমা হংনিংঙি।"

"নুংশিদা, মাঙ্গী হায়বা মিং অদো, মাম্মা বাসুনা থোনখিবনি।" শ্রীমতীনা মখা শমথরদুনা হায়রকই –"নত্তে করি ৱানো ?"

"নঙ হেক্তা হায়রগে। হৌজিক্তি অমুক শকখঙনরে।"

"অদোমদগী নঙ...হোয়দা, কোইনগুমসি।" শ্রীমতী কুমারিকানা অসি হায়রগা নোংশিল্লকই –"ৱা অমতা নত্তে, চংথরকউ।"

"নঙবু নবদ্বীপ মরূ, মরূ হায়খিদুবু করিগীনো ?"

"মরূগী মপী মপা থিবা লাকলিবনি, অদুগা...।"

"অদুগা, কৈদৌবা ?" শ্রীমাননা খঙনিংনা নোৎশিল্লকই।

"ঐসু প্রেমনিকেতনগী এলাকাদা য়াম্না লৈজনিংঙি।" শ্রীমতী কুমারিকানা মরৌ লৈরপ্না হায়রকই —"প্রেমনিৱাসতদি লৈরোইদা।"

"প্রেমনিকেতনদা লৈবা হায়দি...?"

"সুম কোইরকপনি, অদুগা...।"

"নঙগী অদুগাসে কোৎচি থাংঙিকো।"

"কোৎচি থোকউদনা।" শ্রীমতীনা ৱা অমরোমদা পুখোক্তুনা হায়রকই —"অতৈ লায়রি, নঙদি কৈদৌরি ? ইবানী ক্লাস মান্নখি, এম.এ. লোইরবা নৎত্রা ?"

"চহী অমা ড্রোপ তৌরুরে।" শ্রীমাননা মখা তানা ঙাংলকই - "হৌজিক্তা খ্বাইগী দাদা ওইরি, এক্সিপ সরভিস চংসিরা খল্লি।"

"পামজবা শিনফমদা চংবা ফৈ।" শ্রীমতীনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই —"এম.এ.দি লোইথোকখো, নঙদি বুদ্ধিসু য়াম্না ফখিদাই।"

"অদুবুদি বুদ্ধি কৈ হায়দুনা মাক্স কৌরিবনি। লাইবক য়েংগে।"

শ্রীমতী কুমারিকা অমুক না হায়রকই —"ফার্স্ট ক্লাসতা পাস তৌবা ওইসনু! আই এম প্রাউদ ওফ মাই..।"

"অদো, শ্রীমতী!" শ্রীমাননা নোৎশিল্লকই —"নঙসিবু ঐগী কন্নানো ?"

"নমাদা হেক হংঙু।" শ্রীমতীনা অসি হায়রগা ৱাফৈদুনা হায়রকই —"ইহে ! নোংসু ঙানদৌরে, কমদৌনা চৎকনি ? ফন্না শাংনসু ল্যাকলে, অমুক হল্লসি।"

শ্রীমতী অমসুং শ্রীমান ঙশায়দগী ৱারী শানা শানা প্লেটফোমগী চিদাইদা য়াম্না নকশিন্না, খম্লাংনা অৱায় অখুম্নদুনা চৎমিন্নরি। মতম কুইনা উন্নরক্রবনি, চোকথবা নাইদে, অরাম খৌরাংবা পোক্তে। মসি হৌনশানি। উন্নরকখিনি থাজনরুদ্রবনি। চিঠি থানবসু তৌখিদে। য়াম্না থাজদনা, খঙহৌদনা থেংনবগী খুদোংচবা নাম্লোকহনিংখিদে, শ্রীমানসু শ্রীমতীসু।

"অদুম লৈবীরমখো, মচি লেঙবীরমগনু।" শ্রীমাননা হায়রকই —"ঐহাক ট্রেনগী টিকেট লৌরুখিগে, তপনদা শিন্নখিবনি।"

শ্রীমতী কুমারিকানা নোকফেৎ তৌরগা নোৎশিল্লি —"ঙাইজরমগে পুন্সি চুপ্পগী ওইরবসু, য়াইদনা শ্রীমান ?"

"নোংঙানবদং ঙাইয়ুদা।" শ্রীমাননা অমুক মখাতানা কাপশিল্লকই —" ঐদি খ্বাই হেক্তা মাঙখিবসু কন্নানা খঙবা...!"

"কৈদৌবৈ খ্বাই মাঙদোইবা ? ঐদি নঙবু অদুম ঙাইখিনী।"

শ্রীমান প্রপ প্রপ চৎথোকখ্রে। শ্রীমতী কুমারিকনা কোইরে লৈরদুনা য়েংলকই।

কদায়, শ্রীমান ? পুমহাং ! করম্বা মিকুপ্তা শ্রীমান চেপ্পোকখিবা ! শ্রীমতীনা উহৌদ্রে। মহাক লুকথরপ তৌনা ঙাইহাক লৈরুই। ওইনজরুই।

অদুবু, ঙাইরি !



নোংঙানবা ঙাইরি।

শ্রীমতী কুমারিকা, নোংঙানবা ঙাইরি। ঙাহৌ ঙাহৌ অমুক হেক চৎথোকই, মখুৎতা সুইটকেস পায়খৎলি ; হান্নগী মফমদা অমুক হেক হজিন্দুনা লেপ্পী। শাংনা অমুকসু চৎলি, ঙাইহাক অমুক লেপ্পী। চা য়োনফম অমদা চা থক্কুনা লৈরিবা নুপা অমনা, মাগী মওং মতৌদু য়েংদুনা লৈ। নুপা অদু অমুবা আনোক উপ্পী. চৈসু অঙৌবা পায়। মীৎতাংবা ওইবা তাই ; নৎত্রগা শাশিন্নবা মীৎতাংবা !

ইখঙ হেক খঙহৌদনা খোল্লাও অমা লাওরকই। শ্রীমতী তাই। মহাক ঙকচান্নে, কদোমদগী খোল্লাওনো ?

“তপন ! প্লিজ লূক অফটর হার, অই এম ইন দেঞ্জর !”

শ্রীমতী (মঙ মঙলিবী নুপী অদু) ইঙক ঙকই। কোয়রৈ লৈদুনা য়েংঙি (তপন ! করম্বা তপন ? প্রোফেসার বাসুগী টেলিগ্রামদা পল্লকপা তপন সিনহা অদুরা ? মাদি কদায়দা ? খোঞ্জেল অসিদি শকহেনবা পাখঙ অদুগীনি। মহাক্তি কদোমদা ? তপন হায়বা অদুনা কদায়দা ? চা য়োনফমদা লৈরিবা মীৎতাংবা অসিরা ? নত্তে, মহাকপু কৈদৌগ্রবা ? হুম মীৎতাংবা অসে নত্তেদা, মচি লেঙদে, চাকনী ফিনীবা ওইরমাল্লে। অমবু ওইরে, নোংঙানবা ঙাইবা ওইনা ব্রেটিং রূমদা লৈরুবনা ফরোইদ্রা ? চিংনরকলে অসুম... কৈনো অমদি মচি মরমদা থেক্লম্বা তাই। ‘আই এম ইন দেঞ্জর’সু হায়খি। করি খুদোংথিবা থোকলিগবা ? মাবু কমদৌনা থিরুগনি।)

শ্রীমতী খোঙশাল্লকই। নোংঙাল্লমদাইগী খরা চিকপা মতমনি, ট্রেন থৌদোক থৌজিলসু খরা লৎলি, মীসু য়াম্না লম্তকনৈ। অদুবু মহাক করিসু চিংনরুদে। মহাক্না তোংলিবা খোঙউপ খূৎনীংব্রাংবী অদুগী কোক কাক লাওবা মখোলনা তাম্থক নাইনা-নাইনা অচিকপা থুগায়রম্মী। মহাক্না তুংহন্না য়েংয়েংদুনা ব্রেটিং নৎত্রগা মী খরা কুংবা মফম থিবা চৎলি। ফনা শাংনা চৎলে, থেংনদ্রে। মী খরা কুংবা মফম অমদা লেপ্পুনা লৈররে। ফিজিনা মমায়গী হুমাং তৈথোকই, মপূক্লিং ফাজিন্দুনা হান্নগুম্না লেপ্পুনা লৈখ্রে। মাগী মীৎয়েং তুং-মাঙ, নাকয়েৎ য়েংবদি তোক্তে।

“বিবীজি ! কো জাবো ?” ফিঙাং ফুরিৎ লিৎপা, লুঙ্গী চাওরাংলাংবা শেৎপা কুলি অমা মমাঙদা প্রপ প্রপ চৎশিল্লকই, মখাতানা হায়রকই—“লা সমান, কোনসা ট্রেন মে... ?”

“চরোদা, কনাই বিবীজিনো ?” মহাক্না কুলি অদুদা চৈহৎলি—“কহি নহি জায়েগা।”

“থিক আছাসে।” কুলি অদু প্রপ প্রপ চৎখ্রে।

মহাক্কী মপূক্লিং অসুম লাংবা হেঙ্গৎলকই, ফাথনবদি হোৎনৈ। মী অমত্তা ফমদবা নুঙফাল অমদা চংশিন্দুনা ফমথখ্রে, চনীংতানা শ্বর হোন্দোকচৈ (ফৈ ! খঙনি, মহাক লাকখিসনু, মশম ফোইগে, ঐ মৈতৈ নুপীনি হায়বা অদু খঙহনবা তাই।)

"দান কোরিবো ! দান কোরিবো !"

খোঞ্জেল অমা খঙহৌদনা তারকই; মখা তানা ৱাহৈ খরসু শমথরকই —"অন্ধাকো দান কোরিবো ! দান কোরিবো !"

চা থকফমদা, চা থক্নুনা লৈহৌবা মীৎতাংবা অদুগী 'বেগেং ভোইস'নি। মাগী চৈসু অত্তৌবা অদুনা প্লেটফোর্মদা কোক কোক থার-থারদুনা মমাঙ পাংনা চংশিল্লকই। অসুম নকশিল্লকই, অসুম নকশিল্লকই।

শ্রীমতীনা চেপথরপ তৌনা পৈরপ য়েংলকই (পুক্সি মথেল মথেলনি, মতেং খরদি পীরমগে। যাত্রিক ঐখোয়গী মতেংনা হিংগনি খল্লিবসে কয়াদা নুংশিখ্রবা ! পুক্সি হায়বসি তম্বা ওম্বা নত্তেকো। ঐসুনি। য়ুমসু থাদোক্লমলে। করি ওইগনি খঙদ্রি, ঐগী পুক্সি।)

মীৎতাংবা শেন নীবদু শ্রীমতীগী মমাঙ ওইরপ্পা লেপলে। চৈসুনা নাক য়েৎতা, মমাঙদা মারকই ; লৈমায়দা অমুক থাদৈ। হৈশিংলবা মীৎতাংবা অমগী মতৌনি, মনাতোন্না সুৎ সুৎ নম্মী, মীনম নমলিব্রা ? কয়াদা লৌশিং লৈখ্রবা ! শ্রীমতীগী মশাদগী নুংশিবা মনম ! মনাতোন্দা চংখ্রমাল্লে । মনাক্তা মী লৈরে হায়বা উরিব্রা নৎত্রগা খঙলিব্রা ?

মীৎতাংবা অদুনা চপ লেপ্লগা হায়রকই --"মাসি ! দান কোরিবো। দান কোরিবো। দুখিকো মদত কোরিবো।"

শ্রীমতীনা (ঐবু নপাই মাসিরা) হায়গে তৌই, হায়দ্রে। ৱা মচেৎ অমতা ঙাংদনা হৌগৎলে। মাগী হেন্দ বেগতগী শিকি চৎপী অমা লৌথোক্লগা মীৎতাংবা অদুগী তিংথোক্লিবা মখূৎ ওয়গী খুবাক্তা পোপ থাদৈ।

মীৎতাংবা অদুনা য়াম্না নাশোল তপ্না হায়রকই —"শ্রীমতীজি ! আই মিন, মাসি ! টেক দিস টিকেট ! আই এম তপন সিনহা ! শ্রীমান্স বাসু এসকেপ... লুক এট দ ৱাল পীল্লর, সি এগেন।" তপন সিনহানা অসি হায়রগা ট্রেনগী টিকেট অমা লৈমায়দা থাদরম্মী। প্রপ প্রপ চৎখ্রে, মচি অমদা সৎ লৈশিনখ্রে।

শ্রীমতী কুমারিকা পূমঙক হেক্তা ঙকখ্রে, লৈমায়দগী টিকেট খুঙ্গৎলি। তপন সিনহানা হায়রম্বা মতুংইন্না মহাক্কী তথক তথক্লবা মীৎস্না অনীনা কোয়রৈ লৈরদুনা য়েংলকই (হি ! করিনো মীৎমাঙদা উরিবসে ? নত্তে, মহাক নত্তে, মাগী মমিনি। ইস ! মহাকসু..?)

মিকুপ খরগী মমাঙদা থেৎলকপা ৱাল পোষ্টরনি।

ইনক হেক নক্লা মায়োক্লদুনা লৈরিবা চাউতকপা যূম্বী অমদা ৱাল পোষ্টর অমা থেৎলি ! মৈঙালসু লৈরি, নোংসু ঙানফুংনরে। মঙাল অদুদা শ্রীমতীগী মীৎয়েং তারুরে। মমীৎ কুপ্পুনা য়েংঙি। ৱাল পোষ্টর অদুগী ময়াইদা মীশক অমগী ফোটো য়াওরি, মখাদা ৱাহৈ খরা থারি—

**"WANTED SHRIMANAS DEAD OR ALIVE !**

**REWARD Rs. 10,000/-"**

কুইদে। মিকুপ খরগী মতুংদা পুলিস ইন্সপেক্টর অমনা মখূৎতা পিষ্টোল অমা পায়রগা মমাঙ পাংনা চেল্লকই। মতুং ইল্লকই—নোংমৈ অশাংবা পায়বা কন্সটেবল মরি, চৈতুপ পায়বা মরিসু। মীয়াম পুম্নমক ঙকচানৈ, হন্দোক্রে। কন্সটেবল অমনা মচীন্দা উমলিবা রেফ্রী অদু (হুইশেল) খোং-খোংলদুনা মমাঙ থাগৎলকই। মীয়াম্না লম্বী পীনৈ। পুলিস টীম অদু চাইথোকনৈ। ঙাইহাক লৈরগা থৌদোকপা হৌখ্রবা ট্রেন অমদা ফন-ফন চোংখৎনখ্রে। ট্রেন অদু গদ্রক গদ্রক য়াংখৎলকই।

নোংমৈ মখোল অমা তাখি। শ্রীমান্সতা পানখ্রবা ? অদুবু ট্রেনগী ইঞ্জিল মখোলদগী কামখোরকপা মখোলনা নোংমৈ মখোল অদু নমহৎখ্রে। মীয়াম্না তানখিদ্রবা ?

অদুবু, শ্রীমতীদি তাখি, ফূক হৌগৎলি। পুলিস টীম অদুবু য়েংলগা লেপহৌই। মহাক লুতোন শাৎখ্রে। নুংশা থিজৈ অদুবু লাই খুরুমদে ; মপূক্লিংদা নুংখৈ (শ্রীমান নাম্থোকখিবা ওইসনু ! ঐ চৎকনি, ইথন্তা। পুন্সিগী খোঙচৎ, ঐগী পুন্সিগী খোঙচৎ ! থিরুগানি লমথুংফম। অদুবু কন্দায়দনো ? ঙাইখিবা তাই, নোংঙানবা।)

নোংঙানবা ঙাইরি।

শ্রীমতী কুমারিকা নোংঙানবা ঙাইরি।



শ্রীমান্স বাসুনা মশাগী ফোটো খঙহৌদনা উরকখি :

মীয়াম তিনবা মফমদা, মরুওইনা, বেলরে ষ্টেসনগী ফক্লাংদা, যুম্বীদা মহাক্কী ফোটো নমখোক্লগা ক্রিমিনেল ব্রান্টেদ নোটিস থেৎলমগনি হায়বা মহাক্না থাজরুদে। অদূক থুনা, নহালদং থোকখিবা থৌদোক অমগী মরীদা মাগী ব্রান্টেদ নোটিস ! মহাক মশামক ঙকচানখি, কনাসু খঙহৌ উহৌদে খঙখিবনি। মসিনা মসি ওইবে, নুমিৎ অদু মহাকসু হোবে হোবে লাকখি, য়াম্নসু তহা তহাখি।

অহিং মমৈ অদুদা মহাক্না লুচিংবা ওইরগা পাঙথোক্তবা য়াদবা থবক অমসু লৈরম্মী। মহাক্না মকোক থোংবা লুচিংবা খবদসু পাঙথোকপা ঙমগনি হায়দুনা ব্রাশকলম্মী। য়াম্না কির্নিংঙাই ওইরবা থবকনি। নুমিৎ অদুগী নোংঙাল্লমদাইদা হাওড়া ষ্টেসন্দগী থাগদৌরিবা দারজলিং মেলগী দাবা অমদা পুগদৌরিবা খূজুক খূৎলায, নোংমৈ মরূনচিংবা মুনগদৌরিবনি, চীংগোল অমদা লংথগদৌরিবনি। ইস ! শ্রীমান অসিদি তাকু ওইরবা ! কলিকাতাদা লাইরিক তম্বা চৎখ্রগা লুটরসু!

মিসন অদুগী থৌরাং তৌরিঙৈদা, প্রোফেসার বাসুদগী কোল অমা লাকখি। তপন সিনহাদা তৌরকপনি, মাবুসু পায়হল্লকউ হায়দুনা পায়রুই, অব্রায়-অখুম্নখি।

"জি ! জি !" শ্রীমাননা অসুম তানা তানা খুম্মী।

"শ্রীমান ! ঙরাং নহাল নঙ কদায় চৎলুই ?"

"জি..আ..আ।" শ্রীমান অশেংবা পাউখুম পীবা ঙমখিদে।

"এনি রে, তপনদা থবক অমা শিন্নখিবনি।"

"তাজরে, জি!"

"নঙ সুরধুনী খঙইদনা ?"

"সুরধুনী হায়দি কনানো, জি ?"

"তপনদা চিঠি ইথ্রবনি। কম ব্রিথ হার। ষ্টেসনদা চংলু।"

"ফর্ন, চংচগে, জি!"

শ্রীমান লাকপা তাখি। হান্নসু হাওড়া ষ্টেসনদা চংপগী থৌরাং লৈরম্মী, তান চান্নরুই। মশাদা তহা তহাবা অমদি লৈরম্মী। মহক্না প্রোফেসারগী য়াথং হিক্তোকপসু ঙমখিদে। তপনদা মপৃংওইনা শিন্নরম্বসু পামখিদে। মাগী খৃৎপু অদু দারজলিং মেল থাগদৌরিবা প্লেটফোর্ম নম্বর ১৩দা লৈহনখি। পোরম পোমিং কয়া তাকলম্মী, তপনসু য়াওগদবনি। অদুবু মহাক্না তপনবু প্লেটফোর্ম নম্বর টেনদা লৈহনখি। সুবধুনীবু তপনদা শিন্নরমলগা (মহাক্না) দারজলিং চংকে খনখিবনি। মতুংদা, হোবে হোবে খুদাং ঘড়ী য়েংলগা প্লেটফোর্ম নম্বর টেনদা চেল্লকখিবনি।

তপন সিনহাদি মশক ওস্লাং ওনশিন য়াম্না হৈ। তৌদবসু য়াদে, মাসু রেকোর্দ লৈরবা পাখঙনি। মহাক্না অমুবা অনোক্কী মতেং লৌদুনা মীৎতাংবা শাশিন্নরগা শ্রীমানগী মওং মতৌ য়েংদুনা লৈখি, লাপতক্না অমুক, নকশিন্না অমুক মমি ওইনা ইন্নখি। মহাকসু য়াম্না নুংঙাইথোকপা পামজবা, থোইদোক্না পাখঙ লৈশাবী ব্রারী ব্রাতায় শাবা তাজরগা মথন্তা নুংঙাইজবা মীতানি। শ্রীমাননা অম্বিকাখোয়গী মনাক্তা ঙাইহাক ঠোক শান্নখিবা অদুসু মহাক উশি, নুংঙাইজখি। মহাক্না মীৎতাংবা শারিঙৈদা খরদং হোরৎখ্রে, শ্রীমানগী ব্রান্টৈদ ফোটো থেৎলকলে হায়বা উহৌদ্রে, চা থক্তুনা ফনা কুইনা পল্হরুই। শ্রীমান মবানীনা ওকপা লাকলিবা নুপী অদুদি ঙস্তানা মশক খঙখ্রবনি। শ্রীমাননা হান্নদগী মথাং তোংগদবা ট্রেনগী টিকেট অনী করুবা হায়দুনা তপন সিনহাদা শিন্নরম্মী। মফম মতম চানা তপন সিনহানা থবক পাঙথোকলম্মী। হেক থংনবা মিকুপ্তা মহাকসু শ্বাই হেক্তা মাঙখি, মশক উখিদ্রে।

শ্রীমতীদি পুমঙক হেক্তা ঙকচান্নখি। অদুবু, শকহেনবা পাখঙ অদু লাকখিনি খন্দুনা ঙাইজখি। অদুম ঙাইজখি। ঙাইদবসু য়াদে। শ্রীমাননা ঙাইরম্মু হায়রম্মী। ঙাইখি, মচি লেঙখিদে হায়বা য়াই ; অমুক চংথোকই, অমুক হঞ্জিল্লকই হান্নগী মফমদা। মপূক্লিংদা হন্না হন্না হংজখি — "শ্রীমান অমসুং তপন সিনহা মীরোৎ মীচেল্লা ?"



শ্রীমান অমসুং তপন সিনহা -- য়াম্না লুনা তিন্নবা মরূপনি।

কলিকাতা য়ুনিভবসিতিদা এম.এ. অরোইবা চহী তমলি, সবজেক্টসু মান্নে ; পোলিটিকেল সাইন্স। রুম মেটসু ওইদুনা লৈমিন্নে। করিগুম্বদা ফমুং পুন্না হিপমিন্নে, পুখম পুন্না চাক চামিন্নে। অরোন অথুপ থম্মদে, ব্রারী কয়া লীথোকনৈ। মথোয় অনী য়াম্নসু পোপুলর ওইবা ছাত্রশিংগী লুচিংবনি। মিংচনবা ফংদবা কোলেজ অমদি য়ুনিভরসিটিগী ছাত্র ছাত্রিশিং, মবানীগী চাকথুংদা মিংচনবা ফংনৈ। ময়ামগী সোসিয়েল ব্রাক্সতা থব্রায়সু য়াওজে, থবক

শিঙ্খোং য়াম্না হৈ, লাংবা খোংপসু য়াম্না পামজৈ। নুপী নহাদা, মফম মতম চাদনা চকচা তৌদে। য়াম্নসু চিং- লেমজৈ অনীমক। লাইরিকসু ফনা হৌরকই। কোলেজ অমদি য়ুনিভর্সিতিগী ছাত্র ছাত্রি পুম্নমক্না মবানীবু 'দাদা, দাদা' হায়দুনা ইকায় খুম্নৈ।

মখোয় অনী চহী ১২/১৩ সুরকপা মতমদগী তিন্নরকপনি। হৌজিক চহী ২৬/২৭কী লোঙ্গানি। স্কুলদা, স্কুলগী পুন্সিদা মবানী য়ৈনখি। ব্রাহৌদি ফুটবোল শান্নবদা, শ্রীমাননা খোংচেপ হায়দুনা তপন তুহনখি, গোল চনহনখিদে। ফিল্ড ময়াইদা হেক্তা ফুন্নরকখি, কাউনবা থিন্নবা কুমহৈ অমনি। লম্বা চাখি। অমনসু হেন্দে, অমনসু নোপখিদে। রেফ্রী খোংলিবা ওঝানা খামদোকপা ঙমখিদে। ফুটবোল মেচ অদু ক্লাস সভেনগী সেক্সন 'এ', 'বি' শীংনবগী থৌদোকনি ; তপননা 'এ' টীমগী কেপ্টেননি, শ্রীমাননা 'বি' টীমগী।

অনীমক অফবা শান্নরোই ঙাক্তনি। তপননা হান্না শ্রীমানদা খুৎনীংনা হনখি। মদুগী খুলং লমন- শ্রীমাননা হনখিবনি। ফুটবোল য়েংলিবা ক্লাস সভেন সেক্সন 'এ' 'বি' অনীগী ছত্রশিংসু মহৈ মহৈ মাগী মাগী টীমগী মীচং চংনরক্তুনা খুৎখোক্লবগী ফিভম অমা য়ৌরকখি। স্কুলগী হেদ মাষ্টর মৃনাল ঘোসনা চৈশাং অমা পায়রগা চেঙ্খোরক্তুনা মখাতানা ইরাং থোকখিদ্রে। মেচ অদু গোল চন্নদনা লোইশিনখ্রে।

শ্রীমানদি হাওড়া ইংলিস স্কুল অদুদা কোন্না মিং চল্লবনি। তপননা শ্রীমানবু মীনৌনি হায়দুনা উৎশিংখিদে। শ্রীমাননসু তপনবু উৎশিংখিদে। স্কুলগী ফংসন খুদিংদা মবানী হিদান্নরকই, শৈরেং থিবদনি খঙদে, দিবেট তৌনবদনি খঙদে। নৌনা মিং চল্লবা শ্রীমান, মাগী ক্লাসকী লুচিংবা ওইরকখি। তপন অমসুং শ্রীমান — থরুম অমদি ইরৈ লৈনরম্মী। মদুগী খুদোংচাবা অদু শান্নবুংদা ফুদোক্লরকখি।

স্কুলগী হেদ মাষ্টর মৃনাল ঘোসনা শ্রীমান অমসুং তপন সিংনহা অনীমকপু চৈরাক পীবা ওইনা ক্লাস সভেন 'সি'দা থৈদোক্তুনা ফাল অমত্তদা ফম্মিন্নহনখি। মবানী, থাদোক্লবা য়াদবা মরূপ ওইরকখি। হেদ মাষ্টরগী থৌওং অদু অঙাং অনীগী মপা মপানসু থাগৎনখি। মপা মপা অনীসু লমহেল্লবা মচা অনীনা খঙনহন্দুনা নৌনা মরূপ ওইরকখি। ইমুং অনী য়াম্না নকশিন্নরকখি, মমা মমাসু মতা ওইরকখি। ঙাইশেনগী মরী ফাওবা থম্লসি হায়নখি। তপনগী মচে নিরমা সিনহাবু শ্রীমানদা থাজবগী ব্রাফম ফাওবা য়ান্নখি। শ্রীমাননা তপনদগী থা খরা হল্লি। মবানী করিগুম্বদা 'ইবাই ইশেন' ফাওবা কৌনদুনা ফাগী তৌনৈ। নিরমানা শ্রীমানদগী চহী খরা হল্লি। অদুম য়াই। নিরমানসু শ্রীমানবু পামজখি। শ্রীমানগীদি মচল মচে লৈতে।

শ্রীমান অমসুং তপন — মতৌ অসুম্না থাদোক্লবা য়াদবা মরূপ ওইরকখি। অরা- নুংঙাই অনীমক্তা শরুক য়ামিন্নদুনা লোয়নরকই। স্কুলদগী, কোলেজদা, মথংদা য়ুনিভরসিতি। তপন সিনহাদি য়াম্না মমিং চৎলবা উকিল সোমনাথ সিনহাগী মচানি। শ্রীমানসু মমিং চৎলগা প্রোফেসার বাসুগী অমত্তা ঙায়হৌরবা মচানুপা অহলনি। কলিকাতাদা এম এ তম্লিবা শ্রীমান্স বাসু — করি তৌরিবগে হায়বা প্রোফেসার সাহেবনা খঙদ্রি। খঙদবসু ফৈ। হন্দক্তি প্রোফেসার বাসু শোয়দনা ব্রাম্বদুনা শিরগনি। মাগী মচানুপা য়াইমা শ্রীনিবাস বাসু পুলিস ফাইয়ারিংদা শিখিবা কুইদ্রি। কমদৌনা, মফম কদায়দা ?

নক্সলবাড়ীদা !

নক্সলবাড়ী ? হোয়, নক্সলবাড়ীদা ! নোংচুপ বঙ্গগী দারজলিং জিলাদা নক্সলবাড়ী কৌবা

খুল অমা লৈ হায়বা কনানসু খঙনরমদে। নোংমা, ইখণ্ড হেক খণ্ডহৌদনা নক্সলবাড়ী অসি য়াম্না মমিং চৎলবা মফম অমা ওইরকখি। ভারত শিন থুংনা খঙনরকখি। পৃথিবীগী মফম কয়াদসু মফম অসিগী মমিং তান্নরকখি, মেপ য়েংদুনা লোকেসন থিন্নরকখি। ভারত, নেপাল অমসুং নোংপোক পকিস্টান অহুমগী ট্রি জংসন্দা লৈবা মফমনি। অকি তুংজুংনিংঙাই ওইরবা মফম ওইরকখি। 'কিল্লিং ফিল্ড' অমা ওইনসু লৌনরকখি। চুম্মী, লৌনফম থোকই।

মফম অসিদা লৌমী শিন্মীশিংগী অচৌবা লাড়াই (Peasant uprising) অমা থোকখি। নুমিৎ ৫২ চুপ্না মীহাৎ মীপুনগী থৌদোক কয়া চৎথরকখি। ইহৌ অসিবু 'Spring thunder' হায়রগসু খঙনখি। মপৃংদা 'নক্সলাইট মুভমেন্ট' হায়রগা খঙনরকই। 'নক্সলাইট' নৎত্রগা 'নক্সল' হায়বা ৱাহৈ অসিগী হৌরকফম ওইরকখি। কোইন ৱার্দ অসি হৌজিক্তি দিক্সনারীদা য়াওরবনি। নক্সলাইট হায়রগা লালহৌ খৃৎপু অমবু খঙনখি।

মতম অসে, নোংচুপ বঙ্গগী রাজনীতিদা য়াম্না তংদু লৈতাদবা তাঙ্কক অমসু ওইরম্মী। লৌয়াম চাবা, ইনাক কৈরক খুনবা জামিন্দরশিংনা লৌমী শিন্মী কয়াবু ওৎ নৈবগী অমদি হক মৎশীবগী থবক কয়া চৎথরম্মী । জামিন্দরশিংনা খৃৎনেক গুন্দা কয়া নেকলগা অতোল অতাশিংবু ফুদেকপা, লৌচা মুন্দুনা হুমাং মমলগী চাকথুং মতিক চানা পীবিরমদে। ট্রাইবেল অমদি আদিবাসিশিংনা লমগী মপু ওইবসু য়ারমদে। শেঞ্জাও পায়বা জামিন্দারশিংনা রাজনীতিগী কর্মী কয়াবুসু খৃৎনেক ওইনা শিজিন্নরম্মী। মরুওইবা ৱাহৌ অনীদগী হৌরকপা মৈরিক মচা অমদগী অকিবা ফংলবা লাম্মৈ ওইরক্লুনা পাক শন্না শন্দোরকখি।

মে ২৫, ১৯৬৭ তা জামিন্দরগী খৃৎনেক খরনা ট্রাইবেল অমা শিনিংচিংতা ফুদেকখি। ট্রাইবেল অদুদা কোট্রনা লৌচা পথাপ (টেন্টেসি লো)কী মতুং ইন্না লৌফম অমা মপুওইবা য়াবগী অয়াবা পীথোকখি। মসিবু য়াদবা জামিন্দরশিংনা খৃৎনেক থাজিন্দুনা লাড়াই অদু চৎথরকখি। ইখণ্ড হেক খণ্ডহৌদনা ট্রাইবেলশিংনা জামিন্দরশিংদা লান্দাখি অমদি লৌপু ওইবা য়াবগী অয়াবা পীগদবনি হায়দুনা দাবী তৌরকখি। নীংঙাই শংদান্নবদগী নক্সলবাড়ীদা ঈহৌ শাগৎতুনা, ইরাং কয়া, মথং মথং চৎথরকখি। গুরিলা লানওং ফাওবা চৎথরকখি, লাকশিনবা ঙমখিদে।

মে থা অসিমক্তদা, লৌচা পুন্না চামিন্নবা (share cropper) অহুম্না সি পি আই (এম)গী ৱাকর ১৫০গা লোয়নরদুনা জোটেদার অমগী পুকৈন্দগী ফৌ মন ৩০০ নমদুনা লৌখৎলুই। ৱাকরশিং অদুনা লাঠি অমদি লিরুং তেন পায়দুনা লান্দারকই। মতুংদগী ক্লাস ষ্ট্রগল লেপ্পা লৈতনা গুরিলা লানওংদা হাৎন-শুনবগী থবক কয়া লেপ্তুনা চৎথরক্লে। মসিবু 'মাওষ্টি ষ্টগল' অহানবা তাঙ্ককনি হায়দুনা লৌনরকখি। তাঙ্কক অসিদা মীওই কুন হেন্না শিখি। খরদি লাঞ্জেনবদা পুলিসকী নোংমৈ মরুনা পানখিবনি। মদুদা প্রোফেসার বাসুগী মচানুপা য়াইমা (অতোনবসু কৌবা য়াই) শ্রীনিবাস বাসু য়াওখি। মহাক দারজলিংদা এক্সকর্সন চৎপনি, মফম অদুদা কাল মৃতু ওইখি।

শ্রীনিবাস লৈখিদবগী মৈচাক মৈশা, ময়াম্বা শ্রীমাঙ্গতা ফাওখিবরা ? শোয়দনসু ফাওফম থোকই। ফাওদ্রে হায়না লৌরবসু, শ্রীমাননা নোংমা, চারু মজুমদরগী লেকচর তারুই। তপন সিনহানা হৌদুনা পুবনি। কোলেজগী ছাত্র ছাত্রি কয়াসু য়াওখি। মখোয় মখোয়গী থম্মোয়দা লোৎতুনা লৈরম্বা মশিঙ্গা উংথোক্লবগী থৌনা লাকখি। কমদৌনা লাকখিবা ?

চারু মজুমদর হায়রিবা নুপা অসি সুমহৎয়াই চেনবা রাজনীতিগী লুচিংবা অমনি। মহাক্রা

ঙাংথোরকপা, ইথোরকপা ইদিওলোজি রাইটিংশিংনা কলিকাতা প্রসিদেন্টসি কোলেজ অমদি কলিকাতা য়ুনিভরসিতিগী ছাত্র ছাত্রিশিংবু চিংশিনখি। কয়া অমা, মাগী মতুং ইন্নবা ওইরকখি। মহাকপু অসুম্না শীংথানৈ — "Charu Mazumdar was prolific in his writings on ideology and virtually became a cult figure."

ভারতবর্ষদা পোকখিবা লুচিংবশিংগী মনুংদা নহারোলশিংনা খ্বাইদগী য়াখিবা মীশক অনীখক লৈ — অমনা শহিদ ভগৎ সিংহনি, অতোপ্পা অমদুনা চারু মজুমদরনি হায়দুনা শীংথানৈ। মখোয় অনীতনা নহারোলশিংগী থম্মোয়দা মরৈপাক নুংশিবা পোকহনবা অমদি ক্লাস ষ্ট্রগলগী লাড়াইদা খোঙ থাংজিনহন্নবগী ৱাখল পোকহনবা ঙমখি হায়নৈ। থোইদোক্না, চারু মজুমদর অসি য়াম্না ইং-তপ্পী, ৱাঙাং খোনফমসু ফজে, তৌবতবু তমখিরবা মশিঙ্গা চেনবা নুপানি।

'হৌজিক লালহৌবা পার্টি অমা শেমগৎপগী মতম ওইরে।'

চারু মজুমদরগী খোল্লাও অমসুং মহক্কী রাইটিংশিংনা নৌরিবা নহারোলশিংদা মথুম মরাং হৌহনখি। মতম অসিৱাইদা কমুনিষ্ট পার্টি ওফ ইন্দিয়া (এম), অশপ্পীদা সি.পি.আই. (এম) অসি অনী থোক্না চিংখায়নরকখি। কংগ্রেস পার্টিগা চুংশিন্নদুনা সরকার শেম্লগী ৱাহৌদগী অনী থোকপী হৌরকখি। চুংশিন্নবা য়াদবা কাণ্ডলুপ অমা থোরক্তুনা সি পি আই (এম-এল) কৌবা অমা ১৯৬৯গী মে থাদা শেমখি। চারু মজুমদরনা মসিগী লুংচিংবনি।

কমুনিষ্ট পার্টি ওফ ইন্দিয়া (মার্ক্সিট-লেনিন্সিট) অশপ্পীদা সি.পি.আই.(এম-এল) অসি নক্সলাইট ইদোলোজি শন্দোক্লবা রাজনীতিগী অচৌবা কাণ্ডলুপ অমা ওইরকখি। ক্লাসলেস সোসাইতি অমা শেম্না হায়বা অসিনা নক্সলাইটকী মরুওইবা পন্দম ওইরকখি। সি. পি. আই. (এম-এল) শেমখিবগা লোয়ননা নক্সলাইটকী খোঙচৎ খোঙথাংসু য়াংশিল্লকখি। চিনাগী লুচিংবা মাও সে টুংগী 'আর্ম ষ্ট্রগল'গী পাম্বৈনা লম লৈজদবা লৌমীশিং অমদি নৈহৎ-তুহৎপীরবা শিন্নীশিংগী অমদি ট্রাইবেলশিংগীদমক্তা জামিন্দাবশিংগা লান্থেংনবা কাণ্ডলুপ অমা ওইরকখি। চারু মজুমদরগী মতুংইনবা কালিকাতা প্রসিদেন্টসি অমদি কলিকাতা য়ুনিভরসিটিগী ছাত্রশিংনা নক্সলাইট মুভমেন্ট শৌগৎতুনা লাওবা হৌরকখি —

"চিনের চিয়ারমেন অমারদের চিয়ারমেন।"

চারু মজুমদরগী মতুংইনবা মীওই নোংমা নোংমগী মশীং হেঙ্গৎলকখি, চউরাক্না চহী অমা, অনীগী মনুংদা পাখোল্লোয় ৫০০০ ! মহাকপু মপৃংদা নক্সলাইট লুচিংবা অমা ওইনসু খঙনরকখি। নক্সলাইটকী ঈহৌবু চিনানা ঙাকলৌ পীদুনা থাগৎ ৱাহৈ কয়াসু চিনাগী পাউচে 'পিপলস দেলী' কৌবা পাউচেদা ইদুনা ফোঙবা হৌরকখি 'Spring thunder over India.'

নক্সলাইট মুভমেন্টবু মিরাং মহুমগী মতৌগুম্না পাক-শন্না শন্দোক্লবা শিল্লিবনা 'কানু স্যানাল' কৌই। মমিং চৎপা লুংচিংবনি। চৈরক অদুদা 'রিভোলুসনরী য়ুথ এসোসিয়েসন' (আর.ৱাই.এ.) কৌবা অমসু শেমগৎলকই। মসিগী চিয়ারমেনসু চারু মজুমদরনি। মহাক্না মাগী খোঙলোয়শিংদা অসুম্না ইনোং পীদুনা লাওবা হৌরকই —'Expand anywhere and everywhere.'

মতৌ অসুম্না নক্সলাইটকী ঈহৌ অসি নক্সলবাড়ীদগী মথং মথং শন্দোরক্তুনা মীশি মীনা,

ইরাং কয়া থোরকখি। বিহার, অন্ধ্রপ্রদেশ, উত্তর প্রদেশ মমৈথংদা কেরলা য়ৌনা শন্দোরকখি। লৌমী শিন্নীদসু নত্তনা ছাত্র কয়া কয়া নক্সলাইট ওইরকখি। 'নক্সল' নৎত্রগা 'নক্সলাইট' হায়বা অসি মেজিকেল ৱার্দ অমসু ওইরক্তুনা পাখঙ লৈশাবী কয়াবু চিংশিনখি। নোংমতা কাংদনা ইরাং কয়া থোরকখি। পুলিসতগী খুৎলায় মুনবা, বোম শাবা, বোম লংশিনবা, নোংমৈ শাবা অসিনচিংবা কয়ানি। মমৈথংদা নক্সলাইট হায়রিবা খুৎপু অসি য়াম্না তমথিরবা, মমিং তাবদা কিন্নরবা লালহৌ লুপ অমা ওইরকখি। কোমরেদ লিশীং ৫০০০ সুরকখি।

শ্রীমান অমসুং তপন সিনহা অনীসু চারু মজুমদরগী মতুংইনবনি। মমৈথংদা, নক্সলাইট ওইরকখি, আর ৱাই এগী মেম্বরসুনি। মবানীদি ওভর গ্রাউন্দদা লৈবনি, মরুওইনা মী খোমজিনবগী থবক তৌই। নোংমৈ মুনবা লাকপসু য়াওরুই। নোংমা নীনিগী মমাঙদা শ্রীমাননা পুলিস ওফিসার অমদগী পিষ্টোল মুল্লুই, লাক্ল-ফান্দুনা তৌরুই। মহাক খঙশাও শাওনিংলকখি, মনাওনুপা নীংশিংলকখি। পুলিস ওফিসার অদু কাপথৎলুরে। মহাক্লদি কন্নাসু খঙহৌ, উহৌদে খনখির্বনি। পুলিস ওফিসার অদু খুদক্তা শিখিদে। মহাক্না শ্রীমানগী মশক মমিং মথা পীরম্বনি। কলিকাতা সহরদা শ্রীমান অমসুং তপন সিনহা খঙদবা অতাংবনি। থৌদোক অদু তাপনদি য়াওখিদে।

ঙসিদি, শ্রীমানগী ফোটো ৱাপ্তৈদ লিষ্টতা থেৎলরে। মরম অসিনা মহাক চেনখিবা তবনি, লোৎপা নত্তনা পাম্বে লৈত্রবনি। মহাক দারজলিং মেল তোংখিদ্রে। মাগী ফৈরুদা নোংমৈ মরূ পানখ্রে। মহাকপু নুপী অমনা ঙাইহৌরি হায়বা মহাক খঙই। মাগী ফোটো উরমলগনি হায়বসু মহাক খঙই। মহাক হিংলিব্রা নৎত্রগা শিখ্রব্রা ?

শ্রীমানদি নোংঙানবা ঙাইবা ঙমখিদ্রে !



অহিং হৌখ্রে!

অহিং কয়া অমসু হৌখ্রে। অৱাবা অহিং, নুংঙাইবা অহিং ! চহী কয়া অমসু হৌখ্রে। শ্রীমতীগী পুন্সিদি কমদৌরি ? ঙসিসু (মহাক্না) খৌরাংনা ঙাইজরি। কন্নাবু ঙাইরিবা ?

"অদুম লৈবীরমখো, মচি লেঙবীরগনু !"

চহী কয়া মমাঙগী ৱাহৈ ! অসুম অসুম অর্থ লৈরকলি। ঙসিসু মহাক্না ঙাইরি, কাউঙমদ্রবা ৱাহৈ অমসু ওইহৌরি। শকহেনবা পাখঙ অদু শ্বাই হেক্তা মাঙখি, হাওড়া ষ্টেসনদগী শ্বাই হেক্তা মাঙখি। শকউদবা খোঞ্জেল অমদি তাখি, খঙখিদে মায়কৈ কদোমদগী লাওরকখিবনো। ৱাহৈ খোনফম অদুসু মহাক্না নীংশিংলকলি –

"তপন ! লুক অফটর হার, আই এম ইন দেঞ্জর !"

শ্রীমতী (মঙ মঙলিবী নুপী অদু) ঙকচান্নখি। হেক থংনবা মিকুপ্তা মখোলসু তাখিদ্রে, শকহেনবা পাখঙ অদুগী মশকসু অদুম উখিদ্রে। মায়কৈ কদোমদা মাঙখ্রবা ?

মঙ নত্তে ; তাইবংনি।

তাইবংগী মচু শংদুনা লৈহৌরগদবা থৌদোকনি। লাষ্ট এন্দ ফাইনেল মীটিং হায়বদুরা ? মতম কুইরবগী মতুংদা, মখোয় অনী তশেং তশেংনা উন্নখি। মঙ নত্তে, হাওড়া ষ্টেসনগী থৌদোক। মখোয় অনী অঙাং ওইরিঙৈগী মরূপনি, অদুগা পুংবাসু। পুংবা হায়দি ? ফাইবোক পোকমিন্নবা মচীন মৌপ্পাসু পুংবা কৌনৈ। মদু নত্তবা পুংবাদি ? অঙাং ওইরিঙৈদা মবানীসু 'বাল্য বিবাহ' (চাইল্ড মেরিএজ) তৌখিব্রা ?

থাজবা লৈ। মসিগী থাজবা লৈ। ইমুং মনুং য়াম্না লুনা তিন্নবা মমা মপানা নচা ইচা পীনসি হায়দুনা ব্রাশক্লবসি চংনরকই। অঙাং নুপা নুপী অদুদসু খঙনহল্লি। অঙাং ওইনা লুহোংবা হায়বা অসি মফম অয়াম্বদা চংনরম্মী। মসিগী অফ- ফত্তবা কয়াসু লৈতবা নত্তে। চুম্মতা অঙাং ওইরিঙৈদা মমা মপা ওইবশিংনা মচা নুপা নুপী ওইবশিংবু 'রাধা কৃষ্ণ' শাহন্দুনা জগোয় রাস কৎনৈ, মচাশিংগী কুম্মৈ য়েংজরগা পেঞ্জে ; মপি শিল্পরগা ভক্তি রসতা কপচবসু ঙম্মী। ফজে, লাইনীং পরে চেৎপগী মশক অমনি।

অসিগুম্বা বাল্য লীলা অসিদগী অঙাং অনী অদুদা পুংবা ওইবগী ব্রাখল পোকহনখি, চহী নৌনা শৃঙ্গার রস অমদি যূম্বাল পুন্সিগী নুংলোন খঙহল্লি। মসিগী অফবসু, ফত্তবসু অনীমক লৈতবা নত্তে। রাধা কৃষ্ণ শাখিবা অঙাং অনী নীংনহনবা হৌরকই। পাখঙ লৈশাবী ফারকপা মতমদসু পাক হেক কাউথোকপা ঙমদবা লংলা লংজিল অমা ওইরক্লা নৌহৌনা পুংবা ওইখিবসু থোক্তবা নত্তে। রাধা কৃষ্ণ শাখিবা অনী অদু কৃষ্ণশাবা, রাধাশাবী হায়দুনা কৌনবসু য়াওই। নুংঙাইরবা কুমহে অমা ওইহল্লকই। মতৌ অসুম্না, শকহেনবা পাখঙ অদুসু শ্রীমতী কুমারিকাগী কৃষ্ণশাবা ওইরিদ্রা ? অমবু ওইরবসু, হাওড়া ষ্টেসনদগী শ্বাই অদুম মাঙখ্রে।

মবানীগী মওং মতৌ য়াম্না হকচিন্নবা মতৌ অমা উখি। নুংগী ব্রানা নুংদা থমলগা পানগী থৌদোক থৌজিন শান্নবগী মওং অমসু উখি। মিকুপ খরগী মতুংদা পাখঙ অদু উনা উনা শ্বাই হেক্তা মাঙখি— মীরক্তা চেনশিনখি। মতুংদি কদোমদা ? মহাকসু পি. কে. রোইদৌনা খুজিন খুনাম্বোক্তগী প্লেটফোর্মদগী লুথনা লৈরিবা টলিদা তাশিন্দুনা মখোঙ মখূৎ চপখ্রবা ? মতুংদা অমুক রন্নীং ট্রেন অমনা চেন্দুনা পুখ্রবা ? মীরক খায়- খায়দুনা ফন্না শাংনা চেনখিবনি। মচি মরুম অমদা চেনশিন্দুনা লোৎখিব্রা ? থাজবা লৈ। ট্রেনগী ট্রেনমক্তনি, খুদক্তা থৌদোকখিবা ট্রেন অমদা (ঙাইহাক লমদনবা ওইনা) খংচোং চোংখৎলগা চেনখিব্রা ? ব্রাহংতনি। মহাক্না অরোইবা ওইনা লাওবদি লাওরম্মী – "তপন ! লুক অফটব হার, আই এম ইন দেঞ্জর!"

শ্রীমতী কুমারিকাদি পুমঙক হেক্তা ঙকচানখি। শকহেনবা পাখঙ অদুসু তপন সিনহাসু অদুম হেক্তা উখিদ্রে। মহাক্নদি শকহেনবা পাখঙ অদু লাকখিনি খন্দুনা ঙইজখি, অদুম ঙাইজখি। ঙাইদবসু য়াদে, শ্রীমাননা হায়রম্মী—" অদুম লৈবীরমখো, মচি লেঙবীরমগনু।"

অহিং অদুমসু, শ্রীমতীনা শকহেনবা পাখঙ অদুবু ঙাইজখি।



অদুঙৈ হাওড়া ষ্টেসনগী অহিং মমৈ!

শ্রীমতী কুমারিকানা ঙসিসু নীংশিংলি। কৈদৌঙৈদসু কাউথোকপা ঙমদবা অহিং অমা ওইহৌরি। করম্নসু কাউরক্পানি ? মাগী পুন্সিগী ফিরেপ হোংখিবা অহিংনি। মহাক্না খল্লুবনা

অমা, থেংনরুবনা অমনি। মহাক য়াম্না থাজখিদে, য়াম্নসু ঙক্না থোকখি। মহাক লৈতাফম খঙখিদে। শ্রীমানগী তাংদাংবা অমত্তংদি খঙখিগে খন্দুনা কোয়চৎ চৎলি।

শ্রীমাঙ্গ বাসু ! মাগী থম্মোয় নুংগী শ্রীমান; নক্সলাইটকী অমদি রিভোলুসনরী য়ুথ এসোসিয়েসন (আর -ৱাই এ) হায়রিবা লুপ অদুগী অচংবা কেন্দ্র অমনি হায়বা খঙলকখি। শ্রীমানগী ফোটো থেৎলিবা মফমশিংদা মী কয়া ওমশিন্নরকই। মখোয়না ঙাংন- শক্নরকপদগী শ্রীমতীসু পুম্নমক খঙবা ঙমখ্রে। মহাক য়াম্না ৱাজখি।

শ্রীমতী কুইনা পম্বুবসু পমখিদ্রে। মাগা শ্রীমানগা ফনা কুইনা ৱারী শাদুনা লেনখি। মদু উহৌবা কনাগুম্বনা মাবুসু থিরক্কদ্রা হায়বগী চিংনজখি। মহাকপু পুলিসনা ৱাহং পাউহং তৌনবগীদমক ঙাইহাক্তং ওইরবসু ফাজিন্দুনা থম্বা য়াই। মহাক নুপীনি, লৈরিবা মফমসু মীরমদনি। নুপীনা পুলিসকী কষ্টদিদা লৈবা হায়বা অসিমক্তবু অয়াম্বা মতমদা খুদোংথিনিংঙাইনি। মসি, মহাকসু খঙই। মহাক্না তপন সিনহাবুসু উন্ননিংখিদ্রে। তপন্না মহাকপু মত্তং পাংলম্মী। মপুন্নিংদা থাগৎচৈ (তপন সিনহাসু নাম্ভোকখিবা ওইসনু !)

শ্রীমতীদি মীগী ফনবত খনবীনি, খঞ্জে (মখোয় অনী মরালগী মতুং ইন্না ফংফম থোকপা চৈবাক্তি ফংজসনু। অদুবু পুক্নি নুংশাংনা হিংদুনা লৈবদি ওইসনু! শ্রীমান শিখ্রবদি মনুং মতম চাদনা ... ঐদি করি ওইহৌনি! ঐনা মহাকপু ঐগী ইপুরোইবা শ্রীমান অমনি হায়দুনা অসুপ কুইনা নীংজরকলবনি... অরোইবা লায়েংগী চাংয়েং ওইনা মাগী মফমদা থৱায় হকচাং কৎলুবগে হায়দুনসু লাক্লবনি। নত্তে, ঐবু চংনা লুখ্রাবী !)

শ্রীমতী ঙাইহাক খঞ্জনৈ। কুইথনা খনদে। পাইরক লৌশিং লৈবীনি, লোন- লিসু অদুম খঙবীনি। কুলি অমা ফারগা মাগী সুইটকেস মচাদু পুহল্লি ; মখৃৎতা পাইরিবা টিকেট অদু উৎলি। কুলি অদুনা মাবু অতোপ্পা প্লেটফোর্ম অমদা লমজিংদুনা পুবিরে, ফমফমসু তাকপীরম্মী। মহাক্না কুলি অদুদা লুপা মঙা চৎপী নোট অমা পীথোকখি। কুলি অদুনা সলাম তৌরমলগা অতোপ্পা যাত্রিক ফংদুনা চৎখ্রে।

শ্রীমতী উংজানৈ, ট্রেনগী থোঙনাও ময়াদা ঙাথরগা মপানলোমদা মীৎয়েং থমজৈ, মপুন্নিংসু য়াম্না চরাংনৈ (শ্রীমান অদুবু হিংলিগদ্রা... পুলিসনা ফাখ্রবা ? নোংমৈ মখোল অমদি তাখি। মহাক্না রন্নীং ট্রেন অমদগী চোংথরগা চেনবদা পুলিসনা নোংমৈ কাপখিবসু মাল্লি... অদৈদি মহাক ! অস ! (মহাক নুংশা শ্বর হোন্দোকই) মহাক হিংবা ওইসনু! মনাও নুপাসু লৈখিদ্রে। মহাক অমুক শিখ্রবদি লোইরেদো... ঐবুদি লাইরি ; ইমুং অদুগী শাগেগী থাউমৈ মুৎখ্রদ্রা ? হে নদীয়া বিহারী ! অহানবা ওইনা খুরুমজরি। শ্রীমানদো মফম অমদবু ওইরবসু হিংবতদি হিংহনবীয়ু! ঐসু হিংবা তাবনি, পাম্বে অমনবু ওইরবসু।)

ট্রেন চেনবা হৌখ্রে।

শ্রীমতী কুমারিকানা মপানদা মীৎয়েং থম্মী, রেলৱেগী ট্রেকশিংদা মী অশিবগী হকচাং তাদুনা লৈব্রা হায়দুনা য়েংলিবনি, য়েংন- য়েংনা ট্রেনগী থোঙজেলসু য়াংখৎলকখ্রে। করিসু উবা ফংখিদ্রে। লেপ্পা লৈতনা ট্রে অদু অৱাং পাংনা চেংনখৎলকই, চেনখৎলকই। মহাক য়াম্না মীৎশিং নাশিংবী নুপীনি। ষ্টেসন অমা হেক থেংনবদা, খান্নদা, মমিং খঙজিল্লি। মাগী দায়রীদা নোট তৌশিল্লি, পৃং য়েংঙি। মাদি দায়রী ইবসু য়াম্না পামজবনি। মহাক করিগুম্বা অমা ইগে হায়নসু খল্লকই, ইনিংবগী ইথিলসু পোক্লকখি। হান্নসু মহাক স্কুল কোলেজগী মেগাজিনদা

ব্বারেং শৈরেং খরা ইদুনা ফোঙখ্রে। মহাক ঈশৈসু পামজৈ, মতেক খরা ডি. এম. কলেজগী ওঝা খোমদোনগী মখাদা তমলকই।

ইখঙ হেক খঙহৌদনা মহাক মুস্থরকই। ট্রেনগী খোঙচৎ অসিদি নাওশূমগুম্বনি, হেক্তা তুমনিংবা পোকই। মহাক অহিং চুম্লা পূক্রিং হকচাং ব্বারকই। মহাক উইথখ্রে, তুমথখ্রে। পূংজা খরগী মতুংদা ট্রেন অদু শ্রীধাম নবদ্বীপ হেন্দোকখ্রে। মাদি খঙহৌদ্রে। অদুম তুম্মা তুম্মা ষ্টেসন মচা অমা অনীসু হেন্দোকখ্রে। লমখাংদা মহাক মীৎকপ থোরকই। মহাক কদায় য়ৌরবগে হায়বা খঙখিদ্রে ; খ্বাই লাওই (হি ! ঐদি কুইনা তুমলুরেনা ! নবদ্বীপুবু লৈহৌরব্রা অদুগা প্রেমধোনীদি ?)

মহাক্না ট্রেনগী থোঙনাওদগী সাইন বোর্দ য়েংলকই। লমহাং লমলক ওইনা তৌই ; থোইদোকপা সাইন বোর্দ উখিদে। মহাক পাখৎলপ তৌই। অমবু ওইরে, ট্রেন অদুনা হেক খাম্বা মফমদা কুমথরগা লৈহৌরগে খল্লি।

মাগী মতৌ অদু মনাক্তা লেপ্তুনা চানা য়োন্নবা হোৎনরিবা বিহারী অমনা উরে, খুদক্তা হংলকই—"দিদি কদায় চংকদবনো ?"

"ঐবো, পহল্লে নবদ্বীপ।"

"নবদ্বীপতি তাম্না লৈহৌরেনা।" বিহারী মচা অদুনা শমথরদুনা হায়রকই —"মথঙদা প্রেমধোনী লৈরে।"

"প্রেমধোনী !" শ্রীমতী কুমারিকানা মায়থোং মকা লাম্না হায়রকই —"ফরেদা ! মফম অদুনি ঐগী মঞ্জিল !"

"প্রেমধোনীদা কৈদৌবা লাকপনো ?"

"ঐবো ?" শ্রীমতীনা খুমগে তৌই (হ্বা নাইবা) মচীন্না অদুমক্তি ঙাংথোকপা ঙমখিদ্রে, হায়রকই —" অসুম কোইরকপনি।"

"তু ! তু ! মাঙদা, য়ৌবু য়ৌরে প্রেমধোনী।"

ট্রেন খামখ্রে।

শ্রীমতী কুমথহৌরে। ঙাইহাক লেপ্লগা কোয়রৈ লৈরদুনা লম্মীৎ তুম্মীৎ য়েংঙি। যাত্রিকশিংগী মতুং ইদুনা ষ্টেসনদগী রিক্সো পার্কিং তান্না থোরক্লে। রিক্সো ড্রাইভর অমদা মাগী লমথুংফমগী ঠিকানা অদু উৎলি।

"তোংখৎপীয়ু, মেম সহেব!"

শ্রীমতীনা খুমগে তৌই (ঐবু কনাই মেম সাহেব ! ঐদিকো শ্রীমতী কুমারিকানি, লুহোংদ্রিবী শ্রীমতী)। নুংগী ব্বানা নুংদা থমলগা হায়রকই—"কয়াম লাপ্লি ?"

"থোইনা লাপ্তে ; ভরাদি লুপা মঙা।"

"মফম চানদা থুংহল্লু, লুপা ১০দুম পীগে।"

রিক্সো ড্রাইভর অদুনা খোঙনেৎ ওৎনা ওৎনা হংলকই —"মেম সাহেব ! অদোম কদায়দগী লাকপনো ? মণিপুরী মৈতৈরা ?"

"কমদৌনা খঙই ?"

"মেখলা কৈ মানবীদো শেৎপা নুপী কয়া থেংনখ্রে।"

"মফমসিদা মৈতৈ নুপী য়াম্না লাকপ্রা ?"

"লাকই, কাতোব্রাদা ম্লান তৌবা।"

"ঐদিকো, ঈরুপ্পা লাকপা নত্তে।" (ইব্রা নাইবা) শ্রীমতীনা খঙহৌদনা মচীন্দগী হায়দোকখ্রে—"নুপা ফাব্রা!"

"নুপা ফাবা হায়বদি কৈনো, মেম সাহেব ?"

"সোরী সোরী!" শ্রীমতীনা শেংদোকই—" ওঝা ওইবা লাকপনি" (তান চারগা কন্নানো অমদা ওংনিদনা।)

"কদায়দা... কোলেজদরা, স্কুলদরা ?"

"প্রেমনিকেতন কোলেজদা।"

"মণিপুরদগী অসুক লাপ্প্রা।"

"প্রোফেসার বাসু খঙইদনা ?"

"খঙই, য়াম্না মমিং চৎপা গুরুনি।"

"মহাক ঐগী মাম্মনি, ইনে লৌহি।"

"খঙই, মাগী নুপীদো...?"

"কৈদৌবা ? ইনে জয়মতিবু কৈদৌগ্রবা ?"

"মচানুপা শ্রীনিবাস শিখিবদগী ঙাওদুনা লৈরবনি।"

"অদুগা মচানুপা অহল শ্রীমান্সতি ?"

"লৱাইসিদা লৈনিংদে হায়দুনা কলিকাতাদা লাইরিক তমলি হায়।" রিক্সো দ্রাইভর অদুনা মখা শমথরকই—"শ্রীমান্সতো ...।"

শ্রীমতী ঙাইঙমদে, খুদক্তা হংঙি—"শ্রীমান্সতো কৈদৌগ্রবা ? মাগী করি পাউ তাই ?"

"য়াম্না অচংবা পাখঙনি।" রিক্সো দ্রাইভর অদুনা শদৌ থোংনা থোংনা খোঙনেৎ নেৎলগা হায়রকই—"শ্রীমান্সসু মপাদৌনা মশক নাইবা অমদি ওইরগা মখুনদা লাক্কনি। মপাগী স্কুল, কোলেজ মহাক্না চলাইরবা য়াই।"

(ফরেদা শ্রীমান্সকী পাউ য়ৌরমদ্রি) শ্রীমতীনা মচীন থোক্লা হায়রকই—"ঐসু অদুম খল্লি! লাকখিনি শ্রীমান্স বাসু!"

"শ্রীমান্স খঙবীব্রা ?"

"করি খঙদনি, মহাক মণিপুরদা পোকখিবনি।"

শ্রীমতী নুংখন্নে (অদুগা মহাক ঐগীদি... নত্তে কৈসু। অঙাং ওইরিঙৈ, মেন তাদ্রিঙৈগী মতমদা, লুহোংবী শান্নমিন্নখি। নোংমসু চাকথোংবী, নোংমসু চৈতেক কোৎপী, অৱা শগোল

তোংবী, য়াওশংদা আবের তৈনখি, অতৈসু কয়ানি। মহাক্না নিঙোল মচা, ঐনা পিবা মচা। ইমুং অমত্তদসু লৈমিন্নরকই। নিঙোল মচা, পিবা মচা লৌন-লৈনবসি য়াব্রনে, করি য়াদনি। য়াদ্রবসু ইবানী কদায়দনো লৈমিন্নরুগে লাকপনি, মহাক নত্তনা ঐগী মতিকচাবা শ্রীমান লৈতে। ঐসে মাগী নুপী অমনি হায়দুনা খঞ্জখ্রবনি। ঐ মাগী শ্রীমতীনি ; শ্রীমতী কুমারিকা ! অদুবু, কদায়দনো শ্রীমান ?)

রিক্সে খাম্মী। শ্রীমতীনা প্রেমনিকেতন কোলেজ থাবা সাইন বোর্দ উরকই। নুংঙাইজে, মোমোন্নে (য়ৌরেদনা মঞ্জিল ! অমবু ওইববসু হৌবা তাবনি ; পুক্নিগী অনৌবা পন্দুপ ! মফম অসিদা নত্তনা ঐগী লায়েংফম, শাইদাংফম লৈতে ; ঐবু লায়েংবা ঙমগদবা মীশক্তি শ্রীমান্সতনি, শ্রীমান্স বাসু ! ঐগীদি শ্রীমান ! অদুবু, মহাক হিংলিব্রনে, বাসুনাও ?)

"য়ৌরে, মেম সাহেব !" রিক্সো দ্রাইভরনা কুমথরগা হায়বকই —"বেগতু পীয়ু, ঐহাক মনুং য়ৌনা থিনজরমগে।"

শ্রীমতীনা মখা তানা হায়রকই —"য়ানিদা, থোইনা লুম্বা নত্তে। সে সে লুপা ১০ ।"

"লুপা মঙাদং লৌজগে, মেম সহেব!"

"ঐদি হায়দোকখিবা ব্রা হোংদে, অদুম লৌরো।"

"ফরে ফরে, নোংফাদোক অমুক তোংবীয়ু।"

"চাচা ! মিংদি করি কৌই ?"

"হিমদ সিংহ!"

"করি লমগী সিংহনো ?" শ্রীমতীনা নোৎশিল্লি —"মিংসু হিমদ ! যাম্না পাঙ্গল থৌনা লৈরমদৌ মাল্লিকো।"

"বিহারগী সিংহনি। ইচা শিখিবদগী ইশাসে খংশোন শোন্থ্রে।"

"নচাদি কৈদৌবদা শিখি ?"

"ইচাদো ...।" হিমদ সিংহনা নাশোল তপ্না হায়রকই —"চারুদাগী মতুং ইন্দুনা কলিকাতাদা আন্দোলন য়াওরুই হায়, লাঠি চার্জদা শিখ্রে।"

"ও ! মফমসিদদি নক্সলাইট লৈব্রা ?"

"হৌজিক ফাওবদি তাদ্রি।"

"ফরে, চাচা ! চংখ্রগে।" শ্রীমতীনা অসি হায়রগা রিক্সোদগী কুমথরে, মখূৎতা সুইট-কেস পায়খৎলগা কোলেজ গেটতা চংশিনবা হৌখ্রে।

"মেম সহেব !" হিমদ সিংহনা খঙকৌ কৌবগা হায়রকই —"মিং করি কৌবীবগে, ঙশায়মখৈ হংহৌদ্রে।"

"ঐবো ?" শ্রীমতী মমায় লৈথোবক্তে ; চপ লেপ্লী অদুগা হায়রকই —"বাসু ওংবী শ্রীমতী কুমারিকা ! (তস ! হায়দুম হায়গে।)"

রিক্সো দ্রাইভর অদু ঙাইহাক চম্মনৈ, মুরুম মুরুম শোন্দুনা লৈহৌই—"বাসু ওংবী শ্রীমতী কুমারিকা !"

শ্রীমতী কুমারিকানা খল্লি (উম, বাসু ওংবী শ্রীমতী কুমারিকা ! হৌরগে পুন্সিগী অনৌবা পন্দুপ অমা ! ঙাইখিগে মফমসিদা ; লাক্কনি মহাক শোয়দনা ! অদুবু, মহাক হিংলমখিদ্রা ?)

মহাক লেপ্পুনা অদুম লৈরি ; ঙাইহাক নুংবংনৈ।



প্রেমনিকেতন কোলেজগী এলাকা !

মায়কৈ মরি চেকপল খাই, মমায় নোংপোক ওল্লি ; মেন গেট লাওনা ফাৎলি। মেন রোডকা কোলেজগী গেটকা থোইনা লাপ্পদ্রে। কাতোব্রা রোড়কী নোংপোক থংবা মচিন্দা প্রেমধোনী মৈদান লৈখ্রি। মৈদানগী ফিজিলগা প্রেমধোনী গঙ্গা মপানগা শম্নখ্রি ; কাহেন্না লাপ্পসু নত্তে, য়াম্না নকপসু নত্তে। মহৌশাগী ফজবা খিবিক্লা লৈতেংলবা মফমনি। অশেংবা নুংশিৎ নুংশা ফজনা ফংঙি। অকোইবা অসি সহর মচা অমনি অদুবু চমলবা খুল অমদৌনা ইংনা চিক্লা লৈজবা মফমনি। অকে অমৌ হিদান্নবগী মওং মতৌ উদে, খুঞ্জাশিং চম্মী ; লাই নীংই। অচৌবা কোল কারখানা লৈতে, ব্রিক ফিল্ড খরা তাম্না উই। লৌউ শিংউবনা মরুওইবা শিনফম ওইনৈ, ফিশা লোনশা, কোটেজ ইন্দষ্ট্রিজ মচা মচা খরা লৈবা উই। পৌরপ্পা শক্তম খরা অসিনা (কোলেজগী) অকোয়বগী রামচংনি। প্রেমধোনী স্কুলনা অরাংলোমদা খরা চংখৎলগা লৈখ্রি। কোলেজ অমসুং স্কুলগী মরক্তা প্রোফেসার বাসুগী লৈফম (প্রেমনিবাস) লৈ।

শ্রীমতী কুমারিকা, কোলেজ গেট্রা মমায় নোংপোক ওন্দুনা লেপ্লগা চাউরাকপা শক্তম অদু য়েংথোকই ; গঙ্গারোমদগী শিৎলকপা নুংশিৎনা মশাদা য়ৈররি। মহাক নুংঙাইজে, মশা অদু খরা তেকখৎচৈ (ফজৈদনা মফম অসিদি, ঐনা হেক লৈজনিংবা মফম হাযবদুনি। করিগীসু লৈনিংঙোই... মফম অসি ঐগী নুপা ময়ুমনি... হং হং ! চীন কাংথোকপা য়াদ্রি। শ্রীমানদুবু কমদৌরমগবা ? পূরিং অসে নীংকোক নীংকোক... মাম্মা বাসুনা হংলক্লগা ঐনা করি খুমলুগনি ? ফরে, অমবু ওইরে চংশিল্লগে, থোকলবা থোকলসনু।)

শ্রীমতী কুমারিকা (নুংরাখল কয়ানা, নুংদা খল্ল- খল্লদুনা) কোলেজগী এলাকা মনুংদা চংশিল্লকলে, শামু খোঙথাংগুম নোমহৌ নোমহৌ... কোইরাওনরবী মীৎম্না অনীনা, নাক- য়েৎতা কোয়য়েং য়েংঙি, মখোঙ থাংজিল্লকই ; খজিক খজিক ; তপ্না তপ্না ।

ফরাইকোল (চেকপল) মনুংদা লৈরমলিবা কোলেজগী কম্পাউন্দ — য়াম্না পাক চাউই, মেন হোজং ওইরিবা লম্বী অচৌবা অদুদগী লম্বী মচা কয়া শন্দোকখ্রি। তোঙান- তোঙানবা রোক্কী চৎফমনি। অশংবা নাপীগী চাংমান্নরবা লম্পাক, কাখল কয়া, লম্বী মচাশিংগী নাক- য়েৎতা লৈখ্রি। লৈগী ফৈদোম ফৈদোম নেমতক্লা, মনা পুংলবা উপাম্বী মচাশিং, লন্না অমসুং লাপ্না হৌরি। হকচিক লাংফম ওইরি। ছাত্র ছাত্রি কয়া ফমলি, লাইরিক পাবসু য়াওই, রাচোই ঙাংবসু। লৈগী লৈখল লৈচু সুরে —দেশীগী অমদি প্রদেশী ! অতরগুলাপ মচু মচুগী ফৈদোম, চন্দ্রমুখী, দলিয়া লফুরিৎ মচু মচু ; মরক্তুদা খোইমু কুরাক ! হৈনম লৈনমগী নুংশিবা লৈনম — শ্রীমতী কুমারিকা ঙাওরকই ; সুমহৎচৈ, থোইদোক্লগ মহাক্তি ঈ মচুগী অতরগুলাপ

উবা য়াদে। মহাক লৈ হেকনিংলকই ; হেকপদি য়াদে –"Let me bloom till witherness." হায়দুনা লৈখোঙ খুদিংদা সাইন বোদ থেংলি। অতে লৈকোলশিংদদি 'লৈ হেকপীগনু' নংত্রগা 'ঐবু হেকপীগনু' হায়দুনা থেংনৈ। মফম অসিদনা "ঐবু খুইথদ্রিফাওবা শাংহনবীয়ু" হায়দুনা থেংলি। য়াম্না অর্থ লৈ। কনাগী ৱাহৈবু ওইরিগবা !

শ্রীমতী কুমারিকা ঙকই (শাংলু, শাংলু। ঐসু শাংতৌরিবনি ; খুইথদ্রিফাওবা ! অদুবু, লৈগী মথৌশিবু তাইবং মীগী মমীৎ সুমহৎনবতং ওইরিব্রা ? কনা কৈদৌজরনি, হেক্তুম হেকলগা চিনগেদো।)

মহাক, অতরগুলাপ মখোঙ অমদা চংশিন্দুনা লেপলুই। ওহোকইদা ! ফুগাইনা শাংলবা লৈকা অদুদা খোইমু অমা তোংলি। মহাক্না উরকই ; নোকফেংনৈ (ইস ! অসিদি হেকহৈদ্রে, হেকলরোই, চুমদ্রিং চংলগে। মিকুপ অসিদা খঙনীং হেক নীংশিংলকই! অদুঙৈ, অঙাং ওইরিঙৈদা, গোবিন্দগী লাইমাঙদা থোকখিবা থৌদোক্তো। ফজখ্রবা অঙাংবা গুলাপ অথোনবা অমা, ইনে জয়মতিনা (নির্মল ওইনা নীরগা) ঐগী শমজি শম্বুল মচাদা থেংপীখিবদো। নুমিৎ অদু মাম্মা বাসুসু য়াওই, অদুগা শ্রীমানসু। মখোয়না মণিপুর থাদোক্তুনা চংলমদাইগী লাই খুরুম্বা চংপদনি। মতমদো, ঐগীদি য়োকচবী ইমা চন্দ্রিকা লৈখিদ্রে ; ইনেনা ঐবু মচা শক্লা, মমৌসু শক্লা লুনা চান্না নাউকোনবীরকই। নুংশিকো ; নীংশিং নীংশিংলুরগা। মঙাও থিরবা বাসুনাওনা ঐগী শমজিদগী গুলাপ অদু সং শংখি, মনম নমখি, 'অস ! মনমসিদি' হায়রগা অমুকসু ঐগী শমজিদা সং হেক্তা থেংচিনবীখি। মতৌদুদা, মাম্মা অমসুং ইনে, মচাগী মতৌদা নোকফেং তৌজখি, ৱাদি ঙাংনখিদে। শ্রীমাননা শমজিদা থেংলিবা গুলাপ অদুগী লৈকাদা মনাতোন্না অমুকসু সুং সুং হেক নমলগা লক্লরকখি –"গুলাপ্পা ঙাওবী ! নোংমদি নঙনে, খোইমু অঙাওবা পাইরক্তুনা নকোক্তা চিকচরনিকো, চেকশিঙৌ, শ্রীমতী !)

শ্রীমতী কুমারিকা খঙহৌদনা নোকথোকউরে। লৌশিং লাকই ; কোইয়েং য়েংজে (অস ! ৱাখলদো, আ হেক য়ৌরুইদা। শমজিদা তোংলম্বা খোইমুদো ! মাতবু অমুক্তংদি উন্নরুরগে হায়দুনা নাথৈরগা চেল্লকপনি। নত্তে, মাগী মরমদা মাম্মনা হংলকলবদি করি খুমগনি ? লুইদা ! পুক্নিগী ওইনা মীনম্বা ঙাংবা তারবা ! অমবু ওইরবসু, নঙনিনে ঐগী অঙাওবা খোইমু ! চিকলরো ঙসিদি... অদুবু, নহাক কদায়দা ?)

মহাক, হোজং লম্বীদা চপ লেপ্পী, কোলেজগী মঙং মতৌ য়েংজে। কোলেজগী মেন বিল্ডিং মথোন অহুমনি। ইংগ্রাজি ময়েক 'E' শেপ্তা শাবনি। কাচিন চিথেক খুদিংদা মথক কাখৎনবা কৈরাক লৈ। মেন বিল্ডিংগী নাক য়েৎ, মনীং ময়াদসু তোঙান তোঙানবা বিল্ডিং লৈখ্রে, উবা ফংদবসু য়াওরি। হোস্টেল, কান্টিন, কঞ্জুমরস সোপ, লেবোরেটোরি অসিনচিংবা কয়ানি। বিল্ডিংগী ময়াই মবুক, মতোন অনীগা মান্নদে, তেম্তক্লা তপথোকপদৌনা তৌই ; মাঙ্গোল নাইরি, টেবিল চৌক্রি মচি মচিদা থাই, মাঙ্গোলগী নাক য়েৎ ফক্লাং খাদে, অচৌবা পীল্লরশিংদা নোটিশ বোর্দ মরি থেংলি। ময়াই চবুক অসি এদমিনিষ্টটিব ব্লোকনি। মথক্কী ব্লোক্লা চিয়ারমেনগী ওফিসনি, অহুমশুবা মথোন্দা

প্রিন্সিপালগী ওফিস। দিপার্টমেন্টশিংগী তোঙান-তোঙানবা কাশিং, ফ্লোর খুদিংগী মফম চানা চানা লৈ।

শ্রীমতী কুমারিকানা য়ুমলৈ কৈরে য়েংদুনা লেপলি।



"য়েংঙু য়েংঙু আদে নুপীসে ?"

"টাইগর মেখলা শেৎপী !"

"গীতাখোয়গী মচেশিং মাল্লি।"

"ওইরম্বা য়াই, ওইরম্বা য়াই।"

লৈকোলগী উরুম লৈরুমদা লেপ্লুনা ক্লাস ঙাইরিবী নুপী খরনা মখূৎ থিল্ল-থিল্লদুনা ঙাংনবা হৌরকই। মখোয় অয়াম্বনা বাঙ্গালী নুপীনি। মখোয় মশেল চিবোন চিবোন পংঙাংদা ঙাংনৈ। ইনক নকপা মফম অমদা অম্বিকা, গীতাবলী, নসিম বানুখোয়সু নোক খেরি।

"হৈমা ! আদৈ নুপী অসিদি...।" অম্বিকানা মখূৎ থিল্লকই। মহাক্না মমায় লৈথোকলুবদা উরকলে, মখা তারকই — "মানখ্রেদা।"

"মান্নি, মান্নি...।" গীতাবলীনা ওকই।

"হাওড়াদা লৈহৌবী নুপী অদুনি।" নাসিম বানুনা ঙাইহাক খল্লগা শোঙ্গে —"মাদি অসিদা কৈদৌবা লাকইজাৎনো ?"

গীতাবলীনা পাংশিল্লকই — "মিংচনবা ওইরিনি। চৎলি চৎলু হংঙুসি, ঐখোয়গী জাতিগী নুপীনি।"

অম্বিকানা মখা তানা হায়রকই — "চহীসু লীতক উরে। তরাম্না ওকপা ওইনা রেগীংসু তৌরুসিদো, গীতা।"

"মদু ফত্তেদা অম্বি ! ঐখোয়মক য়াওনা য়াওনা... অদুই শরুক মশক খঙনরুসি।" নাসিম বানুনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই — "কনানা খঙবা, লেদিজ হোষ্টেলগী ৱার্দেন অমা লাক্কনি হায়বদু ওইরম্বসু য়াইকো।"

অম্বিকানা হায়রকই — "এ ঃ অদুদি ঐ তোকপা তারবা ! নুপী অসে খরদি সিরিয়স ওইনা উইকো।"

লেদিজ হোষ্টেলগী হান্না ৱার্দেন ওইরম্বী নুপী অদু কিদুনা চেনখ্রে। কুমারী অম্বিকাবু খ্বাইদগী সেনিয়ারনি হায়দুনা নহালমখৈ চার্জ পুরক্কি। মহাক্না পাল্লি, মহাকপু কিনৈ, কোইরাং লাংদুনা লৈবদি তৌদে। মহাক্না ময়াম পান্নদুনা লৈ, মহাক নুংঙাইজে, মহাক মশাদি লাইরিক ঔরাইদে।

গীতাবলীনা হায়রকই — "চৌধুরানী ! নঙ মাঙ থাও, চৎসি মনাক্তা।"

কুমারী অম্বিকাবু খ্বাই ময়াম্না মরক মরক্তা চৌধুরানী হায়দুনা মিংগৌনৈ। কৌবা য়াই,

মহাক চৌধুরী ময়ুমগী রানীনি। মকূ মৌপ্পা ময়ামগী মরক্তা মথন্তা পোকই। য়াম্না মমিং চৎপা, খুৎলীংবা ইমুং মনুংগী নুপীনি। মপাগী মমিং ভুবন চৌধুরী, খুলগী মচীন চৎপা, জামিন্দার অমসুনি। অদুনা অম্বিকাসু নাপল কাজে, মী উৎশিৎতে, মঙক য়াম্না হায়গৎলি।

"অদুবুদি থাবীগে চৎসি।" অম্বিকানা অসি হায়রগা মমাঙ থারদুনা লাকলে। ময়াম্না মাগী মতুং ইন্নরকই।

"গুদ মোর্নিং মেদাম !" কুমারী অম্বিকানা অসুম্না হায়রগা শ্রীমতী কুমারিকাগী মমাঙদা চপ লেপ্তুনা মখা শমথরকই—"লেঙশিনবীরকউ প্রেমনিকেতনদা!"

"থেঙ্ক য়ু!" শ্রীমতী কুমারিকানা অসিতং হায়রগা চপ লেপ্পী, মখা তনা হংলকই—"সার বাসুগী কা কদায়দনো ?"

"কাসু তাকচগে, অদোম্বু কনানো ?" অম্বিকানা নোৎশিল্লকই—"উখিগুম তৌরে।"

"ইচেবু হাওড়াদা উজরম্মী।" নাসিম বানুনা নোকফেৎ তৌনা মশক তাকচৈ—"ঐসু মণিপুরদগী পাঙল নুপীনি, খেরগাওদগী, ইমিংনা নাসিম বানু।"

"ঐনসু নখোয় লোয়নমক উখি।" শ্রীমতীনা য়াম্না চিংলেম্না শমথরকই—"মফম অসিদা অমুক থেংনবসি য়াম্না নুংঙাইরে।"

"ইচেবু...।" গীতাবলীনা ঙাইহাক খল্লগা হংলকই—"মিং চনবা লাকলিব্রা ?"

"হোয়, অদুম্না খনবসু য়াই।" শ্রীমতী কুমারিকানা শমথরকই—"শকখঙনবা ওইনা ইশক ইমিং তারুসি।"

"ঐগী ইমিং গীতাবলী, কাছার মীতৈনি।" গীতানা মশক তাকচৈ।

"কাছার মীতৈ হায়বা তোঙান্না লৈতে গীতা!" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই—" We are all kangleiyans ! নখোয় মঙা সুখিবনি অনীদি কদোমদা ?"

"একাবলী অমদি অঙৌবী অনীদি শান্তি নিকেতনগী অফবী ছাত্রিনি।" নাসিম বানুনা খুমলকই—"ঐখোয়দি খরা শোল্লপ তৌই, মিং চনবা ফংখিদ্রে অদুনা প্রেমনিকেতনদা।"

"স্কুল কোলেজ মমিং চৎলগা হেক্তা অফবা ছাত্র পুথোকপা নত্তে। ইশা ইশানা হোৎনবা চংঙি। প্রেমনিকেতন নৌরি ; তুংগী আশা য়াম্না লৈরি।" শ্রীমতী কুমারিকানা শমথরদুনা হায়রকই—"স্কুল কোলেজ পুম্নমক লীংখৎপা নৌরিঙৈদদি হায়দোরকপা ছাত্র ছাত্রি লোক্করিবনি। নখোয় নশানা নশাবু হস্নুনা খনগনু, মিস বানু! কনফিদেন্স লৈয়ু নশাদা। চাং নাইনা লাংফাং রাখল খন্দনা, মতম মাঙহনবা তৌদনা লাইরিক পাউ, হকচাং শাজেল তৌ, শান্নবসু য়াও। ঈশৈ নোংমাই, কলচরেল প্রোগ্রামদসু শরুক য়াও, অফবা অদুম ওইরক্কনি।"

"ইচেবু করি সবজেক্ট তম্বীদোইনো ?" গীতাবলীনা নোৎশিল্লকই।

"ইদুকেসন !" শ্রীমতী কুমারিকানা খুম্মী।

গীতাবলীনা অমুকসু হংলকই—"পোস্ট গ্রেজুয়েট কোর্সতা ওইবীরব্রা, ইচে ?"

"নত্তেদা ! তাকপীবা লাকপনি।" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই—"সার বাসুনা ঐবু কৌবনি, লেদিজ হোষ্টেলগী রার্দেনসু ওইয়ু হায়রি।"

"হা ! ব্রার্দেনসু ?" কুমারী অম্বিকানা অসিদং হায়রগা মখা তাখিদ্রে।

"নহাক্কী নশক নমিংদি তাক্তিকো।" শ্রীমতী কুমারিকানা হয়রকই —"খ্বাইগী লুচিংবী ওইনসু উই, নমিংদি করি কৌই ?"

"ঐদি কালিকানি !" কুমারী অম্বিকানা কিহল্লগে মতাগুম্না হায়রকই —"ভেরবী ! কোলেজ অসিগী সেনিয়ার মোষ্ট গার্ল ষ্টুদেন !"

"কালিকা হায়দি ?" শ্রীমতী কুমারিকানা নোকফেৎতং তৌরগা নোংশিল্লকই—"মুসুক মুবী, মচীন্দা ঈ তৈবী, মখূৎতা থাঙপাক পায়বী লাইদো ?"

"অদুম্না খনবসু য়াই। খ্বাইনা ঐবু কিনৈ।" অম্বিকানা নাপল কারপ তৌনা হায়রকই।

"ঐবুসু কিয়ু হায়বনিনে।" শ্রীমতী কুমারিকনা মখা লৌথরদুনা হায়রকই —"অদুবু নহাক্তি, নশকসু ফজে, নগুণসু য়াম্না লৈনা উই, মুসুকসু মুদে, ভৌরোকসু ভৌই, নচীনবান্দসু ঈ তৈদে, লিপষ্টিক পাতক থাই, হেন্না রাসি লৈ। নমীৎসু ফজে। নঙবু, মৃগনয়নী কৌদ্রনে; নমীৎতো ওষ্ছোক্রা লাওতক ফজেকো, শজি মীৎতানিনে, থিক থানা ফজরিবা, খোঙতোন অমত্তসু ব্রাৎতে। কালিকাদি মখ্বাংদা মীগী মখুৎ পরেংনা লৈতেং ওইবনি, নঙগীদি ফজরবা লৈ মচুগী সাড়ী, ভেরী স্মার্ট !"

কুমারী অম্বিকা মরু লুকলপ তৌই ( হি ! মসি নুপীসি লায়রোইদৌরি। নঙনা মহেল্লে খনগনু ; নঙবু হেনবা অমা হেক্তা লাক্কনি হায়বদো চুমদৌরিজাৎলা)। মচীন থোক্লা হায়রকই—"সোরী মেদাম ! চাংয়েংজবনি, ঐগী ইমিং কুমারী অম্বিকা চৌধুরী কৌজে, বি.এ. অরোইবা চহী তমজরি।"

"মিস চৌধুরী ! নঙগী কালিকাগী মশিঙ্গা অদু লোৎশিন্দুনা থম্মু। ঐসু নুপীনি, অদুবু ঐদি মীচমনি। নঙগী ভৈরবীগী তৌবা গুন্না শক্তি অমদি মশিঙ্গা অদু মতাং চানা হিংচাবা হাৎপদবু ওইরবসু, নুপীগী শক্তি উংপদবু ওইরবসু শিজিন্নৌ। ট্রাই টু বি এ গুদ লীদর।"

শ্রীমতী কুমারিকনা অসি হায়রল্লগা চুমদ্রিং অমুক চংশিনখি। অসুম চংশিনখি, তপ্না তপ্না য়াম্না চিংলেম্না চংশিনখি।

নাসিম বানুনা হায়রকই—"মেদামগী মিংবু...?"

শ্রীমতী কুমারিকানা খুম্মী —"ঐগী ইমিং, শ্রীমতী কুমারিকা !"

"শ্রীমতী কুমারিকা হায়বা ?" গীতাবলীনা ঙকচান্দুনা মখা তানা হংলকই —"ওঝাবু মৌরা লৈশাবীরা ?"

"অনীমক ওইবা য়াই।" শ্রীমতী কুমারিকানা কোথরদুনা হায়রকই—"নোংমা অশেংবা পরিচয় খঙলক্কনি।"

কুমারী অম্বিকা চৌধুরীনা মপুক্লিংদা খল্লি (ফৈ খঙনি, হৌরেনদি তম্নগেদো, কালিকা শারগা) মচীন থোক্ল হায়রকই—"ঐসুনে কুমারী অম্বিকা চৌধুরী কৌইকো, মেদাম !"

"নঙসু কুমারী ?" শ্রীমতী কুমারিকানা মমায়দি লৈথোরকপা তৌদনা হায়রকই—"আই মিন টু সে, রাহুট টাইপ ওফ কুমারী আর য়ু ?"

কুমারী অম্বিকা চৌধুরী চঙক্লখি ; পাউখুম পীবা ঙমখিদে। মমান্নবী ময়ামগী মমাঙদা খরসু

ইকায়রপ তৌখি। মাগী নাপল য়েথেকখ্রে হায়বা মশানা য়াজখি। অদুবু মতাং চানা শ্রীমতী কুমারিকাগী মমু য়েথেক্কে খনখি।

শ্রীমতী কুমারিকানা অম্বিকাবু লমজিংবীগে খনখি।



শ্রীমতী কুমারিকা য়াম্না নোল্লুকচৈ।

মহাক্না মহৌশাদগী স্কুল কোলেজবু মন্দির অমনি হায়দুনা খঞ্জরকই। মহাক্কী কাণ্ডা খোঙথাং ; কোলেজগী সিড়ি কাফম য়ৌশিল্লক্কে। মখূৎ শোক্তুনা লাইবক কৎলি, মশা নোঙ্খরপ তৌই। অকোইবদা ময়াম্না য়েংনৈ। মহাক্তি মীৎয়েং চোয়থোক্তে। মশা অমুক নোনখৎলগা 'এদিএম' ব্লোক্কী মাঙ্গোলদা কাখৎখ্রে। মাবু কোইরূপ কোইরূপ য়েংনৈ। মহাক থৌশারুদে। চিয়ারমেনগী ফমফম হংগে খল্লম্মী। অদুবু হংদ্রে। কোলেজগী মওং মতৌ, কোরিদোরদা কোয়না চৎতুনা য়েংনিংলকই । মখারোম থংবদা হান্না চৎপা হৌরকই ; কা অমগী মথংদা কা অমা। ক্লাস রুম নত্তবা দিপার্টমেন্টশিংগী রুম কয়া থেংনৈ। য়াম্না ইংনা চিক্না ক্লাস তৌনরম্মী, চেক মোক লাওবা তাদে। মাগী পেন্সিল শূগী কোক কাক হায়বা খোঙথাং (মশানা) তাজে। মখোল অদুদা (পূক্লিং কয়া খোইজংদবা) ওঝা অমদি ছাত্র খরনা খোঙনাও- খোঙজাওদগী মীৎয়েং চোয়থোরক্তুনা য়েংথোক্লকই। শ্রীমতী ইকায়জরকই (হি ! শ্বাইদদি পেন্সিল শূ তোংবা য়াবা জাৎ নত্তেদনা ! কমদৌনি সিদি ?)

মহাক্না তোংলিবা খোঙউপ লৌথোক্লে, মখূৎ ওয়না খোঙউপ পায়রে, মখূৎ য়েৎনা সুইটকেস । অসুম চৎলি। মহাক্না চংলকখিবা মেন গেট ময়াইদা কুমথরক্লে, (লম্পাক মতেক ফাওরগা) অরাং থংবা ব্লোকলোমদা অমুক চৎপা হৌরকলে। মাগী মওং মতৌ লেংথৈনবা ছাত্র ছাত্রিশিংনা, য়েং- য়েংদুনা চৎখি। মহাক্নসু খাহং পাউহংদে। গ্রাউন্দ ফ্লোরদা বাসুগী মমিং থেৎপা কা থেংনদ্রে। 'এদিএম' ব্লোক্কা নাক য়েৎতসু মথক কাফম লৈ। মহাক, মথক্তা কাখৎখ্রে। গ্রাউন্দ ফ্লোরগী মওং মতৌগুম্না, ফাষ্ট ফ্লোরদসু ওফিস রুম লৈরম্মী। মাঙ্গোলসু নাইরম্মী। মহাক্না খঙহৌদনা নেম প্লেট অমা উরকই —"জে.কে. বাসু, চিয়ারমেন প্রেমনিকেতন এন্দ প্রেমধোনী ট্রাষ্ট।"

শ্রীমতী নোকফেৎ তৌই (খঙনি ! অঙকপা পোকহনগে)। বাসুনা ফমলিবা কা অদুগী খোঙজিলদা লেপ্পরে। মপান্দা পিওন লৈরমদে, খোঙগী পর্দা নাক- য়েৎতা হায়দোক্তুনা থম্মী। মহাক্না, চহী কয়াগী মমাঙদা উজখিবা বাসু— নৌহৌনা উরে ; মকোক্কী শমখৈ, তংখায় অমদি ভৌরে, মকোইসু (মহাক খদাং কোইসু ফজনা খাকই)। বাসু ফমলি, পাম্প্লোম পানবী চৌকি অমদা। মমাঙদা পাক্তকপা (বাঙ্গালী টেবিল)। মহাক লুকথরগা চে চাং সহি তৌরি, মনাক্তা খাগী মচুগী ফিরোল শেৎপা পিওন অমা লেপ্তুনা সহি তৌরবা চেশিং লৌখৎলি।

শ্রীমতী চংগে হায়কগী য়াথং লৌবা তৌদনা লেপ্লি। মখূৎতা খোঙউপ অমদি সুইকেস অদুম পায়রি ; মহাক মদুদা থোয়না পূক্লিং থিংজিল্লুদে ; মমীৎতা বাসুতনি উজরিবা। মাগী মওং মতৌ, য়াম্নসু চমজবা, য়াম্নসু নোকনিংবা ফিভমনি। পিওন অদুনা মমীৎ খৎলকই,

মহাকসু (শ্রীমতী কুমারিকা) মমীৎ খৎচিল্লি ; অহুম মরিরক। পিওনদু শ্বাই লাওই ; খঙহৌদনা হায়রকই —"কি...?"

"কৈদৌরে, দেবো ?" প্রোফেসার বাসুনা অসি হায়রগা মমায় হায়গতুনা য়েংলকই। মহাক ইঙক ঙকই। মখূৎ ওয়না খোঙউপ, মখূৎ য়েংতা সুইটকেস ! মমীৎ কুপ্তনা য়েংঙি। অহানবদা ঙকচানৈ ; থাজরুদে। মহাক্না চহী কয়াগী মমাঙদা উখিবা মাঙ্গী অদুনী হায়বা অহানবদা নীংশিংলুদে।

"মে আই কম ইন সার ?" শ্রীমতীনা য়াথং লৌই।

"পুট ওন য়োর সেন্দল ফার্ষ্ট !" বাসুনা হায়রকই।

"সোরী, সার !" শ্রীমতীনা মখূৎ ওয়দা সেন্দল পায়রি হায়বা নীংশিংলকই। লৈমায়দা থম্মী, তোংদি তোংশিনদ্রে।

প্রোফেসার বাসু মঙক নোম্মী, মোমোন তৌই ; মহাক নীংশিংলকই —"নঙবু নঙবু...কোইজমগী ?"

"য়েস সার ! ঐ শ্রীমতী কুমারিকানি।"

"অস ! নঙগী শ্রীমতী কুমারিকা হায়বা মিংদো কৌনু হায়বগা। কম ইন কম ইন।" প্রোফেসার বাসুনা শমথরকই —"ইমৌদি য়াম্না চাওরম্লে, য়াম্নসু চংখোনবী নুপী অমা ওইরমলবা ! বেল কম টু প্রেমনিকেতন ! হাহুট এ সরপ্রাইজ মীটিং !"

বাসু ফমফমদগী হৌগৎলকলে, মমৌনুপী ওকপা থোরকই। শ্রীমতী চংলকই, বাসুবু মখোঙ শোক্ল খুরুমজে। বাসুনা লেংজুম পায়দুনা চিংখৎপীরে —"হৌগৎলু, হৌগৎলু। ঐসু নঙগুবী ইচানুপী অমত্তং লৈজরলমবদি... ঙসি কয়াদা নুংঙাইগাবা !"

"সার, ঐনা হেক ওইসু ঙাই।" শ্রীমতীনা সৎ হেক্তা হায়দোকখি অদুগা নুংখন্নে (নমৌ দবলসু হেক ওইসু ঙাই। অদুবু, শ্রীমানদি কদায়দা ?)

"সার কৌনুদা, সুরধুনী মাঙ্গী !"

"ওফিস কমদদি অদুম কৌজগে।"

"নঙবু নথন্তা লাকপ্রা ?" বাসুনা মখা তানা নোংশিল্লকই—"শ্রীমাঙ্গ থেংনদ্রা ? অদুগা, তপন সিনহাদি ?"

শ্রীমতী শ্বাই লাওই ! মীনম্বা ঙাংবা তারকই । ইক আক তৌদুনা লৈবা য়াবা মতাং নত্তে। পাইরক লৌশিং লৈবীনি। সৎ হেক্তা খুমলকই —"অনীমক থেংনজে, টিকেটসু ককপীরকই, নীংথিজনা লমতাকপীরকই । অদুবু অনীমক তঙইফদাব থবক অমা লৈরে হায়দুনা ষ্টেসন্দা অদুম লৈহৌরে।"

"মখোয় অনীদো চুহি মরূপনি, খক থাদোক্লন্দবনি, কিঁউ ইউনি।" বাসুনা নোকফেং তৌনা পাউদমজে।

"কিঁউগী মতুং ইউ ! চুম্মীনে সার !" শ্রীমতীনা নুংখন্নে (অদুবু মাম্মা ! নচানুপা কিঁউদো হিংবা শিবা খঙহৌদ্রি ; কিঁউ, ইউ লাপথোক্লহৌরে।)

"ফরে ফরে নঙ লাকপা, ব্বারমলগনি।" বাসুনা তেনশিনবা ওইনা হায়রকই —"ঙসিদি

প্রেমনিৱাসতা পোত্থারুগে হায়ব্রা ? ননেসু হৌজিক্তি গ্যান খরা তারবনি। নঙ উরবদি মাসু য়াম্না নুংঙাইহ্নজগনি।"

"সার ! ইনেসু উন্নগনি, ঐদি হল্লরোই।" শ্রীমতীনা অসি হায়রগা নুংখন্নে (ঐদি নমৌ অশেংবা ওইনা প্রেমনিৱাসতা লৈরুরগে লাকপনি। অদুবু, শ্রীমান্সকী তাংদাংবা খঙদ্রিখে, অহিংদি লেকখিরোই।)

"হল্লরোই হায়দি, করিনো মান্সী ?" বাসুনা হংঙি।

"ৱারী য়াম্না লৈ, মাম্মা... ও সোরী, সার!" শ্রীমতী মপূক্রিং নুংশিরকই। পি শিছ্নগে তৌই। মশাবু খুদক্তা কন্ট্রোল তৌজে।

বাসুনা হায়রকই—"কন্ট্রোল য়োরসেল্ফ, মান্সী! দেবোগী মতুং ইন্দুনা ননেগী মনাক্তা চৎলু। অমুক লাক্কে হায়রসু লঞ্চ মতমদা লাকউ, ময়ামদা নঙগী শক তাক্কে, বোর্দ মেম্বরশিংনা নঙবু ইন্টর্ভিয়্যু মচা অমসু লৌনিংঙি। নহাকপু লেদিজ হোস্টেলগী ৱার্দেন হাপ্লদি য়ারে। ঙসিদগী থবক পুবা হৌরো, রুল বুক লৈবনি পাশিল্লু।"

"অদুদি সার, ঐ হান্না হোস্টেলদো য়েংনিংঙি।"

বাসুনা হায়রকই —"চৎলো, দেবোগা। মেসকী চাক এক্লাংসু মহাও তংথোকউ, হৈনদ্রবদি উতোং ঙারি চেল্লু।"

শ্রীমতীনা খুম্মী —"ঐদি শা- ঙা কয়া পামদে।"

"নঙবো নিরামিস ? ভেরী গুদ!"

"মদুনা হেন্না হৈনে।"

"চৎলো চৎলো।"

"ফনি, সার!" শ্রীমতীনা খুম্মী।

দেবোনা মাঙ থারদুনা শ্রীমতী কুমারিকা, কা অদুদগী মপান থোকখ্রে। থোঙজিন য়ৌখিবদং ঙায়রি।

"হে মান্সী !" বাসুনা মমৌনুপীবু কৌরদুনা খংহায় অমুক হায়রকই—"নঙগী এম.এ.গী সার্টিফিকেট, মার্ক সিট য়াওরকএকো ?"

"অহোয়, য়াওজরক্লে।" শ্রীমতী কুমারিকানা চপ লেপলগা খুম্মী, মমায় ওনশিল্লকই—"থমজরম্মু হায়ব্রা, সার ?"

"য়ারে, হৌরেন পুরকউ, নঙবু ফার্স্ট ক্লাসনি হায়দাই ?"

"অহোয়, উচিন নাচিন্না য়ৌজবনি সার!"

"এনি বে, য়ু হেপ টু গিভ এ লেকচর বিফোর দ ট্রাস্ট মেম্বর।" প্রোফেসার বাসুনা মখা শমথরদুনা ঙাংলকই —"ঐখোয় অসিদদি মেম্বরশিংনা ছাত্র ওইনা ফল্লগা টোপিক অমা পীরগা লেকচর তৌহল্লি, অদুগা ওঝা খল্লি, নঙ ঙমনিকো ?"

"য়েস সার, আই এম রেদি।" শ্রীমতীনা য়াম্না ঈচংথৌনা খুম্মী —"নমৌসু দিবেটিং কম্পিটিশন, সোং কম্পিটিশন য়াম্না য়াওজরকই। ঈশৈ শকউ হায়রবসু য়াজে।"

"অঙাওবীসিদি ! চৎলো চৎলো, ঐনা নঙোন্দা থাজে।" বাসুনা কোচি অমা নোৎশিল্লকই —"নঙদি অথোইবা পণ্ডিত অমগী মচানি ; শোয়দনা মায়পাক্কনি।"

"করি হায়বা মান্মা ?" শ্রীমতী কুমারিকানা নোকফেৎনা হংলকই —"ঐবু পণ্ডিতকী মচানি হায়বা ?"

"ইহে ! আই এম সোরী !" বাসুনা খুদক্তা ব্রা থৈদোক্তুনা হায়রকই —"দোন থিং অদরৱাইজ, মাম্মী ! চৎলো কোন্না ৱারী তৌসি।"

শ্রীমতী অমসুং দেবো লেদিজ হোষ্টলগী মায়কৈ পাংখ্রে।



প্রেমনিকেতনগী লেদিজ হোষ্টেল !

কোলেজ কম্পাউন্দগী অৱাং থংবা চেকপল ময়াদা লৈ। মথোল অনী লোংবা বিল্ডিংনি। মওং তাই, স্কাৱর টাইপ্তা মায়কৈ মরি কোইশিল্লি ; মমায় মথা ওন্দুনা মেন গেট লৈ। নাক য়েৎকী ফক্লাংদা য়াম্না চেকশিন্না নপশিল্লগা পানবা য়োৎথোঙনি। বিল্ডিংগী অকোইবা মায়কৈ মরিদা হৈনৌ পাম্বী অমদি আশোকা ট্রি কয়ানা ফেন্সিংদৌনা হৌই। য়াইমরপ চাওশাংবা হোষ্টেলনি, কম্পাউন্দ ৱালদগী হেক্সৎনা ৱাংঙি। তরু তনাল্লি। কম্পাউন্দসু, মনুংদসু মফম চানা হৈ লৈ থাই। ইন্দোর গেমস শান্নফমগী হোল লৈ, সুইমিং পূল মচা অমসু লৈ। কোলেজ হোষ্টেল অমগী লৈফম থোকপা মপোৎ মচৈ ; মওং মতৌ সুনা লৈ। নুংশিৎ নুংশাসু মরাং কায়না ফংঙি। দাইনীং হোল, কিচন, মিনি কনফরেন্স হোল অসিনচিংবা মফম চানা থম্মী। নুপী পুজারী, ৱাইশিৎপী, ফিসুবী কয়াসু লৈ। ৱার্দেনগী কা অনী থম্মী — মথক্তা অমা, মখাদা অমা ; মী অনী থম্মগী থৌরাংনি। বিল্ডিং মথক মখাদা কা চনী লৈ। হৌজিক্কী ওইনদি ছাত্রি চাম্মারোমদং লৈরি ; কা অমদা ছাত্রি অনী অনী। নুপীগী হোষ্টেল হায়বা অসিমক্তবু চেকশিন্না থমনৈ। মেন গেট্টা নুপী চৌকিদার অমা শংদুনা লৈ। নুপা চংবা য়াদে, মনাক্তা মোংলবসু য়াদে। মরম লৈতনা কোলেজগী নুপা ওঝা ফাওবা চংহন্দে। নুপী চৌকিদার অসি খোন্দাসু থি, মমিংনা দুলারী বেগম কৌই, মুনোইনি ; মীওই মীতৌ ফুল্লেনৈ। মহাক্কা মরু ওইবা চুম ছো পুন্নমক পায়।

শ্রীমতী কুমারিকা অমসুং দেবো হোষ্টেলগী গেট্টা থুংলরে।

"নই ৱার্দেন !" দেবোনা দুলারীদা শ্রীমতীবু মশক তাকপা ওইনা হয়রকই —"চিয়ারমেন সাহেবকী মরী মতানি, মণিপুরদগী লাকপনি। নীংথিজনা লৈফম চাফম শিনবীয়ু, দুলারীজি !"

"লেঙশিনবীসি মেম সহেব !" দুলারীনা মখূৎ লোন্নরদুনা নমস্তে তৌই।

শ্রীমতীসু নমস্তে ওক্কে তৌই, য়াদ্রে। মখূৎ ওয়দা খোঙউপ পায়রি হায়বা নীংশিংলকই ; লৈমায়দা থাদে ; তোংশিনখ্রে। মখূৎ য়েৎতা সুইটকেস। দুলারীনা সুইটকেস অদু তাপ পায়খ্রে। শ্রীমতী গেট মনুংদা মখোঙ থাংজিনখ্রে। দেবোসু চংগে তৌই। দুলারীনা দেবো ইছোরকই —"ঐ অদুম শিঞ্জরগে, নঙ চৎখ্রো। মানুষ, নো ইন্ট্রি!"

"মেদাম ! ঐ চৎচবা য়ারদ্রা ?" দেবোনা শ্রীমতীদা হংলকই।

"য়ারে, ঐনা থোকপা তৌজহৌরগে।" শ্রীমতীনা খুম্মী।

দেবোনা শ্রীমতীদা সলাম তৌরমলগা হনখ্রে। দুলারীনা মাঙ থারদুনা শ্রীমতীবু মনুং য়ৌনা পুশিনখ্রে। মখোয় অনী ব্রার্দেনগী কা তম্না ব্রারী শার- শারদুনা চৎলি।

দুলারীনা হায়রকই—"মেদাম ! ব্রার্দেনগী কা অনী লৈ। মখাদা লৈগদ্রা মথক্তা লৈগদ্রা ?"

"মথক্তা লৈগে, ছাত্রি ময়ামগী মওং মতৌ কুপসন্না য়েংথরকপা নুংঙাইগদৌবা মাল্লি।" শ্রীমতীনা খুম্মী।

"মেদামদি কয়া কুইনা লৈবীগনি ?" দুলারীনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই —"চেনবদি চেল্লোয়কো ?"

"কৈদৌবে চেন্দোইবা ?" শ্রীমতী ঙকচান্দুনা হংঙি।

"অহিংদা কালিকা লাইরেম্বী থোকই হায়দনা হান্নগী ব্রার্দেনদো চেনখিবনি।" দুলারী বেগমনা খুম্মী।

শ্রীমতীনা মতৌ য়েংগে হায়দুনা নোৎশিল্লকই —"কালিকা ! ই ! কিজরেদা। অদোমদি থেংনরব্রা ?"

"অদোম, কৌবীনুদা, ঐখোয়দি মী মচানি, মিং অদুম কৌবীয়ু।"

"চহী কয়া সুরে ?" শ্রীমতীনা হংঙি।

"য়াঙ্খে হেল্লে।" দুলারীনা খুম্মী।

"ইহে ! কালিকাগী ব্রাফমদো...?"

"ঐমক্তি থেংনজদ্রি। অহিংদা কা থোঙ লোল্লগা তুম্লীয়ু।"

"ছাত্রি অতৈদি কনা কনা উরে হায়নৈ ?"

"পংহায়দা হায়নৈ, মখোয়দি বর নীজৈ কৈস্যু তৌদে হায়নৈ।"

"অদুদি, ঐসু বর হেক নীসু ঙাইদনা।"

"অদুম তৌরবদি ফব্বসু য়াই।"

"লাইবক য়েংসি।" শ্রীমতীনা খুম্মী।

মখোয় অনী মথক্তা কাখৎখ্রে। দুলারীনা ব্রার্দেন কাগী থোঙ হাংদোকলে, মনুং চংশিনখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা মখাদগী নুপী সঙ্গু অমা চেনখৎলকই, কা অদু নীংথিজনা শেম শারে, শ্রীমতীদা নোল্লুকপা উৎতুনা নমস্তে তৌরে। শ্রীমতীনা মথং মথং য়েংদুনা নমস্তে ওকই, মমিং মথা হংঙি, লোয়নমক মশক খঙজিল্লি।

"ঐ চৎলেকো, চম্পাকলি ! মনুংগীদি নঙনা খ্বাইদগী অহলনি, ফনবা শিল্লু।" দুলারীনা চম্পাকালিদা য়েংনা য়েংনা মখা শমথরকই—"বাসুদাগী মরী মতানি ; মেদামগী য়াথং ইল্লু।"

"হোয় হোয় বেগম সাহেবা !" চম্পাকলিনা খুম্মী।

"দুলারী, নঙদি বেগম ওইরে ?" শ্রীমতীনা হংঙি।

"ঐদি বাঙ্গালীনি, মুসলিম ওংঙি।"

"কৈসু কায়দে।" শ্রীমতীনা মচীন্দা অসুম খুমলগা নুংদনা অমা খুমনিংঙি (ঐসুনে বাঙ্গালী ওংগে হায়দুনা য়ুমদগী থোক তৌরগা চেল্লকলিবনি। ইনেসু বাঙ্গালী ওংঙি। ঐসু ইনে মতুং ইল্লগা মচানুপাদা ওংশিল্লগে খল্লি, মহাক নত্তনসু নুংশিবা, পামজবা নুপা লৈত্রে।)

খুমদোকপদি ঙমদে, মচীন থোক্লে। মহাক নুংচাকনবীনি। ময়ুমদসু নুংচাক্লদুনা লৈরকই। মমা অতোপ্পী অমদি মচীন মৌপ্পাশিংগা মাগা চুংশিন্নবা য়াখিদে। মহাক্নদি য়াম্না হঞ্জে। মমা মপা অমদি মচীন মনাওশিংবু লুনা তৌজে। অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌরদুনা মপানা মাবু কয়া নুংশিনা তৌরক্তে। মরমদি মহাক, নবদ্বীপ মরূনি।

"ইহে ! মেদামগী মিংবু করি কৌবগে ?" দুলারী বেগমনা খঙনিংনা হংলকই।

"ঐবো...।" শ্রীমতী কুমারিকানা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—"শ্রীমতী কুমারিকা অদুম কৌবীয়ু। মিং অতৈসু য়াম্না লৈ। অদুবু, ঐ শ্রীমতীনি, শ্রীমতী কুমারিকা !"

"শ্রীমানসু লোয়নবীরকপ্রা ?" চম্পাকলিনা হংলকই।

("শ্রীমান !")

শ্রীমতী কুমারিকাগী থম্মোয়দা তিং পাল্লি। খুদক্তা হেক্তা নীংশিংলকই—হাওড়া ষ্টেসনগী অহিং মমৈ (মাবু কমদৌরমগবা ? মিকুপ খরদংগী মঙলান, মিত্রংগুম্বা থৌদোক অদো... পুঙ্গি অসিদা লাইমন অমা ওরকপসু কনানা খঙবা ! অমবু ওইরে, মহাক হিংবা ওইসনু !)

চম্পাকলিনা হংলিবনা তোঙানবা শ্রীমানগী ৱানি। শ্রীমতীনদি মাগী শ্রীমান অদুতংগী মমিং পঞ্জনিংঙি। মাগী মৱা মপাউ তাজনিংবগী ঈখৌলাংবা লৈজে। মহাক্না মোমোন তৌনা তৌনা হংলকই—"শ্রীমান হায়দি শ্রীমান্ত বাবু অদুবুরো ?"

"নত্তেদা, শ্রীমতীজিগী শ্রীমানবু হায়বনি।"চম্পাকলিনা খঙনিংনা নোৎশিল্লকই।

"ও ! ঐদি শ্রীমান্তকী ৱা ওইরোই খল্লুরে।"

"শ্রীমান্তবাবুগসু খঙনবীব্রা ?" দুলারী বেগমনা মরক থৎতুনা হংলকই।

"করি খঙদনি।" শ্রীমতীনা মচীন্দা অমা, নুংদনা অমা, নুংচাকনজে (মহাক থিবা লাকপনিনে, নখোয়গী শ্রীমান্ত বাসুদো ঐগীদি ইৱানিনে, ইৱা ! তস ! হায়দুম হায়গে। অদবু হৌজিক হিংবা চংবগী পাউ তাদ্রি। ঐ য়াম্না পাখৎচৈ। ঐগীদি অমুক খরা ফরি। মমা মপাদি করি ওইহৌনি ? মৈবু ফিনা কুপ্পুনা থম্বা য়াররোই। নক্সলাইট মুভমেন্টকী শনম মীনম তাদ্রিবা মফম অসিদা পুলিসনা মাগী ময়ুমদা থিবা লাক্লগনি ; মমা মপা খঙলকলগনি। মতুংদি করি... মদুনি ঐনা হৌজিক লৈতাফম খঙদ্রিবা। হিংলিখৈদি ফৈদো। মরালগী মতুং ইন্না চৈরাক ফংদুনা জেলদা লৈখিসনু ; কোন্না প্রাইচিত তৌবা য়াই। ঐসু ঙাইখিনি ; তাংদাংবা খঙদ্রিফাওবা ! শিখ্রবদি লোইরেদো। সেনিয়ার বাসুগী শাগে লোইরেদো। ইনে জয়মতিসু অনৌবা চারা চোংলরোই... মাম্মাসু ঐখোয় পাবুংদৌনা নুপী অমুক থিগে হায়রকদ্রা ? চহী ৫০ মথক্কী সার বাসু অসিদা নুপী কনানা লৈবীরগনি ? এ ! হৌজিক মতমগী নুপীবু ৱাৎপ্রো ? তঙাইফরক্তবদি ঐসু, ইনে মতুং ইদুনা 'ফিল্লর ৱোমেন" ওইবসু য়াইনা, য়াদ্রনে ? হং হং ! কদোমদগী অঙাওবা ৱাখলনো ? নুংঙাইকো, নুংলোন শান্নবসিসু। ইশাবু হমিদ সিংহদা বাসু ওংবী শ্রীমতী কুমারিকা হায়দুনা ইশক তাকলমলে। ওংবদি তাবনি, অমদবু ওইরবসু...মদু

নত্তনা করি পাম্বে লৈরি ? তৌবতবু, শ্রীমান হিংবা ওইসনু ! ঙাইখিগনি মাবু, প্রেমনিকেতনদা।)

"পোখাবীহৌরো, শ্রীমতীজি।" দুলারী বেগমনা অসুম্না হায়রমলগা চংখ্রে।

"শ্রীমতীজি ! বাঠ রুম টৌইলেট লোইনমক সফা সাফিসু তৌহঞ্জরনি, অৱাৎ- অপা পূম্নমক য়েংশিবীরো।" চম্পাকলিনা পাংশিনবা ওইনা হায়রকই —"ঐসু অমুক লক্ষকী শিন- লাংজরুগে। ঙাইহাক লৈরবদি খোই সঙ্গু পাইশিল্লক্লগনি।"

"খোই সঙ্গু হায়দি ?" শ্রীমতীনা হংঙি।

"ছাত্রি ময়ামদো ব্রেক ফার্ষ্ট চারগা কোলেজ চংনখি। পুং অমদা লক্ষ চাবা পাইশিল্লক্লনি, য়ৌয়া য়ৌয়া লাংলরগনি।"

"খোইমরক্তুদা ঐসু কুম্মথরক্কে।" শ্রীমতীনা খুম্মী।

কা অদুদা লৈরম্না নুপীশিং থোকখ্রে, ফমুং ফানুং শেল্লমলে। শ্রীমতীনা থোঙ অদু গম থিংজিনখ্রে। মফি মরোল হোংদোকখ্রে।



থোঙ গম !

শ্রীমতী কুমারিকা বাঠ রুমদা চংখ্রে। মনুংদগী লোনশিনখি। মহাক মচীন ময়া শেংলক্ত্রি, মখোঙ মখুৎসু হামলক্ত্রি। মহৌশানা মহাকপু খঙহৌদনা কৌরকই — মহাক্না খুমদোকলে। মশা তেকখৎনবা, য়াম্না শেংনা, পুমশেং হেক শেংনা ঈরুজনিংলকই। জুলাই থাগী ওমচাক্লরবা নুংশিৎ নুংশা মরক্তা, লমশাং লাকপনি। কংশিনখ্রবা হুমাংনা মশা অদু চনপ- চনপ্ল লাওরি ; হকচাংগী নুংশিবা মনম ! হুমাং মনম্না হেঞ্জিনখ্রে। শেংনা, য়াম্না শেংনা ঈরুজদবা য়ারক্লে ; পুখ্রিদা চুপ লুপ্পা নৎত্রগা ঈশিং বালর্তিন অমদগী মগ মচানা কল্লগা স্নান তৌবদুনদি য়াররোই। মসি, মহাক খঙই।

বাঠ রুম অদু য়াম্না তরু তনাল্লি।

চেম্বর অনী লৈ, অনৌবা য়ুগকী দিজাইনি। চেম্বর অমনা মনুং অচৌবা চংফমনি। অতোপ্পা অমা অদুনা ঈরুজফম, চীন তেংফম। শৱার পাল্লি (ঈশিং কাপথবী), মায়োক্লবা ফক্লাংদা পাক চাওরবা শকয়েং মিংশেল নপ্নী ; নাক য়েৎতা টাওয়েল য়ানফম, সাবন থমফম, থাউনচিংবা লৈ। ফ্লোর অদুসু শিং হেক নাল্লি, স্কাৱার টাইপকী ভৌরুনবা টাইল মচা মচা নপ্নী, ফক্লাং মতোন ওইরপ্পা খোইমহুমগী ভেন্টিলেটর — মায়োক্লবা ফক্লাংশিংদা ফাংলি ; নুংশিৎ নুংশা চংফম লৈ ; অচোংপা ফি, ফৌনবা রোদ মফম চানা লৈ, বাঠ রুমগা টৌইলেটকা তাইনফমদা পাতকপা ফিঙৌগী পর্দানা য়ুখল খাই।

শ্রীমতী কুমারিকানা চরৈ কোমগোম্না ফিদোন চিংখৎতুনা শেৎলিবা শালুংঙাং মচুগী ফনেক অদু লৈমায়দা সং হেক্তা থাদখি, টাওয়েল ঙাংলৈনবা অমা লাম্মী, তংখায়দং শেৎলগা শৱার টেপ থাদোক্তুনা মকোক্তগী ঈশিং কাপথহল্লি, ঈশিং চেম্ভুরকই ; মমীং

উইশিল্লপ তৌই, মাগী নুংখনম্বী হৌরকই (ইশাসে পুমইং হেক ইংঙিদা ! কনাসু উদৌ লৈত্র, খ্বাই মতোনগী কানি। ইফিদুম লৌথোক্কে, কনা কেদৌজরনি, ইশা পূম্বা সাবন নোইথোক্কে। নহালমখে অমুক্তং য়েংজনিংলবসু ফংলকখিদে, ঙসিদি ইশানা ইশাবু ইমীৎ থিংনা অমুক্তদুম য়েংজখিগে ; নুপানা ঙাওনরিবা নুপী ওইবীগী অকুৎ অতোং নাইরবা ওংলৌ ! কদায় কদায়দনো হায়রবদো নুপী ঐখোয়নসু য়েংথোক্তুনা খঙজবসিবু য়াদব্রনে ? 'ইরোটিক ফ্রুট', 'সিক্রেট গার্দেন' হায়বদো অতে ওইরমদ্রে ; নুপী ঐখোয়গী ফিনুংদা লোৎতুনা লৈরমলে, সে ; ইমীৎ পাংথোকলগে।)

শ্রীমতী কুমারিকানা মশাদা ফি মচেৎ খরদং শেৎপোই খুপ্লোই তৌরিবা টাওয়েল অদু লৈমায়দা থোক থাদখ্রে ; মশা পূম্বা পুমহাং... মহাক খ্বাই লাওজে ; মমীৎ খংপাং হেক পাংথোকই। অমুকসু তুংজুনে, মশা পূম্বা (ইস ! ঐবু অসুক চংখোন্না মপুং মরৈ ফারবা ! মিংশেলদগী থক্তোরক্তুনা তারিবা মমি ! অসি ওইরে, শ্রীমতী কুমারিকা ! পান্দা উরিবা ঐসে শ্রীমতী কুমারিকা নত্তে ; শ্রীমতী কুমারিকাদি ... তু ; লোৎতুনা লৈরে ; লৈচিল্লকী থাজগুম 'হৈয়ানু' কৌবী লাইরেম্বী ; চীংনুং সনা লোকসু কৌবদাই ! নঙগী ফিভম মুর্তিদি সমবাহু ত্রিভুজ মাল্লি হায়বদাই। অস ! ঐগীসু.. ইদুম ইকায়জে। চিন্নদনা লৈমন চনখিনি খনবদা পাম্মুজে ! লাকখিদ্রনে, মপুদো ? ইপোৎসু নত্তে, মীপোৎনি ; ঐনা কিয়ার টেকর ওইজবে ব্রানি। অসুক মপুং মরৈ ফানা তোংতক্করবী নঙগী চীংনুং সনা লোকনুংদা করি বাইওলোজিকেল দিফেক্ট লৈদুনা ঐবু... ঐবু ব্রানাইখঙদবী ওইদৌরিবা ! ইস ! ইথক্তা পাম্মুজে ওল্লোক্লা। অদুগা পুমবুম্নরবী থিকলেন অনী ! হৌজিক ফাওবা খুৎশাগী মমি তাদ্রিবনি, কয়াদা নীংথিজরিবা ! নঙবু ইরোটিক ফ্রুট কৌদনা করিদি কৌনি, নহাকপু মচেৎ অমত্তং উংলগা নুপা ফাবা য়াইদো ! য়াদ্রনে ? গোল্ডন এপল, সনাগী হৈতুপসু কৌনবদাই। খুদাপ ফানা মওং মরিল তারবা যুবী অখোকপগুম ফজরি ; মচীনসু হেক যুবী মনীংদৌনা ফজরিবা ! মমা হেক ওইখিবদনা ফল্লাংদা শেঙ্গাও য়ানদৌনা, মৌ হেক ওইখিবগা অব্রাথবী য়াম্বুবদুঙাই। নঙসুনে খুৎশাগী মমিসু তাদনা, ইচাগী চীনদম্বা হৈসু ওইদুনা ... কেনখিনি খনবদা ওল্লোক্ল পাম্মুজে। চহী ৪৫গী মতুংদেদি অসুম অসুম হৈবী অখুইবীদৌনা নৎত্রেগা মেরা থাগী শৌগ্রি মপালদৌনা খুইথখ্রনিদো... অস ! প্রেমনিকেতনগী লমহাং অসিদা লমহাংগী সনারৈ ওইদুনা ঐগী পুল্সি কেমখিবসু কনানা খঙবা ! মপুদো লাকখিদ্রা ? মঙোন্দা নত্তনদি কনাদসু কৎলরোই হায়নদি ব্রাশকখি। অঙাং নব্রা ওইরিঙৈদগী হৌরদুনা, নীংশিংলুরগা নুমিৎ অদো থৌদোক অদো... অঙাং ওইরিঙৈগী ব্রাবু কৈদৌই হায়বগে ?

অঙাং ওইরিঙৈগী থৌদোক কাউরম্বা য়াই শ্রীমানদি। ঐদি নীংশিংদুনা লৈরকই ; মহাকপু ঐগী ইপুরোইবনি হায়দুনা নীংজরই ; মীৎ উইশিল্লগা অঙাং ওইরিঙৈগী মীতম মুর্তি অদু নুংমীৎতা লোৎতুনা নীংজরকই, লাই ওইনসু! অদুবু, মহাক লাকখিগদ্রা ? ঙাইখিনি, ঐনা মাবু ঙাইখিগনি। মঙোন্দা নত্তনা কনাদসু কৎলরোই – ইরোটিক ফ্রুট, সিক্রেট গার্দেন ! নঙগীনি নঙতগীনি। শিজিন্নদ্রবা য়োৎনা মথৌ মাঙখিদুনা কোক্লিং কানৈ। 'সেক্সচুয়েল ফ্রিজিদিটি' হেক ওইখিবদা য়াম্না থুনা অহল ওইশিল্লি হায়নৈ। ঐহাক 'ফ্রিজিদ বোমেন' ওইনা হিংবা য়াদ্রি, নুংলোন শান্নদুনা যোগ তৌব তাই ; তান্ত্রিক সেক্স যোগ' ! মসিতনা নহা ওইনা হিংনবগী পাম্বৈনি। ঙসিদি তশেংনা তশেংনা উরে, খঙলে নুপীগী মশাদ সেক্সুয়েল এফিনিটিগী স্পোট অহুম লৈরমলে ; খ্বাইদগী মরুদি মায়থোংনি। মায়থোংসে ফজনা থমখিবা তাই ; খুইথহনখিবা য়াদে, ঐ লৈশাখিনি ; ঐ লৈশাবীনি। ঐ শ্রীমতীনি। অদুগা ঐ কুমারিকাসু ! করিগুম্বা, ঐ লোঞ্জা লোনথুপ তৌরুরবসু করি অমত্তা হেক মাঙজবা

লৈররোই। শ্রীমতী কুমারিকাগী ইমিং অসিগী মরুমদা ওইনীং ওনীংবা ওইবা য়াররনি... য়ুমদসু হল্লরোই ; কন্নানসু খঙলরোই ; কন্নানসু উররোই ! শ্রীমতী কুমারিকা ওইনা অদুম্মক হিংবসু য়ারগনি। ঙসিদি ফংলেদনা নুপীগী নীংতম্লবা পুন্সি !)

শ্রীমতী কুমারিকা মশা পূম্না সাবন নোইদ্র নোইরদুনা নুংলোন শান্নরি, শরারগী ঈশিংনা মশা পূম্না থাদোকলে। টেপ থিংজিংলে, টাওয়েল অচোৎপদু সুমদোকলে, মশাসু তৈথোক-তৈথোক্লা মিংশেল মমাঙদা অমুকসু নকশিন্না, য়াম্না নকশিন্না লেপ্তুনা মমীৎ পেন্নবা মশাবু মশানা অমুকসু য়েংজরি। মহাক মোমোন তৌজে (ঐসুনে ৩৬, ২৪, ৩৬ কাঙলুপ্তা লৈরিবীনি ! মসিদনি দোক্তর ইমোবসু ঙাওখিবা! মঙোন্দদি পীরমদনা পুরকলে লাপ্লা ! হৌজিক ফাওবদি খুৎনাং চান্দ্রি, মরিল চৎত্রি ; মায়থোংসু তগাৎনরি ; নীংদুং অনীসু য়ুমপাক্লদ্রি। শাৎখিনি ঐহাক, খুইথদ্রি ফাওবা ! শিবদা পুখিদৌবা পাম্মুজে। করিগুম্বা শ্রীমান শিখিবা তারবসু, কন্নাদনো অমদদি কংথোক্লম্বনা চুমলোইদ্রা ? মদু নৎত্রবদি নুপা নুপী ওইনা পোকপগী, হিংলম্বগী অর্থ করি লৈরিবা ! পীথোক্কেদহৈ, কন্নাদনো অমা ! পীথোকপা অমুক মহৈ চাওবা ধর্ম্ম লৈতে হায়দাইনে ? তস !)

মপান্দগী থোঙ থিল্লকই — দং দং দং !

শ্রীমতী কুমারিকা খংপ্রেকনৈ, হংলকই — "কন্নানো ?"

মপান্দগী হায়রকই — "শ্রীমতীজি ! ঐ চম্পানি, চম্পাকলি। লঞ্চ মতমসু য়ৌদৌরে, বড় সাহেবনা মেদামবু লঞ্চ লৌরগা লাকউ হায়দুনা পাউ থারকই।"

শ্রীমতী কুমারিকনা হায়রকই — "য়ারে য়ারে ঐসু থোরকলগে। চম্পা ! ঐবু মেদাম অদুম কৌরোদা।"

"ফনি, ঐ চৎচরে। লঞ্চ পুজরকউ হায়রবসু য়াই।"

"পুরকনু, ঐদি ঐগী ছাত্রিশিংগা পুন্না চামিন্নদুনা নুংঙাইনা, নুংশিন্না লোয়নবা পাম্মী।" শ্রীমতী কুমারিকানা মখা তান: হায়রকই — "চৎলম্মো, ঐ থুনা থোরকলগে, ইশাসে ইংথহনগে হায়দুনা ঈশিংদা কুইনা তিংলুরে অদুগা মোন্দ্রংসু শান্নরুরে।"

"মোন্দ্রং হায়দি করিনো, মেদাম ?"

"মখা তারনু, চৎলো চম্পা !"

চম্পাকলি চৎখ্রে, মুরুম মুরুম শোল্লি — "মোন্দ্রং শান্নবা ! মোন্দ্রং শান্নবা ! মসিগী নুপীসি অঙাওবী, ক্রেক চুবী ওইরিনি।"

চম্পাকলি পম্বুরমদ্রে, প্রপ প্রপ চৎখ্রে।



লেদিজ হোষ্টেলগী দাইনীং হোলদনি।

খোই সঙ্গু পাইশিল্লকলে, খোইদগীসু হেন্না লাংঙি ; পুমনীল নীল্লি। কোল লীক, পৃথম তেঙ্কোৎ মখোল... মরক অদুদা মীনীল ; হয়িংখোয়দগী হেন্না লাংঙি। ছাত্রিশিং পরেং পরেং

লেপ্লি। মাগী মাগী পৃখম পায় পায়দুনা চংশিন্নরকই। মখূৎ ওয়না পৃখম, মখূৎ য়েংনা খাবে পায়রদুনা এপ্পাং মথেল কোৎনরি ; অমগী মথংদা অমা। বুফে ষ্টিটেমেনি ; কোললিকসু মশা মশানা যেংলগা থমলম্বগী চংনবীনি। পৃখম মখক্তা এপ্পাং হাপচিল্লি ; তেঙ্কোৎ শিজিন্নদে। পরেং শানা ফৈদোম ফৈদোম ফম্লগ্রে, চাবা হৌনগ্রে ; লাংলম্বা পূম্নমক নেমথখি। পুমচিক চিক্লা চাক চান্নরি।

শ্রীমতী কুমারিকা চংশিল্লকই, মখূত্তা ফোলদিং ফাইল অমা পায়রকই। ওয় থংবা লেংজুমদা হেন্দ বেগ য়াল্লি। মহাক হায়হিল তোংদ্রে, ইচম চম্বা সেন্দল অমা তোংঙি। অনৌবা ফিজেৎ লৈতেংলদুনা য়াম্না হেক্তা কেগ্রে ; হায়নিংঙাই লৈতনা ফজগ্রে। মহাক্না ট্রেনগী খোঙচংতা শেৎলকখিবা ফনেক ময়েক নাইবা অদু নোংবাল মচুনি (হঙ্গাম মরু পোকখায়বা মচুগা অমুবগা লাংবা)। মদুদি টাইগর মেখলা মান্দা মাল্লি। হৌজিক্না মচু অমনি, থম্বাল লৈখোক মচু ! ইন্নফিনা চিংগোংলৈ মচুগী মোইরাং ফি, ফিবাল হৎপা। মায়থোংগী ফজবসু লময়োঁই— মীৎপান্দা কাজল থাই, চন্দন থিল্লি, চীনবান্দা মচু পাতক শংঙি, লংত্রিক লংনদি শংলক্লে। শম্বুল ৱাংনা পুল্লি, শমদোন শমজি খিৎতং লিৎথোকই। মাগী শমজিদা গুলাপ অমদি থেৎচনিংঙি, থেৎলক্তি। শমফাবী, মতোন্দা ঘিনিগী কুরাক তোংবী অমা থেৎলি ; মদুনসু গুলাপকী মহুৎ শিনবা ওইনা ফজে। ইফদা হেক ফজে। বাঠ রূমদা ফাওখিবা মাগী ৱাখল অদুমক হেক তৌরে। হান্নসু ফজরবা মায়থোংদা, পাতকপা মচুগী লৈতেং, লৈচল খরদং তৈরকই। সাড়ী ফিইন তৌরিবা ওয়থংবা নাকচেংতা 'মিস ৩৬' লোৎলি হায়বদু খরদং উংথোকচৈ, ফুরিৎ কোৎথোকপী লিংতে ; খোইদৌ লোংচৈ, নঙ্গলগী ঙকশম ময়াদা খিৎতং কোৎথোকপী ফুরিৎ লিৎলি। মচুনা পিঙ্ক ! ফিজেৎ য়াম্না চেকশিল্লি হায়বা তাই। নুপীগী করম করম্বা হকচাং কায়াৎনা নুপাদা সেক্সুয়েল এফিনিটি পোকহনবগে হায়বা মহাক খঙঙি। মহাক্না কৈদৌঙৈদসু থারক উংপী ফুরিৎ লিৎখিদে, খোইদৌ উংপি ফুরিৎসু লিৎখিদে, শেগ্রাক কোৎথোকপী (শেগ্রাক উংপী) ফুরিৎ লিংতে। স্পোর্ট অহুম অসিসু 'জি স্পোর্ট'গী হেন্না অহানবা এফিনিটি (চিংশিনবগী শক্তি পোকহনবা) পোকফমনি। মসি নুপী অয়াম্বনা খঙলবসু, উৎনবা হোৎনৈ। মাগী মাগী মরম লৈরম্বা য়াই। শ্রীমতীগী মফমদদি পূম্নমক অসি উংলুবগী কান্নবা লৈতে। পূম্নমক অসিগী টারগেৎ ওইরিবা মাগী মায়থোং! মদুগী ফজবা ফোঙদোক্লবা ৱাহৈ, লোনগৈদা থেংনদ্রে।

ফজৈ ! শ্রীমতী কুমারিকা ফজৈ। অঙকপা ফংনা ফজৈ ; পান্দসু ফজৈ ; ফিনুংগী ফজবসু (মিংশেলনা কৈদৌঙৈদসু মীনমদে হায়বদো) তশেংন- তশেংনা উংগ্রে। মমিনি, মমিগী অশেংবা শক্তমসু মিংশেল মমাঙদা লেপগ্রে। খঙদেদা, শ্রীমতী কুমারিকা ! নঙবু করম খোকলগবা ! পামদি, পাম্মুহৈ,থিকলেন অমসুং হৈয়ানু ! কৎথোকলম্মু কনাদনো অমা !

ইহে, হং হং ! শ্রীমতী কুমারিকা থোঙজিন্দা লেপ্নুনা ছাত্রি ময়াম অদুবু মোমোন তৌনা য়েংজৈ। মহাকসু ছাত্রি ওইরকই ; হোষ্টেলগী পুন্সি থেংনরকই, কয়া অমা নীংশিংলকই। কোইন্দবী মমান্নবী মশেল চাক এপ্পাং লাক্লরকই ; চাক ইন্নৈ। মফম অদুদসু অদুগুম্বা উজৈ ; মদুদা মহাক য়াম্না হেক্তা নুংঙাইজৈ। মিকুপ অমত্তং, সুপ্নগী মিকুপ অমত্তং অদুদা মহাক্না খঙনীং হেক নীংশিংলকই ; রেবিকা, চন্দ্রজিনি, আরাতি মুখর্জী চাক ইন্নখিবদো, ঙরাংতা ওইরবোই নীংজৈ। লোইনমক কায়নগ্রে ; কমদৌগ্রে হায়বগী পাউ তান্নখিদ্রে। ফাল পরেং অমদগী মথং মথং কায়নখিবা হায়বা অসি হৌনশানি। ছাত্র ছাত্রিগী পুন্সি ; অদুম

থেংনখিদবসু য়াওই। চহী কয়াগী মতুংদা থেংনরকপসু য়াওদবা নত্তে। শ্রীমতী কুমারিকানা ময়াম অদু য়েংনা য়েংনা খঞ্জে (নখোয়সু নোংমদি প্রেমনিকেতন্দগী মথং মথং কায়নখিনিকো।)

মেস অমদি কিয়ার টেকরসু ওইরিবী চম্পাকলিনা শ্রীমতী কুমারিকাবু ময়ামদা মশক মমিং তাকপাওইনা হায়রকই—"মেদাম শ্রীমতী কুমারিকা অসি অনৌবা ৱার্দেননি, চিয়ারমেন সাহেবকী মরী মতানিসু হায়নৈ, মখাদি নখোয় শকখঙনজরো।"

দাইনীং টেবল পরেং পরেংদা লুকথরগা দাইনীং বেঞ্চ পরেংদা ফমলিবী ছাত্রিশিং অদু ফুক ফুক হৌগৎনগে তৌই ; শ্রীমতী কুমারিকাগী মায়থোং তম্না, খোঙদগী তোন্দা, মীৎয়েং থমনৈ, চাক চকখোম থাঙ্গৎলুরগা হুকচিনবা কাউবসু য়াওই। লোইনমক্না 'অস অস' হায়নৈ।

"প্লিজ কমপ্লিট য়োর লঞ্চ ফার্ষ্ট ; সিট দাওন, সিট দাওন।" শ্রীমতীনা অসি হায়রগা চাক এম্বাং থেন্দুনা থল্লিবা অদোমদা চংশিনখ্রে, পুখম অমা পায়রগা চাক এম্সাং কোৎপা হৌখ্রে।

"মেদামগী টেবল তোঙান্না শোমদা লৈজরে।" চম্পাকলিনা হায়রকই।

"ঐসু হোষ্টেলদা লৈরকই ; অসুম্না চামিন্নরকই।" শ্রীমতীনা অসি হায়রগা পুখম পায়দুনা কোয়না চংলি। কোয়না য়েংনা য়েংনা হায়রকই—"মিস চৌধুরীগী মনাক্তা হেক্তা ফমলগে।"

শ্রীমতী, অম্বিকা চৌধুরীগী মনাক্তা চংশিন্দুনা ফমখ্রে। চাক চাবা হৌখ্রে।

অম্বিকা নুংঙাইফাৎত্রি। অয়ুক অঙনবদা মাবু লাকথুরম্মী। অদুবু মপান থোকপা য়াদে। নোকফেৎ তৌরগা মনীং অচৌবদু লৈশিল্লগা নোকফেৎ তৌই —"লেঙশিনবীরকউ, মেদাম!"

"ভেরী টেষ্টি ! বাঙ্গালী দিস !" শ্রীমতী কুমারিকানা মথক্তা অসুম্না শোঞ্জরগা চম্পাকলি তারসনু মতাগুম হায়রকই—"চম্পারানী ! হৱাইথোংবা অসি হয়েংখৈদি খজিক্তং কুৎশিল্লু, অতৈদি ফরে, থুম মোরোক চপ চাই। অদুগনে, মৈতে নুপীশিং ! মীরমদা ঙারি ফাবৌ লৌরগা চারুনুকো।"

তোঙানবা ফমফম অমদগী নাসিম বানুনা হায়রকই—"মেদম !য়েন ঙারিদি মরক মরক্তা চাই ; য়ুমদগী ইচৌনা থারকই।"

মিকুপ অমত্তং, ময়াম অদু ৱা লাওনা নোকখি।



হোষ্টেলগী চাকচা !

লানচাক চাগুম্মী, চাকহাপ নাইদুনা মরা তারগা চান্নদে। হাওবা হাওতবা ফুফা ফুফা পংচাদা চান্নে। খরা মবুক চাওবা কাঙবুনা অমুক চংশিন্দুনা লৌরুই। মতম কুইনসু চংদে। অমীগী চাকচাসু অসি মঙাই, থোয়না খেন্নদে। ছাত্র ছাত্রি ওইরিঙৈদদি চিলহাও থিন্নদে, পংহাওদা হাওই। ছাত্রি অয়াম্বা চাবা থকপা লোইনখ্রে। কোললিক ফেংদুনা মখুৎ মশা হাম্বা

লোইনখ্রে। অম্বিকা চৌধুরীদি মবুক চাওই, খরা পেনফাৎত্রি ; হৌগৎতুনা লৌরুগদবসু ইকায়রপ তৌই ; মনাক্তা শ্রীমতী কুমারিকা যমদুনা চারি।

"অম্বিকা ! চবদা ইকাইরনু, পুক থন্দবনি।" শ্রীমতী কুমারিকানা অসুম হায়রগা ফুক হৌগৎলগা শমথরকই—"লাওহে দহি লৌরুসি, নঙসু খরা কৌরপ উহ্।"

অম্বিকা ইকাইরপ তৌনা নোকই, হায়রকই—"অদুইরাদি মেদাম, পাফর পেকেট অনী ইথক্তা চাবা ঙম্মী।"

"চারমগনি, নশাসু নোইতকই। ঐসুনে ইশা পাতকচরবসু য়াংলেন শাংবনিনা ফজনা কংপা ঙম্মী, লাও হৌগৎলকউ।"

শ্রীমতী কুমারিকানা অসুম্না হায়রগা হৌগৎখ্রে— চাক এম্সাং পরেং নাইনা থেন্দুনা থমলিবা মেস টেবল মনাক্তা চংশিখ্রে। অম্বিকাসু মতুং ইন্দুনা চংশিনখ্রে। মবানী তুংথা মাঙথা লেপমিন্নদুনা চাক এম্সাং কোংথরি।

চাক চাবা লোইরবা ছাত্রি খরা মপান থোকখিগে তৌই। মতৌদু উবদা অম্বিকানা লাওরকই—"নখোয় লোয়নমক ভেরেন্দাদা পরেং লেংলম্মু, চংখিবা য়ারোই, ব্রার্দেন মেদামগা শকখঙ মায়খঙনখো, হৌরেনদেদি ঐসু ফ্রী ওইরনি, নখোয় পান্নবদা ঐদি লাইরিক পাদ্রবনি, হন্দক অমুক ফেন ওইরবদি, ঐহাক লাইরিক তম্বা তোকখ্রনি।"

"অম্বিকা নঙবু...?" শ্রীমতী কুমারিকানা লকক তৌরগা হংলকই—"খৃদি কয়ারক থিখ্রবগেনে ?"

"মেদাম ! ঐসে নিকেতন অহুমগী ঈশিং থকলবীনি।" অম্বিকা চৌধুরীনা শমথরদুনা হায়রকই—"শান্তি নিকেতনদা ফেল অনীরক, শ্রীনিকেতনদা ফেল অমুক, অদুদে প্রেমনিকেতন য়ৌরক্তুনা ইনৌ হেক নৌনা অমুক আই. এ. তম্বা হৌরকই ; মফম অসি ঐগা খরা চান্নখিদুনা উচিন নাচিন্না বি. এ লোইদৌরে।"

"সবজেক্ট করি করিনো ?"

"পোলিটিকেল সাইন্সকা এদুকেসনগা।"

"এ ঃ অদুদি ঐগা মান্নে ব্রাকনু, ঐহাক তাকপীগে।"

"রিয়েল্লী, মেদাম !" অম্বিকানা হরাওজনা হায়রকই।

"শোয়দনমক !" শ্রীমতী কুমারিকানা চিংলেম্না খুম্মী।

মখোয় অনী মেস টেবল মনাক্তগী খরদং চংথোরক্লগা লেপ্পা লেপ্পা, চাক হুক্র হুক্র ব্রারীসু চংথরি। হোস্টেলদা অম্বিকাবু য়াদবসু য়াম্না লৈ। মখোয় খরনা মচি মরুমদা চিবোন চিবোন ঙাংনরি।

"নুংঙাইজরেদা, নুপা শাবী অসিবু ঙম্বীসু লৈদনা।" সুমিত্রা বিশ্বাসনা মথক্তা হায়জে।

"চুম্মী সুমিত্রা ! ঐনা মহেল্লে খনগনু হায়নরিবনি।" ইবেনুংশি কৌবী মৈতৈ নুপী অমনা পাংশিল্লকই।

"য়ৈবী অসে, মহানি ! ফরবনি মাবু ঙম্বী লাকপা।" নির্মলা দাসনা সুমিত্রা বিশ্বাসতা ওকশিল্লকই—"নঙবুসু...?"

"হে ! নখোয়বু তুম্মিন লৈয়ুনে।" নাজিরা বেগমনা থেমজিল্লকই –"চীন নম্মুনে, মীমাং পুমাং য়েংঙ্গুবা, ঐদিনে ইচে অম্বিকাদা ঙাওরিবনি।"

মখোয় ময়াম তুম্মিন্না লৈখ্রে। ছাত্রি ময়াম মপান্দা থোক্তুনা পরেং লেংলগা লৈনখ্রে। সুমিত্রাখোয়গী কাওলুপসু মপান থোকখ্রে। দাইনীং হোলদা লৈরিবসি, শ্রীমতী কুমারিকা অমসুং অম্বিকাদং ঙাইহৌরে।

শ্রীমতী চাবা থকপা লোইশিনখ্রে ; ৱাশিং বেসিন তম্না চংশিনগে তৌই। অম্বিকানা মখূৎতগী পুখম অদু তাপ লৌখ্রে, হায়রকই –"মেদাম ! ঐ চামজরুগে, মপান্দা লেঙথোকপীরো ময়ামগা শকখঙ মায়খঙনবীরম্মু।"

"হোয় হোয়।" শ্রীমতী কুমারিকা মচীন মখা তেংদুনা মখূৎ হামলি।

কুমারী অম্বিকা চৌধুরীবু খ্বাইনা কিনৈ হায়বসি চুম্মী। ছাত্রি অমত্তা চংখিবা ঙমদ্রে। মাগী মাগী ক্লাসকী কাওলুপশিং (সাইন্স, আর্টস) পরেং লেংদুনা লৈখ্রে। চিবোন চিবোনসু ঙাংনৈ। শ্রীমতী কুমারিকাগী চিংলেম্বা মতৌ, পকচবা ড্রেসিং ষ্টাইল অমদি মশক মতৌ ফজবগী মরম অসোমদনি। মমিং অসিদসু পংঙাংদা ঙাংনৈ ; কোলেজগী ছাত্রিনিদনা ; নৌরিবী কয়া, লীরবী কয়া... ঙাংনজসনু।

"মমিং অসিবু.. কুমারিকা কৌবা নুপা অমগী নুপী ওইদৌরিজাৎলা ?" সপনা মোহন্টি (উরিষা নিঙোল)না মথন্তা শোঞ্জে।

"ওইরম্বা য়াই, মেদামসি চহী কুম্লু ঙকয়াগী মীওইনি।" প্রিয়া তেন্দুলকরনা শৌগৎলকই।

"মৌ নত্তেদা, লৈশাবী অরিবী মাল্লি।" মিনাক্ষী ঘোসনা পাংশিল্লকই।

"মশানদি মৌসু লৈশাবীসু অনীমক ওইবা য়াই হায়রম্মী।" খরা লাপ্তুক লেপলিবী গীতাবলীনা ওকশিল্লকই।

"অদুদি ... করি হায়নি, অপ্সরা তারেনে।" নিমী সন্যালনা হৌদোরকই।

"হোয়নে হোয়নে, ঐদি অপ্সরা হায়দো ওইনীংবনা..।" নাসিম বানুনা শমথরদুনা হায়রকই –"মেনকাগী ৱারী তারুরগা অনারকলি ওইনিংলম্বদো পামখিদ্রে।"

"এ ! মিস বানু ! নঙদি নচা হুন্দোক্কে খল্লিরা ?" ইবেতোম্বী চনুনা লক্লরকই।

"সুম নুংঙাইদৌ মানবদো।" নাসিম বানুনা খুম্মী।

"নঙগী বিশ্বামিত্রদি কনানো ?" ইবেনুংশিনা হংলকই।

"ইচৌ অমা থেংনরম্মী, হাওড়াদা।" নাসিম বানুনা খুম্মী।

ছাত্রি ময়ামদো ৱাচোই অসিদা নুংঙাইজে। ছাত্রি ওইরিঙৈগী পুন্সি, অসি ঙাক্তনি, নুংঙাই নুংঙাইবা মঙলান অমসুং মোন্দ্রংদা নুংঙাইজরিবনি। অদুবু, মতম কুইনা চংথবা য়াখিদ্রে। মখোয় ময়াম চুপ হেক্তা লৈখ্রে। শ্রীমতী কুমারিকা মমাঙদা লেপলরে, অম্বিকাদি মনুংদা কোল ফেংহৌরি।

শ্রীমতী কুমারিকানা পরেং নাইনা লেপলিবী ছাত্রিশিং অদু য়েংলদুনা হায়রকই — " ঐগী নুংশিরবী ছাত্রিশিং ! নশা নশাগী নমিং, ক্লাস, হোষ্টেলগী রুম নম্বর হায়রকউ, মতোন্দগী মথং মথং হৌসি।"

"মেদাম ! হোষ্টেলগী এটেন্দেন্স রেজিষ্টার য়েংলগা রোল কোল তৌবনা ফরোইদ্রা ?" গীতাবলীনা মরক থংপা ওইনা হয়রকই, মথন্তা অমুক শোঞ্জে (কৈকান্নবা, মৌ অনৌবী থবক ফৈ হায়দুনি, খরা লৈরগা তোকখিদৌসিবু।)

"মিস গীতাবলী ! মদুনা হৌরেন নুমিদাংগী চেক্কিং মতমদা তৌগদবনি।" শ্রীমতী কুমারিকনা হয়রকই — " এনি রে নঙোন্দগী হান্না হেক হৌরো, নমিংদি খঙলে, করি ইয়ারনো, সবজেক্টসু হায়রকউ।"

"মেদাম !" গীতাবলীনা নোকখিরপ তৌনা হায়রকই —"ঐগী যুম্নাক্কা তোইজমনি, কাছার বোনতারপুর, বি.এ. ফাইনেল ইংলিস ওনর্স, রুম নম্বর ২৫।"

"য়ারে, এম. এ ইংলিস তমলগা রিছার্চ তৌ।" শ্রীমতীনা শমথরকই —"মতোন্দগী হায়রকউ, ঐসু মথং মথং শক মিং খঙজিলহৌগে।'

"মেদাম !ঐখোয় লোইনমক্কী শক মিং পান্ননা খঙবসিবু ঙমগদ্রনে ?" মরক্তগী নাসিম বানুনা হংলকই।

"লাইবক য়েংগে ; তৌবসু ঐনা অমুক্তং উখিবা শক্তম, খঙখিবা মমিং পাক কাউগনদে।" শ্রীমতী কুমারিকানা নুংখন্নে (চহী ১২দা কাইনখিবা শ্রীমান্স বাসুবুসু অদুম খঙবা ঙমখি ; ঙাইহাকপুদি লীলা শান্নখি, থাজদনা থেংনবগী জিং লাওবীদো কয়াদি নুংঙাইখ্রে, অদুগা হৌজিক্না মহাক কদায়দা থিরুগনি !)

"মেদামগী মেমোরী পব্বারদো কল্লকচৈ।" মতোন থংবী ছাত্রি অদুনা অসুম্না ৱাহৌরগা মশাগী পরিচয় পীরদুনা শকতাকচৈ —"ঐগী ইমিং অপ্রনা সেন, বি.এস.সি. ফাইনেল, রুম নম্বর ২৭।"

শ্রীমতী কুমারিকানা মাগী নুংমীৎ পাব্বার শীজিন্নদুনা ছাত্রিশিংবু মথং মথং কুপ্না য়েংল- য়েংলদুনা মতোন্দগী মনীংলোমদা অসুম চৎথরকই, মঙক নোমলপ নোমলপ মোমোনসু তৌজে।

"দোল্লী থাপা, ফোর্ম দারজলিং, রুম নম্বর ৪৪, আই.এ. সেকেন্দ ইয়ার।"

"বিনিতা মিশ্রা, ফোর্ম বিহার, রুম নম্বর ৭০ বি. এস. সি. হোম সাইন্স..।"

পুংখায়মুক্কী মনুংদা ছাত্রিশিং অদু মশা মশাগী শক্তাক ৱারোল পীজে — সপনা মোহন্টি, সাবিত্রি দেবী, চন্দ্রজিনী, নাজিরা বেগম... অসুম্না মথং মথং লোইশিনখ্রে। দাইনীং হোল মনুংদা লৈহৌরিবী কুমারী অম্বিকা ঙাইহাকসু নাখোক্তুনা উইথোকউরে, খবেং চিংলকই ; প্রপ প্রপ চেল্লোরকই। খ্বাইগী মনীংদা লেপলরে। শ্রীমতী কুমারিকানা য়ৌরকপগা মপা চান্নরুই। মবানীদি মুন্না খঙনরে হায়বসু য়ারে।

অম্বিকানা হাকাম অমা খঙহৌদনা চল্লগা হায়রকই —"ঐগীদি অনীরক ভাকচখ্রে, মখা তাকচররোই, মেদাম !"

শ্রীমতী কুমারিকা নোকফেৎনৈ (মসি নুপীসি থেমলগা ফজনা শিজিন্নবা য়াগনি, মবুক মপাও ফত্তবদি নত্তে ; খর অদুক মখোয়গী হৌনবী মত কাজবনি।) মচীন কাংলদুনা হায়রকই –" নঙগী নমিং নথা নুংঙাইৎতা ঙশায়না ইশিনখ্রে, চুন্না য়েংঙু হায়রক্কে।"

"মেদামগী চীন্দগী ঐগী পরিচয় তাজনীংঙি।" অম্বিকা নোকই।

"কুমারী অম্বিকা চৌধুরী, কালিকা শাবী !" শ্রীমতী কুমারিকানা ফাগী ওইনা মখা শমথরকই – "চৌধুরানী ! দোন থিং অদরব্রাইজ ! দিসগাইজ আইদেন্টিটিদা মশামকপু কামখ্যা দেবীনি খঞ্জবী ছাত্রি অমা গৌহাতি য়ুনিভরসিতিগী লেদিজ হোষ্টেলদসু লৈহৌই, মমিং অশেংবনা কামেশ্বরী কৌই ; মদুদা হেক অহিং অহিং কামখ্যা দেবী শাদুনা মরৈ তিংথোক্লগা থাঙপাক পায়দুনা তম্নবগী লীলা শান্নে, নোংমদি ঐনা ফারে, কনাদসু হায়দোপীরমদ্রে ; নখোয়গী অসিদসু কালিকা থোকই হায়না তায় ; নঙ ওইরমগনি হায়বৈ রা নত্তেকো। ঐনা হায়জনিংবদি দিসগাইজ আইদেন্টিটিদা ঙাওজবসি লায়না মখল অমনি ; মমৈদা ঙাওরকপা য়াই। কনাগুম্বীনা দ্রৌপদীনি খঞ্জদুনা নুপা মঙা সুনবসু হোৎনখিবা য়াওই ; মসিগুম্বসি ফত্তে হায়বনিদা।"

কুমারী অম্বিকা চৌধুরী ; মরাই লুকলপ তৌজে (ইস ! মসি নুপীসিদি মহা লাইনিনে। ঐনদি মাবু হৌরেন কালিকা শারগা তম্নগে খল্লি, মানা হান্না খঙদোকপ্রেনে ; কান্নদ্রে ঐ লাই শাবা তোকলগে। অদুই শরুক, মাগা মরূপ ওইশিল্লগা টিয়ুসন তৌদুনা বি.এ. লাছোকহৌরগে।) মহাক্ন নুংদা খল্লিবা ৱাখল অদুমক্তি লোংশিল্লগা মশাবু ঙাকথোকচবা ওইনা হয়রকই –"মেদাম ! ঐদি তম্নলাই শাজবদি নত্তে, চুম্নতগী দ্রামা অমদা কালিকা শারুই। ইশামক কালিকানি খঞ্জরকখি।"

"মদুসু দিসগাইজ আইদেন্টিটি মখল অমনি।" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই --"ঐসু অঙাং ওইরিঙৈদা কুমারী পুজাদা কুমারিকা শাখি, অদৈদি কুমারিকা হায়দুনা খঙনরকখি, ইশানসু ভাপ মেন তাদনা ঐ ইশামক কুমারিকা অমনি খঞ্জরকই। হৌজিকসু ঐহাক কুমারিকা ওইরি ; শ্রীমতী হায়বা অসিসু মিং ওইনা থোনবীরমলে। ঐগী সার্টিফিকেট মিংদি কোইজম সুরধুনী দেবী কৌই, মাঙীসু কৌই ; মসিসু অঙাং ওইরিঙৈদা প্রোফেসার বাসুনা মণিপুরদা লৈরিঙৈদা থোনবীরম্বনি।"

"মেদাম ! সার বাসুগা করি মরী থোক্লবগে ?" অম্বিকানা খঙনিংনা হংলকই।

"মাম্মা থোকই, মাগী নুপী ইনেনি।" শ্রীমতী কুমারিকানা শন্দোক্লুনা খুমসিরা খল্লি (মমৈদদি ইনেদো ইনেমবোক ওইরকপা য়াই, হৌজিমক্তি তাংদাংবা খঙদ্রি ; ঙাইখিবা তাই, শ্রীমান্স বাসু।)

"য়াম্না নুংঙাইজরে, মেদাম!" অম্বিকানা চৌধুরীনা ছাত্রি ময়ামগী মহুৎশিন্দুনা হায়রকই –"কোলেজরোমদা লেঙলসিরা ?"

"চৎসি, লেটস মুভ ওন।" শ্রীমতী কুমারিকানা অসি হায়রগা হোষ্টেল বিল্ডিংগী ভেরেন্দাদগী কুমথরক্লে। চপ অমুক লেপলগা খংলাও লাওরকই –"চম্পারানী ! ঐগী ফাইল কাউরমলে।"

য়েনবীগী মতুংদা য়েন্নাওশিংনা ইনবদৌনা শ্রীমতী কুমারিকানা মাঙ থারগা ছাত্রিশিংনা মতুং ইন্দুনা কলেজ তাবা লম্বীরোমদা য়ানশিনখ্রে।

চম্পাকলি চেষ্টোরকই, ফাইল শিন্নরে।



শ্রীমতী কুমারিকা চিয়ারমেনগী কাদা চংখ্রে।

য়েন্নাওগী মতৌগুম্না মতুং ইন্নরকপী ছাত্রিশিং, মাগী মাগী তোঙান তোঙানবা ক্লাসতা, ক্লোক্তা চংনখ্রে। অম্বিকা চৌধুরী, সুমিত্রা, সপনা, প্রিয়া মখোয় খরদি চিয়ারমেন কাগী মাঙ্গোল থোঙজিন ময়াদা লেপ্লরি। ইণ্টর্ভিয়ু তৌদৌরি হায়বা মখোয় খঙই, মখোয় তানিংঙি। অদুনা ফক্লাং ময়াদা নাথেৎনরিবনি। শ্রীমতী কুমারিকা লোয়নবা নুংঙাইগনি হায়বা মখোয় খঙলকলে। মহাকপু ওঝাসু ওইনা লৈহননিংঙি। মপূক্রিং মপূক্রিংদা মানা মানা নীংজবা লাই খুরুম্মী।

চিয়াবমেনগী কা মনুংদা প্রিন্সিপাল নিরমল মিত্র অমদি ট্রাষ্টকী মেম্বরশিং ; অতৈ অতৈ ওঝা নুপা নুপী কয়াসু ইকোই কোইনা ফমলম্মী। শ্রীমতী কুমারিকানা পুন্নমকপু নোল্লুকপা উংতুনা মখূৎ লোন্নরগা হায়রকই—"নমস্তে ! পুন্নমকপু খুরুমজবি।"

চিয়াবমেন বাসুনা মাবু মশক তাকপা ওইনা ময়ামদা হায়রকই—"মহাক অসিনি মিস সুবধুনী, মাঙ্গীসু কৌই ; মহাকপু শ্রীমতী কুমারিকা হায়রগনা হেন্না মমিং চৎথোকখ্রে। গৌহাতি য়ুনিভরসিটিদগী এম এ এদুকেসন ফার্ষ্ট ক্লাস্তা পাস তৌরে। হান্নসু ট্রাষ্ট মেম্বরশিংনা য়াবীখিবগী মতুং ইন্না লেদিজ হোষ্টেলগী বার্দেন ওইরো হায়দুনা থবক শিন্নবা হৌখ্রে। মহাক সিভিক্সসু তম্বীবা ঙমগনি, ঐখোয়গী ইদুকেসন তম্বীরম্বী ওঝা নুপী বিনোদিনী চার্টজীসু মেটরনিটি লীভ লৌখ্রে, মাঙ্গীবু মতম খরগী ওঝা ওইহনসিরা হায়দুনা কৌরুরে, মহাক্সু প্রেমনিকেতন্দা লৈনিংঙি হায়দুনা চিঠি ইরকখি। ঐখোয়গী চৎনবী মতুংইন্না মাবু টোপিক অমদা লেকচর পীহনবীয়ু, মদুগী ফল য়েংলগা ট্রাষ্ট মেম্বরশিংনা লেপ্পীয়ু ; ৱাফম অসি প্রিন্সিপাল সাহেবতা শিন্নজরি। ঐগী মায় য়েংবীগনু ; মহাক ঐগী ইমৌ থোকই, য়াম্নসু মরাইবক থিরবী নুপীমচানি।"

"মিস সুরধুনী !" প্রিন্সিপাল মিত্রনা হায়রকই—" নঙগী পরিচয়দি খঙলে, অহানবদা ঐখোয় ময়ামগা শকখঙ মায়খঙনখিসি।"

"ফনি, সার!" শ্রীমতী কুমারিকানা খুম্মী।

প্রিন্সিপাল নিরমল মিত্রনা ওঝা নুপী নুপা ময়াম অদু মথং মথং মশক মমিং তাকই—"দোক্তর মনিক বেনর্জী, ঐচ. ও. ডি. ইংলিস, কান্তি মুখর্জী, ঐচ.ও.দি. ইদুকেসন, সরোর্জ মহোপ্রাত্র, ঐচ.ও.দি ওরিয়া, আর. কে. ধর. রিটায়ার জজ, ট্রাষ্ট মেম্বর...।"

অসুম্না মথং মথং মশক তাকই, শ্রীমতী কুমারিকানা মীওই খুদিংমকপু মুন্না মুন্না মশক খঙজিল্লি ; নমস্তে তৌই।

"চৎসি, মিনি কনফরেন্স হোলদা।" চিয়ারমেন বাসুনা হায়রকই —"মাগী লেকচর তারুসি, ছাত্র ছাত্রি খরসু য়াওহন্নসি, মখোয়গী মতসু লৌশি, মহৌশা তৌখিবগুম।"

"মিস সুরধুনী ! ঐখোয় অসিদদি খ্বাই লমগী হবী জবী য়াদে, শক মায় য়েংনদে।" প্রিন্সিপাল মিত্রনা শমথরদুনা হায়রকই —"ঐখোয় ময়ামসে নঙনা ছাত্র ওইনা খল্লগা লেকচর পীগদবনি, পাখৎপা থুক্কৎপা থাদোকপা তাবনি।"

"লাইবক য়েংজগে, সার!" শ্রীমতী কুমারিকানা খুম্মী।

চিয়ারমেন বাসুনা মপান্দা লেপলিবা দেবো, পিওন কৌরগা হায়রকই—"চংলু দেবো! ক্লাস লৈতবা ছাত্র ছাত্রি খরা কৌরকউ, মিনি হোলদা লাকউ হায়রুচো।"

দেবো চংলকই—"সার ! খ্বাইদা খরদি লৈরে।"

"কনা কনানিনা, হা দেবো ?" প্রিন্সিপালনা মিত্রনা হংলকই।

"ইদুকেসন লৌবী অম্বিকাখোয়, সুমিত্রা খোয়নি।"

"মরুদি মখোয় অদুনি, কমপ্লেন্ট কনখ্রবী ঙাকনি।" প্রিন্সিপাল মিত্রনা শমথরদুনা হায়রকই—"মিনি কনফরেন্স হোলদা লৈরম্মু হায়য়ু, অতে ছাত্র খরসু পাউ পীয়ু।"

"ফনি, সার !" হায়রম্লগা দেবো মপান থোকখ্রে। অম্বিকা চৌধুরীখোয়দা মনুংগী পাউ অমদুনা তাহল্লি—"নখোয়সু ওঝা খনবা য়াও হায়রি, চংলো।"

থোঙজিন্দা লেপলম্বী ময়ামদো খোঙলৈ থুনা চংখ্রে।



মিনি কনফরেন্স হোলদনি।

মিনি হায়বৈ ৱানি, মী চনীমুক্তি ফম্বা য়াবা হোলনি।

ৱাংতকপা প্লেটফোর্ম অমগী মথক্তা টেবল, চৌক্রি থাই ; ক্লাস রুম অমগী মওংদনি। হোল অদু মওং তানা লৈতেংঙি। ঙাইহাক লৈতনা ক্লাস ক্লাসকী ওইনা সেমিনার, দিবেটনচিংবা তৌফমসু ওই।

ট্রষ্ট মেম্বরশিং, ওঝাশিং, ছাত্র- ছাত্রি কয়া মরী মরী চংলক্তুনা ফম্লখ্রে। প্রোফেসার বাসুসু য়াওরকই। প্রিন্সিপাল মিত্রনা শ্রীমতী কুমারিকা য়েংলগা হায়রকই —"মিস ! শ্রীমতী কুমারিকা, আই মিন, মিস সুরধুনী, নহাক মপান্দা থোকখ্রো, মখা থংবা থোঙ অসিদগী নশামক ওঝা অমনি খন্দুনা ক্লাস লৌবা চংলকউ।"

"ফনি সার!" শ্রীমতী কুমারিকা মপান থোকখ্রে।

শ্রীমতী করিসু পাখৎতে ; মিহুনবুদি খিৎতং তিং তিং ! হৌনশানি। মীরমনি, মীনৌ ময়ামগী মরক্তা থোইদোক্লসু মঙোন্দগী হেন্না খঙ হৈরবা ময়াম অদুবু মাগী ছাত্র ছাত্রিনি খল্লগা হংলকপা ৱাহংগী নৎত্রগা টোপিক অমগী মরমদা মরিক চুম্লা লেকচর তৌদুনা ঙাংগদৌরিবনি ; গ্যানসু তাহনগদৌরিবনি। মহাক দিবেট য়াম্না য়াওরকই ; মনা ফংলকই, ড্রামাসু য়াওরকই ;

ঈশৈসু শকললকই — মীমাঙ থোক্তুনা ব্রাঙাংবদি কিদে। হংলক্কদৌরিবা টোপিক্তি খঙদ্রি। থোইদোক্লা খনদ্রে, মহাক ইন্টর্ভিয়ুদা যেন্দ ওইরবসু ব্রার্দেন ওইদুনা প্রেমনিকেতন্দা লৈফমদি হান্না ফংলবনি। অদুবু, মীকোক থোংবা পামজবানি, মহাক্লা খঙজবা হৈজবা মতিং উংকে হায়নদি খল্লি। মহাক কাদগী মপান থোকখ্রে, মাগী মশক উহনদ্রে। ক্লাস রুম ময়াদা ওঝা লকলে হায়বগী সাহুম অমা মহাক্লা হান্না তাহন্নবা মচীন্দা 'অহম' হায়রগা খোঙথাং মখোল থোক্লা থাংলদুনা ক্লস রুমদা চংশিল্লকই, মখূৎতা ফাইল অমা।

মনুংদা ছাত্র শাদুনা ফমলিবা ওঝাশিং, মেম্বরশিং, ছাত্র ছাত্রি (অশেংবশিং) ফুক ফুক হৌগৎনৈ। পুল্লপ অদুনা অমত্তা ওইনা হায়রকই —"গুদ দে, মেদাম!"

"গুদ দে !" শ্রীমতী কুমারিকানা অসুম হায়রগা কোয়রপ্লা য়েংলদুনা হায়রকই —"মাই দিয়ার প্রেমনিকেতিয়ান্স প্লিজ বি সিটেদ।"

"ভেরী ব্রান্দরফুল !" প্রিন্সিপাল মিত্রনা হায়রকই —" প্রেমনিকেতিয়ান হায়বা ঐখোয়বু ? ব্বি গোট এ নিউ কোইন ব্রার্দ এজ অব্বার টাইটল ! য়ু আর ভেরী স্মার্ট, রিয়েল্লী ভেরী ইন্টিলিজেন্ট ঈনভ।"

"থেঙ্ক য়ু, মাই দিয়ার প্রেমনিকেতিয়ান্স ! আই রিপিট এগেন।" শ্রীমতী কুমারিকানা অসি হায়রগা ষ্টেজদা কাখৎখ্রে। ওঝা অমা ওইনা ময়াম অদু ছাত্র ছাত্রি অমগী মওংদা করিসু পাখৎপা তৌদনা য়েংলকই।

"মেদাম ! ঙসিদি ক্লাস তৌরগুমসি।" প্রিন্সিপাল নিরমল মিত্রনা মখা তানা হায়রকই —"ঐখোয়না য়াম্না খঙজনিংবা ব্রাফম অমা লৈরে, ঙশায়দগী ঐখোয় ময়াম মরৈ য়েৎনজরম্বনি, মেদামগী মত খরা থম্বীয়ু।"

"করি ব্রাফমনো মিষ্টর মিত্র, আই মিন মাই দিয়ার ষ্টুদেন্ট এন্দ ক্লাস রিপ্রজেন্টেটিভ ।" শ্রীমতী কুমারিকানা করিসু চিংনবা লৈতনা হংলকই।

"মেদাম ! দু য়ু এগ্রি দেট, ব্রোমেন হেভ ঈকিয়েল পব্বার এজ মেন ?" প্রিন্সিপাল মিত্রনা হায়রকই —"প্লিজ গিভ য়োর কমেন্ট।"

শ্রীমতী কুমারিকা ঙাইহাক্তং চম্মনৈ, কুইদে। মহাক্লা ব্রাফম অমখক খঙনীং নীংশিংলকই, খুদক্তা হেক্তা হায়রকই —"মাই দিয়ার প্রেমনিকেতিয়ান্স ! Equal right does not mean equal power."

মহাক্কী ব্রাহৈদোক অসিদা প্রিন্সিপাল সাহেবনা খূবাক খুরকই, প্রোদোক প্রোদোক। ময়ামসু মতুং ইন্দুনা খূবাক খূগৎলকই। কা অদু পুমনীল নীল্লি। প্রোফেসার বাসুদি ময়া কারণ, মঙক নোম্মী (মসি অঙাং অসিদি মতৌ মান্দনা য়াম্না ঈচংসু থৌরমলে, মকোকসু য়াম্না লৈরেদনা, ঐনা মাগী থোনখিবদো য়াই, ইচাগী মমিংগা চুংশিন্ননা থোনখিবনি, মখোঙ থোংনসু লাকএ।)

খূবাক মখোল নেমথখ্রে।

শ্রীমতী কুমারিকানা মখা তারদুনা ঙাংলকই —"ঐনা ব্রাহৈদোক ওইনা থমজগ্রিবা ব্রাফম অসি, ঐনা হায়জবা নত্তে। নুপীলক্তগী অথোইবী, ভারতকী প্রাইম মিনিষ্টর ওইরিবী ইন্দিরা গান্ধীনা, নোংমা কাঙথক অমদা লেপ্তুনা লাওখিবনি। ওস্থোক্লা চুমথ্রবা ব্রাফমনি।

কৈদৌঙেদসু নুপাগা নুপীগা শক্তি মান্নবা য়ারোই। বাইওলোজিকেল্লি, নুপা নুপী হায়দুনা খেন্নরকই। নুপীদা অশোনবা লৈ, নুপাদসু অশোনবা লৈ। নুপীনা নুপাবু নুংশি লাং থাক্তুনা খুদুম চনবা ঙস্বদি য়াই ; মদুনা নুপা নুপী শক্তি মান্নরে হায়দুনা লৌবদি লানগনি।

টৌপিক অসিগা মরী লৈনরপসু তৌনা ব্রাফম খরদং থমজরমগে, ঐগী পার্সনেল এক্সপিরেন্সতগী হায়জবনি। হৌজিক্কী মতমদা ইদুকেসনগী মঙাল ফংলবী নুপীশিংনা পুন্সি খোঙলোয় ওইগদৌরিবা পার্টনর অদু মুন্না খনবীহৌ ; মওং চারোইদবা ওইরবদি য়ুম পানবীরুনু। শক্তি লৈরবা নুপা কয়ানা নুপীবু ওৎ-নৈবগী, শারাক তন্নগী, ফু চৈবগী পাউ কয়া ব্রাথোক কয়া তাবীরে। নুপীনা চপ মান্নবা শক্তি ফুদোক্তুনা নুপাবু ওৎ-নৈবা, ব্রারক ব্রাতেন্নদি ঙমদ্রি। মসিনসু খুদম অমনি। হোয়, নুপী অমা অনীনা নুপা হাৎপগী পাউ তাই ; মদুমক্তা নুপীসু নুপাগা শক্তি মান্নরে হায়রব্বদি য়াদ্রি। নুপাগী অশোনবা, অচেংবদা হাৎপগী ব্রানি। ঐনা হায়জরিবসি নুপা হাৎলু, নুপী শক্তি ফুদোকউ হায়জবা নত্তে ; চুম্নতগী খুদম মচা অমা থমজবতনি।

ইন্দিরাজি মশামক্তা প্রাইম মিনিষ্টরগী শক্তি, পব্রার লৈরি। হৌজিক মহাক্তা নক্সলাইট মুভমেন্ট লাকশিন্নবা থৌরাং লৌখৎলক্কদৌরি ; মফম কয়াদা ওপরেসন চৎথরকপা য়াবগী পাউ লৈরে। ইন্দিরাজিনা প্রাইম মিনিষ্টর ওইবা তোক্তুনা মীচম নুপী অমা ওইনা হিংলবা মতম অদুদদি সিটিজন অমগী ফংফম থোকপা রাইট ফংগনি ; নুপাগা মান্নবা শক্তিদি ফংগনি থাজদে। অদুনা নুপা নুপী রাইট মান্নবদি য়াই ; নুপা নুপী শক্তি মান্নবদি কৈদৌঙেদসু য়ারোই। পাব্রার পোলিটিক্সকী ব্রাফম্না লেপকদবা নত্তে। দু য়ু এগ্রি মাই দিয়ার প্রেমনিকেতিয়ান্স !"

'এক্সিলেন্স !' প্রিন্সিপাল নিরমল মিত্রনা খূবাক প্রোদোক প্রোদোক খুরদুনা লাওরকই—"য়ু আর দ রাইট কেন্দিদেট, আই এগ্রি টু য়োব কমেন্ট। য়ু আর বিকমেন্দেট টু দ ট্রষ্ট মেম্বর ফোর সেলেক্সন।"

"ব্রি অলসো এগ্রি ফোর সেলেক্সন।" মনিক বেনর্জীনা খ্বাই ময়ামগী মহুৎ শিন্দুনা হায়রকই—"ভেরী স্মার্ট লেদি ফোম দ ইষ্টর্ন হোরাইজন।"

অম্বিকা চৌধুরীনা ছাত্রিশিংগী মহুৎ শিন্দুনা হায়রকই—"ঐখোয়সু য়ারে, য়ারে।"

বাসুনা লেপখৎতুনা খূবাক খুরগা হায়রকই—"আই এম প্রাউদ ওফ মাই নিশ ! এজ রিকমেন্দেট বাই দ ওথোরিটি, মিস শ্রীমতী কুমারিকা, আই মিন, মিস সুরধুনী মাক্সী ! য়ু আর সেলেকটেদ এজ এ জুনিয়ার লেকচরর ফোর টিচিং ইদুকেসন ইন প্রেমনিকেতন।"

"থেঙ্ক য়ু সার !" শ্রীমতী কুমারিকানা হরাও মথোই কাদুনা ষ্টেজদগী কুমথরক্কে তৌই।

"ঙাইখো, ঙাইখো শ্রীমতী কুমারিকা !" ইদুকেসনগী ঐচ.ও.দি. কান্তী মুখর্জীনা হায়রকই—"নঙগী সবজেক্টকী মরমদদি থোইনা হংনিংঙাই ওইদ্রে, নহাক নম্বর য়াম্না ব্রাংনা ফংঙি হায়বা খঙলে। য়ুনিভরসিটিদগী থোরকপা নৌরি, লোইনা চিনফা পুরমগনি খল্লি।"

"হংবীরবসু য়াই।" শ্রীমতী কুমারিকানা ঈচংথৌনা খুম্মী।

প্রোফেসার বাসুনা মেম্বরশিংদা ঈঙ্গিৎ তৌরকই—"প্রিন্সিপাল সাহেব অদুগা, মেম্বরশিং করি করিনো খরা হংবীনিংবা লৈরবসু হংবীখো।"

"মিস সুরধুনী ! নহাক মণিপুরদগী লাকপনি হায়বা তাজরে। অদুনা লাইরিক লাইসু

নত্তবা অতৈ অতৈ হায়বদি কলচরগা মরী লৈনবা করি করি হৈবীবগে ?” দোক্তর মনিক বেনর্জীনা হংলকই।

“জগোই ঈশৈ অদুম খরা হৈজে, সার !” শ্রীমতীনা খুম্মী।

“জগোই মতেক অমত্তং উৎশীয়ুদনা।” দোক্তর বেনর্জীনা তকশিল্লকই।

· শ্রীমতী কুমারিকানা খুম্মী —“য়াম্না উৎচনিংঙি অদুবু যন্ত্র য়াওদ্রবদি জগোই শাবদা বিৎ কাদে, কয়াসু নুঙাইদৌ মানদে, নোংমা কোলেজগী ফঙ্কসন অমদা উৎচরগে, ৱারৈবীরোই খঞ্জে, প্রোফেসার সাহেব!”

“অদো, ঈশৈদি মতেক অমত্তং ওইরবসু, অলাব লাওববু ওইরবসু যন্ত্র য়াওদনা শকপা য়াইদনা।” মনিক বেনর্জীনা তকশিল্লকই।

“ফরে, পরেং অমা অনীদং শকচরমগে।” শ্রীমতী কুমারিকানা ঙাইহাক নুংখন্নে (অদুঙৈ, ওঝা খোমদোন্না সুর পানবীরম্না ঐগী ঈশৈ ময়েক অদু শকলসিরা ? মহাক্তবু তাহনগে খনখিবনি। মাদি শিবা চংবসু খঙদ্রি ; ফরে, ঙসিদি হেক্তা শকলগে, পরেং খরদং।)

“মেদাম ! ঐখোয় ময়াম খূবাক খুজরক্নে।” অম্বিকানা মনীংদগী লাওরকই —“সে, ৱান টু, থ্রি... ।”

মখোয় নুপী ময়াম্না তান থাগৎলকই।

শ্রীমতী কুমারিকানা মখূৎ থাঙ্গৎতুনা ঈঙ্গিৎ পীরকই। ময়াম তুম্মিন্না লৈপ্লে। মহাক্না মচীন উমশিল্লগা রাগ শাগৎপা ওইনা ঙংজে, ঙাইহাক লৈরগা তঙাংলবা চীনবাল অনীদো কাথোক্তুনা থাদোরকই ; খোইথুম্নরবা সুর অমসুং ময়েক —

“ শর্মাজগী গুলাপ্তা তোংলম্না খোইম্নু!
ঙাইজরি ঙসিসু, খোইরাবা নঙতবু।
বসন্ত লাকতৌরে অনৌবা কুমওনগী
পাইরকখোদা নঙসু, লমদনবা ওইনা।”

শ্রীমতী কুমারিকা ইখঙ হেক খঙহৌদনা হিক হিক কপখোরক্লে, অপাম নুংশি, মৈচাক মৈশা লাংবগী কপ্পা নত্তে। মহাক্কী কুমহৈদা ময়া কাদুনা নুংঙাইজরিবা প্রোফেসার বাসুনা মাগী মচানুপা কৈদৌথ্রবগে হায়বা খঙদ্রি, মচাগী পাউ তাবদা মহাক (বাসু) ৱাভুদুনা শিখিবসু য়ারিবনি। অমবোমদনা, হাওড়া ষ্টেসনগী অহিং মমৈদা থোকখিবা থৌদোক — মহাক্না উন্নরুবগনি খন্দুনা লাকচরগা হিংবা, শিবগী পাউ ফংদ্রিঙৈ মরক অসিদা মহাক ৱারোই খন্দুনা নুংঙাইথোকপনি। শ্রীমান লাকখিনি, লাকওই খঙদ্রি। মসিদনি, মাগী মপি শিঙ্গুরিবা ! মাগী চমলবা ঈশৈ, হেন্না হেন্না অর্থ লৈরক্কদৌরি।

“কৈদৌরে মাম্মী ?” বাসুনা ফুক হৌগৎতুনা লাওরকই —“লাকখিনিনে, নঙগী শমজিদা তোংলম্না খোইমুদো ! কন্ট্রোল য়োরসেল্ফ !”

শ্রীমতী কুমারিকানা খুদক্তা মপি সং তৈথোক্লগা ময়ামদা মখূৎ লোন্নরদুনা হায়রকই —“ইট ইজ নথিং বট এক্টিং ! ঐনা অদুঙৈ ডি. এম. কোলেজদা কুমখিবা ড্রামা অমগী সিনদা উৎখিবা এক্টিংনি ; রিয়েল লাইফকী সিন নত্তে।”

হেক থংনবা মিকুপ্তা পেন্নবা নোকখৎলকই।

তিল্লিবা ময়ামসু হরাও তয়াম্না নোক্তুনা খূবাক খুন্নরকই। মাবু থাগৎনখি। প্রোফেসার বাসুদি তুমিন লৈখি। মহাক্না খংনীং নীংশিংলকই। অঙাংবা গুলাপ! মোমোন অমুক তৌজে (নঙবু ইমৌ ওইদনা কনাবু ওইরুনি ? নিরমা সিনহাসু মফম খঙদনা মাঙখ্রে হায়রি, নঙনা মহুৎ শিনবা তাই। নঙদি মাঙ্গকী মাঙ্গীনি!)

শ্রীমতী কুমারিকা ষ্টেজদগী কুমথরকলে। অহল ওইরবা মেম্বরশিং অমদি বাসুগী মখোঙ শোক্তুনা খুরুমজে। ময়াম্না মকোক্তা নাছুবীদুনা অশির্বাদ পীনখি।

মহাক তশেংনা পেঞ্জখি। মাগী নুংদদি কপ্লি!



নুমিৎ থোকপা, নুমিৎ তাবা!

নোংমগী হোংদোকপা য়াদ্রবা খোঙচৎনি। নুমিৎ অদুমসু হৌখিদৌরে। কনানসু নুমিৎকী খোঙচৎপু ফারকবা থিংলুবা মতিক নত্তে। শ্রীমতী কুমারিকা, কোয়চৎ চৎতুনা প্রেমনিকেতনগী চাওরবা এলকা অদু য়েংলি, মথন্তনি। মহাক্না লম্মীৎ তুম্মীৎ খঙজিল্লি। কোলেজ অসিদদি থবক পুন্নমক য়াংঙি, হয়েং ঙাইবা তৌদে। মাগী এপোইনমেন্ট ওদর ফংলে। মহাকসু পন্থুদে, জোইনিং রিপোর্ট পীশিনখ্রে। ইদুকেসনগী ঐচ ও দি ওইরিবা কান্তী মুখর্জীনা শ্রীমতীবু আই.এ. ফার্ষ্ট ইয়ারগী কাদা পুশিন্দুনা মশক তাকই, ক্লাস অমা লৌহনখি। মহাক ফজনা লেকচর তৌরম্মী। মাগী ওঝা মকোক উন্নরমলগা বাসুগী কাদা অমুক চংশিল্লক্তুনা লেপলরে।

প্রোফেসার বাসুদি অয়াম্বা মতমদা লাইব্রিক পাদুনা লৈগল্লি। কোলেজ অসিদা মাগী মথৌদি থোয়না লৈত্রবনি। পোত্থাবা হৈতবদগী লাকপনি। মরক মরক্তসু ফিল্লর ওইনা ক্লাস লৌই। মতম অদুসু মহাক রিলিজন ফিলোসোফি কৌবা লাইব্রিক অমা পাদুনা লৈরম্মী। লুকথখিবদগী পাক হায়গৎপা মীতা নত্তে। লাইব্রিক্তা ঙাওজবা মীনি।

শ্রীমতীনা মমাঙদা লেপ্লগা 'অহম' তৌরুই। প্রোফেসার মমায় নোনখৎলকই, অদুগা হায়রকই—"মাঙ্গী! করি প্রোব্লেম লৈরি ?"

"করিসু লৈজদ্রে সার, তৌবিমল উৎপা লাকচবনি।"

"য়ারেদা, য়ারেদা, ঐসু মায় চোপত্রে।"

"অদো, সার!" শ্রীমতীনা লকক তৌই।

"ইবানীদং লৈবা মতমদদি মাম্মা অদুম কৌনে, মাঙ্গী!"

(নঙনে, ইকুবোক হেক কৌজনিকো।) শ্রীমতী কুমারিকানা অসুম্না ঙাইহাক নুংখন্নরগা হায়রকই—"মাম্মসু কৌনি, সারসু কৌনি, অদুগা...।"

"অদুগা কৈদৌবা, মাঙ্গী ?" বাসুনা খঙনিংনা হংঙি।

শ্রীমতী কুমারিকানা ব্রাথৈদুনা হায়রকই—"প্রোফেসার কান্তীনা পুশিন্দুনা ক্লাস লৌরুই, ফজনদি তাকচরম্মী, সারনসু ছাত্রিশিংদা পেন্দবা নুংঙাইতবা য়াওব্রা হংবীয়ু।"

প্রোফেসার বাসুনা মাঙ্গীগী মওং মতৌ খঙই। নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই—"মাম্মনা হায়গদবা হায়ববু মতম মাঙহনগনু। নঙনা এম. এ. তমলকপা অদুনা পাস তৌনবা লাইরিক পারকপনি, হৌজিক্না নশামক ওঝা ওইদুনা তম্নীগদৌরিবনি, নুমিৎ খুদিংগী লাইরিক পাবা নৈনবা লেপকনু।"

"ফনি পাজগে, মাম্মা।"

"চৎলগে হাযব্রা ?"

"ইনে উন্নরুগে।"

"নথন্তা চৎকদ্রা ?"

"ইনক নকপা খোঙনা চৎপা য়াবা মফম অসিবু মী অমুক লোয়নদ্রবসু লম্মী তুম্মীৎ য়েংলুগে।" শ্রীমতীনা মখা তারকই—"প্রেমধোনী গঙ্গা মপান্দসু ঙাইহাক হকচিক লাংলুগে।"

"চৎলু, চৎলু, নুমিৎতি তারক্কনু, নহাক হোষ্টেলগী ব্রার্দেনসুনি, ছাত্রিশিং হৈনা, নুংশিনা লোয়নৌ, অম্বিকা চৌধুরী হায়বীদো থেমদুনবু ওইরবসু ফাজিল্লু, নঙোন্দা য়াম্না মতেং ওইগনি।"

"ঙশায়না মমু য়ৈথেক্তুনা ফাজিল্লে।"

"চেকশিল্লু, কৈনিংচিৎ লাকপা য়াই।" প্রোফেসার বাসুনা মখা শমথরদুনা হায়রকই—" ভুবন চৌধুরীগী মচানুপীনি, মবুং মৌপ্পা খুৎলিংবা কাঙবুনি, কন্না খঙনি, মাসু অরাইবা নত্তে ; মবুং মৌপ্পা তাক্তুনা নঙোন্দা এটেক তৌরকপা য়াই ... অদুম তৌরবদি মাম্মদি মাঙজরেদো, ঐদি নঙোন্দা আশা য়াম্না থমলিবনি। য়ারবদি নহাক রিছার্চ তৌদনা।"

"মাম্মগী য়াথং খুদিংমক ইঞ্জগে খন্দুনা লাকচবনি।"

"ফরে ফরে ননে উন্নরুরো।"

"অদো মাম্মা, ব্রা অমত্তংগা।"

"হায়য়ুনে, হায়য়ু।"

"অতৈ নত্তেদো, মাম্মা!" শ্রীমতী কুমারিকানা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—"লৈকোলগী লৈখোঙদা মাম্মনা থারিবা 'লেট মি ব্লুম টিল ব্রিইদরনেস' হায়বা অসি ওস্তোক্না অর্থ চেনখ্রে, নমৌনা লৈ হেক্কে চংলুই ; ঙমদদুনা হেক্ত্রে, লৈকোল অসি অদুম ফজদুনা লৈহৌরগনি।"

"ঐগী ব্রাহৈ নত্তে, মাঙ্গী ; হান্নদি 'প্লক মি নোট' হায়দুনা ইচম চম্না থারম্বনি। নোংমদি কলিকাতা য়ুনিভরসিটিদা এম. এ. তমলিবা ছাত্র অমাখক লাকই, মহাক্না ওল্ড ফ্রেজ অসি নৎত্রবদি থানিংঙাই লৈত্রব্রা হায়দুনা মখুৎতা তুলি পায়রগা মুৎথৎলম্মী অদুগা নৌনা ইরম্মী —"লেট মি ব্লুম টিল ব্রিইদরনেস।" প্রোফেসার বাসুনা নোকফেৎ তৌরগা নোৎশিল্লকই—"খঙব্রা মাঙ্গী, নুপাদো কন্নানো হায়বা ?"

"এ ! ঙসিদং থুংলবী ঐনা কমহায় খঙদোয়বা !" শ্রীমতী কুমারিকানা নোৎশিন্দুনা হংলকই—"তপন সিনহা হায়দুরা, মাম্মা ?"

"নত্তেদা, মাঙ্গী!" প্রোফেসার বাসুনা নোকফেৎ তৌরদুনা হায়রকই—"বাসুনাওনি ; নঙগীদি শ্রীমান ! শ্রীমাঙ্গ বাসু!"

শ্রীমতী কুমারিকা খাই লাওই ; জিংসু লাওজে। মসিদং তানিংদুনা হংজবনি। মহাক নুংঙাইজে ; ইকাইরপসু তৌই—"মাম্মাসিমা...!"

মহাক পন্থরমদ্রে, মপান্দা চেম্বোকখ্রে। মাগী নুংচাক্রবী হৌরকই (করিগুম্বা বাসুনাও শিগ্রবদি... মাগী ৱাহে অসিগী মতুংইন্না ঐসু প্রেমনিকেতনগী লমহাং অসিদা শাংপা তাবনি, খুইথদ্রিফাওবা! মাম্মা ইবুংঙো অসিনদি হৌজিক ফাওবা মচাগী অরোনবা লীচং খঙদ্রি। খঙদবসু ওইসনু! অদুগা, শ্রীমানসু হিংদুনা লৈবা ওইসনু!)

শ্রীমতী কুমারিকা পন্থরমদ্রে। হোষ্টেলদসু চংলমদ্রে। লৈকোল মচাগী লম্বী ফাওর ফাওরদুনা মথৱায় তাজনা লৈখোঙগী সাইন বোর্দ য়েংজে, পাবসু পাজে—"লেট মি ব্লুম টিল টু বিইংদরনেস!"

মহাক মেন গেট্রগী মপান থোকখ্রে।



প্রেমনিৱাসকী মাঙ্গোলদনি।

মীয়াই চল্লপ তৌরবী নুপী অমা, আরাম চৌত্রিন্দা ঙাথরদুনা ফমলি। আনোক উম্মী, মশা নোইতকই, কুচু পাল্লি, য়েংবা য়ানা ফজবা মশকনি। পোক খরা হৌরে। সাড়ী শেংলি, লাইবক্কী শম কারত্তা সিন্দুর নম্মী। মনাক্তা অতোপ্পা নুপী অমসু, লৈমায়দা ফমদুনা এক্সাং শেমলি। মপু মনাই মরক মরক্তা ৱারী শাই।

শ্রীমতী কুমারিকা চুমদ্রিং চংশিল্লকুনা মাঙ্গোল ময়াগী ইচুম তাফমদা লেপলে। মহাক ৱা অমত্তা ঙাংদে ; মনেবু মুন্না য়েংজে। মিকুপ খরদংগী ৱানি।

"কি খবর..?" আরাম চৌত্রিন্দা ফমলিবী জয়মতি বাসুনা শ্রীমতীদা মুন্না য়েংলগা মমীৎ খৎতুনা হংলকই।

"ইনে, নঙদি তশেংনা মানবদা নত্তনা পুমওন হেক ওল্লেদনা।" শ্রীমতী কুমারিকানা অসি হায়রগা মাঙ্গোলদা কাখৎলে, মনেগী মখোঙ শোক্লা খুকমলগা মখা তারকই—"ঐনে, ঐ ; ঐবু খঙদ্রবো ? সুরধুনী মাম্সী ; নঙগী নমৌ নুপী শ্রীমতী কুমারিকা!"

"হাই!" জয়মতি বাসু হৌগৎলকই, মখুৎনা মশাগী খ্বাংদা খুদম উৎপা ওইনা তল্লগা হায়রকই—"অসুক্তং ৱাংহৌবীদো, ঐঙোন্দগী হেন্না ৱাংলবা, আইপা! নঙদি কৈদৌঙৈ লাকই, পাউদি নহালনা তারবনি।"

"পুন্সিগী ওইনা লাকলবনি, ইনে!" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই—"ঙসি থুংলবনি, ঐবু প্রেমনিকেতনদা ওঝাসু খনবীরে, লেদিজ হোষ্টেলগী ৱার্দেনসু।"

"ফরেদা, ইমৌ লকপা।" জয়মতি বাসুনা মখা তানা হংলকই—"য়ুমসিদা লৈরক্লাওদনা। ঐখোয় অহুমতনি লৈরিবা।"

"ৱার্দেনসু ওইরবনিনা অদা অদুম লৈগে, মরক মরক্তসু ইনেগী নাক্তা লাক্তুনা সেবা

তৌজরগে।" শ্রীমতীনা মখা শমথরদুনা হায়রকই—"ইনেখোয়গী প্রেমনিবাস অসিদি য়াম্না ইংনা চিক্না নুংঙাইরমদৌ মাল্লি।"

"নুংঙাই, সনম মীনম তাবদি খরা বাৎলি, কলিকাতাদা কৈথেল কাবা তাই, অদুবু লম্বী থোং ট্রেন চেনবনিনা বানিংঙাই লৈতে।"

"অদো, ইনে নুংঙাইরিদনা ?"

"হোয়, শ্রীমানগী অশাদা হিংলিবনি।"

"মাবু মরক মরক্তা লাকপ্রা ?"

জয়মতি বাসুনা খুমল্লকই—"লাকলম্মী, কুইরে অমুক লাকখিদবা। ফোনসু তৌরক্তে, চিঠিসু থারক্তে, মহাক পরিক্ষা ড্রোপ তৌখি, ইনেনা খরা ঙাংলুই, মী ওইদ্রি ফাওবা লাকওই হায়রম্মী, ঙাংনবা বাবনা।"

(কনানা খঙবা, পুন্সিগী ওইনা নচাদো লাক্তবসু য়াই) শ্রীমতী কুমারিকানা নুংখন্নরদুনা ঙাংলকই—"ইনে ! পুন্সিগী বামচংদি ঙাইবনি, মমানা মচা হল্লকপা ঙাইবা, কনানা কনাবু ঙাইবা, ঙাইবা ময়ামগী মরক্তা হিংবা তাবনি, ইনে! ঐসু ঙাইরিবনি।"

"নঙদি করি ঙাইরিবা ?" জয়মতি বাসুনা বাথেরপ তৌনা নোংশিল্লকই—"নত্তে, নঙবু হৌজিক ফাওবা লৈশারিব্রা ?"

"হোয়নে ইনে, শ্বাইদা সুম...।" শ্রীমতী কুমারিকানা লকক তৌনা খুম্মীদি হায়ববু নুংলোঞ্জে (ইবা নাইরগে অমদবু ওইরবসু। নচানুপাদো, ইবানিনে ইবা! মহাক শোয়রে অমদা ! য়ুমদদি হল্লরোই। য়ুম ! ঐগী পোক্রফম কদায়দনো ? থিরুবা তাই ; শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা।)

"ফৈ ফৈ।" জয়মতি বাসুনা শ্রীমতী কুমারিকাগী নুংলোন খঙদে। অদুনা ইচম চম্না হায়রকই—"নশকনে, নতৌনে, নহৈনশিংনে, ইমৌদা করি বাৎলি, বাঙ্গালী পাখঙ অফবা য়াম্না লৈ, মৈতে নুপীদা ঙাওজবা খরসু য়াওরি, তপন সিনহা কৌবা মাঙ্গকী মরূপ অমসু লৈ, মাসু মৈতে নুপী পাম্মী হায়রম্মী।"

(নঙগী নচাদি করি হায়রম্মী ?) শ্রীমতী কুমারিকানা অসুম্না হংসিরা খল্লি অদুবু পানগী বানা অমনি, সৎ হেক্তা খুম্মী—"নুমিৎসু তাদৌরে ইনে, কোন্না অমুক লাকচগে।"

"ঙাইখোদা, ইমুং চংসি, চা নুং থকখো, ঙশায়খৈ ইকাউবু কাওই।" জয়মতি বাসুনা মনাক্তা ফমলিবী অদুদা ওনশিন্দুনা যৌদারকই—"রামকলি ! চংলু চা শেম্মুচো।"

"ফনি, মাজি।" রামকলি হৌগৎতুনা চংখ্রে।

শ্রীমতী কুমারিকাসু মনেগা ইমুং চংমিন্নখ্রে। শ্রীমতীনা ইমুংগী দেকোরেসন অমদি মওং মতৌ কোয়য়েং য়েংঙি। মী ফমফম কাদা ফমলে, ফেমিলি ফোটো অচৌবা অমা ফক্লাংদা নপুনা থেৎলি। মহাক্ত শ্রীমানগী ফোটোদা সুগৎলি, নোকমিসু তৌজে।

শ্রীমতী কুমারিকানা শ্রীমাঙ্গকী কা য়েংনিংলকই, মহাক্ত করিগুম্বা চে চাং, পোৎ চৈ খরসু থিনিংলকই। লৌশিং অমা তৌরগা হায়রকই—"ইনে ! হোস্টেলদা মতম লেনবা ওইনা পানিংঙাই লাইরিক লৈহৌদে, ইনেখোয়গী প্রেমনিবাসতা লাইব্রেরী লৈমরমগনি, অমা অনীদং য়েংগেদনা।"

"মথক্তা কাখৎলু, ইনেদি নারুবদগী কাবা রারে।" জয়মতি বাসুনা হায়রকই—"মাঙকী কাসু, লাইব্রেরীসু লৈবনি, নঙনা অপাম্বা থিরুচো, ইনে অসুম ফমলমগে।"

"কুইরোইদা, চা লোইরগা হেক্তা কৌবিরকউ।" শ্রীমতীনা অসি হায়রম্লগা, মীঙাই কাদা লৈরিবা কৈরাক্তা প্রপ প্রপ চেনখৎখ্রে।

শ্রীমতী কুমারিকানা তৌরিবা মওং মতৌ—'মিসন লেদি' অমগী মওং মতৌগা চপ মান্নে। মথক্তা কা অচৌবা অমা লৈরম্মী। ফক্লংদা মাঙকী ফোটো অচৌবা অমা থেৎতুনা লৈরম্মী, (ফোটো য়েংজে অদুগা সুগাৎলি) থোঙসু হাংঙি, ফমুং ফানুং নীংথিনা শেম শাদুনা থম্মী, নুংতিগী রুম সার্ভিস তৌই হায়বগী খুদম ফংঙি।

অহিংবা লৈগী গমলা, টেবলদা, ফমুং ময়াদা খিন্দুনা থম্মী। শ্রীমতী কুমারিকানা লাইরিক থমলিবা আলমিরা হাংদোক্তুনা লাইরিক মথং মথং য়েংঙি। রিভোলুসনগী, মাক্সিজমগী, লেনিনইজমগী মরমদা ইবা লাইরিক কয়া থেংনৈ, নক্সলাইটকী মরমদা ফোঙখিবা পেপর কৎতিং য়াওবা ফাইল থেংনৈ। শ্রীমতীনা ফাক ফাক্তুনা য়েংঙি। মহাক্না পানিংবা লাইরিক ইয়াও য়াওদ্রে। তৌবদি মহাক্না থিরিবদি দায়রীনি ; শ্রীমানগী দায়রী ! মহাক্না টেবল দ্রোয়ার শৎতোক্তুনা য়েংঙি, থেংনদ্রে। শ্রীমানবু দায়রী অমত্তসু ইদব্রা ? শ্রীমতীনা খল্লকই, মোম্পাক মখা ফাকৎতুনা য়েংঙি ; অমত্তা থেংনদ্রে।

কা অদুগী কাচিন অমদা 'ওল্ড বুক্স এন্দ ওল্ড রেকোর্দস' থাবা আলমিরা অমা খিন্দুনা লৈ। মপান্দা শো পান্দুনা অদুম থম্মী। শ্রীমতী উপু মনাক্তা চংশিল্লকলে, খুদক্তা হাংদোক্তুনা য়ুং য়ুংদুনা লৈরিবা লাইরিকশিংগী নাকচেপ্তা থারিবা মমিংশিং য়েংঙি। নাকচেপ্তা মমিং থাদবা কয়াসু থেংনৈ। মহাক্না কাখন কাখন ইপ্তোক্তুনা য়েংঙি — দায়রী গ্রুপ অমা থেংনৈ। মহাক মশাদা শ্বাই হেক লাওই।

তাল্লক্তুদা, মখাদগী লাওরকই—"মাম্মী ! চা পুথোরকলে।"

"লাকএ, ইনে !" শ্রীমতী কুমারিকানা অসুম্না খুমলগা মাগী মিসনগী পোৎথি অদু সৎ সৎ থুজিল্লি। দায়রীশিং ফাক ফাক্তুনা য়েংঙি। যম্না য়াম্না ফাক ফাক্তুনা য়েংঙি। খঙহৌদনা থেংনরুই—'শ্রীমতী' হায়দুনা মমাঙদা থাবা দায়রী অমা। মহাক্না মনুং পারুবা তৌদুনা মাগী হেন্দ বেগতা হাপচিনখ্রে। মনাক্তা লৈরম্বা থারপ তৌবা লাইরিক অমা মমিং মথা য়েংলুবা তৌদনা তাপ পায়রগা উপু শো লোনশিনখ্রে।

মহাক কুমথরকই, লাইরিক মমিং অদু য়েংঙি। মহাক শ্বাই লাওই — লাইরিক মদুগী মমিং, 'ভারজিন ক্লিন' ! মহাক অমুকসু মীপাইজে (পানিংদুনা থিবা কুইরবা লাইরিকনি, ব্লাইন্দদা তাপ সংলুবনি। কনানা খঙবা... ঐসুনে ভারজিন ক্লিন ওইনা হিংখিবসু! অমবু ওইরে, পারুবা তাই, দায়রীসু লাইরিকসু।)

শ্রীমতী কুমারিকা কুমথরকলে, মনেগী মনাক্তা ফমদুনা চা থকলরে। মহাক কুইনা পক্ষনিংদ্রে, শ্রীমানগী 'শ্রীমতী' থাবা দায়রী অদু য়াম্না থুনা, খুদক্তা হেক্তা পানিংলকলে।

"করি লাইরিক ফংলে ?" জয়মতি বাসুনা হংলকই।

শ্রীমতীনা লাইরিক অদু উংলি, পাউখুম পীদ্রে।

"মাঙ্গী ! নঙসুনে ভারজিন ক্লিন ওইরগে হায়রিব্রা ?"

"ওইরোইদা, অমা হেক ফংলুবদগী পুরকপনি, পাবা নুংঙাইদৌ মাল্লি।" শ্রীমতীনা মচীন্দা অসুম্না খুম্না খুম্না খঙ্গে (ইনে ! চেকশিঙ্গৌ, ঐদিকো , অহল খঙদে, নহা খঙদে, বাসু অমদি ফাদৌরিজংনি। ঐহাক অরোনবী ওইরবসু, অফোঙবীবু ওইরবসু, ইব্রা নাইদবা য়াদে হায়রিসিনি, ঈশ্বরনা পীরকপা খুদোনগী মহাও তংবসিবু লাল্লব্রা ? ঙমজরগদি প্রেমনিব্রাসতনি খঙদে, অমদনি খঙদে, ইচা অমদি থমলমদবা য়াদ্রবনি, নংত্রবদি ঐ হিংলম্মী হায়বা কনানা খঙবীগনি ?)

"অতৈসু য়াম্না লৈবনিনে, নঙগী মাম্মদি লাইরিক্কী তীলনি।"

"মাম্মানা ঐবু রিছার্চ তৌসু হায়রি, ঐসু মাম্মাগী মখাদা তৌসিরা খল্লি।"

"তৌনে, নহাসু ওইরি।"

"ইনে, চাসু থকলে চৎলগে থেংলে, ব্রার্দেনসু ওইশিল্লুরে। থৌ চিনবা হৌদৌরে।"

"চৎলো চৎলো, রামকলিবু থিন্দোকহল্লুরা ?"

"য়ানিদা, ইনক নকপসিবু, নুমিৎ ময়ূম চংফাৎত্রি ।"

"অদো, মাঙ্গী ! মরক মরক্তা লাকউ।"

"হোয়, নোংমাইজিং খুদিংগী লাক্কে। মাম্মাদগী অমগদবা হংগদবা ব্রাফম কয়াসু লৈরি ।"

"য়ৌরো, য়ৌরো...।"

শ্রীমতী কুমারিকা পল্থরমদ্রে। প্রেমধোনী গঙ্গা মপান তম্না খোঙশানখ্রে।



নুমিৎ তানিং তমাং তৌরে।

লোথরক্লবা কোরৌহনবগী সনা অহিংবা মাল্লপ তৌবা মঙালনা নোংচুপ হোরাইজন্দগী পৈরপ-শেল্লপ্না য়ৈরকলি। নুমিদাংব্রাইগী হৈনম লৈনম পুরবা নুংশিংনা লীরি লীরি শিৎলক্লি। মরক অদুদা অশাবা লমগী হৌনশা ; অশাবা নুংশিৎসু হুইস হায়দনা হেক্তো শিৎচিল্লকই ; কদোমদৈনো খঙহৌদে। য়াক্লপ, মেংলপ তৌরবা রন্নীং ট্রেনগী মখোলসু ঙাইহাক লৈতনা তারকই। য়েংখি য়েংখি মায়কৈ খুদিংদা হায়রপ অদুম মফজে ; থোইদোক্না প্রেমধোনী মৈদানগী পাক্লবা অমদি চাং মান্নরবা অশংবা নাপীমথক্তা নুমিৎ মঙাল খজিক্তং য়ৈরকপদুসু ফনা মফজে। মঙাল মরক অদুদা অশম্বা লম্বী থিরদুনা নুপী অমা নোমহৌ নোমহৌ চৎলি। কয়াগী মতিক লৈতেং ওইনা ফজখ্রে । নুপী অসিবু...?

কনা ওইনি ? শ্রীমতী কুমারিকা ! নীংঙাইবা লৈতনা চৎলি। অসুম চৎলি, অসুম চৎলি। প্রেমধোনী গঙ্গা মপান য়ৌশিনখ্রে। মহাক লেপ্লে, গঙ্গাগী ঈচেল য়েংঙি (ফজেদা গঙ্গা ইবেম্মা ! নশাইগোন অসিদা ঐহাক শিজগেকো। ঐগী মং ! শ্বাইদা ওইরবা য়াই ; যুমদা হনবৈ

ৱাদি লৈত্রেহৈ। ঐসু সুরধুনীনি ! গঙ্গা নওগী তোঙানবা নমিং অমনি। নওসু অদুম চেহ্নখি ; হঙ্গৎনদি চেনখৎলক্তে। ইহে ! শ্রীমানগী দায়রীদো পাগে লাকপনি ; কাউবু কাউই।)

প্রেমধোনী গঙ্গা মপানগী নোংচুপ থংবা তোর্বানগী খোঙনাং বট, সনাখোঙনাং অমদি মশক মমিং খঙদবা উপাম্বী মচা মচা কয়াগী মখোঙদা নুপা নুপী, অহল লমন, পুংবা কয়া হকচিক লাংদুনা ফম্লরি। মহাক্না হায়ফেৎ নাক য়েৎ য়েংঙি। মশাদা করি অমত্তসু হেক মীপাইজবা লৈতে। পীকতকপা নাশিক পাম্বী অমদা ঙারদুনা মহাক ফমথখ্রে। বেগতগী দায়রী লৌথোকই। মিহুন তিং তিং চোংজে, (করিবু ইরমগবা) ঙাইহাক খঞ্জানৈ।

শ্রীমতী কুমারিকানা দায়রী অদুগী অহানবা চেমায় হাংদোকই, হান্নসু উপ্রবা ৱাহে অদু উজে—"শ্রীমতী !" চীনবাল কাংদনা নোকমিজৈ। অকক্লবা চহী অমগী দায়রী নত্তে, দিমাই সাইজগী থারপ তৌবা নোটবুকনি। শোক অমা থারি (ময়াই ওইরপ্লা) ১৯৬৬। মনীং চংথরপ তৌনা থারি, 'শ্রীমান!'

শ্রীমান অমসুং শ্রীমতী হায়বা ৱাহে অসিদং উজবদা শ্রীমতী নুংঙাইজে। অনীসুবা চেমায় হায়দোকই — মহাক তুংজুংঙি! মখোয় অনীনা অঙাং ওইরিঙৈদা (কায়নরমদাইদা বাসুনা নমলগা কেমেরা মনুংদা পুখিবা) লেংগোন্নরগা নমখিবা ফোটো অমা য়াম্না চেকশিন্না নপলক্ষ্মী। শ্রীমতীনা থৱায় তাজনা য়েংঙি ; মোমোন তৌজে। মথংগী চেমায় অমুক হায়দোকই। লাতোনদগী খরা চংথরগা বাঙ্গালা ময়েক্তা শৈরেং ওইনা মতেক অমা ইরম্মী। শ্রীমাননা মমালোনসু ফজনা খঙখি।

"শ্রীমতী কুমারিকা !

ইৱরোই মখা তানা।

নীংশিংলি পুন্নমক।

থুংনগনি থুংনরোই হায়বসু খঙদ্রে।

অদুবু,

ইদুনা থমলগে থম্মোয়নুংগী চেনাদা !"

শ্রীমান

*সেপ্টেম্বর ৭, ১৯৬৬*

শ্রীমতী কুমারিকা কপনিংলকই। দায়রীগী চেনা অদু ফ্রর ফ্রর কাপ্পুনা য়েংঙি ; সুপ্পগী পরেং অমত্তসু ইবা থেংনদ্রে। মহাক ঙকই। অদুবু মহাক্ল শ্রীমানগী থম্মোয় মশক খঙলে, মদুনসু পেঞ্জরে ; মথক্তা অমুকসু ওইনজনিংলকই (চো ! চীঙ্খিবা তাৎহৈবসিদি ! ঐবু খঙনা খঙনা হেক খঙশিন্নখিদে, অহিং মমৈ অদুদা ! পুক্সিগী খক কাউররোই ঐদি। অদুবু নহাক কদায়দনো, শ্রীমান ?)

শ্রীমান শ্রীমতী নম্মিনখিবা ফোটো অদু য়েংনা য়েংনা ওইনজবনি। মহাক্লা খুদাং ঘড়ি য়েংঙি, পুং মঙা মখায় তারে। কলেনগী মতমনি, ঙল্লি। নুমিৎ মশক্তি উদ্রে, মঙাল খরদি লৈরি। মহাক হৌগৎলকলে, নুংশা শ্বর শাংনা হোন্দোকই। নুংচাক্লবা, নুংখন্নবা, মসি নত্তনা মঙোন্দা পাম্বৈ অতে লৈজদ্রে। মহাক্লা কদায়দা, কমদৌরগা শ্রীমানগী খোঙ্গুল লীরুগনি।

(খঙদেদা, শ্রীমতী কুমারিকা ! করি থোক্লগাবা নওগী পুন্সি খোঙচৎ !) মথন্তা অসুম্না ৱাহংজনিংঙি। মথন্তা অমুকসু ৱারেপচৈ (মাসু মানা থোকপা ! ঐসু ঐনা থোকপা, হিংখিবা তাই ; শিবা য়াদ্রি ; ঙাইবদি ঙাইখিগনি।)

মহাক প্রেমনিকেতনগী মায়কৈ তমশিনখ্রে।



নুমিৎ অদুমসু হৌখ্রে। নুমিৎ কয়া অমসু।

শ্রীমতী কুমারিকাগী পুন্সি- অনৌবা পন্দুপ অমা হৌখ্রে। পুমনৌ হেক নৌরবা পুন্সি অমা। মহাক্কী মপানথোংগী নুংঙাইথোকপা হৈরবা শকলোন- নুংচান্নরিবা পুন্সিগী মৈচাক মৈশা কন্নাদসু খঙহনবা পামখিদে। মহাক উংজান্দুনা লৈবা য়াদ্রে। হোষ্টেলগী ৱার্দেনগী মথৌ, থোইদোক্লা, লেদিজ হোষ্টেলগী ৱার্দেনগী মথৌদাং, য়াম্না চাওই। মহাক্লা মসিমসু য়াম্না মুন্না খঙই। কোলেজগী ওঝা অমা ওইনা নোংমগী ক্লাস অমা অনী লৌরুবা অদুদি করিসু নত্তে। মাগী মীৎয়েং মখাদা লম- লমগী ছাত্রি সঙ্গ অমা লৈরিবনি। হোষ্টেল মেনেজমেন্ট শোয়রবদি ছাত্র ছাত্রি কয়াগী পুন্সিদা মাঙনিংঙাই ওইবা কয়া থোকই। ময়াম অদুগী চল- চল্লি কুপ্না য়েংশিন্দবা য়াদে। ঙাইহাক লৈতনা চেক চংপা তাই, চাবা থকপগী, রিক্রিয়েসনগী, নাবা য়েকপগী, অৱাং অপা অতৈসু য়েংশিন্দবা য়াদে। মতম চানা এটেন্দেন্স রেজিষ্টার পায়রগা রোল কৌবা তাই, ইন আউট রেজিষ্টার চেক তৌবা তাই। মসি পুম্নমক মহাক্লা নোংমগী তৌদবা য়াদবা কতিন অমা ওইনা চৎথরকলে। মহাক্লা লাইব্রিক পাবগী মতম, ষ্টদিজ আৱারদা লাংবা য়াদবী, নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা হোষ্টেলদা চংলক্কদবনি অসিনচিংবা নিয়ম কয়া অমসু শেমদোকলে। লাইরিক্লা মরী লৈনবা কয়াসু তাকপী তন্বী। অহিংদা শোং-পেক লাওবা য়াদে। মহাক হেক্তা হৌগৎতুনা কোয়চং চৎলি, দুলারী বেগমনসু মতেং পাংঙি। মহাক মথৌ য়াম্না চিনখ্রে। মশামকসু লাইরিক কন্না পাখৎলকলি। মাগী মওং মতৌদা মাবু য়াদবা ছাত্রি অমত্তসু য়াওদ্রে। কুমারী অম্বিকা চৌধুরী তেথখ্রে, মহাক্লা হায়রিখে য়ারে। লাইরিকসু তাকপী তন্বী। নোংফাদোক ছাত্রি ময়াম পুদুনা কোয়থোরকই। মহাক্তি ঈশৈসু হেক্তা শত্তুনা ময়ামদা তাহল্লি, জগোইসু শাই। অসুক্কী মতিক ময়ামগা চুশিন্নখ্রে।

হোষ্টেলগী মিনি হোলদা ঙাইহাক লৈতনা খন্ন- নৈনবগী থৌরমসু পাঙথোকই। ফজ- ফজবা পাউতাক কয়াসু পীদুনা শোৎথরবা ছাত্রি কয়াগী মপুক্লিং থৌগৎলি। মহাক মশামক ইদুকেসন সাইকোলোষ্টি অমসুনি। কন্নানা করি তৌরিবগে, কন্নানা লাইরিক পাশিন্নরি হায়বা মহাক্লা হেক্তা খঙই। নুংশি নুংওনদা ঙাওরুনু হায়দুনা পাউতাক কয়াসু পীদুনা লমজিংনবা হোৎনজৈ। মহাক মশামক্তি কাইনথংদা ঙাওখৎলকপনি। ছাত্রিশিংগী কাদা ফিজেৎ ফিতৎ শেৎপী নুপা নুপীগী হকচাং কায়াৎ উংপা ৱাল পোস্টর কয়া থেৎলম্মী। মহাক্লা লোয়না শেৎতখি। ময়াম্নু শাওদনবসু লেকচর পীদুনা গ্যান তাহনখি। নোংমদি নাসিম বানুগী কাদনি। মহাক্লা মেদোন্নাগী ফি থোংফাৎতবা পোষ্টর অমা শেগায়রগা হায়রকই –

"নখোয় নুপীনি, মফম মতম চাদনা নশাগী কায়াৎ উংথোকপসিবু য়েংবা নুংঙাইব্রা ? নুপী ওইবীশিংনসু ফি তংখায় শেৎপা নুপাগী ওংলৌ য়েংজনীংবা হৌনশানি। মফম মতম

চাদ্রবদি মাঙনিংঙাইনি। নশাগী নপোৎ নশানা য়েংনিংলবদি মিংশেল মমাঙদা য়েংজৌ, মদুদি করিসু কায়দে। তান্ত্রিক সেক্স যোগগী কান্নরবা শাজেল অমা ওইহনবা গুম্মী।"

নাসিম বানুগী রুম মেট ওইরিবী সপনা মোহন্তিনা মসিগী খুদোংচাবা লৌরগা হংলকই– "মেদামসু অদুম্না তৌব্রা ?"

শ্রীমতী কুমারিকানা য়াম্না হৈশিংনা খুম্মী – "ঐদি অয়ুক অয়ুক্তা পুংখায় অমা যোগ আসন তৌরিদুনি।"

"মেদাম ! মীৎ উইশিল্লগা নীংলিবদু করিনো ?" নাসিমা বানুনা খঙনিংনা হংলকই।

"নুংমীৎ শান্নরিবনি, হায়বদি কন্সেনট্রেসন !" শ্রীমতীনা শমথরকই –"য়েংঙেই সপনা, অদুগা বানু ! মহাদেবগী ত্রিসরা আখঁ হায়বদো অতে নত্তে, লাইবক মনুংদা লৈরিবা ইনর্বার্ড আই হায়বদুনি, মী খুদিংদা লৈবনি। নখোয়না পারিবা, পামলিবা পোৎ খুদিংমক মদুদা থম্মু, মদু টারগেটনি। অতে ব্রাখল চোয়থোকহনগনু ; মদুনি লাইনীংবা !"

"মেদামবু..!" সপনা হঙ্গোইরপ তৌরদুনা হংলকই –"পুক্সিগী য়ুম পাল্লরোইদ্রা ?"

"ঐবো ... ঙাইরিবনি।" শ্রীমতী কুমারিকনা নোকফেৎ তৌনা শমথরকই –"লৈরম্মু, মচি লেঙলমগনু হায়রম্মী।"

"নুপা অদুবু কনানো, মেদাম ?" নাসিমা বানুনা হংলকই।

"অদুবুরো, মঙলানগী মাঞ্জ !" শ্রীমতীনা ফাগী তাথোক্নুনা হায়রম্মী –"নখোয়দি মোন্দ্রং শান্নরুনু। পূর্ক্রিং চংনা লাইরিক পাহৌরো ঐ অমুক অহিং মমৈদা চেক লাকখিনি ; ঐদি অহিং মমৈদা হেক্ত মীৎকপ থোকই, তুম্না যাদে। মঙলানগী মাঞ্জদো, হেক্তা উরকউ, হিংলিব্রা হায়বসু খঙদ্রি।"

অসুম্না নুমিৎ খুদিংগী মহাক্না কা খুদিংমক্তা চং-চংদুনা ছাত্রিশিংবু নুংঙাইহল্লি, কান্নবা পাউতাকসু পীরম্মী। মশা ঙমদদুনা লৈরম্বী কয়াসু সেবা তৌবীরম্মী। দোক্তরসু নত্তবী মহাক্না মিহুন-থাউনকাসু য়েংবীরম্মী। খরমখৈদি মহাকসু খঙফম থোকই। মাগী য়োকচবা মপাদো কবিরাজ (মাইবা) অমনি। কোলেজগী দিসপেন্সরী লৈ, দোক্তর নর্সসু। মহাক্ন হেক্তা চংলগা কৌরুগনি। য়াম্না তনগন্দে, খোঙজেল য়াংঙি, অকি অখঙসু লৈতবীনি। অনাবা ফমশেন্নবসু য়াম্না চংখোল্লি। মাবু লাকলবদি নাহেরম্বা ছাত্রিদো হেক্তা ফবদৌনা তৌই। মাগী ব্রাহে খোনফম অঙকপনি। শাগৎপী নাবা কয়াগী মশা মউ নাম্থোকপীবগা ফাগীসু হেক্তা নোৎশিলম্মী, নোংমসু আপ্রনাসেনগী মশা মউ নাম্ভবীরগা লক্লরম্মী –

"নঙগী হৈত্তুপ অচৌবা অনীসিদি ফোং ফোং হেক শারদনা... খরা ইংথরব্রা য়েংঙু, মরাই ফজনি।"

অনাবী অদো মচীন কাংলপ তৌরগা খুম্মী –"অং মেদাম ! খরা ইংথরে।"

"নশাদো অরুম লাইহৌ তৌরবদি উচিলাং অদু ফারুনু, কোমলপ থম্মুনে, কনা ইকায়রিনো, ঐগীসু...।"

অনাবী সেবা তৌরম্বী অতৈসু ব্রা হেক্তা নোকই।

শ্রীমতী কুমারিকাগী কুমহৈ অঙক অঙকপনি। নোংমদি, অম্বিকা চৌধুরী অদু পুং মাপলদা ময়া লাওনা কাথোকলগা নাখোক্নুনা তুমলম্মী। মাগী রুম মেট গীতাবলীনা লোম্না

কৈনো অমা ইরম্মী। শ্রীমতী কুমারিকানা নাসোন তপ্না লাক্লগা থোঙ কারক্তা য়েংলগা লক্লরকই—"গীতাবলী ! নুংশি চিঠিদো শাংনা ইরুনু, তেক্তক।"

গীতাবলী খংপ্রেকনৈ, চিঠিদো নৈশিল্লগা য়ানুংদা উমশিনখি। অদুগা মখোল লুম্না খুমলকই—"মেদাম ! চিঠি নত্তেদা, শৈরেং ইবনি।"

"ফৈ ফৈ ! য়ানুংদা শৈরেং ইয়ুকো।" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই—"চৌধুরানীদো হৌদোকউ, ঐগী কাদা লাইরিক্কা নোটবুক্কা পুরগা লাকউ হায়য়ু।"

অসুম্না কা খুদিংমক্তা মহাক্না পুংজা খুদিংগী চেক চৎলি। পুং ১১ ফাওবদি, য়ামদ্রবা লাইরিক পাদবা য়দে। কনাগুম্বনা থেংনা পাজবা য়াই ; মদুদি মহাক্না থিংদে। পুং ১২ দগীদি হেনগনু হায়দুনা অমুক হেক্তা চেক তৌবা লাকই। মমা অমগী মতৌগুম্না মাগী কাদগী শঙ্গোম, কোফী শেমদুনা পুরকলগা থেংনা লাইরিক পারিবী ছাত্রিদা পীথকপসু য়াওই। মসিদা মমা মপা থাদোক্তুনা লাক্নবী কয়ানা মাবু ইমা, ইন্দোমচা কৌবসু য়াওরকই। দোল্লী থাপানা মাবু অন্তি কৌজে। কোলেজদনা মেদাম। ছাত্রি খুদিংমক্কী মফমদা মহাক্না তোঙান তোঙানবা শকলোন লৌদুনা লোয়নরকই। কনাগীনা মচে। মাবু ইনম্মা ওইনিংঙি হায়দুনা 'ভাবি' কৌবসু য়াওবিপোৎনি। নোংমা অমসুনি—

বিহারী নিঙোল বিনিতা মিশ্রানা ফাগী ওইনা হায়রকই—"মেদামগুম্বা ভাবিজি অমত্তং ফংজরবদিকো... ভাবিদুম কৌবগেবা।"

শ্রীমতী কুমারিকানা নোকফেংনা হংঙি—"নঙদি বিহারী নিঙোল ওইরসু ভৌরপ তৌই, নবুং অদুদি কমদৌই ?"

"মুসুক, রাসিদি খরা লৈ, শত্রুঘন সিনহা মানগে তৌই।"

"মানগে তৌবা !" শ্রীমতীনা নোক্তুনা হেক্তা ফাগী তাথোক্লম্মী—"নুপা অমুবগা নুপী অঙৌবীগা মিক্স তৌবা হাইব্রিৎতি হেন্নসু ফজবনি, নঙসুনে নেগ্রোদা হেক নয়ুম পাল্লুকো।"

ময়ামদো ব্রা হেক নোকহৌই। মহাক্না মপান থোকখ্রগা অমুক লাওরম্মী—"নথৌদা পূক্লিং চংঙু, পুং য়াম্না ব্রাৎলি, ঐ অমুক লাকখিনী।"

শ্রীমতী কুমারিকাদি অহিং থেংনা থেংনা তুম্মী। মাগী কাদা মথক্তা অমুক উংজানরুই। হাওড়াগী অহিং মমৈদা থোকখিবা থৌদোক, হেক্তমক নীংশিংলকই। মহাক লৈফম খঙদবা মতাং য়াওরকই। তৃপ্না য়াদবগী লায়না অমা, তপ্না তপ্না নাবা হৌরকই। মহাক্না সিল্লিং পিল চাই, লোন্না লোন্না। দিসপেন্সরিদগী চম্পাকলি থারগা লৌহল্লি। মমৈদদি পীয়ু য়ারক্তে। মহাক্না অনকপা ফারমাসিদগী লৈশিল্লগা থম্মী, তোয়নদি শিজিন্নদে।

নোংফাদোকসু, মথক্তা অহিং অথেংবদা অঙাং মচাদৌনা লাইথিবী শান্নরগা মতম লেল্লি। মাগী লাইথিবী অনীখক লৈ। য়াম্না নুংশিজনা পুরকই। মতম অদুদা মহাক অঙাওবীদৌনা তৌরকই। মশামকপু চহী ১১/১২গী মতম অদুদা হেক্তা হঞ্জিখিবোই নীংজে। মহাক্কী লাইথি অনী অদু মমিংসু থোনখি। অমনা শ্রীমান অতোপ্পা অমা অদুনা শ্রীমতী। অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সি অমসুং ব্রাখল, নুংঙাইখ্রবনি। লাইথি অনীদো মহাক্না, মথক্তা নুপা অমুক শায়, নুপী অমুক শারদুনা অব্রায় অখুম তৌদুনা শান্নরকই। নোংমসু, অঙাং ওইরিঙৈগী নুংথিল অমদা লাইথি নুপা নুপী অনীদো মহাক্না ব্রারী শান্নহনখি।

ঙসিসু অমুক কাইনথংদা, লৈশাবী শরী ফারবী শ্রীমতী কুমারিকানা ফমুং মথক্তা ফমদুনা লাইথি পুথোকই ; নুংলোন শান্নজরি –

(শ্রীমতী : ঐসু মমা অমদি ওইনিংঙি।

শ্রীমান : কনাগী মমা ?

শ্রীমতী : ইচাগী মমা।

শ্রীমান : ওইয়ুনা, নুপীদি মমা ওইগদবনি। '

শ্রীমতী : কমদৌনা ওইদোইবা ?

শ্রীমান : লুহোংঙুদনা।

শ্রীমতী : কনাগা...?)

অঙাং ওইরিঙৈগী নুংশিরবা মিকুপ ! মহাক্না খংনিং নীংশিংলকই। ইখঙ হেক খঙহৌদনা মহাক খংপ্রেক হেক খংখি।

মখূৎতগী লাইথি অনীদো ফমুংদা পোপ তাখি। অদুঙৈ মহাক্না লাইথি শান্নরিবা ফমুং মনাক্তা 'বাসুনাও' চংলকলগা চপ হেক লেপলে, খংহায় হেক্তা হায়রকই –"লাইথি লুহোংবদো ঐসু থিনবা য়াওগেদনা।"

"হিংচাবাও ! খংপ্রেক হেক খঙই।"

"অদো, শ্রীমতী ! ইবানীসু লুহোংবী শন্নসিদো।"

"চো, ইবানীদি মরী মতানি।"

"কৈসু থোক্লদে হায়দা ইমানদি।"

"অদুদি য়াইনে, ঐসু ঙরাংদি উরুইদো !"

"করি উরুরিব্রা ...?"

"অদুবুরো... ননাকোংদা হায়বীগে।"

"হায়য়ু, হায়য়ু করি উরুই ?"

"অদুবুরো... ইথৌগা ইবোক্সু ... ... !"

"কমহায় শান্নরিবা ?"

"সে, ঐ তাকপীগে, ... ...।"

"ঐসু খঙঙিদা, ঐসু উরুরে।"

"নঙদি কানা কনাগা ?"

"ঐখোয় বাবাগা ইমাগসু ... ...।"

"অদুদি, লাইথি অনীসু শান্নহনসি।"

"অদুগা, ইবানীসু...।"

শ্রীমান অমসুং শ্রীমতী ! অনীনা অমত্তা ওইখি। অঙাং ওইরিঙৈগী বাবু কৈদৌই হায়বগে ?

অঙাংগী লীলানি। অফ- ফত্তসু খঙখিবা নত্তে। মথোং মরমসু খঙখিবা নত্তে। অদুবুনে, শ্রীমান অমসুং শ্রীমতী — লৈশাবী পাখঙ ফারকলবা মতমদদি অঙাং ওইরিঙৈগী ব্যাল লীলা অদুবু কাউথোকপা ঙমখিব্রা ? নোংমতসু নত্তে ; নুমিৎ কয়ানি... নোংমনা চাক থোংবী ! অদুগা, ঙসিদি ?

(অস !)

প্রেমনিকেতনগী লেদিজ হোস্টেলদা লাইথি শান্নরিবী শ্রীমতী কুমারিকা, মোমোননৈ, ইকারপসু তৌজে (ঐসে ইমিংসু শ্রীমতী ! অদুগা কুমারিকাসু ? অঙাং ওইরিঙৈগী যৌদোকনি খন্দোকলুইদো। ঐনা লৈশাবী ফারকলবা মতমদদি নৌহৌনা নীংশিংলকই, শ্রীমানবু নীংজরকই, উন্নিনিংলকই। ইশানা ইশাবু শ্রীমানগী শ্রীমতী অমনি হায়দুনা অদুম খঞ্জরকখি, অদুবু ঐদি কুমরিকানি, শেংলবী কুমারিকা ! হৌজিকসু ওইরিবনি ; লাকলিবনি শ্রীমান থিবা। ঐহাক শ্রীমতীগী নুংলোন (অর্থ) খঙলকই। অদুদৈ অসুম ইকাইরক, অসুম ইকাইরক ; মিং অসিবু কনাবুসু কৌহননিংখিদে। সুরধুনী কৌবীয়ু ফনা হায়জখি। অদুবুনে, মী অয়াম্বনা ঐবু শ্রীমতী ! শ্রীমতী কুমারিকা ! অসুম্না অদুম হেক কৌবিখিদো। হৌজিক্তি, ঐ ইশানসু মিংথোল অসিতবু পামজরে। কৌবীয়ু ঐবু শ্রীমতী কুমারিকা ! ইশাগী চহী ১১/১২সুবা মতমদা ঐসে শ্রীমান্স বাসুগী শ্রীমতী বাসু ওইখ্রবনি ; অদুবু ঐদি কুমারিকানি ; শেংলবী কুমারিকা ! শ্রীমতী কুমারিকা ! পুন্সি এলহৌঙৈগী ভাপ মেন তাদ্রিঙৈ মতমদা শ্রীমানগী ওইখ্রবা ঐগী থরায় হকচাং ! কনাগী মফমদসু লাপ্পেৎরোই ! কংদুনা খুইদুনা মাঙখ্রবসু অদুমঙাই। ঐ মাবু ঙাইখিনি ; লগাম য়াওদ্রবা রাখলনা কাতু- কারন খল্লুই, অমা হেত্তা ফারিসা খল্লুবদি য়াই ... অদুবুনে, ঐগী ফিরেপ লৈরি। ঙাইখিনি, শ্রীমানবু ! ঙাইজখিনি, মহাক্তবু। চাংয়েং অমদি পাংথোকনিংঙি, অরোইবা চাংয়েং, অরোইবা পম্বৈ!)

শ্রীমতী কুমারিকা ! নুংঙাইকো, নঙগী নুংলোন বিচার। নহাক্ন থিরকলিবা অরোইবা পাম্বৈ! দোক্তর ইমোবদা কোক চাংয়েং তৌহনবদি কৈদৌই ? হৌজিক্তি নহাক নয়ুমদা হুনবসু নুংঙাইররোই। নহাক শিখ্রে হায়দুনা নমা পোক্তবীনা চফু উয়ান ফেংদোকখ্রে। কৈদৌবৈ, নরৈপাক থাদোক্তুনা চেল্লকলিবা ?

(লৈ, মরম অমা লৈ।)

শ্রীমতী কুমারিকানা য়াম্না ঈচংথৌনা খুমনিংলকই, (লৈ, মরম অমা লৈ) লোয়ননা মাগী নুংমীংতা শং শং হেক উরকই — দোক্তর ইমোবা ! খুরাইগী দোক্তর ইমোবা !



"শ্রীমতী কুমারিকা !"

"তাকপীয়ু, দোক্তর !"

"শ্রীমতীদং কৌজগে, মিংসে শাংমনখ্রে।"

"করিসু কায়দে দোক্তর, ঐসে শ্রীমতীনি !"

"হা ! নঙবো কনাগী ?"

"হ্মিংবু হায়জবনিদা।"

"নঙসিদি, ইপা হেক পাখৎহল্লি।"

অদুঙৈগী অরায় অখুম !

শ্রীমতী কুমারিকানা ইখঙ হেক খঙহৌদনা নীংশিংলকই (নুংমীৎতা উজবনি)। নোংমা, নুমিদাংনি, মখোয়গী ময়ুমদা। দোক্তর ইমোববু মমা অতোপ্পী চন্দ্রসখিনা চাক কৌখি। মচানুপী পোক্তবীবু দোক্তর ইমোবদা থাজবগী ব্রাফম লোইথোকলুরে। মচানুপীগী অয়াবদি লৌখিদে। অদুবু, শ্রীমতী কুমারিকানা, ময়ুমদা থুংলবা অতিথিবু তরাম্না ওক্তুনা মাগী কাদা, মবানীদং ব্রারী চিকথনখি। অহানবা ওইনা শকখঙনবা নুমিৎনি। শ্রীমতীনা চা পুথোরক্তুনা থকমিন্নে। মবানীগী মীৎয়েং নায়েং থোইনা লুশিন্নদে, অঙাং অমত্তা নৎত্রে ; চহী কুপ্প্রাঙাকয়াগী পাখঙ লৈশাবীনি। নহালমখৈদি অনীমক মাগী মাগী মহে মশিং তন্নদা মপূক্লিং লুপচরুই। নুংশি নুংঙনগী লম্বীদা হকচিল্লুদে। শ্রীমতীনা মরক মরক্তা মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী শ্রীমানবু নীংশিংখি ; য়াম্না হকচিল্লুবদি তৌখিদে। মহৈতম্বা লোইরগা উন্নবা চৎকে হায়দুনবুদি খঞ্জরকই। চিঠি কয়াসু ইর- ইরগা থমজে, থাবদি থাখিদে।

মতম অদু, শ্রীমতীসু গৌহাতি য়ুনিভরসিটিদা এম. এ. পরিক্ষা থারুরগা থোরকপা মতাংনি। ময়ুমদা লেম্লদি খক লৈথোক্তে ; লৈকাইগী অঙাং ময়াম খোমজিন্দুনা টিয়ুসন তৌই ; শেন খরসু তাঞ্জে ; পরিক্ষা হায়দোকপা ঙাইরিঙৈ মরক্তা মাবু হায়বা য়াম্না লাকখি। মহাক্না ইয়া য়ানিংখিদে ; মমানসু দোক্তর পামজখি। দোক্তর ইমোবা অসি য়াম্না মমিং চৎলবা গাইনিকোলোজিষ্ট অমনি । লন্দন য়ৌরুরে হায়দুনা 'লন্দন পাস' কৌনবসু য়াওই। মপান্দা মতম খরা থবকসু তৌদুনা লৈরই। মণিপুরদা লাক্তুনা সরকারগী হোসপিটালদা গাইনিগী হেদ ওইরি। মশাগী ক্লিনিক অমসু হাংদুনা চলাইরিবা মীশকনি। মহাক অসি চন্দ্রসখিগী লাপ্তকপা মরী মতানি। মসিদা মমানা মচানুপী শ্রীমতীবু পীহৌরগে হোৎনজে। মচাগী য়াইফনবা শিঞ্জবনি। মচানুপীনদি হোয় মাই হায়খিদে। চাক হেক্তা কৌশিল্লুবনি। শ্রীমতীনা দোক্তর ইমোবগা উন্নজনিংবগী তোঙানবা মরম খরসু লৈরম্মী। মহাক্না লুহোংবা লুহোংদবগী ব্রাফম অদুনা নাকোইন্দুনা থমলগা, মহাক্না খঙনিংবা ব্রারম খরদি খঙহৌরগে খন্দুনা হৱাও হৱাও তৌজে। ইমোবসু য়াম্না নুংঙাইজে। মহাক্না শ্রীমতীবু মহৌশা উখ্রে, মতম অদুদগী হৌরদুনা মীতাজরকই। মনে থোকপী চন্দ্রসখিনা অমদি লৈকাইগী দুতি থরোনা শিনবা থৌরাং অদুদা য়াজখি ; ঙাইঙমদে, ঙাস্তনা থুংলখি। শ্রীমতীনা মহাকপু তরাম্না ওকলবা মতুংদা তোঙানবা ব্রারী- ব্রাতায় চৎথরকখি।

"পাখৎপীরুনু দোক্তর!" শ্রীমতীনা মখা তারদুনা হায়রকই –"ঐসু ইহে তম্বা লোইদ্রিফাওবা নুংশি নুংঙনগী ব্রাখল খঞ্জরোই হায়দুনা নুংশিনবগা থমজরক্তে। অদুনা পাখঙ শরী লৈশাবী শরী অহানবা উন্নবা অসিদা ঙাইহাক্তং ফাগী তৌজবনি।"

"ঐসুনে শ্রীমতী ! মপান্দা ময়াং নুপী দোক্তর কয়ানা ঐবু য়াম্না মীতাজহৌই।" দোক্তর ইমোবনা ঙাইহাক লকক তৌরগা হায়রকই –"অদুদা, ইজাতিগী নুপী পামজবদগী অদোম্বু থিজরকপনি।"

"ঐসু অদুমকনি পামজবা (তৌবতবু ঐসে শ্রীমতীনি ; শ্রীমতী কুমারিকা !)" শ্রীমতী কুমারিকানা ঙাইহাক নুংখন্নরুরগা হায়রকই —"ইজাতিগী মতিকচাবা নুপাদা কুন্দো পরেং হুকচগে হায়দুনা খঞ্জরকই।"

দোক্তর ইমোবা লুতোন শাংখ্রে, হায়রকই —"রিয়েল্লী...? হৌজিকমক, ঙসিমক চাকলেন লোইরগা চিং-লেমনা চংখ্রসিদনা।"

"ঙাইবীখো দোক্তর, থুজিনবীরকখিনু, এম. এ. পরিক্ষা হায়দোকপা ফাওবদংদি ঙাইবীবা য়ারোইদ্রা ?"

"ঙায়জগে ।" দোক্তর ইমোবনা অমুকসু হরাওবা উংতুনা হায়রকই —"অদোম্না হেক হায়রিখ্রেসু য়াজগে।"

"দোক্তর !" শ্রীমতী কুমারিকানা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই —"অদোমগা ঐগা হায়ন- শিংনবগী পাউ তাদ্রিঙৈদা ক্লিনিক্তা অমুক্তং লাকচগে হায়দুনা খঞ্জরম্বনি, ঙসিদি খোঙখোংনা লেঙবীরকলে, য়াম্না নুংঙাইজরে।"

"ঐসু য়াম্না নুংঙাইজে।" দোক্তর ইমোবনা অমুকসু হরাও তয়াম্না হায়রকই —"ঐবু হান্নদগী আশা তৌদুনা লৈবীরম্বা অদুদা অমুক্কসু হেন্না নুংঙাইজে।"

"হৈকো, দোক্তরসু।" শ্রীমতী কুমারিকানা নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই —"ঐসে অনাবীনি, লায়না পকলবী !"

"হা ! নঙবো, করি লায়না ?"

"পাখৎপীরুখিনু।" শ্রীমতী কুমারিকানা চিং-লেম্না শমথরদুনা হায়রকই —"অদুক হাক্ল তমথিবা লায়নাদি নত্তে। দোক্তর অমগী মনাক্তা পেসেন্ট অমা ওইনা লাকচগে খঞ্জরম্বনি।"

"শ্রীমতী ! নঙোন্দা করি প্রোব্লেম লৈবগে ?"

"ব্রাফম অসি নাকোং তরুক সুহনবীবদি য়াদেকো।"

"ব্রাশকচরি, কন্নাদসু হায়দোকচরোই।"

"ঐসে নপুংশকনি !"

"হা ! নঙবো ? নপুংশক হায়দি সেক্সলেস ?" দোক্তর ইমোবনা মমীৎ লংখৎলদুনা হায়রকই —"হেরা শ্রীমতী ! দোক্তর ঐঙোন্দা অমুক ফাগী তৌরনুদা... নপুংশক হায়বদো ব্রারীগী ব্রানি। হোয়, মেদিকেল টার্মদা ইম্পোটেন্সী হায়বনচিংবা খরদি লৈ।"

"ঐসু অদুগুম্বনিনে দোক্তর !"

"হেরা, শ্রীমতী ! ঐবু পামদ্রগা পামদে হায়য়ু।" দোক্তর ইমোবনা ব্রারৌরপ তৌনসু, ইকায়রপ তৌনসু হায়রকই —"ঐ কৈসু শাওজরোই, নাকোইদ্দুনা মীথাদি তৌগনু। নশক অদুক ফজবী নঙবু নপুংশক ! শেংনা শেংনা হায়য়ু, শ্রীমতী !"

"দোক্তরদা ঐগী প্রোর্ফাল ফাইল অমা য়েংহঞ্জগে।"

"য়েংসি য়েংসি পুথোরকউ।"

শ্রীমতী কুমারিকানা য়াম্না চেকশিন্না লোৎতুনা থমলিবা ফাইল অমা মাগী আলমারিদগী লৌথোকলুরে। দোক্তর ইমোবদা লানশিল্লগা হায়রকই —"দোক্তর ! গৌহাতি মেদিকেল কোলেজ হোসপিটালগী লেদি দোক্তর সরিকা দাস খঙবীরমগনি।"

"খঙইনে, ঐখোয় তম্মিনরকই।"

"ঐহাক মাগা তান্নজরকই।" শ্রীমতী কুমারিকানা শমথরদুনা হায়রকই —"মহাক্না য়াম্না কুপ্না য়েংবীরকই ; ওপরেসন তৌরগা লাইবক য়েংশি হায়রকই নৎত্রগা ওপসন অমসু পীরকই ; মসিদা দোক্তরগী মত পীবিয়ু, অমুক্তং কুপ্না পাবীরম্মু, ঐহাক চাক্কী ফিভমসু য়েংজরুখিগে।"

শ্রীমতী কুমারিকা চাকশঙদা চংখ্রে। দোক্তর ইমোবনা দোক্তর সরিকাগী রিপোর্ট অদু মথং মথং ফাক্তুনা পারি, দাইগ্রাম কয়াসু য়াওরি, এক্সরেসু য়াওরি। ইমোবনা য়াম্না কুপশিন্না নৈনদুনা য়েংলি। মঙক নোম্না নোম্না মথন্তা শোঞ্জে —"কৈসু লৈতবা অসিবু, হেক লুহল্লিদা।"

চাকপাউ লাকলে।

শ্রীমতীনা পাউ পীরে —"দোক্তর ! চাক চাবা তোল্লগা অমুক কুপ্না খন্নরসি, মেদাম সরিকাগী ফাইন্দিংশিং কুপ্না পাবিরেকো ?"

"পারে, খঙলে। নঙগী ফাইল অসি থমজিনখ্রো ?"

শ্রীমতীনা ফাইল লৌরে, হান্নগী মফমদা লোৎশিন্দুনা থমজিনখ্রে।

মহাক্না মাঙ থারদুনা দোক্তর ইমোববু চাক চাফমদা পুশিনখ্রে।



মনিতোন লৈখিদ্রে!

কোইজম ইনাক খুনবা মনিতোন নোঙ্গাখিবা কুইরে। মাগী নুপী ইবেমুসু কুইনা হিংলমদ্রে। মখোয় অনী ঈশিংগা ঙাগা তাই হায়নখি। চুম্লম্না যাই, পাঞ্জিনা হায়বা ব্বানি। মখোয় অনীগী মচানুপা অহল চন্দ্রবাবু (কবিরাজ মাইবা) নবদ্বীপ্তগী হল্লকখ্রে। মণিপুরগী থাংমৈবন্দ মাইস্নাম লৈকাইদা লৈরকপা কুইরে ; পানাও শিংনাও অনী নৌনা তাখ্রে। মহাক্কী নুপী অহল, নবদ্বীপ নিঙোল চন্দ্রিকা শিরবা মতুংদা, (মতম খরা লৈরগা) চন্দ্রসখি লুহোংঙি। কোইজমগী থারা মুৎপা তারে হায়দুনা নুপী অতোপ্পী থিখিবনি। মসিসু অদুম চংনৈ। শ্রীমতী কুমারিকাগী য়োকচবী মমা চন্দ্রিকা লৈখিদ্রবা মতুংদা, মহাকপু মপু মবেন্না অমদি মনে বাঙ্গলী ওংবী জয়মতিনা নাওকোঞ্জরকই। শ্রীমতী কুমারিকানা চহী ১০/১১ চংলকপা মতমদা মমা কায়নখি। চন্দ্রসখি লাকপদগী কোইজম ইমুংদা মহি লাংবা হৌরকই। কোইজম জামাইসু কুইনা লৈরমদ্রে। মপান্দা মাগী থবক অমা ফংখি ; (কোলেজ অমগী প্রিন্সিপাল ওইনা)। মাগী ইমুং মনুং মণিপুর থাদোক্তুনা চংখি। মতম অদুদা শ্রীমান্স বাসুগী চহী ১১/১২ সুখ্রে। মচানুপা অতোম্বা শ্রীনিবাসতি চহী মঙামুক্তং ঙাইহরি ; মচীন মনাও নাওরোন লাওই।

শ্রীমতী কুমারিকানা মাগী শ্রীমান্স বাসুবু নীংশিংদুনা লৈহৌই। মসিনা মাবানীগী

তোঙানবা ৱানি। য়াম্লসু নুংশিবা মিকুপনি। পীকলিবা অঙাং অনী, কোন্নদুনা কপমিন্নখি ; অমুক উন্নসি হায়নখি।

চহী কয়াগী মতুংদনি।

চন্দ্রবাবু নাদুনা (পেরেলাইসিস) লৈরে। মাগী কবিরাজগী লায়েং চুন্নরক্লে। মপানা পৈরম্বা লনথুম কয়া-কায়দুনা চারকলি। কাহেন্না ময়েং তাবদি নত্তে। মচানুপা অমগা মচানুপী অমগা পোকপা অদুসু কয়া পাংদ্রে। শ্রীমতী কুমারিকা, ইমুং অসিগী ঈগা মরী অমত্তা লৈনদবী নুপীনি ; মহাক নবদ্বীপ্তগী পুরকপনি, কনাগী মচা মশূনো খঙলবসু, চন্দ্রিকানা মচানি হায়বীরম্মী। অদুনা মপু মবেননা শ্রীমতী কুমারিকাগী মমিংদা দুকান অমা পানবীরম্মী। মদুদগী লাকপা থাগী শেনফমনা মাবু লাইব্রিক তমহল্লকই। মহাক্না গৌহাতিদা লৈরিঙৈদসু দুকান মপুনা মঙোন্দা থাগী শেনফম থাবীখি। মসি চন্দ্রসখিগী খম থেংনা অশাওবীনি। মহাক্না শ্রীমতী কুমারিকা অসি কোইজম মচ নত্তে হায়বা হেক খঙলকপদগী মীশৌ চংবা হৌরকখি। মহাকপু লুহোংবীখ্রগা দুকান অদু মচানুপী চন্দ্রাবলীগী মমিংদা পানশিনগে খনখি। ঙমখিবা য়াই ; চন্দ্রবাবু ৱা ঙাংবা ফাওবা নীংথি নুংঙাইনা ঙমদ্রবনি। চন্দ্রসখিনা ইমুং চলাইরি। মকুবোক্না মচানুপাগী মমিংদা থমলম্বা দুকান অদুসু মচানুপা চন্দ্রমোহনগী মমিংদা পানশিনখ্রে। মহাক্না মতম খরদি শ্রীমতীবু লুনা তৌরম্মী। হৌজিক্তি 'নবদ্বীপ মরু' হায়রবগা খঙনরিবী শ্রীমতীবু থুনা লুহোংখিনবা কন্না হোৎনরি ; য়ুম অসিদা লৈহননিংদ্রে। অদুবু চন্দ্রসখি ফত্তে হায়বা য়াদে। মচানুপী থোকপী শ্রীমতীগীদমক অফবা নুপাদি থিজৈ। মওং তাদবা মীনা হায়বা লাকপদা চৈ থাংদুনা তাল্লি। ঙসিদি মাগী নীংবা থুংগদৌরে ; মমিং চংলবা দোক্তর ইমোবা ময়ুমদা মখোঙ থোংনা চাক চাবা লাকলে।

চন্দ্রসখি অমদি চন্দ্রাবলী মমা মচা, অনীনা অৱা অনা থিদমখৈ হোৎনদুনা মথেল লুকোই লাংবা লোইখ্রে। তরু তনালনা শেম শারবা দাইনীং টেবীল মথক্তা থেন্দুনা থমখ্রে। মফম অদুদা শ্রীমতী অমসুং দোক্তর ইমোবা চংশিল্লকলে।

"ইবুংঙো দোক্তর! করি অমত্তা হঙ্গোইবীরব্নু।" চন্দ্রসখিনা দোক্তরবু তরাম্না ওকপা ওইনা হায়রকই –"ঙসিদগীদি ইয়ুমনি হায়দুনা হেক্তা খনবীখ্রো, ননাওনুপী ওইদৌরিবী অসিনা থোং-থাকচবনি, হাওবা হাওতবা লেঙশিল্লসি।"

চন্দ্রাবলীনা খৎলি খৎলি পাংশিল্লকই –"ইতৈ হেক্তা কৌজরগে, থুম মোরোক, মসলাকাদি ইচেনো থাকপনিকো।"

দোক্তরনা ইমোবনা হায়রকই –"হাওরমদৌ মাল্লিকো। হা ! করি হায়গে শ্রীমতী ?"

শ্রীমতীনা হৈনিংফাৎতনা খুম্মী –"থুম নমফাৎত্রবসু অদুম হাবীয়ুকো।"

দোক্তর ইমোবনা অমুক হায়রকই –"ইনেখোয়, ইনাওনুপীসু পুন্না হেক্তা চামিন্নরসিবা। ইশেন নুপা ওইগদবা অমসু লৈ হায়বা তাজে, মাদি কদোমদা চৎথোকখ্রে ? মমিংসু চন্দ্রমোহন কৌই হায়বা তাজরে।"

"অদুবুরো ইতৈ, মুচি খুন্দা।" চন্দ্রাবলীনা খৎলি খৎলি খুম্মী।

"চন্দ্রমোহনবু ?" দোক্তরনা চিংনরপ হংলকই।

"কবুই মমান্নবা অমগী ময়ুমদা মখোয়গী জগোই তমলি হায়দায়নে, চন্দ্রাবলী ?"

শ্রীমতীনা মতাং চানা হায়নিংলকই (চন্দ্রময়ামগী ইমুংদা লৈনিংদবনা !)

"নশেনদো পুং ঈশৈদা ঙাওরি। পৃথিবী কোয়নি হায়রি।" চন্দ্রসখিনা পাংশিল্লকই।

"অদুদি য়াম্না ফবা ৱানি।" দোক্তরনা ওকশিল্লকই।

"ইমা ! পাবুংগীদি ?" শ্রীমতীনা মমাতোন্দা য়েংলগা খঙনিংনা হংলকই।

"ঙসিদি ইমা ইল্লুরগে, নখোয় চাবা হৌরো হৌরো।" চন্দ্রসখিনা অসি হায়রগা পুখম অমদা চাক এল্লাং খরা কোৎথরদুনা হাপলগা অতোপ্পা কা অমদা চংখ্রে।

শ্রীমতী অমসুং দোক্তর ইমোবা মায়োক্নদুনা ফম্না হৌখ্রে। চন্দ্রাবলীনা ইহাদ হরাওজরদুনা অৱাং অপা হাপক্কদগী ঙাইদুনা লৈজে।

"পাবুংগী অনাবদো ঐসু তারে, ঐগী মরূপ অমা লৈ, মহাকসু অখন্নবা দোক্তরনি, মহাক্না অনাবা অমা অনী ফহনখ্রে। ঐ নোংমা পুজরক্কে।" দোক্তর ইমোবনা চাক চানা চানা হৌদোরকই।

"থাগৎচরি দোক্তর ! অমুক্তংদি য়েংনিংলি। ঐসু গৌহাতিদা পুরসিরা খঞ্জরমলিবনি।" শ্রীমতী কুমারিকানা খুম্মী।

"ইতৈ ! ঙা মতুম খরা হাপচরকখিগে।" চন্দ্রাবলীনা হায়রকই।

শ্রীমতী কুমারিকা নুংঙাইতে (নপাই ইতৈরা ! ওইনি ওইরোইসু খঙদ্রি।)

"য়ারে য়ারে, চাক পিক থন্না চাশিল্লবদি হোরেন তুমলুরনি।" দোক্তর ইমোবনা মখূৎ খল্লগা হায়রকই।

"ঙসি অহিং দ্যুতি তাবীব্রা, দোক্তর ?" শ্রীমাতীনা হংলকই।

"তঙাইফদ্রবদি চৎত্রবসু য়াই, ফোন তৌখিগে।" দোক্তর ইমোবনা খুম্মী —"নহাক্কী এপোইন্টমেন্ট অসিনা মরুনি।"

চাক চাবা লোইশিনখ্রে।

মতাং চানা থংনবা কা অমদা ফল্লাং নাথেৎনরিবী চন্দ্রসখিসু প্রপ প্রপ থোরকলগা হায়রকই —"ইবুংঙো দোক্তর ! চাক এল্লাংদো কয়াদি পাংলম্মোই, ননাওনুপী অঙাওবী অসিনা থোংবনি।"

"এ ঃ য়াম্না ফখ্রে, থুম মোরোক মসলাদি মচেনা থাকই হায়, মরুদি মদুনি, ঙৌবা ওৎপদুদি অরাইবনি।" দোক্তর ইমোবনা নাকোইননা থাগৎপা ওইনা ঙাংজে।

"ইচানুপী শ্রীমতী কুমারিকাদিনে চাক এল্লাং থোংবা হৈখ্রবনি ; লাইরিকসুনি।" চন্দ্রসখিনা ফেনজিনবা ওইনা হায়রকই —"অদুগা মনাওনুপী চন্দ্রবলী অসিদি মেত্রিকতা মরিরক সুরে।"

"ইতৈ, ঐদি লাইরিক কয়া তমনিংদে।" চন্দ্রাবলীনা ওকই।

"নহাক করিদি পাম্মী চন্দ্রাবলী ?" দোক্তর ইমোবনা হংঙি।

"ঐবো ? নর্স ওইনিংঙি।" চন্দ্রাবলীনা সং হেক্তা খুম্মী।

"অদো, মেত্রিক পাস নৎত্রবদি নুংঙাইরোইনে।" দোক্তর ইমোবনা মাবু পূক্লিং

যৌগাৎপনা ওইনা হায়রকই —"মঙারকসুনবা অমুক্তং কন্না হোৎনৌ হায়বদি পাস তৌনবা। অদুগা ইতৈনা শোয়দনবা শিনবীগে, ঐগী লনাইগী ক্লিনিকসু হংলে, নর্স ওইগে হায়রবদি ইবা পাবা নীংথিনা হৈতবা য়াদে।"

"অদুদি হোৎনরগে, ইতৈ।" চন্দ্রাবলীনা হরাওনা খুন্মী।

শ্রীমতী কুমারিকা কয়া হৈনিংফাৎতে, খৃৎনাওবীনা মনাকোং হোৎপোইনা মেনশিল্লি। চৈহৎলুবসু য়াদে। মহাক্না মমাতোন কিজৈ, খোন্দা থি, চল- চল্লিসু খঙই।

"য়ারেকো, দোক্তর ?" শ্রীমতী কুমারিকানা হংঙি।

"য়ারে য়ারে য়াম্না নুংঙাইরে।" দোক্তর খুন্মী।

মখোয় অনী হৌগৎখ্রে, মখৃৎ মশা হামদোকপা লোইখ্রে।

চন্দ্রসখিনা দোক্তরদা ওনশিল্লগা হায়রকই —"ইনেগা ননাওগা চাক চখোন্মুক চাখিগে। শ্রীমতীগা দোক্তরগা ঙাইহাক ফম্মিন্দুনা ক্লানুং চামিন্নরম্মু।"

"ইনে ! ঐদি ক্না চুরুট বেড়ী অমত্তা তৌজদে।" দোক্তর ইমোবনা খুন্মী।

"লেঙথোকলসি, দোক্তর !" শ্রীমতীনা মাঙ থারদুনা দোক্তর ইমোববু মাগী কাদা অমুক পুশিনখ্রে। হান্নগুম ফম্মিনখ্রে।



"শ্রীমতী ! শ্রীমতী কুমারিকা !"

"ভাকপীয়ু দোক্তর !" শ্রীমতীনা নোকফেৎ তৌরগা মখাতানা হংলকই —"ঙশায়দি মিং শাংমল্লি হায়বদাই ; অনীরক হন্না কৌবীরিসিবু...?"

"অসুম অসুম হেন্না নুংশিরকপনিদা।"

"য়াম্না য়াংশিল্লিনা।" শ্রীমতীনা য়াম্না লেম্না খুন্মী।

"অমবু ওইরে, ঐনা নঙবু লুহোংগনি।"

"করিগুম্না অখুংবী অদুম ওইরসু ?"

"ঐদি অখুংবীনবু হেন্না পামজৈ।"

"মপূৎ ফানা ফংগদ্রনে, দোক্তর ?"

"করি ফংদনি ?" দোক্তর ইমোবনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই —"ঐ নঙোন্দা চাংয়েং অমখক তৌবা পাম্মী।"

"চাংয়েং হায়দি মেজর ওপরেসন ?"

"নত্তেদা !" দোক্তর ইমোবনা মরৌ লৈনা খুন্মী।

শ্রীমতী কুমারিকা লৈশাৎতবী লৈশাবীনি! মাগী থাগী খোঙকাপ ইহুল তম্বা অসি লাকফম থোকপা মতমদা (মতম হেল্লবসু) লাকখিদ্রে। নুপীমচানা চহী ১১দগী ১৪ সুরকপা

মতমদা থাগী লৈশাংপা হৌরকই। মহৌশাগী ওইবা খোঙচংনি। চহী ১৪গী মতুংদা লাকপসু য়াওই। কনাগুম্বী নুপী মচা খরদি মমিংতগী ওইনা খজিক্তং হায়বদি, বিন্দুমুক্তং, মশক উৎলল্লগা অদুম খমখিবসু য়াওই। মসি য়াম্না শাথিনিংঙাই ওইরবা লায়নানি। শ্রীমতীগী মফমদদি হৌজিক ফাওবা লাকত্রিবনি। অসিগুম্বা কেস অসি য়াম্না তাংনা থোকই ; চাম্মগী মনুংদা হায়বা য়ারোই ; লিশিংগী মনুংদা অমা অনীগুম্বা থোকই। হীদাক চারগা নৎত্রগা ওপরেসন তৌরগা লাকপসু য়াওই। মদুসু মতম খরা লাক্কল্লগা লেপখিবসু থোক্তবা নত্তে। অসিগুম্বা নুপীদা, নুপা তিন্ননিংবগী ইরাং অসি য়াম্না কা হেন্না লৈগন্দে ; অদুবু লৈহনবদি য়াই ; তান্ত্রিক সেক্স যোগ শান্নবা তাই। অদু ওইরবদি মথন্তা লৈজরকই।

শ্রীমতীগী য়োকচবা মপা, কবিরাজ, মাইবনি। মসিগী মরমদা খরা মখৈদি খঙই। হীদাক লাংথক তৌদুনা য়েংজখি। মচা নুপীগী ওইরিবা মওং অসি, কনাদসু হায়দোকখিদে। মতম অদো, য়োকচবী মমা চন্দ্রিকাসু লৈখিদ্রবনি। মপাশাবসু, নুপী অনৌবা থিখিবদগী মচানুপীগী লায়না অসিদা পূক্নিং থিংজিনখিদ্রে ; অদুম কাউখ্রে ; থেংনা লাকচনি খন্দোকখ্রে। মবেন খঙই, চহী ২০দসু লাকপা য়াওনৈ হায়দুনা অদুম খন্দোকখ্রে। মমা অতোম্বী চন্দ্রসখিদি হৌজিক ফাওবসু খঙদ্রিবনি। শ্রীমতীনা লোৎশিন্নবা হোৎনখি। মাগীদমক চহী নৌরিঙৈদা ওপরেসন তৌহৌনবা শিনবী লাংবীনবসু লৈখিদ্রে। মহাক্লসু দোক্তর য়েংহনবা পামখিদে। মহাক্লা থা খুদিংগী চাকখুম চংবা য়াদে হায়শিন্নদুনা নুমিৎ তরুকনিদি মান্নবা শান্নরকখি। মহাক অসি মওং অমনি, দোক্তরবু য়েংহনবসু পামখিদে। মহাক্লা খঙে (অসুক চেকশিন্না লোৎতুনা থমলিবা 'হৈয়াবী' অসিবু মখোয়না য়েংনবা পোৎলো ?)

হৌজিক্তি, মহাক নুংঙাইরক্তে, গৌহাতিদা দোক্তর সরিকা তান্নরুরে, নুপা দোক্তরদা মাগী 'হৈয়াবী' য়েংহল্লোয় হায়বা অসিমদি মাগী ফিরেপনি। দোক্তর সরিকাদদি য়েংহল্লুরে। পাউতাক অনী পীরকই। মদুগী রিপোর্ট — য়াম্না তঙাইফদনা মাগী পুক্সি খোঙলোয় ওইরকপা য়ারিবা দোক্তর ইমোবদা য়েংহনখ্রে। ইমোবনা করি চাংয়েং তৌদৌরিবা ?

"দোক্তর !" শ্রীমতীনা মমীৎ লুকলপ তৌনা কৌরগা হায়রকই—"মেদাম সরিকা দাসকী রিপোর্ট অদুদা করি মত লৈবীবগে ?"

"শ্রীমতী ! ঐসু নঙগী অসিগুম্বা কেস মরি মঙা থেংনখ্রে।" দোক্তর ইমোবনা শমথরদুনা হায়রকই—"ঐনা চাংয়েং অমা তৌখি, মদুদা ফবসু য়াওখি।"

"তাকপীয়ু, কমদৌনা লায়েংখি ?"

"দোক্তরগী লোন্দদি অরোন অথুপ থম্বা য়াদে।"

"শেংনা শেংনা হেক্তা হায়বীয়ু।"

"ঐ লৈরিসিদি, ঐ দোক্তরনিনে, শ্রীমতী!" দোক্তর ইমোবনা করিসু চিংনবা লৈতনা হায়রকই— "য়াম্না থুনমক লুহোংনবা তৌরসি। অসিগুম্বা কেস অসিদি ওস্তানা মযুম পাল্লগা, নুপাগা লৈমিন্নরবা মতুংদা অদুম চাং নাইনা লাকপসু য়াওখি, তান চাদ্রগনা মপাল শাৎতনা মহৈ য়ানবসু থোকখি । নঙগীসি খরদি থেংমল্লে, অদুবু লাইবক য়েংবা য়াই।"

"শোয়দনমক... দোক্তর ?" শ্রীমতীনা হরাওবা উৎতুনা হংলকই।

"চাম্মদা চাম্মা থাজবীয়ু।" দোক্তর ইমোবনা মতিং উৎতুনা খুম্মী।

"দোক্তর সরিকানসু অদুম পাউতাক পীরকখি। অদুবু ঐদি যুম পান্নিংদ্রেদা, দোক্তর!" শ্রীমতীনা মতৌ য়েংনিংদুনা হৈনিংফাৎতনা হায়জিল্লি।

"অদু ওইরগনা...।" দোক্তর ইমোবা লকক তৌই, ঙাইহাক লৈরগা হায়রকই—"ফোর ট্রিংমেন্ট শেক... দোন থিং অদররাইজ। ওপরেসন তৌদ্রিঙৈদা ঈশ্বরনা পীরকপা মহৌশাগী ওইবা লায়েং অদুদা চাংয়েংবা ওইনা ইবানী মতম খরা ...হা ! করি হায়গে ?"

"দোক্তরনা, অতৈদসু অদুম্না লায়েংখিব্রা ?"

"আ আ... শেরান্না খনবীগনু।"

"ঐগী অনাবসি নুপাগা লৈমিন্নরগা শোয়দনা ফগনি হায়বা অসিদা দোক্তরনা কদায় ফাওবা থাজবীবগে ?"

দোক্তর ইমোবনা থয়াইননা খুম্মী—"অমবু ওইরবসু, চাংয়েং অমুক্তং তৌথোকপদি ফরোইদ্রা ? মহাভারতকী কুন্তীসু সূর্য্যদেব কৌরগা লৈশারিঙৈদা চাংয়েং তৌখ্রিদুনি।"

"অদুদি ঐসু সূর্য্যদেব কৌরগা য়েংগেদো, দোক্তর!"

"রিয়েল্লী ? আকর্ষন মন্ত্র অদু খঙব্রনে ?"

"খঙজে ! নুপীনা কৌবদা লাই ফাওবা লাকখি।"

"সূর্য্যদেবদো ঐ ওইজনিংঙিকো। অতৈ কৌবীবিরুরনু।"

"কিউদা লৈবীয়ু, তৌবতবু মতম খরদি ঙাইবীখো।"

"থিন্থুরগুমসিবা !"

"জুন ফাওবদং !" শ্রীমতীনা মখা তানা হায়রকই—"ঐহাক এম.এ. অমদি ওইনিংলি, থবকসু মচা অমা তৌনিংঙি। পরিক্ষা হায়দোক্লবা মতুংদা অদোমবু ওইরবসু আকর্ষন মন্ত্রনা অমদি হেক্তা কৌজরগে।"

"মফমদি ?" দোক্তর ইমোবনা থুজিন্নবা তকশিল্লকই।

"চীংমৈরোংগী হোটেল হোনিমুনদা!"

"শোয়নগুমসিকো।"

"মরক অসিদা করিগুম্বা ঘটনাদি থোকহন্নগুমসি।"

"ঘটনা হায়দি ... শিবা নাবা ?"

"হোয়, মদুসু ঘটনা মখল অমনি।" শ্রীমতীনা নাকোইঙনা বাথৈদুনা হায়রকই—"অদো, দোক্তর ! ঐঙোন্দা সেক্সচুয়েল এফিনিটিগী ইথক ইরাংসি কয়া লৈতবদৌনসু তৌই, ঐবু যোগ তম্বীরকপী নুপী অমনদি তান্ত্রিক মোক্স যোগ অনৌবা লোন্দনা তান্ত্রিক সেক্স যোগ শান্নৌ হায়বীরকই, মসিদা করি অকায়বা লৈবগে ?"

"য়াম্না কান্নরকনি। হকচাং শাজেল অমা ওইনা চাং নাইনা যোগ তৌরবদি নঙোন্দা কান্নরকনি । নঙোন্দা সেক্সচুয়েল এফিনিটি অসি তপ্না তপ্না লাক্কনি হায়বগী থাজবা লৈ। অফটর ওল, যোগ অসি মখল কয়াদা কান্নবা শাজেল অমনি।"

"য়াম্না নুংঙাইজে, দোক্তর !" শ্রীমতীনা অমুকসু খঙনিংনা হংলকই—"নুপী ওইনা পোক্লগা মপুঙ্গিগী ওইনা থাগী লৈশাৎতবা, মমা ওইবা ঙমদবা অসি থোকপ্রনে ?"

"তাংনা থোকই হায়দুনা থমজখ্রে।" দোক্তর ইমোবনা শমথরদুনা হায়রকই —"হীরম অসি য়াম্না পাক চাওখ্রে শ্রীমতী ! নঙ নশানা খঙহৌদবা ওইরম্বা য়াই, মরিক অমত্তং ওইরবসু, অমুক্তং উরমলগা লেপখিবা নুপী কয়াগী কেস থেংনখ্রে। থাগী লৈশাংতম্বগী মখল অমদি মওং অসিসু য়াম্না লৈখ্রে।"

"ঐগীদি মরিক অমত্তসু উজবা ফংখিদে। ইকাই হঙ্গোইনা হায়রবদা, ইমীৎ অসিনা মরিক অমত্তং উজবা ফংলবদি হায়দুনা লাই নীংজরিবনি। তোয়না তোয়না য়েংজখি। ঙসি ফাওবা মরিক অমত্তা উজদ্রিবো, দোক্তর!"

"হৌজিক লাইগী মতম নত্তে, শ্রীমতী!"

"ৱাখলবু হায়জবনিদা।" শ্রীমতীনা শমথরকই —"নুপী ওইনা পেকপগী ঐসিবু করি কান্নরিবনো, দোক্তর ?"

"অদুনবু চাংয়েং তৌসি হায়রিবদুনি।" দোক্তর ইমোবনা ঙাইহাক লেপলগা খংহায় হায়রকই —"ঙাইখো শ্রীমতী ! নহাক করিগুম্বা মতমদা থা খুদিংগী নাহিকা তাখিবা লৈব্রা ? নাতোন্দগী নৎত্রবসু নাদগীবু ওইরবসু... নৎত্রগা ইকায়বা য়াদ্রে মতাং অসিদদি ?"

"তাকপীয়ু, দোক্তর ?"

"এঙ্গতগী হায়বদি অমাঙ থোংদগী ?"

"অং অং দোক্তর !" শ্রীমতীনা লুতোন শাৎনা অঙকপা পোক্নুনা হায়রকই —"থা খুদিংগী থা লোইরমদাইদা নাহি খরা খরা তাখি, নোংমা নীনিগী ৱানি ; কৈসু তৌদে অদুম ফখি, ঐনসু করিমত্ত থৌশাখিদ্রে।"

"তো তো মদুসু থাগী লৈশাং মখল অমনি।" দোক্তর ইমোবনা মায়থোং মকা লামনা নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই —"শ্রীমতী ! নঙগা ঐগা লুহোংবা য়াই ; লুহোংদবসু য়াই। মদুনা তোঙান্না থমখিগে । ঐগী শিনফমগী মতুং ইন্না নহাকপু পেসেন্ট অমনি হায়দুনা লৌজরগা থেংনজবা অসিসু ঙমখৈ লৈতনা নুংঙাইজে। অদুনা, ৱাফম খরদং থমজগে। অতৈ লাইরি নঙগী মিংনপ ওইরিবা 'কুমারিকা' হায়বা অসিদুম ঙঙ্কেক্লে চুশিন্ননা থোল্লমখ্রে। নঙদি মিং অসিগী অর্থ খঙলব্রা ?"

"কুমারী, কুমারিকা হায়রিবা ৱাহৈ অনী অসি পৌরপ্পা মান্নবা অর্থদা তৌদুনা লুহোংদ্রিবী নুপীবু খঙনৈ, নিংথৌ মচানুপীবুসু রাজকুমারী অদুম কৌনৈ। লুহোংলবা মতুংদদি কুমারী হায়রিবা মিংনপ অদু হোংনখি।" শ্রীমতী কুমারিকানা মখা তানা হায়রকই —"অদুবু কুমারিকা হায়রগদি চহী ১২গী মনুংদা লৈরিবী ; থাগী লৈশাং তমদ্রিবা নুপীমচাবু খঙনৈ হায়দুনা মাম্মা বাসুনা তাকপীরম্মী। ঐসে হৌজিকসু কুমারিকানি, চহী ১২গী মতাংদা লৈরিবীনি হায়বা য়াই। অদুবু ঐহাক শ্রীমতী অমসুনি ; আই মিন ইমিংবু হায়জবনিকো। সার্টিফিকেটকী ইমিং, সুরধুনী হায়বদো কনানসু কৌবিখিদ্রে।"

"হোয়, নহাক শ্রীমতী কুমারিকানি!" দোক্তর ইমোবনা নোকফেৎ তৌরগা শমথরদুনা হায়রকই —"নেচরেল ৱেদা লৈশাংতে হায়দুনা নহাকপু লৈশাংতবী লৈশাবী কৌবদি য়াই অদুবু অঙকপা মওংদা 'Vicarious Menstruation' হায়বা মখল অদু নঙোন্দা থোকলি। থক্তা হায়গৎলিবা ঈ অদু পাম্বে অমনবু ওইরবসু থিংবা তাই।"

শ্রীমতীনা তকশিল্লকই —"শন্দোক্না খরদং তাকপীয়ু, দোক্তর ! ঙসি দোক্তরগা থেংনজবসি ঐসু য়াম্না নুংঙাইজে।"

"শ্রীমতী !" দোক্তর ইমোবনা মহাকপু নুংশিনা কৌরগা হায়রকই—"মেদিকেল সাইন্স অমদি রতি সাস্ত্রগী মতুং ইন্না নুপীশিংগী মফমদা থাগী লৈশাৎতম্বা অসিগী মরমদা তোঙান-তোঙানবা মখল অমসুং থোরকপা য়াবা লায়না কয়াসু লৈ। চহী নৌরিঙৈদদি খরা মফে। মরুওইনা, চাং নাইদবা অমদি মতম চাদনা খমখিবা নুপীশিংগী মফমদদি চহী লীরকপগী মতুংইন্না খ্বাং নাবা, শারে হৌবা, ব্রান্থবা, চনীং য়েকপা, চানিং থকনিংবা ফাওরক্তবা, শাওগনবা, মশা শোক্ছরকপা, মরেক মহাও য়াওরক্তবা, মোন্দ্রং চুবা, অসিনচিংবা লায়না কয়া অসি থোরকই। মমৈথংদা ব্রোম কেন্সর ফাওবা নারকপা য়াবগী মরম ওইরকই। নঙোন্দা থোক্লিবা অসিনা মখল অমনি। নুপী খরদসু থোকই। নঙনসু হায়খ্রে। থাগী মতম কায়দনা হায়বদি নুমিৎ খরা লৈথোক লৈশিন লৈরবসু, নাতোন্দগী নাহি খরদং ওইরবসু তাবা, নাকোংদগী ঈ থোরকপা, নৎত্রেগা থোকফম নত্তবা মফমদা হায়বদি অমাঙথোঙদা মমিংতগী ওইরবসু মরিক খরা লৈশাৎতম্বা য়াওই। হকচাং কায়াৎ অহুম অসি, কাইনথংদা থিজিনবশিংনা পুথোরকপনি। অসিগুম্বা মখল অসিবু 'Vicarious Menstruation' কৌই। হান্নসু পনজখ্রে, নঙোন্দসু মসিনি, অদুবু চিংনরুনু ; ঐ লৈরিসিদি।"

'থেঙ্ক য়ু দোক্তর !" শ্রীমতীনা তৌবিমল খঙবা উৎপা ওইনা শমথরকই —"মমল য়ামলবা পাউতাকশিং নোট তৌশিঞ্জরি।"

"অদুদি ঐ য়ৌখ্রগে, মরক মরক্তা উন্নবা য়াইদনা।"

"জুন থাগী মতুংদা।" শ্রীমতীনা খুম্মী।

"ফৈ ঙাইজগে।" দোক্তর ইমোবনা হরাওনা খুম্মী।

"লেঙথোকলসি থিন্দোকচগে।"

"ইনেদসু পাউ অমত্তংদি পীরম্বনা ফরোইদ্রা ?"

"ঐ কৌথোকচগে।" শ্রীমতীনা অসি হায়রগা মমাবু কৌরকই—"ইমা ! দোক্তর চৎলগে হায়য়ে, অমুক্তং থোকপিরকউবা।"

শ্রীমতী অমসুং দোক্তর ইমোবা ইমুংদগী মপান থোরকই। চন্দ্রসখি অমসুং মচানুপী চন্দ্রাবলী হোবে হোবে চেম্থোরক্লুনা দোক্তর থিন্দোকপা য়াওরে।

"ইনে, অদুগা ইনাওনুপী ওইদৌরিবী চন্দ্রাবলী ! চৎলেকো।"

"ইতৈ ! মরক মরক্তা লাকপীয়ুকো।" চন্দ্রাবলীনা হঙ্গৎচৈ।

"জুন থাগী মতুংদা।" দোক্তর ইমোবনা অসি হায়রমলগা প্রপ প্রপ থোকখ্রে। শূমাংদগী কার থৌদোকখ্রে।

কোইজম ইনাকখুনবগী মাঙ্গোলদা মমা মচা অহুম্না লেপ্লুনা লৈহৌই।

শ্রীমতী কুমারিকানা মশামক, দোক্তর ইমোবদা লুহোংলসিরা হায়দুনা খনবা হৌরকই। অমুকসু য়ানিংলকখিদে। মহাক্না নুংমীৎতা লোৎচদুনা থমলিবা শ্রীমানগী মমি ; মুথৎপা ঙমখিদে ; নৌহৌনা অমুক নুমিৎ অদুদগী নীংশিংবা হৌরকই ; মহাক চাংয়েং তৌনিংলকই ; দোক্তর ইমোবগা নত্তে। অঙাং ওইরিঙৈদা শ্রীমানগী ওইখ্রবা মাগী থব্বায় হকচাং, মপূং মরৈ

ফারক্লবা, মাগী থৱায় হকচাং, চাংয়েং তৌবা ওইনা শ্রীমানগী মফমদা কংলুবনা চুমলিব্রা খল্লকই। মহাক উংজান্নখি।

চৈরক অদুদা দোক্তর ইমোবা দম্বা তাগ্রে। দুতি থরোনা মঙোন্দা পাউ পীরে। থরোনা শ্রীমতীদা ব্রাহে অমসু কাংশিল্লম্মী —"মতৈদো হেক ওংশিল্লু !"

শ্রীমতী কুমারিকা হায়ফম খঙদনা নুংঙাইখি। ফল তারকখি। শ্রীমান শ্রীমতী অনীনা অঙাং ওইরিঙৈদা নুংশিনা লোয়নখিবা অমদি শ্রীমতীনা কপ্পুনা লৈহৌবদু থরো খঙহৌই। মনুং হঞ্জিনবুদি খঙবা নত্তে। চুম্নতগী মহাক্না থেন্বা, হায়বা য়াদে হায়দুনা শাওনিংবোই, করিবোই ফাগী তৌরম্বনি। শ্রীমতী কুমারিকাগী মফমদদি অনৌবা অশাগী ইহুলনি। চাংয়েং তৌরুরগে খল্লকই।

মমা পোক্তবী চন্দ্রসখিগী থৌরাংসু কায়খ্রে। থরোনা পাউ পীরে। চন্দ্রসখি ইশৌলাংবা হৌরকই। শ্রীমতী লৈফম খঙখিদে। মহাক লৈশাংতবী লৈশাবীনি হায়দুনা মমাদা হায়দোকখি। অদৈদি 'ওমঙ্গল', 'ওলক্ষী', 'মমাচাবী' অসিনচিংবা খোল্লাংদা অথিবা কয়ানা মচা পোক্তবীবু চৈথাংবা হৌরকখি। শ্রীমতীনা অহিং কয়া তুমখিদে। মহাক্না মমা শারম্বী চন্দ্রিকাবু ব্রারৌজখি। মাগী পারী পুরী উন্নরুরগে হায়দুনসু খল্লকখি।

চৈরক্তুদা, পরিক্ষা হায়দোকপগী পাউ তারে।

মহাক পাস তৌরে হায়বদি খঙলে। সার্টিফিকেট লৌরুগে হায়দুনা গৌহাতি পাংলকই। নুমিৎ কয়ানি, অসামী মমান্নবী আর্তি মুখর্জীগী ময়ুমদা লমদনখি। প্রোফেসার বাসুদা চিঠি থারুই, টেলিগ্রাফসু থারুই। পাউখুম ফংঙি। মঙোন্দা অঙাওবা ব্রাখল অমা ইখঙ হেক খঙহৌদনা লাকখি— ময়ুমদা হল্লরোই হায়বা ফিরেপ লৌখি। গৌহাতিদগী ট্রেন টিকেট ককলগা হেক্তমক লাকখি। অদুগাদি হাওড়া ষ্টেসনগী অহিং মমৈ ! থৌদাক অদুনা মাগী পুন্সি খোঙচৎতা খঙহৌদনা তায়োন্নবা অমা থোকলরে। অদু ওইদুনসু হনগদবা নুপীদি নত্তে। প্রেমনিবাস, মাগী টারগেটনি। পুন্সিগী লৈতাফম ওইরুরগে খন্দুনা লাকচবনি। মহাক, শ্রীমানগী শ্রীমতীনি, শ্রীমতী কুমারিকানি !

অদুবু, হৌজিক্তি মহাক প্রেমনিকেতনদা লমদনফম ওইরি। অদুগা, মহাক চম্মনরি (শ্রীমান কদায়দা... মহাক হিংলিব্রা ? শিগ্রব্রা ? হিংলগনা কদায়দা ? শিগ্রগনা কদায়দা ?)

মিকুপ পুংজা খুদিংগী হংজরি মথন্তা। পাউখুমদি কনানা পীরগদৌরি। অদুবু, মহাক পাউখুম ঙাইরি।



শ্রীমতী কুমারিকাগী পুন্সি !

প্রেমনিকেতনগা চুশিন্নখ্রে। অহিং থেংনা তুম্মী। অহিংদা তান্ত্রি মোক্স যোগ শান্নে। মহাক্না গৌহাতি য়ুনিভরসিটিগী হোষ্টেলদা লৈরিঙৈদা যোগ তমলকই। চুম্নতগী মেদিটেসন তৌরগা ইন্দ্রি খুদুম চনশিন্নবা শান্নরকপনি। মহাক যোগগী মরমদা লাইরিক কয়াসু পারকই। হৌজিক্না মাগী ইংথখ্রবা হকচাং কায়াৎশিংবু হৌদেক্লবা শান্নবা যোগনি। লৈশাংত্রবী নুপীদদি

কামগী ময়াই কাবা মাঙশিল্লকই। থোইদোক্না, মাগীদি খমখিবা নত্তে ;তোঙানবা মওং অমনি। মঙোন্দা নুংশিবগী হকচিনবা ৱাখলদি লৈরি, হকতিন্ননিংবগী মৈদি অদুক হান্না লৈরক্তে। মসি, মহাক্না মুন্না খঙজে। নুপী ওইনা পোক্নগা ওন্তানা লৈশাৎ খমখিবা নৎত্রগা মপোক্কী লৈশাৎলক্তবী নুপীগী পুন্সিবু অমঙ্গলগী মশকনি খন্নে। অমুকসু নুপী ওইনা পোক্নগা মমা ওইবা ঙমদবা নুপীশিংবু অখুংবী অমদি ওলক্ষি ওইনসু খন্নে। শ্রীমতী কুমারিকা, থেংলবসু থেংনা, পান্বে অমনবু ওইরবসু মমা অমদি ওইজনিংঙি। নুপাদি ? মদুদি খঙদ্রি। মাগী নুংগী ৱানি। মরম অসি লৈবনা মহাক মশামক 'হোট ৱোমেন' অমা ওইরকপা পাম্মী। রতি শাস্ত্রগী মতুংইন্না রাগ, অনুরাগ অমদি শৃঙ্গাঁর রস লৈরিমখে নহা ওইদুনা লৈহনবা য়াই হায়নরি। মসিমসু মহাক খঙই ; সেক্স যোগ হায়বা অমসু লৈরি।

মহাক্না লৈরিবা ৱার্দেনগী কা, য়াম্না চেকশিল্লি। থোঙ চেৎনা চেৎনা লোল্লি, পর্দানা থোঙগী অহোবা খুন্নবা হোৎনৈ। মহাক্না তৌরিবা যোগ, মাগী ছাত্রি কনাবুসু উহনবা য়াদে। অঙকপনি ! মহাক্না তৌরিবা মওং। অহিং তুম্বা মতমদা অমোনবা, য়াম্না মোনবা (হকচাংগা থেংনবদা য়াম্না সেন্সিটিব ওইবা) ফৈজুপ অমা সুপ্পী, মশাদা ফি অমত্তা শেৎতে। অমোনবা মোন অমনা মথক্তা কোল্লগা তুম্মী। চেপ্পা তুমলবসু থাদোক্তে। শাংতকপা মোননি, নৌনা লৈরুবা মোন্দুম অশাংবনি। মশাবু কোনশল্লগা তুম্বা মতমদসু মোন অদুনা হৈয়াবীদা থেংহল্লি। মাগী হকচাং কায়াৎশিংগা মোনগা অদুম য়াওনদুনা তুম্মী। মাগী থয়িন চীন্দুবী অনীবু মোনদা তকই, মশাগী খৃৎশা মমি তাহন্দুনা থোৎথোৎ লাওনা থম্নবা শান্নে। মসিনা খৃইজিল্লকপা অমদি কনশিল্লকপদগী থোরকপা লায়না কয়াবু ঙাকথোক্নবা পাম্বেনি। অমোনবা ফৈজুপকী ফিবালনা হৈয়াবীদা শাহুম পীরদুনা চিংথোক চিংশিন শান্নে। মাগী নুংমীৎতা শক্তম অমা, শাথেক অমা চিংশিন্দুনা থম্মী, নুংলোন শান্নে। করিগুম্বদা অৱায়- অখুম তৌজে। মশানা নুপা অমুক শারদুনা হংঙি, মশানা নুপী অমুক শারদুনা খুমজে ; মথক্তা অমুক থিক থিক নোকচৈ। মহাক্না অঙাং ওইরিঙৈদা থোকখিবা লুহোংবী শান্নবগী সিন অদু চিংশিন্দুনা মোন্দ্রংগী সংসারদা পুরা হেক্তা লুপশিনজে। মশাদা তিং তিং লাওবা মিহুন কাংলকপা হৌরকই ; মশাদা থাজবা থমজে। হান্নদি মহাক ইচম চম্না যোগ শান্নরম্মী। হৌজিক্না মী উহনবা য়াদবা সাধনানি ; কন্সেনট্রেসন মখল অমনি। মৈতে ৱাহৈদা লাই শান্নবা, লাইতোংবা, লাইতোংহনবা হায়বা ৱাথুপলোন অদুগা চপ মান্নে। মসিসু পুন্সিরোল মখল অমনি। মাইবীদা লাইতোংলিবা অসিসু নুংলোন শান্নবগী মনুং চল্লি। লাইতোংলিঙৈ মতমদা হায়ফম খঙদনা নুংঙাইবদগী হায়দোকখিবা ৱারোলবু 'লাইফাও' কৌই হায়দুনা অখঙ অহৈশিংনা তাকলম্মী।

শ্রীমতী কুমারিকাসু মাইবী চংদৌরিব্রা ? মহাক লাই শান্নরি হায়বা য়াই। অদুঙৈ, তান্ত্রি সন্ন্যাসী সুরধুনীদা থোকখিবা প্রেম লীলা অদুদা মহাকসু ঙাওরিব্রা নৎত্রগা মদুগী রসতা চষী লীশিল্লক্নবী নুপীশিংনা (অপাম নুংশি ফংলক্তবদা) মথক্তনা, মথক্তগী ইন্দ্রি পেন্নবা শান্নবা মখল কয়াসু লৈ— অতৈ পান্বে কয়াসু! অমবু ওইরবসু, শ্রীমতী কুমারিকা অসি যোগিনী অমনি হায়বসু য়ারক্কদৌরে। অযুক্তসু য়াহৌ ঙল্লি। মমীৎ উইশিন্দুনা পুংখায়মুক যোগ তৌই। মতম অদুদনা দ্রেস অমনি। মশাদা য়াম্না টাইট ওইবা টিসার্ট অমদি ট্রেক পেন্ট শেৎলি, চোংফনবসু য়াওই। মহাক মশা য়াম্না খিংলি। যোগগী শজেল লোইরগা বার্ঠ রুমদা চংদুনা মশা শেংদোকই। মিংশেল মমাঙদা মফি থোংদনা ইরুজে। মফি শেৎত্রিঙৈদসু মিংশেল মমাঙদা ঙাইহাক লেপ্তুনা মশাবু মশানা য়েংজে। তোঙান তোঙানবা শাথেক পফাল উংথোকচৈ অদুগা

নুংচাকনৈ (শ্রীমতী কুমারিকা ! অসুক চুং ফিরাল চানা ফজরগা ! কেনখিনি, খুইখিনি খনবদা ওৎহেক্লে পাম্মুজে ! কংথোক্লম্বা তাই, কনাদনো অমদা ! হৌজিক্তি ঐহাক ইকাই খঙদবী ওইবা ঙম্লগনি ; ইশানা পীজবা ট্রেনিং মপূং ফারকদৌরে। ফাগেদহৈ, কনানো অমদি। অদুবু, মতম খরদি ঙইখিবাতাই ; শ্রীমান !)

মহাক য়াম্না কেখৎলকই ; মশাদা নুংশিবা মনম চেল্লি। হান্নসু মশাগী মনম নুংশি। খৃৎশেমগী মনম চেনবা মচল কয়া শিজিন্নৈ। মচুম তানা কেবা হায়দুমক কৌবা য়ারে। মহাক্কী ফিরোল য়াম্না পুরক্তে। ফানেক ময়েক নাইবা মঙা, অয়ুক নুংদাংগী ফনেক ফি মতেক খরদংনি। মরক মরক্তা সাড়ী শেৎলগা থোরকই। শেৎপসু য়াই। মহাক শ্রীমানগী শ্রীমতীনি, শ্রীমতী কুমারিকা ! সাড়ী শেৎলে মফজে, মওং অদুম মতাজে। মহাক উবদা ময়ুম পানদ্রিবা প্রেফেসার লেকচরর কয়াসু ঙাওনরকই ; থোইদোক্লা ইংলিস দিপার্টমেন্টকী প্রোফেসার মনিক বেনর্জী ! মহাক নুপী থিদ্রি। মখোয় অনী উন্নবা খুদিং কৌনৈ —'মোর্নিং, গুদ মোর্নিং।' থোইনা কারনবুদি য়াওনদে। নোংফাদোক মনিক বেনর্জীনা লেংথৈনদুনা শোল্লম্বা য়াওই —"হাও স্যিইট ! ভেরী স্মার্ট ! আই মিন রোজ স্মেল !"

শ্রীমতী তাই, নোকফেৎতং তৌই, পাউখুম পীরমদনা অদুম চৎখি। নুংদনা অমা খঞ্জে (প্রোফেসার সাহেব ! চেকশিঞ্জৌ ! মতা চাদ্রবদি নহাকনে ঐগী হায়গৎলাংদা থুজনি। ঐগী লাংদবু থুখ্রবা ! নঙ অদুম অধামোরা !)

শ্রীমতী কুমারিকাগী কুমহৈ !

নোং নোংমগী মথেল মথেলনি। মাগী নোংমগী তৌগদবা মথৌসু চাং নাইনা তৌজৈ। মহাক্লা মাগী কা মনুংদা মথক্তগী ওইনা শান্নরিবা মোক্স যোগগী থৌওং পুম্নমক মপান হেক থোরকপদা কাউথোকই। ছাত্রিশিংগা মতম নাইনা ব্রেক ফাষ্ট চামিন্নৈ, কোয়না চৎলি ; তুমদুনা লৈবী ছাত্রিশিং হৌদোকই। নোংমগী অয়ুক অঙনবদা কলিকাতাদা ফোঙবা খবরশিং ব্রেকফাস টেবলদা পাবা লোইশিল্লি। মহাক বাঙ্গালী খবরসু মারগা পাই, অর্থ খঙদবা হংঙি। মহাক্লা য়াম্না মুন্না কুপ্পা পারিবদি অতৈ নত্তে, 'নক্সলাইট' ! নক্সলাইটকী মরমদা পাউ নৎত্রগা ফিচর খরবু য়াওবা থেংনরবদি চা থকপা কাউবা মখৈ মুন্না পাজে। ফোটো কয়া কুপ্পা কুপ্পা য়েংঙি। নক্সলাইট ফাবগী, শিবগী মমিং থেংনবদা অসুক্কী মতিক কুপশিন্না য়েংঙি। শিখিবা ফাখিবা কয়াগী মমিং মহাক্লা চীনফা পুরে হায়বা য়ারে। অদুবু শ্রীমান্সকী মমিংদি থেংনরক্তি। মহাক লৈতাফম খঙদে। লাইবক ফবা হায়গদ্রা প্রেমনিবাসতা শ্রীমান্সবু থিবা লাক্তি। মীচেন ওইখ্রবা নুপা অদুনা কৈদৌঙৈদসু ময়ুমদা লৈরম্বা হৌনদে। মসি বেঙ্গোল পুলিসশিংনা অমদি আর্মীশিংনা খঙই। মাবু থিবা লাক্তবসু ওইসনু ! শ্রীমতীগী ব্লাখলনি। মরাল লৈবা মচা ফাবা, থিবা খঙদ্রগা করিসু খঙজদ্রবা মমা মপা ফাবা, পুনবা অসি মহাক য়ানিংদে। প্রোফেসার বাসুগী মিংচৎ, ইজৎ মাঙহনবসু মহাক্লা পামজদে।

নোংমসু অয়ুক্কী অনৌবা পাউ অমা !

শ্রীমতী কুমারিকা খ্বাই লাওই। পাউচে অমগী হেদ লাইন্দা থেংনৈ। মহাক্লা য়াম্না খোইজংনা পাথরকই —

**"Disguised blindman in naxalite jacket.**

**Dada Tapan sinha shoot dead !"**

শ্ৰীমতী লুতোন শাংলি (অস ! তপন সিনহা শিগ্রবা ! অদুগা শ্ৰীমানদি ?) মহাক্লা পাউ অদুগী সব- হেদিং অদু অমুক পাথরি। পাউ অসিনা মখা তানা শমথরি –

**"Young Sanaysi Santanu Goswami Arrested.**

**Temple operation in Shridham Nabadwip...!"**

শ্ৰীমতী কুমারিকা ফুক তৌগৎলি। মখূৎতা পায়রিবা চা গ্লাস লৈমায়দা পোপ তাখি ! পুমকায় পুমতোই, মখোল থোকখি। মনাক্তা ছাত্রি খরা চেনশিন্নরকই। কুমারী অম্বিকা চৌধুরীনা মাঙ থারকই।

"কৈদৌরে, মেদাম ?" অম্বিকানা হংলকই।

শ্ৰীমতী লৌশিং লাকই, হায়রকই –"ঐগী ইতেং পাংলকখিবা দাদা তপন সিনহা শিরে, খবর পাউ। হি ব্লাজ শূট দেট!"

"তপন সিনহা হায়দি...।" অম্বিকানা খবর লৌরগা পাহৌই।

শ্ৰীমতী প্রপ প্রপ মেসতগী মপান থোরকখি। (য়ং সন্ন্যাসী অদো, শ্ৰীমান ওইরম্বা য়াইকো... মহাক্তি বহুরুপীনি। শ্ৰীধাম নবদ্বীপ্তসু নক্সলাইটকী লোংফম ! থাজদবা লুদা ঙা চংখ্রবা ! ঐ চংপা তাই, কৈদৌঙেনো পুজাগী ছুতি ?)

মহাক, পুজাগী ছুতি ঙাইবা তাখি।



"নুংশিদা গঙ্গা !"

ফমুংদা লোংহিপ্লরিবী শ্ৰীমতী কুমারিকানা মাগী নুংমীৎতা করিবু উরবনো খঙদে, ইখঙ খঙহৌদনা শোঞ্জে –"নুংশিদা, ইনাওবী গঙ্গা ! মহাকসু কায়নখ্রে, ঙসিনা মহাক কদায়দা ? কায়নবা ঙাক্তা পুক্সি অসিদা, নোথিং ইজ কন্সটেন্ট হায়বদো চুমখ্রেদা !"

নীংশিংলকই !

শ্ৰীমতী কুমারিকানা নীংশিংলকই ; মাগী ইহান হানবা শ্ৰীধাম নবদ্বীপ খোঙচৎ ! য়াম্না ঙল্লিঙৈ মতমগী রানি। মহাক্লা প্রেমনিকেতন্দা লৈবা নৌরিঙৈদনি, নক্সলাইটকী ইরাংসু কল্লিঙৈ মতমদা হায়বা তারে। 'শান্তনু গোশ্বামী' কৌবা শকলোংপা সন্ন্যাসী নহা অদুগী লীকলম থিবা ওইনা চংলুবনি। মদুনসু মাগী অহানবা খোঙচৎনি। মহাক হান্নদগীসু খঙই, মাগী অশেংবা মমা মপাগী লৈফম অমসুং লোংফম। মহাক্লা রারৌজখি, মাগী অপোকপা মপাবু ; খঙলবসু খঙশিন্নদবা শাদুনা লৈরকখি। উন্নরোই হায়দুনা খনখিবনি। অদুবু নক্সলাইটকী পাউ অমনা লাকপা তাখি, নবদ্বীপ্তা। থিবা তাখি লংলা লংজিল অমা।

থেংনখি, 'গঙ্গা' ! তুরেলগী রা নত্তে। 'সুরধুনী- গঙ্গা' পুংবা মচীন মনাওগী ফাইবোকতোন, গঙ্গা ! য়াম্না থাজরুদবা থৌদোক অমদা, মচীন মনাও থেংনখি। মখোয় অনীমক ঙকচানখি, মায়োক্লরুই। অহানবা থেংনবনি, খঙহৌদনা নোকমি নোকমি তৌরদুনা য়েংনখি। শ্ৰীমতী কুমারিকানা লোকেল ট্রেন অমদগী কুমখরগা নবদ্বীপ ধামদা চংলকপনি।

ফাইবোকতোন গঙ্গানা অতোপ্পা ট্রেন অমা তোংলগা বোলপুর চংকে হায়দুনা চেষ্টোরকপনি। মচীন মনাও অনী, ষ্টেসন রোডকী মেন গেট ময়াদা লেঙথৈনে, মায়োক্লে। চপ চপ হেক লেপনে, হৌনরুবা তৌদনা মখুৎদোম্বী থিন্দোক্লে, অহানবগী ওইনদি ব্রা ঙাংনখিদে। খঙহৌদনা কৌনে। অমনা অমবু।

শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই—"গঙ্গা ! গঙ্গা নৎত্রো ?"

গঙ্গানা অমুক হায়রকই—"সুরধুনী ! সুরধুনী ওইরিনি।"

শ্রীমতী কুমারিকানা হংলকই—"কমদৌনা খঙই, গঙ্গা ?"

গঙ্গানা নোকফেৎ খুম্মী—"করি খঙদনি, হেক উবদা খঙই।"

'সুরধুনী- গঙ্গা' মচীন মনাও অহানবা ওইনা চেজেৎ কোন্নে, মমীৎ মমীৎতা ইরা চেন্নে, কোন্নবা থোদোকনে। লম্বীগী চিদাইদা থৈদোক্কুনা লেপখ্রে, ব্রাহং পাউহংনে।

"অসুম্না থেংনরগনি থাজরুদে, ঐগা শকমান্নবী গঙ্গা!" শ্রীমতী কুমারিকানা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই—"কয়াদা নুংঙাইরবা মিকুপনো ?"

"ঐসুনে ইচে, ঐগা শকমান্নবী ইচে অমা মণিপুরদা লৈখি হায়বদি তাজে।" গঙ্গানা হায়রকই—"ঙসিদি থেংনরে, ঐসু য়াম্না নুংঙাইজে।"

"ঐবু ইচে কৌনুদা, গঙ্গা ! ইবানী ফাইবোক পুংবানি।"

"সুরধুনীনা গঙ্গাদগী মিকুপ খরা হাল্লি হায়, তাগোপীনা।" গঙ্গানা শমথরদুনা হায়রকই—"অদুনা, ইচে অদুম কৌজগে।"

"অদুদি, ঐসু নঙবু ইনাওবী কৌগে, য়াইদনা ?"

"য়াই য়াই, ইচে।" গঙ্গানা খুম্মী।

শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই—"ইচীন ইনাও থেংনবসি অঙকপা অমনি। ঐহাক প্রেমনিকেতন্দা লৈবা কুইরে, ওঝা ওইরি, লেদিজ হোষ্টেলগী ব্রার্দেনসু।"

"অদুদি নহালনা কোক লাকপা য়াদ্রে ?"

"ইনাওবী ! ইচে লাকনিংদে, বাবাজিবু ব্রারৌই।"

"ইচীন ইনাওগী লাইবক্তা তমখিবনি। হৌজিক্তা মরুনি। হৌখিবা ব্রাদো নীংশিংলুরনু।" গঙ্গানা মখা শমথরদুনা হায়রকই—"ঙসি অয়ুক অঙনবা অসিদা য়াম্না থাজদনা ইচে থেংনবসি ঐঙোন্দসু অঙকপা পোকচৈ। মতম খরা বাবাজিগী মনাক্তা গঙ্গা শারগা লৈরম্মু, ঐ হল্লক্ত্রি ফাওবা। ঐহাক লোন্না থোরকইবনি, বাবাজি খঙহৌদে।"

"নত্তে, নঙবু হোবে হোবে কদায়দা চৎতৌরিবনো ?"

"ইচে, মেটর ইজ ভেরী সিরিয়স।" গঙ্গানা খংহায় হায়রকই—"প্লিজ লুক অফটর বাবাজি। ইচে ! ঐহাক অমুক হল্লক্তবসু খঙদে। এনি রে, সুরধুনী লাকএ, গঙ্গা মাঙখিবা য়ারে। ইবানী শকমান্নে, মিংমান্নে, সুরধুনীসু গঙ্গানি, গঙ্গাসু সুরধুনীনি। কনানসু নহাকপু সুরধুনীনি হায়বা খঙলরোই।"

"ইবানী শকমান্নে, মিংদি মান্নদে কৈসু।" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই—"ঐদিকো শ্রীমতী কুমারিকা, এলাইক্ত সুরধুনী মাঙ্গী, নবদ্বীপ মরু হায়রগা খঙনখ্রে।"

"নবদ্বীপ মরু ! নঙবো নবদ্বীপ মরু !" গঙ্গানা পেন্নবা নোকথোকউরগা শমথরদুনা হায়রকই —"কনানবু থোনবীরিবা ! অমবু ওইরে, নবদ্বীপ্তা লাকএ, নবদ্বীপ্তা ওংলরো নঙসু। রিক্সো অমা ফারগা চংখ্রো, ভারা লুপাদে হেন্না পীরন্নু। জি- সিক্স হায়দুনা থিরন্নুকো. মতম খরা বাবাজিগী সেবা তৌরন্মু। পণ্ডিত গঙ্গাদাস বাবাজি পল্লু, খঙদবা লৈত্রবনি।"

"ঙাইখোনে, ইনাওবী !" শ্রীমতী কুমারিকানা য়াম্না খঙনিংনা হংলকই —"ঐহাক জি- সিক্স থিবা লাকপনি। জি- সিক্স হায়সিবু...?"

"ইচে, নঙসু নক্সলাইট য়াওব্রা ?" গঙ্গানা হংঙি।

"য়াওদেদা !" শ্রীমতী কুমারিকানা মখা শমথরদুনা হংলকই —"নঙদি ? অদুগা ইনাওবী, শান্তনু গোশ্বামী কনানো ?"

"ঐগী হিরোনি !" গঙ্গানা নোকফেৎ তৌরগা য়াম্না তিংনা খুন্মী —"মহাক লোৎলন্মী, জি - সিক্সতা। জি- সিক্স হায়দিকো কোর্দ ব্রাদনি, রিক্সো ড্রাইভর অমা অনীদি খঙবনি।"

"করি হায়রিনো, বাবাজি আশ্রমবু খঙনব্রা ?"

"নত্তেদা, বাবাজিগী মিংচৎ থিহনবা য়াপোৎ নত্তে।" গঙ্গানা হায়রকই —"ঐনা মাবু থৈদোক্তুনা লোৎহনবনি। ঘাট নম্বর সিক্স নৎত্রগা গঙ্গা সিষ্টরবুসু জি- সিক্স হায়দুনা খঙনৈ।"

"নঙদি য়াম্না ঙকইনা।" শ্রীমতীনা নোৎশিল্লি।

গঙ্গানা হায়রকই —"ঐদি মহাকপু নক্সলাইটনি হায়বা খঙলুদে। বাবাজিদা গুরু খনবা লাকপনি, মতম খরা আখাড়াদা লৈরে। ঐগা খঙহৌদনা নুংশিনরুই। অদুদৈ মহাক ফাখ্রে, লন্বীদা নাম্থোকখ্রে হায়নসু তাই, থোঙ্গুল লীরুখিগে। মাবু সরেন্দর তৌহল্লগা পুরক্কে।"

"নঙসু বাঙ্গালীদা...?" শ্রীমতীনা লৈতোন চিকলপ হংঙি।

"মতিক চাবা মৈতে নুপা লৈতে, মফম অসিদা। ঐসু বি এ পাস তৌরে, মখাদি তমনিংদ্রে। লাইনীংবী য়ুমনাইদবী ওইনা লৈবসু হৈনরেইদৌরি। অদুগা, ইচে নঙদি ?"

"ঐবো ? ঐদি পুন্সিগী কুমারিকা ওইনা হিংলবা য়াই।" শ্রীমতী অমুক ওক্লুনা খুন্মী —"ইনাওবী, ঐসে নুপী ওইরবসু লৈশাৎত্রিবী লৈশাবীনি, অদুগা ঐসে, শ্রীমতী কুমারিকানি!"

"ফরেদা ইচে!" গঙ্গানা থোইনা খঞ্জিল্লুবা তৌদুনা হায়রকই —"শ্রীমতী রাধিকা শাইদাংকোন অমদি গঙ্গাদাস বাবাজিগী আখড়া অনীমক নহাক্না চলাইহৌরো। কোন্না অমুক উন্নরসি, ননাও চংলে। নঙনা 'সুরধুনী গঙ্গা' অনীমক ওইহৌরো, সি এগেন।"

গঙ্গানা অসি হায়রমলগা ষ্টেসন লোমদা প্রপ প্রপ চেনশিনখি। শ্রীমতী কুমারিকানা খংলাও লাওরকই —"গঙ্গা ! ঙাইখোনে নঙবো ! শান্তনু গোশ্বামী হায়দবু মমিং অতৈদি করি করি কৌই, নঙ খঙব্রা ?"

গঙ্গানা পাউখুম পীরমদ্রে। হাওড়া চৎকদবা ট্রেন অমা থৌথরকই। মদুদা গঙ্গা তোংখৎখ্রে। শ্রীমতী কুমারিকানা তান্নবসু তৌখিদ্রে। মহাক্না য়াম্না নীংজিং মাংজিংননা জি- সিক্স থিরুরগে হায়দুনা খোঙশাল্লকই।

শ্রীমতী কুমারিকানা চংনা চংনা নুংখন্নৈ (দুর্গা পুজাগী নুমিৎ তরা মঙানিগী ছুতি ! পণ্ডিত গঙ্গাদাস শিরোমনিগী আশ্রমদা লৈরুবা তাই। অদুবু, ঐহাক ইনাওবী গঙ্গা শাদুনদি লৈরোই।

ফনমক শকমান্নবী ওইরবসু, খুদক্তা হুরানবা ফাগদবা য়ানি। মফম অদুগী চৎনবী, য়াঙাং শাঙাং মীশক মীশা ঐদি করিসু খঙদে। ফরে উন্নরবগে, অপোকপা ইপা ! ঐনা মহাকপু চৈ থাংবদি তৌররোই। অমবু ওইরে, মহাক্কী নবদ্বীপ মরূ ওইজরুবা ঐসু পোকপগী মহৈ য়ালহনবা তাই ; মাবু থাগৎফম থোকই। মাগী মপান্দগী পুক্নি মশক খঙলে, তাইবং কুম্মহৈ কয়া উজবা ফংলে। তৌবিমল খঙবা অদু উংফম থোকই। ঐ মাগী মচা নত্তে হায়বদি য়াররোই। চন্দ্রিমানা লোংলম্না ইমাগী, বাবাজিগী ফোটো থেংনখ্রে ; পুদুনসু লাকলে। ফজৈদা ইমাদো! মমিং অশেংবা ফজবী কৌবা য়াই ; য়েংখোম ফজবী ! অদুগা বাবাজিসু মতিক মগুণদি লৈ ; অদুনবু মৈতৈমচা মহাক্না শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা পণ্ডিত গঙ্গাদাস শিরোমনি মিংথোল ফংবা ওমলিবনি। আই এম প্রাউদ ওফ মাই ফাদর।)

শ্রীমতী কুমারিকানা রিক্সো অমা তোংলগা খুল মনুংদা চংশিনখ্রে। চংফম হায়খিদে। মহাক নুংবংনৈ। শান্তনু গোস্বামী হায়বদো মাগী শ্রীমান ওইগাদ্রা হায়দুনা চিংনজখি। করিগুম্না মহাক্না চিংনরিবা অদুনা চুমলম্না তারবদি, কমদৌবা ? মাগী করি ফিরেপ লৌরক্কবা ?

তোঙানবা 'ত্রিইন কম্পেক্স' অমা থোরকপা য়াই। ফাইবোক পুংবা ওইবী নুপী কয়ানা নুপা অমত্তদা, মপুরোইবা ওইখিবা লৈ। মসিদা করিসু অকাইবা লৈতে। হেন্নবু নুংশিনৈ।

"জি- সিষ্টর !" রিক্সো ড্রাইভর অদুনা মমায়দি ওস্থোরকপা তৌদনা হংলকই –"হোবে হোবে অমুক হঞ্জিল্লবদি কৈদৌরে ?"

শকমান্নবী মচীন মনাও ফিজেংতি খরা খেন্ননা শেংলি। ফনেক ময়েক নাইবদি শেংলি, মচু খেন্নৈ, ইন্নফি সাড়ী ফিইনসু মান্নদবনি। শকফমদি চপ মান্নৈ। মদু রিক্সো ড্রাইভর অদুনা করিসু খঙখিদে। সুরধুনীবু গঙ্গানি হায়দুনা অদুম খঞ্জে।

(ঐবু জি- সিষ্টর) শ্রীমতী কুমারিকানা অসুম্না খল্লগা খুম্মী –"কোন্না চংলগে।"

"কদায় চংকদবনো ?"

শ্রীমতীনা রিক্সো ড্রাইভর অদুগী মতৌ য়েংগে খন্দুনা হায়রকই –"শান্তনু গোস্বামী থিরুগে তৌবনি।"

"শান্তনু গোস্বামী হায়দি ?" রিক্সো ড্রাইভর অদুনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই –"নহাল নোংমা খরদি কুইরে পুলিসনা ফাদুনা পুখিবা সন্ন্যাসী পাখঙদো ?"

"এ ঃ নঙসু উহৌব্রা ?" শ্রীমতীনা খংনোং অমুক নোংশিন্দুনা হংলকই –"নঙ শান্তনু খঙব্রা ? মীওই মীতৌ কমদৌই ?"

"মীওই মীতৌদি জি- সিষ্টরনা খঙফম থোকই, মুন্না খঙনখিবা নংত্রো ? ঐদি চুম্নতা হায়ফেংং উহৌবনি।"

পাইরক লৌশিং লৈবী শ্রীমতী কুমারিকানি। খুদক্তা সং হেক্তা হায়রকই –"নতৌ য়েংগে তৌবনি, মহাক্তো ঐগীদি হিরোনি, ঙৌরোক হেক ঙৌরদনা নদীয়া বিহারী নম্বর টু মানবনি, মানদ্রনে ?"

"গঙ্গাজি ! নদীয়া বিহারী নম্বর টু হায়দি কনানো ?"

"গৌরচন্দ্র মহাপ্রভু !" শ্রীমতী কুমারিকানা খুম্মী।

"এ ঃ ঐখোয়দি নহালখৈ খঙদেনা।" রিক্সো ড্রাইভর অদুনা হায়রকই—"নদীয়া বিহারী বানদি কনানো ?"

"বানবো ? আদি কালদা লৈরম্মী হায়নৈ।" শ্রীমতী কুমারিকানা চৎথরকই—" মহাক অদুনা নিম মচু চংলপ তৌনা ফজৈ হায়নৈ।"

"এ ঃ নহালগী শন্তনু গোশ্বামী অদুদি ঙৌসু ঙৌদে, নিম মচুসু চংদে।" রিক্সো ড্রাইভর অদুনা হায়রক—"মুসুক হেক মুন্না উখিদা, মীশক ওন্নরম্মা য়াই।"

(হাইস ! বাসি লুরিদা) শ্রীমতী কুমারিকানা মপূক্রিংদা চিংনবা কোকলপ তৌরগা হায়রকই—"মুখিবনি, মুখিবনি, মহাক্তু মৈতান পৈফমদা লোৎখিবনি।"

"শান্তনু গোশ্বামীদো ইচেগী হিরো ওইরেকো।"

"নত্তেদা কৈসু, চুম্নতগী খঙনবনি।"

"অদু ওইরবদি ফৈ।" রিক্সো ড্রাইভর নহা অদুনা কোথরদুনা হায়রকই—"ইচেসু, পুলিসনা ফাখ্রবদি মওং তারোই।"

"ইচে খঙই।" শ্রীমতীনা অসিদং খুম্মী।

শ্রীধাম নবদ্বীপ মনুংগী মরী মরী শম্নদুনা লৈরিবা গলীশিংদা রিক্সো ড্রাইভর অদুনা লম্বী অশম্বা থির-থিরদুনা উরু উরু পংথৌদা থৌজিনখ্রে। খঙহৌদনা গঙ্গা মপানগী লম্বী নানতকপা অমগী চিদাইদা রিক্সো খাম্মী। শ্রীমতী কুমারিকানা চৎফম হায়খিদে। রিক্সো ড্রাইভর অদুনা জি-সিষ্টর হায়রগসু খঙনরিবী গঙ্গাবু খঙই, লৈফমসু খঙই। মফম চানা খাম্বনি। শ্রীমতীনা কোন্না হায়গে খনখিবনি, রারীদা কাউথোকই। মহাক্না সাইন বোর্দ অমা উরকই—'শ্রীমতী রাধিকা শাইদাংকোন !' মপূক্রিং নুংশিরকই (ইমাদো হিংজরমলবদি কয়াদা নুংঙাইদৌবা !)

মহাক রিক্সোদগী কুমথরে, ভরা পীখ্রে। আশ্রম মনুংদা চংশিনখ্রে।



পণ্ডিত গঙ্গাদাস শিরোমনি ধ্যান তৌরম্মী।

মাগী আখড়াগী মাঙ্গোলদা মমীৎ চেজেৎ উইশিল্লদুনা ফমলি। নুমিৎ অদুদি, মাগী অকোইবদা ভক্তা অমদি তীর্থ যাত্রিক কনাসু ফম্বা উদ্রে। শ্রীমতী কুমারিকানা তৌরিবা মতৌ অদু উরে। মহাক চংশিল্লকই, খোঙউপ লৌথোক্লগা মাঙ্গোল য়ৌরকলে। মপাবু কৌদুনা হৌদোকপসু তৌনিংদ্রে। ঙাইবা তাখি। ঙাইনা ঙাইনা অকোইবগী মওং মতৌ অদু য়েংজে।

মহাক মাঙ্গোলদগী কুমথরকলে। এলাকা অদু কোয়চৎ চৎতুনা য়েংনা য়েংনা, নুংঙাইজবসু পোকচৈ। অমুকসু হেক খঞ্জে (ফজৈদা মফম অসিদি। মাঙদনা সুরধুনী গঙ্গা, সুরধুনী ঘাট ! সুরধুনী বন অসিনা মরোল অমা ফজরিবা। অসুক পাক চাওরবা এলাকা অসিবু ঐখোয় বাবাজিনা কমদৌনা খোপপুরিবা, মমিংদসু লৈরে হায়রি। খরদি ঙকপাজৎনি, ঐখোয় ফাদর, সিনাম তোয়াই, ওর্ফে রাধাকান্তা, ওর্ফে পণ্ডিত গঙ্গাদাস শিরোমনি ! নুপীসু

মঙা ! ঐখোয় ইমাতনি মচা পোকইবা ! ঐখোয় ইমাসু খরদি ফাওরম্বা তাই ! 'সুরধুনী-গঙ্গা' ফাইবোক পুংবাদে হেল্লিদ্রা ? লাইক মাদর লাইক দোটর ! ইচীন ইনাওসু শ্রীধাম নবদ্বীপ ওংঙু তমখ্রবোই ! ওংগেদহৈ, প্রেমনিবাসতা ওংবা ফংদ্রসু নবদ্বীপ্তা ওংগেদহৈ ; শকহেনবা লম্বোইবা অমা ফাগেদহৈ, ইমানা বাবাজি ফাখিদৌনা। ইমা ফজবীগী রেকোর্দ থুগাইগে। ইনাওবী গঙ্গাসু চেনখ্রে ; নুপাফাবা। ঐসু ফারগেদো গোশ্বামী খঙদে, মোহন্তো খঙদে, কনা কৈদৌজরনি তস !)

"গঙ্গা !"

মুনরুং তৌরবসু, মশা নাঙবা, ফেজোম ফুরিৎ ঙৌরোক ঙৌনা শেৎপা নুপা অমনা মীথুংশঙ মনুংদগী শ্রীমতীবু গঙ্গা ওইরবোই নীংদুনা খঙকৌ কৌরগা হায়রকই —"ঙাস্তানা কদায় চৎতোইনো, ফিরোলসু য়াম্না নান্না শেৎলি। বাবাজিনা ঐবু কৌরু হায়ব্রা ?"

মুনরং তৌবা নুপা অদু মীথুংশঙগী মাঙ্গোলদা লেপলরে।

শ্রীমতী কুমারিকা খংপ্রেক হেক খংই, চপ লেপ্লগা মীথুংশঙগী মাঙ্গোলদা মীংয়েং থম্মী (ঐসে গঙ্গা মাল্লবা ! কনানো অসিনা ? ঙাইহাকসু কুম্নহৈ শান্নরগে, উম ! গোপী কৌবা অমা লৈ হায়দু ওইতাই, বাবাজিগী চেল্লা ! মমিং হেক্তা কৌরগা য়েংগেদো, ওইরমদ্রসু কৈসু কায়দে।)

"তাগোপী ! ঐবু গঙ্গা মানব্রনে ?" শ্রীমতী কুমারিকানা নোকমি নোকমি তৌরদুনা হায়রকই —"মুন্না য়েংঙু, কদায়দা খেন্নে।"

গোপীদাস পুমঙক ঙকই। শ্রীমতী কুমারিকাবু খোঙদগী তোন ফাওবা মুন্না য়েংলুরগা হায়রকই —"গঙ্গা ! অয়ুক অঙনবা অসিদা নঙগী হৌনবী ঐবু অঙাওবা শিবরিসিবু...নত্তে. নঙবু হন্দক মরকসি মওং অমা ইতৌ তৌইদা, নঙবু কৈদৌরগে হা ! নখোলসু ওল্লপ তৌই, নঙগী লুমলপ তৌবা নখোল অদুসু মেংলপ তৌরে, করি হীদাক চারুই ? শান্তনু গোশ্বামীনা নঙবু করি যাদু তৌরমলে ?"

"ঐগী খোলসিবু মানদ্রবা ! ইশক্তি হোংদবা নৎত্রো ?"

"কৈনোনে গঙ্গা, নঙনা ঙাংলিদুবো ?"

শ্রীমতী কুমারিকানা নোকফেৎ তৌনা গোপীবু কৌরগা হায়রকই —"তাগোপী ! শান্তনু গোশ্বামী হায়দি কনানো ?"

"হুম ! গঙ্গা নঙ ঙাওরে।" গোপীনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই —"মণিপুরী রাজবাড়ীদা মৈতৈ মাইবা অমা থুংলৈ হায়, ইরাৎ চবান থাদোক্লবা কৌরুগে। ঙরাং নহালতা নঙগা গঙ্গা মপান্দা কোইমিন্নরম্বা শান্তনু গোশ্বামী অদু ফাওবা নীংশিংদ্রবা !"

শ্রীমতী কুমারিকাদি থওইনা মিসন লাকলিবনি। মহাক্না ঙাওশিন্নরগে খন্দুনা হায়রকই —"তাগোপী ! কনাই শান্তনু ! ও হো ! হাস্তিনাপুরগী মহারাজ শান্তনু ! গঙ্গাগী পতিদো, ভীশ্মাগী মমা ! মচা ময়াম গঙ্গা মশাদা লংথরগা হাৎপীদো। হোয়, ঐসু গঙ্গা অমনি, শান্তনু গোশ্বামী হায়দি কনানো ? হা ! তাগোপী ?"

"অস ! নঙ কৈনো অমা তৌরেদা, গঙ্গা !" গোপীনা হায়রকই—"থাবু ফাদ্রিনে, থুনা কাউখ্রে হায়মী, নঙগী নকোক্তু । বাঙ্গালী পাখণ্ড শকহেনবা অমা বাবাজিদা গুরু খনবা

লাকলমীদনা। নবানী নোংমা, লৈকোলদা থেংগায়নখিদনা...অদৈদি ঘাট্রসু ফম্মিনখিদনা... নঙনা মাবু ঈশৈকাসু শকহনখিবদো... কাউরব্রনে, গঙ্গা ?"

"তাগোপী ! শান্তনু গোশ্বামী হায়দুবু শ্রীমান্স বাসু হায়বা, মশকসু য়াম্না ফজবা বাঙ্গালী পাখণ্ড অদুরা ?" শ্রীমতী কুমারিকানা মখাতানা নোৎশিল্লি—"মাবু ঙৌব্রা, মুব্রা হায়মী ?"

"গঙ্গা ! ঐ ঙাওরেদা, নঙনা ঐবু নমদুনা অঙাওবা শেমলেদা।" গোপীনা লুখম খোৎল- খোৎলদুনা হায়রকই—"মুনরং তৌরবসু রাসি লৈনা ফজম্ববা শান্তনু গোশ্বামী অদুবু ঙৌব্রা হায়সিবু কদোমদৈ লমফৈনো ? নোংমসু, নঙনা শান্তনুদা মুথি চৎথোকউ, হকচাংদা থেংলদি চুদৌ মাল্লি হায়খিদু কাউরব্রা ?"

শ্রীমতী কুমারিকা নোকফেৎ তৌই। মহাক্কী চিংনবা কোকলে। শান্তনু গোশ্বামী অমসুং শ্রীমান্স বাসু তোঙান তোঙানবা মীশর্কানি হায়বা খঙলে (ইনাওবী গঙ্গা অমদি শান্তনু গোশ্বামী থুংনজবা ওইসনু !) মাগী মপূক্রিংদা অসুন্না খল্লগা মচীন্না থোক্না হায়রকই—"তাগোপী ! গঙ্গাদি শান্তনু গোশ্বামী থিবা চৎখ্রবনি, ঐ গঙ্গা নত্তে; শকমান্নবীনি।"

"হা ! নঙবু শকমান্নবী ?" গোপী মমীৎ লংখৎলি।

"হোয়, ঐহাক সুরধুনীনি।" শ্রীমতীনা তপ্লপ্না খুম্মী।

"হা ! নঙবু সুরধুনী ! গঙ্গাগী পুংবা মচে! চন্দ্রিমানা নমদুনা পুখিবীদো... থুংলরবা ! অস ! নুংঙাইরে।" গোপীনা হায়ফম খঙদনা নুংঙাইবা উংলদুনা হায়রকই—"বাবাজি তানবা লাওগেদো।"

"লাওরুনু লাওরুনু। ঐহাক বাবাজিবু ঙাওহল্লুখিগে।"

"ঐদিকো, নঙবু পুখিদনবা ফনা খামজবনি।"

"হৌখিবা ৱাদো হৌথ্রসনু, মদুগী নুংঙাইবা, অঙকপসু লৈ; তাগোপী ?"

"ঐ গোপীনি হায়বদি কমদৌনা খঙই!"

"ইনাওবী গঙ্গা থেংনবম্মী, নমিং পল্লম্মী।"

"নত্তে, গঙ্গাবু কদায়দা ?"

"ঐবু গঙ্গা শারগা লৈবম্মু হায়রম্মী।"

"ঐসু অহানবদা ইঙাও ঙাওকই।"

'তাগোপী ! শকমান্নবীনা মহুৎ শিনবা য়ারোই, য়াব্রনে ?"

"চুম্মীদা চুম্মীদা, নবানী নখোলসু খেন্নে, ঐদি ঙাওরুই।" গোপীনা শমথরদুনা হায়রকই—"নবানীগী শকওং শক্তা করি অমত্তা হেক খেন্নদে, ৱাঙাং শঙাংবুদি খরদং খেন্নে হায়বা হৌজিক্তা খঙলকলে। উচি মচাদৌনা উখিবীদো, কয়াদা ফজরবা!"

"ঐ গঙ্গা শাদুনা লৈবদি য়াদে।" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই—"পুজাগী ছুতি কোয়রকপনি। ঐহাক প্রেমনিকেতনদা ওঝা ওইদুনা লৈরে, মণিপুরদদি হল্লরোই।"

"হল্লুনু হল্লুনু।" গোপীনা পেনফাৎতবা উংতুনা হায়রকই—"কৌইজমগী ইমুংদুগা নঙগা করিসু মরী লৈনদে। বাবাজিসু য়াম্না নুংঙাইখিদে, ঐহাক মণিপুরদা থোরকলম্মী, নহাক লৌবা লাকলম্মী, চন্দ্রিমানা পীয়ু য়াখিদে। ঐনা শাওনীংদুনা অঙাং হুরানবী হায়দুনা চৈরম্মী।"

"অদো, হৌজিক্তি লাকএদনা।" শ্রীমতী কুমারিকানা শমথরদুনা হায়রকই —"শ্রীধাম নবদ্বীপ অমসুং প্রেমধোনী ইনক নকপা লমনি, ঙইহাক লৈতনা লাক্কনি, বাবাজিগী সেবাসু তৌরগনি, মণ্ডোন্দগী তস্না য়াবাসু অমহৌগে খল্লি।"

"সুরধুনী ! নঙসু নয়ুম পানদ্রিব্রা ?"

"পুক্সিগী পান্দবসু য়াই, তাগোপী।"

"হোয়দা, মদুনসু হেন্না নুংঙাইবজাৎনি।" গোপীনা শমথরদুনা হায়রকই —"ঐসু পানদে, বাবাজিগী মনাই ওইদুনা রাধামাগী মনাই ওইদুনা হিংজরকই। হৌজিক্তি 'সুরধুনী গঙ্গা' মচীন মনাওসু সুরধুনী গঙ্গা মপান্দা পুন্না ওংলরগনি, নুংঙাইরে, গোপীসু নুংঙাইরে। কৌইরাও লাওরগে।"

"লাওরব্নু, লাওরব্নু ! বাবাজি ধ্যান তৌহৌরি। ঐ চৎলগে, বাবাজি খুরুমলুরগে। গঙ্গা ঙাইহাক শারুগে।"

"চৎলম্মু, ঐসু লাক্কে নঙগী নতৌ লোন্না য়েংলগে।"

"অদুগা তাগোপী !" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই —"ঐদিকো, শ্রীমতী কুমারিকা হায়দুনা হেন্না খঙনগ্রে, সুরধুনী হায়রদি অয়াম্বনা খঙনদ্রবনি।"

"শ্রীমতী কুমারিকা হায়বা !" গোপীনা ঙইহাক নীংশিংলগা হায়রকই —"মিং অদুসু চন্দ্রিকানা নঙবু পুরমদাইদা বাবাজিনা খুদক্তা থোনখিবনি হায়নে। চাবোকপী নর্স ওইনসু নচীন ননাও পোকপা য়াওখিবী চন্দ্রিমানা বাবাজিদা অচৌবা নমথাক অমসু তৌরম্মীদো।"

"করি নমথাকনো, তাগোপী ?"

"সুমদৌবনি, রাধামানা মচানুপা অমগা নুপী অমগা ফাইবোক ওইনা পোকই হায়শিন্নরগা নহাকপু পুরগা থোরকই, মহাক্না হায়রম্মী, মমা ব্রানবনি, নুপী অসিদি মচা ওইনা য়োকচরুগে হায়দুনা পুখিবনি।" গোপীনা মখা শমথরদুনা হায়রকই —"মহাক প্রপ প্রপ চেনখি। থিবা অদুম খঙখিদ্রে। মহাক্না আয়া অমা থারকখি। মহাক অদুনা গঙ্গা য়োকখি, নখোয়গী অপোকপীদি মচাগী মশক উদনা লৈখিদ্রবনি। গঙ্গা য়োকপী আয়া অদু গৌতমী দাসী কৌই, মহাক্নদি লৈহৌরিবা অসিসু নুপীনি হায়দুনা ঐঙোন্দা পাউ পীরে। ফম্না কুইনা ঐসু হায়দোকপা ঙমখিদে। মাবুসু মতম খরা মচীন মেনখি। চন্দ্রিকানা নুপা ওইনা পুখিব্রা হায়দুনা চিংনরকখি।"

"তাগোপীগী চিংনবদি কমদৌনা কোকখি ?"

"ঐহাক মণিপুরদা লাকলম্মী হায়খ্রেদনা।" গোপীনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই —"ঐনা বাবাজিদা ত্রিপুরা চৎলুগে হায়রগা মণিপুরদা য়ৌরকলম্মী, চন্দ্রিমানা নহাক পমদুনা লৈরম্মী, খুদম উৎলকখি। তাংদাংবা খঙলবা মতুংদা, নঙগী ফাইবোক পুংবাসু নুপীনি হায়বা খঙহনখি, মমিংসু গঙ্গা থোনখিবনি ; হেন্দোক্নসু চুংশিন্নে সুরধুনী গঙ্গা !"

"য়াম্না নুংঙাইজে, তাগোপী।" শ্রীমতীনা য়াম্না কোচি কোৎতুনা হংলকই —"অদো তাগোপী ! 'সুরধুনী গঙ্গা' মচীন মনাওগী মপাসিবু কনানো, নঙ খঙব্রা ?"

"হং হং মদুদি ইচীন অসিনা পঞ্জররোই।"

শ্রীমতী কুমারিকানা কোথরদুনা হায়রকই —"তাগোপী ! হৌজিক্তি ইমাসু লৈখিদ্রে।

সাধু সন্ন্যাসী কয়াসু পীক থন্না অরোনববু ওইরবসু ; অফোঙববু ওইরবসু ; মচা ধারা থমলম্লবা হোৎনৈ ; মদু পাপ নত্তে ; পুন্যনি !"

"চুম্মী চুম্মী !" গোপীনা থৌনা লৈনা হায়রকই —"কাইনথংদা বাবাজিনা কেকু ফোঙদোক্তুনা অকপীখি 'সুরধুনী-গঙ্গা' পুংবা মাগী অশেংবা হৈরূনি হায়দুনা নবদ্বীপ্তা মরূ হুনখিবদি 'পুন্য মরূ' কৌনৈ। যাত্রিক নুপী কয়াসু মতিক মগুন লৈববা সাধু বৈষ্ণব কয়াদগী 'নবদ্বীপ মরূ' লৌরগা চৎখিবসু য়াওই। শকহেনবী জগোয়শাবী অমখকসু বংশিদাস বাবাজিগী মরূ পুরগা থায়নঙৈদা চৎখি হায়দো, নুংঙাইগ্রপোৎনি শ্রীধাম নবদ্বীপকী মহিমা! নুপী অদু উর্মিলা কৌই ; মচানুপা অমা পোকখিসু হায়। মচা অদুসু নবদ্বীপ মরূনি হয়দুনা গৌরাঙ্গ থোনজৈ হায়। শচিরানীগী মচা নিমাইদৌনা মশক ফজেসু হায়নে।"

"তাগোপী ! ঐসু নবদ্বীপ মরূ অমা পুরগা চৎখিগেদো।" শ্রীমতী কুমারিকানা মখা তানা নোৎশিল্লকই —"মতিক মগুণ লৈবা, য়াম্লসু অহল ওইদ্রিবা সাধু বাবা অমত্তং থিবীয়ুদনা। ইমাগী রেকোর্দ থুগাইরমগে।"

"হা ! নঙসু অতোপ্পা উর্মিলা ওইনিংব্রনে ?"

"য়াম্না নুংঙাইদৌমাল্লি, তাগোপী।"

"সুরধুনী ! নঙগীসিবু অওইব্রনে ?"

"এবা ! ফাগী তৌবনিদা।" শ্রীমতী কুমারিকানা মখা তানা নুংখন্নৈ (অমবু ওইরে, লায়েংনবগী পাশ্বে অমা ওইনা অমুক্তংদি লাইবক য়েংনিংগ্রেদা সত্য ! শ্রীমান লাকখিনি হায়বসিবু থাজরিব্রা ? মহাক শোয়দনা শিরমলগনিদা। চিঠি অমত্তংদি লোন্না থারকপসু য়াবনি, থারক্তে। শিরম্বা তাই, শোয়দনা শিরম্বা তাই। অমবু ওইরে, ঐগী শ্রীমতী কুমারিকা অসি চিন্নদনা লৈমন চনখিনি খনবদা ইথস্তা পাম্মুজবনা ! এরা ! কৈদৌজরিবিনি... উর্মিলা শারগা শকহেনবা সাধু নহা অমদি হেক্তা মফারগে... হন্দক্কী খোঙচৎ অসিদা ! পুখিগে শেংলবা নবদ্বীপ মরূ অমা। কৈসু কায়দেনা, কায়ব্রনে ? ঐসু নবদ্বীপ মরূনি, খেন্নবা হায়ববু ঐনা নবদ্বীপ্তা থুবনি। থায়নগী মহাপুরানশিংদা মরূ লৌবা হায়বা অসি য়াম্না অৱাংবা থাক্কী পুত্রদান ওইনসু লৌনবদাই, লৌনদ্রনে ? ব্যাস মুনিগী মরূনা মহাভারত কথা চৎথরকপা নৎত্রো ? হুম ! ঙসিদি ব্যাস মুনি খঙদে, সুর্য্যদেব খঙদে, খিদুম খিরুগে, ঐসু কর্ণ অমদি পোকপা য়াইনা, য়াদ্রনে ?)

শ্রীমতী কুমারিকা, মমায় ফৎ লৈরগা থোরকলে।

গোপীনা হৱাওনা শোঞ্জে —"নুংঙাইরে, নুংঙাইরে। সুরধুনী গঙ্গা থেংনখ্রে। গঙ্গাদাস বাবাজিসু কুইনা হিংবা ওইসনু!"



শ্রীমতী কুমারিকা থুংলরে।

মপা ইবুংঙো পণ্ডিত গঙ্গাদস শিরোমনিগী আখড়াদা চংশিল্লকই। মতম অদু ফাওবা বাবাজিদি মমীৎ পাঙথোক্ত্রি। শ্রীমতী শাওনিংলকই, লাইনীং থুগাইরগে খল্লকই। মহাক

নোকনিংবসু পোকই (করিবু নীংজ শারিবা ! মাই মতু শ্রীমতী রাধিকা দাসী ওর্ফে য়েংখোম ফজবীসু শিখিবা কুইরে, হৌজিক্লা করি লাই নীংলিবা ! উম ! ঐখোয় বাবাজিসি রাধিকা মশাক খঙলবনিনা, নীংলম্বা য়াই শ্রীকৃষ্ণ ! শোয়দনা মঙাল ফংবা ওইসনু, শিরোমনি ! মচা ঐখোয়সু মাগী মমিংদা, মঙালদা চাওথোকচবা য়াইদনা, য়াদ্রনে ? য়াই, য়াই। ঐদিকো শ্রীকৃষ্ণ নীংলরোই ! মী ওইনা নীংলগে।)

মতৌ মান্দনা মঙাওথিজবী শ্রীমতী কুমারিকানি, ধ্যান তৌরিবা বাবাজিগী মমাঙদা কুনথরদুনা খুরুম্মী, মচীন লেঙদে ; মপানা নাম্বুরকপা ঙাইরগে খল্লি। যোগ আসনগী খোঙগ্রাই চল্লিবা বাবাজিগী খোঙয়াদা শ্রীমতীনা মফম ইখঙ হেক খঙহৌদনা খুজিলনা শিকলগা, তিকিসু হোৎখি। মথন্ত্রা থিক থিক নোকচৈ। কয়াদি নুংশিবা, কয়াদি চম্না, মপাদা ওইনজবগী হৌদোকচবনি।

তৌইগুম্বসুং,

পণ্ডিত গঙ্গাদাসকী মফমদদি শ্বাই লাওখি ! মশা পৃম্বা চেংখৈগুম নীকলকই, তু খ্যাও খ্যাও চুংলকই। অদুঙৈ শ্রীমতী রাধিকা দাসীনা তৌখিবা মওং মতৌ অদু খঙনীং হেক নীংশিংলকই । শ্রীমুখদগী খঙহৌদনা হায়রকই—"তথাস্তু ! সুন্দরী মানুষী ! তথাস্তু ! নহাক য়ৌরকল্বা ... চংলসি মনুংদা।"

মমীৎ অনী অদু খঙপাং হেক পাংথোকলকই। মহাক গ্যান মাঙখ্রে ; শ্রীমতী কুমারিকানা মমায় হায়গৎলগা হায়রকই—"খুরুমজরি বাবাজি ! ঐনে ঐ...।"

"হেরা গঙ্গা !" গঙ্গাদাসনা শাওরপ তৌনা হায়রকই—"কৈদৌ ঙাওশিন্নরিনো... ঐসে নঙগী আদি গুরুনিনে।"

শ্রীমতী কুমারিকাদি মমানা তৌখিবা মওং মতৌ অদু করিসু খঙবা নত্তে। কন্নাদগীসু রারী তাখিবা লৈতে। খঙহৌদনা ফাওরকপনি। লৌশিং লৈবীনি, মপাগী শ্রীমুখদগী ঙাংথোকখিবা বাহে অসিদগী লোচ্ছুপ নুংথুপকী শৃঙ্গার রস অদু খুদক্তা খঙবা ঙমখ্রে। মমানা মাগী মতৌ অসুম্না সাধুবাবাগী মফমদা তৌখি অমদি মেনকাগী রোল লৌখিবোইরে হায়বসু মহাক খঙবা ঙমখ্রে। মসিদগী মঙোন্দা মঙাল অদুম ফংখ্রে। লাইনীংবা সাধুগী ধ্যান থুগাইবসিদি ইরাই লাইজাৎনি, ফানিংবা ফাবা য়ারনি হায়বা পারা অমা, খুদক্তা ফাখ্রে। মপাগী মফমদা নুংলোন খঙদনা তৌরুরিবা অদুদি লাল্লি হায়বসু খঙজরকলে।

"ঙাকপীগনি বাবাজি!" শ্রীমতী কুমারিকানা নোম্বুরগা হঙ্গৎচৈ—"নচাদি ঙাইঙমদ্রদুনা য়াকাইরোন থৌগঞ্জবনি।"

গঙ্গাদাসনা হায়রকই—"গঙ্গা ! নঙগী নখোলদুদি কৈদৌরে, ইওন ওল্লেনা। নত্তে, নঙবু ঙাক্তানা কন্দায়দা চংকে থোরকপনো ?"

"অশির্বাদ লৌবা লাকচবনি।" শ্রীমতীনা খুম্মী।

"ঙাইখোনে, গঙ্গা !" গঙ্গাদাসনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—"নমা রাধিকানা তৌরম্বা তিকি হোৎপী অদু নঙদি করম্না খঙলুই।"

"পলেম ইমাগী শিয়োমনুংদা লৈরিঙৈদা উজহৌই।" শ্রীমতী কুমারিকানা খুম্মী—"অদুদা হেক নীংশিংলক্লুনা বাবাজিগী নয়নবু উখান তৌজবনি। লাল্লবসু নচাবু ঙাকপীয়ু।"

"এরা ! গঙ্গা !" পণ্ডিত গঙ্গাদাসনা খঙহৌদনা ইংলিস ঙাংলদুনা য়ৈরকই—"দোন রিপিট দ অভিমন্যু থিওরী।"

"এ ঃ বাবাজিসু ইংলিস খঙই না।" শ্রীমতী মমীৎ লংখৎলি।

"গঙ্গা ! ইপাসুনে, থায়নগী এম.এ.বি. এফনিনে। নখোয় হৌজিক্কী এম.এ.বি.এ. শিংবু তম্বীগে লৈরিবনিনে।"

"এম.এ.বি.এফ. হায়দি, করি ক্লাসনো বাবাজি ?"

"মেট্রিক এপিয়ার বট ফেল হায়বনি। ঐসে লোন মরি মঙা হৈরিবনি।"

শ্রীমতী কুমারিকা মথৱায় তানা নোকচৈ অদুগা হায়রকই—"চুম্মীদা চুম্মীদা, বাবাজি ! থায়নগী অহলশিংদি লাইনিসু হায়নৈ।"

"গঙ্গা ! ইপাই ইবেম্মা ! মতুং মনাওদি অদুম তৌগনুকো।"

"ঙাকপীগনি ! নচা লাঞ্জখ্রে। দর্শন অমুক্তং ফংজগে হায়দুনা ঙাইজবা কুইরে, সুম শাওনিংলকই, অদে তৌজখিবনি।" শ্রীমতী কুমারিকানা খংনোৎ অমুক হেক্তা নোৎশিল্লকই—"অতে লায়রি, বাবাজি ! মীৎ অনী চেজেৎ উইশিল্লগা করি উই ?"

"মীৎ উইশিল্লগবু উবা হৌনব্রনে ?"

"অদুদি কৈদৌবৈ মীৎ উইশিল্লবনো ?"

"মীৎ অমদি পাংলি ?"

"মদুদি কদায়দা পাল্লি বাবাজি ?"

"লাইবক মনুংদা অমা লৈরিনে, গঙ্গা !"

"মদুদা করিদি উই বাবাজি ?"

"উনিং উনিংবা পোৎ খুদিংমক মদুদা চিংশিল্লগা উবা ঙম্মীনে, গঙ্গা !"

"অদুদি, ঐসু বাবাজিগী মতৌ তমদুনা য়েংগেদো।"

শ্রীমতী কুমারিকানা মপাগী ওয় থংবা নাক্কলদা ফমখ্রে। মপাগী মতৌ তমদুনা মমীৎ অনী উইশিল্লগা খোগ্রাই চন্দুনা ফমখ্রে। মতাং অদুদা গোপী থোরক্তুনা মপা মচাগী, (খোইদোক্রা শ্রীমতী কুমারিকাগী ইঙাওদা ঙাওজবা) মতৌদা ময়া কারদুনা য়েংলগা লেপরলে।

পণ্ডিত গঙ্গাদাসতি মচা নুপী গঙ্গাগী নুংত্তিগা সুমমান মান্নদবা মওং অদুদা পুমঙক হেক্তা ঙকখ্রে। মচানুপীনা তৌরিবা অদু য়েংদুনা লৈখ্রে। য়াম্নসু নুংঙাইজে ; নোকফেৎ তৌরগা হংলকই—"গঙ্গা ! করি উই ?"

"করি অমত্তা হেক উদেবো, বাবাজি !"

"ৱাৎলি সুম তৌরগা উরকখিনি।"

"উরে উরে বাবাজি !" শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই—"শ্রীমতী রাধিকা দাসী উরে !"

"থিদা অঙাওবীসিদি !" পণ্ডিত গঙ্গাদাসনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—"নত্তে গঙ্গা ! নঙবু ঙসি ঙান্তানা লাই ওকনরব্রা ?"

"বাবাজি !" শ্রীমতী কুমারিকানা মমীৎ খঙপাং পাংথোক্লগা হায়রকই —"ঐহাক গঙ্গা নত্তে ; সুরধুনীনি, শ্রীমতী কুমারিকা, সুরধুনী মাক্সী!"

"হ্য ! নঙবু সুরধুনী !" পণ্ডিত গঙ্গাদাস লুতোন শাৎনা ঙকখ্রে, মশা পূম্বা হান্নগুম তু খ্যাও ! মখা শমথরদুনা হায়রকই —"গঙ্গাগী ফাইবোক পুংবাদো ! নঙদি, নঙদি কমদৌনা কৈদৌঙে...মফম অসিদা ?"

আখাড়াগী মমাঙদা লেপ্লিবা গোপীনা হায়রকই —"সুরধুনী ! ঐ বাজার কাদৌরি নঙগী করি করি লৈরকউগে।"

"হাই ! গোপী ! শোয়দ্রব্রনে ?" গঙ্গাদাসনা গোপীদা হংঙি।

"বাবাজি ! শোয়দ্রে, ননাইগা হান্না উন্নজখ্রে।" গোপীনা মখা শমথরকই —"গঙ্গা নত্তে, সুরধুনীনি। মহাক্তি ইনক নক্লা প্রেমনিকেতনদা ওঝা ওইদুনসু লৈরে হায়।"

"হোয়নে, ঐসু গঙ্গা ঙাওরে খল্লুই।" পণ্ডিত গঙ্গাদাসনা হৱাও মথোই কারদুনা হায়রকই —"ইপানা হল্লকখো হায়দুনা লাওখিবদো লাকএদনা... গঙ্গাদি গোপী ! কৌরকউনে, ফাইবোকচে লাকএ হায়য়ুনে।"

"গঙ্গাদি আ য়ৌরমলগনি বাবাজি!" শ্রীমতী কুমারিকানা মাগা মনাওনুপী গঙ্গা থেংনরম্বগী ৱারী শমতকনা লীদুনা তাহল্লে, অদুগা শমথরদুনা হয়রকই —"ইনাওবীনা ঐবু বাবাজিগী সেবা তৌদুনা মতম খরা লৈরম্মু হায়রম্মী।"

"সুরধুনী ! ইপাগী নাত্তা অদুম লৈরো। নচিন ননাওগী লনথুম সম্পতি ইপানা উইল তৌদুনা থমলিবনি।" পণ্ডিত গঙ্গাদাসনা মাখা তানা হায়রকই—"কৈদৌবে তলব চাবা থবক তৌদোইনো ? নঙগী করিসু ৱাৎতে।"

"মতম খরদি প্রেমনিকেতনদা লৈরকখিগে, মরক মরক্তা লাকচগে বাবাজি!" শ্রীমতী কুমারিকানা শমথরকই —"প্রোফেসার বাসুগী থাজবা মাঙহনবা য়াদ্রি।"

"ফৈ ফৈ ইনক নকপা লমনি।" পণ্ডিত গঙ্গাদাসনা কোথরকই —"অদো, ইপাই ইবেম্মা ! নঙ ইপাবু ৱারৌগনু, ইপা লানখ্রে।"

"ৱারী পূন্নমক তাজরে, তাগোপীনা লীরে।" শ্রীমতীনা শমথরকই —"পূন্নমক মফম মতমগী থৌইন্নশিননি, নচা শাওজদে, ৱারৌজদে। নচানা বাবাজিগীদমক চাওথোকচৈ।"

"নুংঙাইরে, নুংঙাইরে ইপা নুংঙাইরে!" পণ্ডিত গঙ্গাদাসনা ঙাইহাক লকক তৌরগা অমুক ঙাংলকই —"অদুবু অমা হল্লকপা নুমিৎতা অমা চৎখিবসিদি নুংঙাইফাৎতে।"

"লাকনিদা বাবাজি!" শ্রীমতীনা মপা থেমজিনবা ওইনা হায়রকই —"ইনাওবীনা মহাক হল্লক্তিক্তফাওবা ঐ লৈরম্মু হায়রম্মী। ঐ লৈখিনি নুমিৎ তরামঙানিগী ছুতি ফংঙি।"

"গোপী ! সুরধুনীবু গৌতমী দাসীগী মনাক্তা লৈহন্নবা শিল্লু।" পণ্ডিত গঙ্গাদাসনা গোপীদা যৌদাবা ওইনা শমথরকই —"অদুগা, গোপী ! নচলনা চানিং চানিংবা অহাও অথুম, অনৌ অপেন করি করিনো হংলগা লৈবীরকউ।"

শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই —"তাগোপী করিসু লৈরুনু। ঐসু চমনা চায়, চমনা হিংঙি। নিরামিস চাই।"

"হাই, গোতমী দাসী !" পণ্ডিত গঙ্গাদাসনা হৌরপনা লাওরকই—"লাওনে, থোরকউ গঙ্গাগী পুংবা সুরধুনী থুংলরে, মমানা লৈরম্লা কুথাদা ইচাগী লৈফম শেম্লীয়ু।"

আশ্রমগী অৱাং থংবা চিদাইদা লৈরিবী কুথা অমদগী গৌতমী দাসী প্রপ প্রপ চেম্থোরতুনা পণ্ডিত গঙ্গাদাসকী মমাঙদা মখূৎ লোন্নরদুনা লেপলগা শ্রীমতী কুমারিকা য়েংনা য়েংনা হায়রকই—"তাজরে বাবাজি ! নয়াথং তকপীয়ু।"

"উরেদনা সুরধুনী, গঙ্গাগী পুংবা মচে।" পণ্ডিত গঙ্গাদাসনা শমথরকই—"নোংমদি ইচা লাকহনবীয়ু হায়দুনা গঙ্গামাইয়াদা খুরুমজে, য়েংঙু ইচা থুংলরে।"

"চপ হেক মান্নেদনা গঙ্গাগা !" গৌতমী দাসীনা হায়রকই—"লাকও ইবেম্মা ! ননাওনুপী গঙ্গাদি ইমানা পোকচবা ইচাদৌনা য়োকচরকই, নঙবুসু ইমানা হেক পোকচবা ইচাদৌনা নাওকোল্লগে।"

শ্রীমতী হৌগৎলকলে, গৌতমী দাসী খুরুম্মী।

"গঙ্গামা ! খুরুমজরি নচানা।"

গৌতমী দাসীনা শ্রীমতীবু চিংখৎপীরগা মুন্না য়েংজে। হায়রকই—"ফজেনে নঙসু, নমাদো ফজেনে ; মমিংসু ফজবী !"

"অদুগা গৌতমী !" পণ্ডিত গঙ্গাদাসনা মখোল লুমলপ তৌনা হায়রকই—"তাউ ! আশ্রমদা য়াওং ইদুনা লৈয়ু য়াগদবা য়াম্লসু মতিক মগুন লৈরবা বর অনী থিয়ু। সহাজিয়া সাধনগী মতুংইন্না ইচানুপী অনীসু আশ্রমদা লৈরবসু ময়ুম মকৈ পালহনিংঙি। মদুতদা মপৃংফারবা লাইনীং লম্বী ওইগদবনি।"

"য়াথং অদুমক ঙাকপা ঙমব্রা য়েংজগে।" গৌতমীনা খুম্মী—"তৌবতবু বাবাজি ! গঙ্গাগীদি মতিক চারবা বর লৈরবনি।"

"কনানিনা ?" পণ্ডিত গঙ্গাদাসনা হংঙি।

"শান্তনু গোস্বামী !" গৌতমীনা খুম্মী।

"ঐঙোন্দা থোক তৌরম্বা নুপা অদু হিংলিব্রা ?"

"পাউ অমা লাকই, গঙ্গা চৎখ্রি। শান্তনু অচংবা মীনিদা।"

গোপীনা মরক থংনা পাংশিল্লকই—"গঙ্গানা শান্তনুবু সরেন্দর তৌহল্লগা আশ্রমদা পুরক্লনি হায়দুনা ঙরাং হায়ফেং পল্লম্মী। ননাইসু তাজহৌই, বাবাজি!"

"হো হো, ইচানবু পামজরবদি য়াই।" পণ্ডিত গঙ্গাদাসনা অসি হায়রগা সুরধুনীদা ওনশিন্দুনা হংলকই—"ইপাই ইবেম্মা সুরধুনী ! ইপাদি অহল ওইরে, ননাওনুপীনা 'কুমারী নিকেতন' কৌবা লৃপ অমা লীংখৎকনিসু তৌরম্বনি। ময়ুম পাল্লরোইসু হায়রম্মী। অদুগা মাদি শান্তনু থেংনবদগী মওং অমা তৌখ্রে, অদুগা নঙগী অপাম্বদি করি লৈরি, হা ? ইপাদা শেংনা শেংনা হেক্তা খুম্মু।"

"বাবাজি !" শ্রীমতী কুমারিকানা য়াম্লা হৈশিংনা খুম্মী—"গঙ্গা স্নান তৌরুখিগে অদুগা শেংনা শেংনা খুমজরগে।"

গৌতমী দাসীনা শ্রীমতী কুমারিকা পুরগা চংখ্রে।

পণ্ডিত গঙ্গাদাসনা নুংদা নোকচরদুনা হায়রকই—"খিদা অত্তাওবীসিদি! মমা রাধিকাগী মতৌ অদো মঙোন্দা পুমহৈ হৈজিন্দুনা লৈহৌরে। নুংশিদা শ্রীমতী রাধিকা দাসী! সুন্দরী মানুষী! য়েংলু লাওনে নচানুপী অহল থুংলরে।"

পণ্ডিত গঙ্গাদাস শিরোমনি লাপ্পা ঘাট্টা য়েংখি।



নোংমসু অয়ুক অঙনবদনি।

পন্দিত গঙ্গাদাস বাবাজিদগী আখাড়াদা কথাসভা অমা ফমলম্মী। ভক্তা কয়াসু তিল্লি। মচানুপী শ্রীমতী কুমারিকাসু মাঙ্গোল মচি অমদা ফমদুনা কথাসভা অদুদা ব্বারী তারম্মী। গৌতমী দাসীনা অমুক হঞ্জিন্দুনা মঙোন্দা লীবিখি। নুপী মশেন্নিনা ইকায় হঙ্গোইনখিদে। শ্রীমতী কুমারিকানা কোথরদুনা কয়া অমা হংজখি। গৌতমী দাসীসু হৈথ্রপোৎনি। নুংশি নুংওনগী য়ৌশিনবা রসতা ঙাওজে। শ্রীমতীসু মতৌ মান্দনা ইরাংথাংবীনি। য়াম্না খোইজংনা তাজখি। মহাক্তি য়াম্না তঙাইফন্দনা ইরাংথাংবী ওইদবসু য়াদে। মঙোন্দা লৈরিবা লায়না অমদি অৱাংপা অদু কোক্রবা পাম্বৈ থিরিবীনি।

নোংমা, থাবল ফরবা নুমিদাং অমদনি।

গৌতমী দাসীগা শ্রীমতী কুমারিকাগা গঙ্গা মপান্দা কোয়বা থোরকই! মোংসোং মচা অমগী মনুংদা লৈবা খাঙপোকশঙ অমা য়ৌশিল্লকই। সুরধুনী ঘাটকা হেক থংনবদনি। শান্তনু গোশ্বামীনা লোৎলম্বা মফম অদুনি। ব্বাচেৎকী থোঙ পাল্লি। লম মচেৎ অসে, গঙ্গানা কনশিল্লম্বনি। মফম অসিনি জি-সিক্স! গঙ্গানা কোটেজ অসিদা তোঙাল্লা লৈরগা লাইনীংগে খঞ্জরম্বনি। মহাক ময়ুম পাল্লোই হায়দুনসু খঞ্জরম্মী। অদুবু তায়োন্নম্ব্রে। মহাক্না শান্তনুগী চানা-থক্রবা কয়া লোন্না লোন্না থিল্লতুনা পীজখি। ফাগী ফাগীদগী মবানী হৃকচিন্নখি। মসি পূম্নমক গৌতমী দাসী খঙই। অদুবু খঙশিন্নখিদে।

গৌতমী দাসীনা খঙপোকশঙ অদুদা মখূৎ থিল্লদুনা খংহায় হায়রকই —"অসিগুম্বা খাঙপোকশঙ অমদা আদি কালগী সুরধুনী সন্ন্যাসীনি লৈরম্মী। মহাক্তি অহিং তুম্বা মতমদা উনানা মশাপুম্বা কুপশিল্লগা তুমলম্মী হায়নৈ; মশাদা ফি মচেৎ অমত্তসু থোংখিদে।"

"গঙ্গামা! ঐসু অহিং তুম্বা মতমদা ফৈজুপ্পি সুঙ্গী, ইশাদা ফি মচেৎ অমত্তা থোংদে।" শ্রীমতী কুমারিকানা শমথরদুনা হায়রকই—"য়াম্না নুংঙাইজাৎনিকো, সত্য!"

"অদুদি নঙসু আদি সুরধুনীগী থৌজাল অদু ফংব্রা য়েংঙুদনা।" গৌতমী দাসীনা কোথরদুনা হায়রকই —"খাংপোকশঙ অসিদা নথন্তা অহিং লেকউ, শ্রীনদীয়া বিহারী নীংজৌ; মপান্দা ইমা থোঙ শংবীগে।"

"য়াইনে।" শ্রীমতী কুমারিকানা শমথরদুনা হায়রকই —"অদো, কোটেজ অসিদা মী অতৈদি লৈতবরা?"

গৌতমী দাসীনা মখা তারদুনা হায়রকই—"কনাসু লৈতে, কনাসু লাকওই। ননাওনুপী

গঙ্গানা খোপচিল্লম্বা মফমনি। মাগী লাইনীংশঙনি। মসিদা মতম খরা শান্তনু গোশ্বামী লোৎলম্মী। শান্তনুগী মমান্নবা অমসু হেক হেক লেকলৈ।"

"ও ! মফম অসি ওইরে, জি- সিস্ক্র!"

"নখোয়গী মালেশ মরোলদি ইমা খঙদে।" গৌতমী দাসীনা শাংথরদুনা ভাংলকই—"মফম অসিবু ননাওনুপীগী স্নান তৌফমনি হায়দুনা গঙ্গা ঘাটসু কৌনৈ, জি, ঘাটসু হায়নৈ।"

শ্রীমতী কুমারিকানা হায়রকই —"মনুং চংঙুসিরা ? থাবল মঙালসু চায়থরকই। মৈনম য়াওদ্রবসু উবা য়াই।"

"মনুংদা কৈদৌরুসিগে ?"

"হাইমা ! ঐবু আদি সুরধুনী শারগা অহিং লেকউ হায়দায়নে।" শ্রীমতীনা নোকলপ তৌরগা শাংথরদুনা হায়রকই —" ইনাওবী গঙ্গাসু শ্রীনদীয়া বিহারীগী থৌজাল ফংলম্বা য়াই, ঐসু ফংব্রা য়েংগেদো।"

"থিদা অঙাওবীসিদি !" গৌতমী দাসীনা নুংশিনা চৈহৎপা ওইনা হায়রকই —"নঙসু নবদ্বীপ মরূ পুরগা প্রেমনিকেতনদা পোকলুগেরা ?"

"য়াম্না নুংঙাইদৌ মাল্লি।" শ্রীমতীনা মতৌ য়েংগে খন্দুনা হায়রকই —"লাইবক য়েংলগে, অফবা সাধুগী মরূ পাম্মী।"

"লৈনে, পীকথন্না !" গৌতমী দাসীনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই —"তৌবসুনে সুরো, লোন্না থুপ্পা তঙাইফদবা মতাংদা মচা লৌবা, মরূ নীবা হায়বা অসি, আদি কালদগী চৎনরকই, য়াম্নসু মগুণ লৈনা, থাক ৱাংনা খন্নরকই, কনানসু অমোৎপনি হায়নদে।"

"হোয়নে হোয়নে, হনুমানগী মমা অঞ্জনাসু পাবন দেবতাগী মরূ লৌরগা হনুমান পোকখি হায়দাই।"

"নুংঙাইজাৎনিকো সুরো, লাইগী মতমদো !" গৌতমী দাসীনা ইরাং হৌরকই, মথা তানা মাগী নুংলোৎৱা অদু হায়দোকচরকই —"ইমাসুনে, মীনাই ওই, করি ওইনা হৌরকপনিনা, য়ুমনাই খঙদবী ওইরকই। মহাভারত্তা য়াওরিবা বীদুরগী মমাদো মীনাইনুপীনি,ব্যাস মুনিদগী মরূ ফংজখি। মদুগী ৱারীদো ইমাদি থৱায় তাজেদো। কনাদেনো মরূ অমদি লৌরগে খল্লকই, লৌবসু লৌরই, ইস ! নুংঙাইজাৎনি, সুরো।"

শ্রীমতী কুমারিকানা খংনোৎ নোৎশিল্লকই—"গঙ্গামা ! নঙগী ব্যাস মুনিদি কনানো ?"

"হা ! করি হায়বা ?" গৌতমী দাসী লৌশিং লাকই, খৌতক তৌই, শোয়গ্রে হায়বা খঙলকই। মথা তাবা ৱারীদি লোৎনিংলকই, নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই —"ইমানা নুংঙাইনবা ফাগী তৌবনিদা।"

"হুম ! গঙ্গামা ! নঙগী নচা অমা শোয়দনা লৈরমগনি।" শ্রীমতীনা মথা তানা নোৎশিন্দুনা হায়রকই —"কনাদসু হায়দোকপীরোই ! নচা ঐঙোন্দদি শেংনা শেংনা লীথোকউ, ঐসুনে নবদ্বীপ মরূ অমদি পুখিগে খল্লি, মতিক মগুণ লৈরবা নুপা থিবা ফংদ্রে।"

"নঙগীসিবু শোয়দ্রব্রনে, সুরো ?" গৌতমী দাসীনা নাকোইন্দুনা পুথোক্লগা হায়রকই —"তৌবদিনে লোন্না লৌবা মরূ অসিনদুম, হয়েং তুংদা মীথোই মীহেনবা

ওইৰনিদো। কুন্তীগী মচা কর্ণসুনি। য়েংঙোই, মমাঙঙৈদা, উর্মিলা দেবী কৌবী জগোইশাবী অমসু বংশীদাসতগী মরূ লৌরগা চংখি। মণিপুরদা লৈবনি, মচাদো গৌরাঙ্গ কৌবনি, মশক মমিং নাইরবা শৈশকপা অমা ওইদুনা লৈখ্রে হায়না তাইনে।"

"খঙই খঙই, গৌরাঙ্গা য়ুম্নামচা!" শ্রীমতীনা হনবা লৈতনা নোংশিল্লকই —"অদুগা গঙ্গামা! নঙগী মরূদি শান্তনু গোস্বামী নংত্রদো? অদুগা, মপী মরূদি কনানো?"

"এ ঃ সুরো, নঙসিদি লাইনিনা।" গৌতমী দাসীনা করিসু চিংনবা লৈতনা হায়রকই —"মপীদো নোঙাখ্রে, হরিদাস গোস্বামী কৌই। ইমাদি চন্দ্রিকাগী ইমুংদা মীনাই ওইদুনা লৈরকই। ননাওনুপী গঙ্গাগী য়োকচবী অমুক ওইরকই। মসিনি ইমাগী ৱারী। নঙ কনাদসু হায়দোক্কনু। ইচা শান্তনুদি কলিকাতাদা লৈবা অনার্থ আশ্রম অমদা য়োকহঞ্জখি, মহাক্ল মমা ঐবু উন্নবা লাকচবনি। মহাক লালহৌবা য়াওই হায়বা ইমা খঙদে। গঙ্গা মবানী নুংশিন্নবদি ইমানা শিনখিদে, অসুম থোকউ হায়দুনি, সুরো! ইচাদো, হিংবা শিবা খঙদ্রি। পাউ অমদি লাকই, বোলপুরদগী, অদুগা গঙ্গাসু চংনিংলকই, ইমানসু থাখ্রে।"

"ফৈ ফৈ নচানুপাদো হিংবা ওইসনু!" শ্রীমতীনা মথৱায় পেঞ্জনা হায়রকই —"ইনাওবী গঙ্গাসু মাগী নীংজবা, নুংশিবা শান্তনু গোস্বামী থেংনদুনা থুংনজবা ওইসনু!"

"সুরো, নঙগীসু নীংজবা থুংজবা ওইয়ু।"

শ্রীমতী কুমারিকানা ঙাওশিন্নবা ওইনা হায়রকই—" গঙ্গামা! ঙসি অহিং, ঐগী নীংজবা থুংব্রা য়েংগেদো।"

"নঙগী নীংজবা হায়দি, করিনো, সুরো?"

"অদুবুরো...।" শ্রীমতী কুমারিকানা ঙাইহাক লেপলগা হায়রকই —"নোংথক্তগী শ্রীনদীয়া বিহারী কৌথগে, আদি কালগী সুরধুনী শারগা বকুল মনাগী ফৈজুপ মনুংদা ফি থোংদনা মঙ মঙলুগে। চংসিদো খাঙপোকশঙ মনুংদা।"

"এরা! সুরো, আদি কালগী থৌদোক অদুবু কলি য়ুগতা থোকপা য়াররোইদা।"

"লাইবক য়েংসি, চংঙু। ঐসু কলিগী সুরধুনী মাঙ্গীনি।"

"হোয় হোয়, ইমাদি নখোয়গী য়াথংতবু ইঙ্গবীনি।"

গৌতমী দাসীনা মাঙ থংলগা শ্রীমতী খাঙপোকশঙ মনুংদা চংশিনখ্রে। য়ুমথক অহোবদগী লিংশিল্লকপা থাবল মঙালনা লৈতেংলবা ইমুং অদু কয়াদি নীংথিজখ্রে— পুমঙাল হেক ঙাল্লম্মী। তক-তনালনা লৈরম্মী। মী লৈনদ্রবা খাঙপোকশঙ অদু গৌতমী দাসীনা নুমিৎ খুদিংগী য়েংশিল্লি ; শো লোনদে ; মপান্দা কোচি থোঙ পাল্লি। মী অয়াম্বনা চংবসু কিনৈ। থোইদোক্লা, গঙ্গাগী কোটেজনি হায়বা খঙনৈ। শান্তনু গোস্বামীগী লোৎফম ওইরম্মী হায়দুনসু হঙ্গোয়নখ্রে। কনানসু লমদনফম, য়ারেকশঙ ওইনখিদ্রে। গৌতমী দাসীনদি মচা লাকলগা লৈরখিনি খন্দুনা য়েংশিঞ্জবনি। ইমুং অদুদা মৈখেৎ, মোমবতী অমদি জাতিমায় থাওমৈ থান্নবা পোৎচৈ অদুম লৈ। মীতেক মীরৌ খঙখ্রবী শ্রীমতী কুমারিকানা পুন্নমক খঙদোকখ্রে। মহাক, তশেংনমক মনাওনুপী গঙ্গাগী কোটেজদা অহিং লেকনিংঙি।

শ্রীমতী কুমারিকনা হায়রকই—"গঙ্গামা! বকুল মনা খরা হেকলকউ। মপান্দা, অনেম্বা পাম্বী খরা উরম্মী।"

"সুরো, নঙগীসিবু তশেংনমক...?"

"ঙসিদি ইমা ইচা অহিং লমদল্লসি, কিব্রা ?"

"ইমা কিদে, করি অমত্তা কিদে, শ্বাইদদি মী ফত্তবসু লৈতে।"

"চংলো বকুন মনা হেকলুরো, ইথক্তা চায়থরকউ।"

"সুরো, নঙসিদি মতা অমনি, মীকি- লাইকিদে, ননাওনুপীগা খরা খেন্নৈ। ঐসু কদায়দৈ আদি সুরধুনীগী ৱারী লিরুরবা !"

"গঙ্গামা ! ঐসু যোসিনী অমনি, নুংতিগী যোগ তৌই।" শ্রীমতীনা হায়রকই —"মঙদবু ওইরবসু তাইবংদবু ওইরবসু ঙসিদি শ্রীনদীয়া বিহারীদগী মরূ লৌহৌরগে, ঐহাক লায়েংদবা য়াদবনি, মমা অমসু ওইদবা য়াদবনি, নহাক মপান্দা শংঙুকো।"

"লায়েংবা হায়দি কৈনো, সুরো ?"

"গঙ্গামা ! ঐসে লৈশাংত্রবী লৈশাবীনি।" শ্রীমতী কুমারিকনা হায়রকই —"নুপাগা লৈমিন্নরবদি মপাল শাংতনা মহৈ য়ানগনি হায়দুনা দোক্তর অনীনা পাউতাক পীরকই, পুন্যধাম অসিদগী মরূ অমদি পুরগা চংখিগে... তৌবদি লাইগী মচা পোকনিংঙি, শ্রীনদীয়া বিহারী কৌথরগে।"

"হে, ফাগী ফাগীদগী নঙদি তশেংনা...।"

"হোয়, গঙ্গামা ! চংলুনে, বকুন মনা অমদি হৈরাং লৈরাং হেকলকউ।"

"শ্রীনদীয়া বিহারী কৌথনবা মন্ত্রদি খঙলব্রা ?"

"খঙঙি। ঐ হিপলগেকো... ইথক্তা বকুন মনানা কুপশিল্লকউ। মীং উশিল্লবনি, চংলুনে ; হো গৌতমী দাসী !"

শ্রীমতী কুমারিকাদি, মহাক্কা তৌনিংলকপা থবক পঙ্থবা হৌনদে। ফমুংদা কাখংতুনা লোংনা হিপখ্রে। মশাদা শেংলি ইল্লিবা ফিরোল পৃন্না হেক্তা শিং নান্না লৌথোকখ্রে, পারবা ফি মতেক অমদি সুপলি, বকুন মনা ঙাইরি।

গৌতমী দাসী মপান থোকখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা বকুন মনা থুম্মোক অচৌবা অমা পীকথন্না হেকলগা পুশিল্লকই। শ্রীমতীগী মশাদা মঙক য়ৌনা হৈথররে। গৌতমী ঙাকচানখ্রে। শ্রীমতী উইথখ্রে। উনা মনুংদগী ফি মতেক অদু মখৃংনা চিংথোকলগা লৈমায়দা লংথরকই।

"ইমা ! চংলে চংলে, মপান্দা লৈরুগে !" গৌতমী মপান থোকখ্রে।

"গঙ্গামা ! ঐহাক মঙ থেমদুনা তৃপ্না হৌরগে, নহাক মপান্দা শংঙু, চেনখিনুকো।" শ্রীমতী কুমারিকানা মখা তানা হায়রকই—"নোংথক্তগী নদীয়া বিহারী কুমথরকপ্রা য়েংলগে, করিগুম্না কুমথরক্তবদিকো, মতিক মগুণ লৈরবা শ্রীনদীয়া বিহারী খঙদে মানুষ বেসতা খঙদে কনানো অমদি হেক্তা থাজিল্লকউ, ঙসিদি হেক্তা লায়েংবা হৌরগে, থোকলবা থোকলসনু।"

"নঙগীসিবু অওইব্রনে, সুরো।"

"ফাগী নত্তে, গঙ্গামা ! লাইবক য়েংলগে।" শ্রীমতী কুমারিকানা মখা তানা অমুকসু হায়রকই —"তৌবদিনে, তীনজং কাইজংবা মরূদি পামদেহৈ, মতিক মগুণ লৈরবা সাধু সন্ন্যাসী থাজিল্লকউ।"

"হোয় হোয়, নোংয়াই মতুংদা য়েংসি।"

"অওইব্রনে, গঙ্গামা ?"

"অহিং নোংয়াই ফাওবগী মনুংদা নোংথক্তগী নদীয়া বিহারী কুমথরকপ্রা য়েংখো। করিগুম্বা কুমথরক্তবদি...।"

"য়ারে য়ারে, ঐ মঙ থেমদুনা তুমথরগে, উব্রা য়েংগে, নুংঙাইৎতা। নঙ চেনবদি চেনখিনুকো, লাইগা ঐগা ৱারী শাবা তাউ।"

"হি ! সুরো নঙদি ফাগী ফাগী তান্ত্রিক যোগ শান্নবা হৈবোইনা।"

"ঐসে, আদি সুরধুনীগী শায়োননিনে!"

"হোয়নে হোয়নে, ওইরমদৌ মাল্লি, নপাকুং বাবাজিনসু অদুম্না তাকপীখি। নঙসে সুরধুনী নীংলগা ফংখিবনিসু হায়। শ্রীমতী রাধিকাগী থৌজালসু ফংখিবনি হায়।"

"অদুনবু, ঐগী ইমিং শ্রীমতী কুমারিকাসু কৌরিবনি।"

"য়ারে য়ারে, হৌরো মঙ থেম্বা, কৌথরো শ্রীনদীয়া বিহাবী !"

শ্রীমতী কুমারিকা তুন্মিন লৈখ্রে। মহাক অঙাওবী নত্তে, ঙাওশিন্নরিবনি। গঙ্গা মপান্দা শ্রীমান্স বাসু লোৎতুনা লৈরমগনি হায়বগী থাজবা অমা মঙোন্দা লৈরি। শান্তনু গোস্বামীগী মমান্নবা অমা লৈরি হায়দুনা গৌতমী দাসীনা পনখি। মহাক (মমান্নবা) অদু শ্রীমান্স বাসু ওইগনি হায়না মহাক্না খঞ্জে, জি কোটেজদা য়ারেকপা লাকপা য়াই হায়বগী থাজবসু লৈ। মরম অদুনা শ্রীমতী কুমারিকানা মহাক মশামক আদি কালগী সুরধুনী শান্নিংলিবনি। শ্রীমান্স বাসু থেংনব্রা হায়বদো মহাক্না লাইবক য়েংনিংলকই।

"করমনো সিদি, ওম্ভোক্না মঙাওথিখ্রেদা!"

জি কোটেজগী মপান্দা থোঙ ঙাকলিবী গৌতমী দাসীনা মথন্তা মুকম মুকম শোঞ্জে, (গঙ্গাদি খরা মফে, মচে অসিদি মওং অমনিদনা। ফাগী ফাগী ঐসু হেক হায়রুই। মাসু মওং অমনি। কলি যুগ অসিদবু কদায়দৈ শ্রীনদীয়া বিহারী ! আদি কালদা শ্রীবিষ্ণু ভগবান্না নোংকুমলত্তুনা সুরধুনী মাইয়াগী পিবুকনুংদা তোঙানবা শকলোন লৌদুনা শ্রীনদীয়া বিহারী কৌবা অমা পোকখি হায়রিসিবু চুমলিদ্রনে ? লাইগী মতমদদি ওইরম্বসু ময়াই। হৌজিক্তি ওইথোক্নরোইদবা ৱারীনি। মসিদা গঙ্গাগী মচে সুরধুনীসু য়ৌনা হেক্তা থাজরিসিবু.. মশাসু এম.এ.নি হায়। নত্তে, মাইসিবু ... লমলক্তা লুখুমগে, লেমলৈঙা থাজিল্লকউসু হায়রম্মী, মশাগী অশোয়বা লৈবসে ফবসু য়াওবনি, তঙাইফদনা লায়েংববু ওইরবসু অমুক্তং খঙহনবদি ফৈসে... শ্বাইদা মতিক মগুণ লৈবা সাধু সন্ন্যাসী কনা কনাদি লৈরি, ঙসিদি অমত্তংদুম নেকলবা থাজিল্লগেদো, ঐসু লোন্না য়েংনিংঙি। মহাক মশানা লুথুম্বী ওইখ্রবনি, লাওখোংবসু তৌদৌ মান্দে। ইচানুপা শান্তনুগী মমান্নবদো লাক্কনিসু হায়রম্বনি, সত্য ! লাকহন্নিংঙ্গেদা কনানো অমদি।)

গৌতমীনা অসুম্না খল্লদুনা মপান্দগী কৌরকই—"সুরো ! সুরধুনী ! হো শ্রীমতী কুমারিকা ! নঙবু তশেংনা তুমলব্রা ?"

মনুংদগী পাউখুম লাক্ত্রে।

গৌতমীনা মথন্তা অমুক খঞ্জে—"তুমখ্রমাল্লে, ফরেদা অৱাংগী ঘাট্টা লৈরিবা বাংশীদাস

বাবাজিগী মচানুপা ফজবা অমা লৈবদু হেক্তা কৌরুগে, মহাক্না গঙ্গা পান্মী শেঙ্গীয়ু, হায়বসু কুইরবনি। গঙ্গাদি য়াদ্রে, ইমৌ ওইদৌরে। মচে সোনোচুবী অসিবু গঙ্গা শাহল্লগা হেক্তা থাজিল্লগে, ঐসু শেন খরা তালহৌরগে।"

গৌতমী দাসীনা জি কোটেজগী পুনা অদু মপান্দা কোংশিন্দুনা থমলম্মী অদুগা মহাক প্রপ প্রপ চংখ্রে। অবাং মায়কৈ পাংখ্রে।



শ্রীমতী কুমারিকা ঙাওখৎলকই!

নুমিৎ অসিগী মতুংদগী মহাক তশেংনা ঙাওখৎলকই। লাই- তীল মতমগী ৱারী কয়া মাগী থোপ মনুংদা চংশিন্দুনা লৈরকলে। মহাক কুন্তী ওইনিংলকই, মেনকা, শকুন্তলা মমা মচাগী ৱারী- মহাক্না কনাগুম্বা সাধু বৈষ্ণব অমগী মনাক্তা চৎলগা মেনকা অমুক হেক ওইনিংলকই। নুংঙাইখ্রপোৎনি মীওইবগী ৱাখল। মশামক শকুন্তালা অমুকসু হেক্তা ওইনিংলকই। হস্তিনাপুরগী রানী অম্বিকা অমদি অম্বালিকা অনীগী মতৌগুম্না মাসু মরু লৌনিংলকই। লৌবসু লৌখ্রব্রা ? চিংনদবা ঙমদে। থোইদোক্না মঙোন্দা ঙাওহল্লিবা ৱারীদি অমনি। শ্রীনদীয়া বিহারী অমদি তান্ত্রিক সন্ন্যাসী সুরধুনী অনীগী প্রেম কাথা মদুদা মহাক ঙাওজখি। হৌজিক্কি মতমদা ওইথোকপা য়াররোইদবা প্রেম কথা অদুগী অঙকপা অমাহিকসুং লময়ৌরবা রস, মহাক মশামক চুপশিঞ্জরকই। আদি কালগী ৱারীশিং- থোকখি হায়বসু খঙপোৎ নত্তে। শেমজিন শাজিনবা হৈরবা মহাপণ্ডিতশিংনা লেঙলম্বা পুরানশিং অসিদা নুংঙাইবা, ফজবা মহাওদি য়াওরি। যুক কয়াদগী য়ান্নদুনা লাকলি। কন্নানসু লাল্লি, থোকখিদে হায়দুনা মরৈ য়েৎতুনা প্রমান তৌবা ঙমদ্রি। মহাভারত, রামায়ন থোক্তা থোকখিবদৌনা খন্নরি, থাজনরি। তৌবুদি থাজবা হায়বা অসি ঈশ্বরনি ! থাজবা লৈত্রবদি ঈশ্বর লৈতে। আদি কালগী ৱারীশিংগী রস, মওং চুম্না চুপশিনবা হৈত্রবদি মী ঙাওনিংঙাইহনি, ঙাওবসু ঙাওনখি। থাদা মী তানবা হোংনরিবা মতম অসিদসু থাবু লাইহনি খন্নরি। চুম্মী লাইহনি, অঙকপা পোৎশক অমদি ওইরি, নুমিৎসু অদু মঙাই। অতৈ অতৈ ৱারী কয়া অমসু লৈখ্রে।

মীগী ৱাখল অসিসু তোঙান তোঙানবনি। লাই ৱারী কয়ানা তোঙান তোঙানবা ৱাখল পোকহল্লি। রাধা ওইনিংবা, কৃষ্ণ ওইনিংবা কয়াসু লৈতবা নত্তে। কনাগুম্বা কবিনা য়ুমনাইদবী সরশ্বতীবু তাল্লোয় ওইনা নীংজদুনা শৈথারগা শৈরেং লেংঙি। কনাগুম্বী নুপীনা লাইতু নৎত্রগা লাইওংবী ওইদুনা হিংজনিংবসু য়াওখ্রিপোৎনি। শ্রীমতী কুমারিকানা চুপলিবা বস অসিনা করিনো ?

মসি হৌনশানি। মতম কুইনা ময়ুম মকৈ পানবা খঙলক্রবা পাখঙ লৈশাবীশিংনা ওইররোইদবা ৱাখল কয়া খল্লকই। অফংবা অমা হেক্তা হায়দুন চীলহাও থিরক্তবসু য়াওই। ফোঙদোকপা য়াদবা মরী মতাগা অরোনবা মরী লৈনখিবসু য়াওদবা নত্তে। থোকখিবা থৌদোক ৱারী কয়া লৈখ্রে, শন্দোকল্লুদ্রবসু য়ারে। কনাগুম্বা, কনাগুম্বী খরনা ওইররোইদবা মঙলানগী প্রেম কথা অমগী রস চুপশিঞ্জরগা হিংনবসু হোংনজে। মখোয় অসিনা 'দিসগাইজ আইদেন্টিতি'গী শকলোন লৌরদুনা মথন্তগী ওইবা মোন্দ্রং শান্নজে। মদুদা

নুংঙাইবা, পেঞ্জবা ওন্না মীসু লৈতবা নত্তে। লাই অমবু নৎত্রগা পামজবা, নীংজবা মুর্তি অমবু মৱা মপুরোইবাওইনা নীংখৎলক্তুনা মোম্দ্রংগী অৱায়- অখুম শান্নরদুনা মশাগী ঈন্দ্রিদা অপেনবা যৎনবা পাম্বে থিরকই। মসিসু 'সেক্সচুয়েল ফেন্টাসি' হায়রগসু খঙনৈ। মসিনা, মমৈথৎদা সাইকোসিস হায়বা কোক্কী লায়না অমা পোকনিংঙাই ওইরকই। শ্রীমতী কুমারিকানা মাগী ছাত্রিশিংদা 'দিসগাইজ আইদেন্টিতি' দা হিংনবা হোৎনগনু হায়দুনা পাউতাক পীখি। অদুগা মহাক মশামক দিসগাইজ আইদেন্টিতিদা হিংনবা হোৎনরকলিব্রা ?

শ্রীমতী কুমারিকাদি মশাদা লায়না অনীখক লৈরবীনি। মথক্তা তান্ত্রিক সেক্স যোগ শান্নজদুনা, মশাগী শাজেল তৌজবনি। অদুগা, হৌজিক্লা করি ? আদি কালগী সুরধুনীদা থোকখিবা থৌদোক অদুমক মঙোন্দসু থোকহনিংবগী অপান্না অমা লৈরকলে। মহাক্কী অশেংবা মমিংসু সুরধুনী ! মহাক তশেংনমক আদি কালগী তান্ত্রিক সুরধুনী ওইনীংলকলে। মদুগী ময়েক লারবা খুদম উৎতুনা জি- কোটেজদা অহিং লেকলুরে। মহাক্লা মঙদবু ওইরবসু, তাইবংদবু ওইরবসু, কনাগুম্না নদীয়া বিহারী অমা থেংনদুনা লৈমিন্নখ্রা ? চিংনদবা ঙমদে। মহাক্লা নদীয়া বিহারী কৌবা লাই অমা লাৎলি, য়াম্না থাজনা নীংখৎলকখি।

মাগী মমঙদা ফাওখিবা মুর্তিনি !



নোংমা !

নোংমা অমসু ! নোংমা, নোংমা, নোংমা কয়া।

নোংমা মশীং খঙদনা হৌথ্রে। নোংমা, ৩৬৫না চহী অমা শাই। মী পুন্নমক্লা খঙনরবা ৱাফমনি। হৌখিবা চৎখিবদি খঙহৌদে। পারুবা থম্না মপাক অমা তীলাইখোম্বীনা মচেৎ মচেৎ চাথোক্তুনা শ্বাই মাঙখিবা ! অঙকপা নত্তে। মতম শায়োম অহুমগী উরু উরু শিন্ন- শিন্ননা পুরিবা খোঙচৎ খোঙথাং — য়াম্না তপ্পি হায়না খল্লুবা য়াদে ; য়াংঙি, য়াম্না য়াংখি। ঙরাংতা ওইরবোই নীংঙি, ১৯৭০ ! ৱাল কোলেন্দর অমগী মথংদা ৱাল কেলেন্দর অমা...১৯৭১ সু চৎখিদৌরে। মীশি মীনা, থৌদোক ৱাথোক কয়া অমসু থোকখ্রে। লম লমগী ওইনা, ভারতকী ওইনা, পৃথিবীগী ওইনা অদুগা নোংচুপ বঙ্গদসু, কয়া অমা ! রাজনিতীগী, নক্সলাইটকী, ঈশিং ঈচাওগী ... অতৈ অতৈ কয়াসু।

নক্সলাইট !

নক্সলাইটকী থৌদোক ৱাথোক, মীশি মীনা কয়া থোকখ্রে। নক্সলাইটকী মশেক মঙাল শন্দোকলিবা ভারতকী মফমশিংদা থৌদোক ৱাথোক (চাওরাক্লা) ৪০০০ থোকখ্রে। অপুনবা মশীং অসিগী মনুংদা ৩০০০দি নোংচুপ বঙ্গদনি, বিহারদা ২২০ অদুগা অন্ধ্রপ্রদেশতা ৭০ অসিগী রেকোর্দতি লৈরে ; মশীং খরদি ৱাংলি।

শ্রীমতী কুমারিকানা নুমিৎ হেক খুদিংগী খবর পাদুনা কট্রিংসু থম্না য়াওই, দাটা কয়া অমসু খোমজিন্দুনা দায়রীদা ইশিল্লি। তপন সিনহা শিখিবগী থৌদোক, তাং নুমিৎ মাগী দায়রীদা নোট তৌখি। মহাক তশেংনা নুংঙাইতে। তপন সিনহা মরাল লৈরম্না য়াই। মরালগী মতুংইন্না

চৈরাক ফংখিবনি হায়দুনা লৌবা য়াই। মহাক্না নক্সলাইট্‌কী জেকেত লীংলগা, মীংতাংবা শাদুনা মীহাৎ মীপুন কয়া তৌরম্মী। শ্রীমতীনা নুংঙাইজদবদি তোঙানবনি। ওহ্রোক্ন চিরবা মিকুপ অমদা মহাক্না তৌরম্বা মিকুপ অমত্তংগী যৌওং শ্রীমতীনা কাউথোকপা ঙমখিদে। মী অচংবনি খঞ্জে। মঙোন্দা লমন অমা তোলহৌরে খঞ্জে।

শ্রীমতী, নবদ্বীপ য়ৌররে। হোলি প্লেস অদুদা নহা ওইরিবা নক্সলাইট্ খরনা সন্ন্যাসী শারগা লোৎলম্বা য়াই হায়বা কনানসু থাজরদে। তপন সিনহা শিবদগী খঙলকই। মহাকপু নবদ্বীপকী রেলবে ষ্টেসনদা কাপ্পুনা হাৎখিবনি। মমীৎ তাংশিন্নরগা নোংমৈ লাকলুই, অচৌবা মরালনি। মশাদা নক্সলাইট্‌কী চে-চাং য়াওরম্মী। চেনবা য়াদবগী খুদম ফংখি। মশাদা চিঠি মতং অমসু ইরম্মী, থারকপা মীগী মমিং য়াওদে, পরেং অমত্তং ইরম্মী, কোর্দ ব্রাদনি –

"কম এট নো-দ্বীপ, সি এট জি সিক্স!"

খরবদা থেংনখিবা পরেং অসি শ্রীমতী কুমারিকানা চীনফা পুহৌই ; ইশিন্দুনা থম্মী। মহাক খঙই, 'নো-দ্বীপ' হায়বদি দ্বীপ মাপল হায়বনি ; নবদ্বীপ! লুরিবদি 'জি সিক্স'! করম্ব' টেম্পলগী মমিংনো ? মসিদি পুলিস অমদি অর্মীশিংনসু অর্থ হন্দোকপা ঙমনখিদে। অদুবু টেম্পল ওপরেসন চৎথনবগী লংলা লংজিলদি তপনগী ফুরিৎখাউদগী ফংখিবনি। ওপরেসন চৎথখি, মী অমত্তসু ফাবা ঙমখিদ্রে। 'জি সিক্স' করিনো হায়বসু কনা অমত্তনা খঙবা ঙমখিদ্রে। হৌজিকপুদি খঙনখ্রে। নবদ্বীপ্তা থোইদোকপা ইরাং ; মীশি মীনা অমত্তসু থোকখিদ্রে। চুম্লতগী মতম খরদং মীওই খরা লোৎলম্বনি ; শ্বাই হেক্তা মাঙখি অহিং অমদা! ঈশিংগী লম্বীদা নাহ্লোকখি।

শ্রীমান অমসুং তপন — কিউ ইউনি। প্রোফেসার বাসুনা হায়খি। মসিমদি শ্রীমতী কুমারিকানা কাউদে। শকলোৎপা সন্ন্যাসী পাখণ্ড অদু কনানো ? মসিনি মাগী ব্রাহং। মহাক লিখুন থিবা চৎলুরে। মাগী আহনবা নবদ্বীপ খোঙচৎ, মাগী ওইনদি য়াম্না কান্নরবা লংলা লংজিল ফংলে। মহাক খঙলে, মাগী পারী পুরী! মহাক নবদ্বীপ মকানি হায়বা অসিমদি নাখে শেংলে। হৌফম শাৎফম খঙদবী অমদি ওইরমদ্রে। মাগী মপা হিংহৌরি, মাগী ফাইবোক পোকমিন্নবী 'গঙ্গা' লৈহৌরি। মসিদা মহাক য়াম্না নুংঙাইজখি। হরাও তয়াম্না প্রেমনিকেতন্দা অমুক হল্লত্তুনা মাগী নোংমগী মথৌদাং চৎথরি। মহাক্তি তাকপী তম্বীবা হৈরবী অমা ওইনসু শীংথানৈ। অদুবু উংজানবা অমদি লৈরকলি। নবদ্বীপ্তগী ফাখি হায়রিবা য়ং সন্ন্যাসী অদুগী মমিং 'শান্তনু গোস্বামী' কৌই। মসিমদি মহাক্না নোট তৌরগা পুরকই। তপন লৈবা মফমদা শ্রীমান লৈগনি। শ্রীমান লৈবা মফমদা তপন সিনহা লৈগনি। মঙোন্দা অনৌবা আশা অমা লাকখি। 'শান্তনু গোস্বামী' হায়দুনা মমিং লৌরগা জি সিক্সতা লোৎলম্বা পাখণ্ড — মহাক্না শ্রীমান ওইগনি হায়দুনা চিংনরুই, চিংনবা কোকখ্রে। খবরদবা ফোটো য়াওরকপ্রা হায়না নুংত্তিগী খবর পাবা য়েংবদি তোক্তে।

তপন সিনহা শিবগী পাউ — প্রোফেসার বাসু তাখ্রে। মহাক্না, মচাগী অশেংবা পরিচয়সু খঙলে। মহাক মীওং অমনি। পুলিস কমিশ্নরদা অসুম্না চিঠি অমা ইথোকখ্রে —"কিল হিম (শ্রীমান্স বাসু) ইভ ফাওন্দ গ্লিটি!"

শ্রীমতী কুমারিকাসু মসি খঙই। মাগী মচীন্দগী লংলা লংজিল অমত্তসু কাংথোকখিদে। অৱাবাসু উংথোক্তে, নুংঙাইবসু ফোঙদোকখিদে। ঙাইহাক লৈতনা মনেগী মনাক্তা চংলি, সেবা তৌরুই ; পূক্লিং থৌগৎতুনা থেমজিনবীরুই। নোংমাইজিং খুদিংগী মহাক প্রেমনিবাসতা

চৎলি, নুমিৎ চুপ্পা লৈরই, নুংথিল হল্লকই। বাসুদগী তম্না য়াবা, খণ্ডজিনবা য়াবা কয়া তারগা লাকই। হোষ্টেলদা অমুক মাগী রুতিন চৎথে। মহাক মশাদি হোষ্টেলগী ব্রার্দেন ওইনা অদুম লৈরি। ছাত্রি কয়াদি কায়নখি, অনৌবা কয়া অমুক থুংলে। নুংশিনা অদুম লোয়নে। কুমারী অম্বিকা বি: এ: পাস তৌখ্রে। মহাক্তি মখা তমলরোই হায়দুনা প্রেমনিকেতন থাদোকখিবা কুইরে। অতৈসু কয়া অমা চৎখ্রে। অরি অনৌ শিন্নবা হৌনশানি। নাসিম বানু, গীতাবলী কায়নখ্রে। প্রেমনিকেতনদগী ওঝা কয়া হোংখ্রে। অনৌবা কয়া অমসু লাকলি। মাগী পোষ্ট (ওঝা ওইবা) অদুসু রেগুলর তাখিবা কুইরে। মহাক শেন তুংশিনবা য়াম্না কল্লি, মথন্তনি ; খরচ তৌনিংঙাইসু লৈতে। কোইজম ইমুংগা মাগা পাউ ফাওনখিদ্রে। মহাক্তি অশেংবা সিনাম নিঙোল ওইরমলে। মাগী য়ুম্লাক হোংদোকপদি য়াররোই। মদুনা মঙোন্দা মাঙজবা তোংজবা করিসু লৈত্রে। মহাক্তি শ্রীমতীনি ! শ্রীমতী কুমারিকা ! মিং অসিদা হিংবা পাম্মী, মিং অসিদা শিখিবসু পামজে।

(মাগী অশেংবা (অপোকপা) মপাগী মমিং অহুম সুই। শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা মঙাল নাইনা হিংলিবা পণ্ডিত গঙ্গাদাস শিরোমনি অসিনি। মমাগী মমিংনা য়েংখোম নিঙোল ফজবী কৌই। চাবোক্তবী চন্দ্রিকানা মাবু হেক পোকপগা মচা ওইনা য়োকচরুগে হায়দুনা হুবোই লাকপোই তৌরগা পুরকপনি। কোইজম ইনাকখুনবী মচা, চন্দ্রবাবুনদি মাগী নুপী চন্দ্রিকাগী থৌওং কয়া য়ানিংখিদে ; অদুবু মচানি হায়দুনা য়োকপদি য়োকচরকই। নোংমা, শাওবদে মচা নত্তে হায়দোকউরে। মপু মবেননদি নুংশিনা য়োকউরে, হন্দোকপা য়াখিদ্রে। মবেন্না নুংশিবোই শাওনিংবোই 'নবদ্বীপ মরূ' থোনখিবনি। মহাক লান্নবী মচাসু নত্তে। মাগী কবিসু রাৎতে। শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা মাগী সম্পৎতি লৈরি। মনাওনুপী গঙ্গানা আশ্রাম চলাইরি।)

শ্রীমতী কুমারিকাগী পুন্সি, তংদু লৈতারে।



অদুবু,

নক্সলাইটকী পাউ লৌবদি শ্রীমতীগী মথৌ ওইরি। নোংমগী তৌদবা য়াদ্রবা থবক অমসু হাপচিল্লকলে। মাগী পুন্সিগা নাকোইরপ তৌরবসু, থাদোক্লবা য়াদবা মরী অমা ওইরক্লনি হায়বা থাজরুদে। নক্সলাইটকী ইরাংসু নোংমা নোংমগী হেক্সংলকই। ভারত সরকারবু মকোক চিকহনখি। প্রাইম মিষ্টির ওইরিবী ইন্দিরা গান্ধীনা নোংমদি পার্লিয়ামেন্ট হাওসকী মীফম অমদা ওপরেসন পাকশন্না চৎথদুনা নক্সলাইটপু মরুফংনা মুৎথৎলগনি হায়দুনা লাওথোকখ্রে। ব্রাফম অসিগা মরী লৈননা ওপরেসন 'Steeplechase' হায়বা অসি চৎথবা হৌরকলে। আর্মী, পুলিস অমদি পেরা মিলিটরী-খৃৎপু অহুম অসিনা নোংচুপ বঙ্গ, বিহার অমদি ওড়িষাগী ভমখৈশিংদা অকনবা ওপরেসন চৎথখি। নুমিৎ খুদিংগী খবরদা পাউ য়াওদবা লৈতে।

শ্রীমতীসু নুমিৎ খুদিংগী ঈ পাউ খোমজিল্লি। খৃ:কুম: ১৯৭২গী হৌগৎলকপা মতম ফাওবদা নক্সলাইটকী মকোক থোংবা লুচিংবা কয়া পুলিসনা ফাজিনখ্রে। মমিং মথা খবরগী চেমায়দা ফোংলকই। খবরগী ময়েক অকুপ্পা অদু (চাওথোক্লা উন্নবা হায়দুনা) শ্রীমতীনা

মেগনিফাইয়িং গ্লাস থারগা য়াম্না কুপশিন্না য়েংঙি। মাগী মতৌ অদু অউবা মীনদি নোকনিংগনি। মঙোন্দা তৌদবা য়াদবা মথৌনি ; য়াম্নসু সিরিয়স ওইশিল্লকল্লবনি। শ্রীমাক্তকা মাগা থুংনবা য়াই, থুংদবসু য়াই। শ্রীমান হিংলি নৎত্রগা শিখ্রে হায়বা অসিগী তাংদাংবা অমত্তংদি মহাক্না খঙনিংঙি। মদুগী মতুংইন্না মাগী পুন্সিগী অরোইবা ফিরেপসু লেপকদৌরিবনি। অদুনা ফাখিবা, শিখিবা নক্সলাইট কয়াগী মমিং মথা, লৈফম অসুক্কী মতিক কুপ্না য়েংজখ্রপোৎনি। 'নক্সলাইট মূভমেন্ট' হায়বা অসিদা নম্বর ১০০গী পেপর অমা ওইরগা পারিক্ষা থারবদি মহাক্না শোয়দনা ফার্স্ট তারগনি হায়বা ফাওবা য়ারক্কদৌরে। অসুক্কী মতিক কুপশিনখ্রে। শ্রীমানগী হোংলন্থা য়াবা মমিং অনী লৈ -- অমনা 'মানসৈ' অমনা 'বাসুনাও'। মিং অসি য়াওব্রা হায়বা ফাওবা হেক য়েংজে। অদুবু থেংনদ্রি।

ভারতকী তোঙান তোঙানবা ষ্টেটশিংদগী ফাগৎখিবা নক্সলাইটকী মশীং য়ামখ্রে। শ্রীমতীগী মচিন্দা চীনফা অক্কদৌনা সৎ হেক্তা খুমদোরক্কনি। নহালগী মশীং, ঙরাংগী মশীং ঙসিগী মশীং -- মসি পূম্নমক মহাক্না তিনশিন্দুনা মথং মথং চংথরকই। মহাক্না হীরম অমদা রিছার্চ তৌগে হায়দুনা হোৎনরুরবনি। অদুবু, তোঙানবা সবজেক্ট অমদা থৈদোকলে। মসিসু রিছার্চ মখল অমনি হায়বা য়াই। খৃ:কুম: ১৯৭১ জুলাই থাদগী আগষ্ট থা ফাওবদা ফাগৎখিবা নক্সলাইটকী অপুনবা মশীং- মী অতৈনদি খুদক্তা হায়বা ঙমলোই। শ্রীমতীনা অসুম্না হেক্তা খুমলক্কনি -- নোংচুপ বঙ্গদা ৪০০০, অন্ধ্রপ্রদেশতা ১৪০০, কেরেলাদা ১০০০, বিহারদা ২০০০, অপুনবা মশীং ৮৪০০ শুরে।

মপী থিবগী থবক চংথরকলি।

মতম খরা লৈরবগা চারু মাজুমদরসু ফাখ্রে। ইরাংসু খবা নেমথরকলে। নক্সলাইটকী পার্টি পূম্নমক বেন তৌখ্রে, ব্রাকর কয়া কয়া তোঙান তোঙানবা জেলদা নমশিন্দুনা থমখ্রে। শ্রীমতীনা অলিপুব জেল চংতুনা জেল্লর উম্নকই, লিষ্ট য়েংলুই। জেল মনুং চংদুনা মীফাশিং অদু অমমম মথং মথং য়েংলুই। থেংনদে, থেংনখিদ্রে, মাগী শ্রীমান! মহাক ঙকই ! শ্রীমানবু হাৎতোক্লগা মাগী হকচাং মাংহনখ্রা ? অনৌবা ব্রাহং অসি থোরকই । মাদি মকোক্তা রিব্রাদ পুরবা মীনি। মাগা য়াম্না নক্নরম্থা মীওইশিংনা শেন মীকাবদগী তৌরম্লসু য়ারিবনি। প্রোফেসার বাসুনা 'মচাবু মরাল লৈরবদি হাৎলু' হায়দুনা চিঠি ইথোকখ্রে। শ্রীমান শোয়দনা শিরমলগনি হায়বা অসি শ্রীমতীগী ব্রাখলদা চংশিল্লকপা হৌরে। মীওই ৮,৪০০গী ফাগৎলবা লিষ্ট অদুদা শ্রীমান্স বাসু এলাইজ বাসুনাও এলাইজ মানসৈ, সুক থেং হেক থেংনদ্রি। নোংচুপ বঙ্গগী জেল পূম্নমক শ্রীমতী য়ৌকরে, থিকরে। অতৈ লমগী জেলদসু চংকে হায়দুনদি খল্লি।

চৈরক অদুদা, নোংমসু মখূৎতগী চা গ্লাস তাখি। শ্রীমতী কুমারিকা শ্বাই লাওই, মচীন্দগী খঙহৌদনা হায়দোকখি --"শিখ্রবা !... অচৌবা উপাল অদু তুখ্রবা !"

শ্রীমানগী ব্রাফম নত্তে।

শ্রীমতী কুমারিকানা অয়ুক অঙনবগী খবর পাথরি। ময়েক অচৌবনা ইদুনা ফোঙলকই।

**28th July1972**

**"Charu Mazumdar died in Police custody".**

চারু মজুমদর জুলাই ১৬, ১৯৭২দা ফাবনি। নুমিৎ ১৩নি অলিপুর জেলদা লৈরম্মী। ১৩নি শুবা নুমিৎতা লৈখিদ্রে। মহাক্কী মীশি অসি য়াম্না চিংনিংঙাই ওইখি। Custodial

death অসিগী লংলা লংজিল পুথোকউ হায়দুনা ৱাকৎপা হৌরকখি ; পাউচে কয়াদসু মথং মথং ফোঙলকখি।

(মতৌ অসুম্না শ্রীমানসু শিখ্রব্রা, হাৎখ্রবা ? মাগী হকচাংনা মফম কদায়দা ?)

শ্রীমতী কুমারিকা শ্বাই শ্বাই লাওরকই, ৱাখল অসিতা খল্লি। হেক থংনবা মিকুপ্তা (মপুক্কিগী অহানবা ওইনা) শারৈ হৌবদৌনা মশাপুম্বা চেং খৈগুম্না নীকলকই। মফম ইথঙ খঙহৌদনা লেকথরকই। মাগী অকোইবদা অয়ুক্কী ব্রেক ফাষ্ট চামিন্নরিবী ছাত্রি ময়াম চেনশিল্লকুনা ওকখি ; লৈমায়দা তোপতুনদি ৱাহুখিদ্রে। মহাক্কা মচাদৌনা, মনাওদৌনা, মনম্মাদৌনা লোইনখিবী ছাত্রি ময়াম্না শ্রীমতীবু গ্রাউন ফ্লোরদা লৈরিবা ৱার্দেনগী কাদা পুশিনখ্রে। ফমুংদা নীংথিজনা পোখহন্দুনা ঈশিং খিকপা, লবায়দা ঈশিং য়েবনচিংবা তৌদুনা লাইকন্নখি।

মহাক চেৈইরোন পারোন ঙাংবা হৌরকখি —"ঐ শ্রীমতীনি ! শ্রীমতী কুমারিকা ! অদুবু ঐ লুহোংদ্রি, ঐ লুহোংদবী শ্রীমতীনি !"

ছাত্রি ময়াম্না মাগী চোয়রোন তাই ; মখোয় পুম্নমক ঙকচানখি ; মমিৎ খৎনৈ, চেক মোক লাওদনা সেবা তৌজখি।



অদুগা ঙসিসু, অহিং মমৈদনি।

প্রেমনিকেতন লেদিজ হোষ্টেল ৱার্দেনগী রুমদনি। শ্রীমতী কুমারীকা ফমুংদা লোংহিপনরি। মশা পুম্বা নমথরী।

নোংমদগী নুমিৎ কয়ানি, চহী মরোল মরোল। চহী কয়া ঙাইজ্জরকলি। মশাদা থম্মোয়গী লায়না অমা লৈরকখি ; অতৈসু কয়ানি। মরেক মহাও ফংদ্রবী, মরুওইনা লৈশাৎতবী লৈশাবীশিংগী মফমদা মখল মখলগী লায়না কয়া থোরকনিংঙাই ওইরকই। ঙাকথোকপসু ৱাজে। মহাক য়াম্না তোয়না তোয়না শারৈ হৌবদৌনা ৱাহুখি। মাগী নুংলোৎ ৱরীদি কনাদসু লীথোকখিদে। মরিল খাপ্রবী নুপীনি। নীংখিবা ৱাখল হোংদবীনি। চৌইত্রং পাত্রং তৌদুনা নুংঙাইথোকপসু য়াম্না হৈবগী মতিক, অৱা অনা খাঙবসু লময়ৌবীনি। খাঙলি, মহাক খাঙলি ; মৈচাক মৈশা থম্মোয় লাইমন !

মাগী অমুবা শমলাংতা অঙৌবা শমলাং অমা অনী চোংখৎলকলে। তগৎ তগৎ তেক্লো ফজরম্বা মাগী সুমহৎলবী মায়থোং-মায়হিং কারকলে, খুইজিল্লকপগী ময়ি মচা অনীখক, সুপ্নতংগী মমি সামি ওইনা খজায় নাক য়েৎতা উরকলে। অদুবুনে ফজরি, মমি অদুনা রাসিবু হাপকৎলকলি। মশাদি খরা নাওশোন্নরে। মাগী অকুৎ অতোংবা নাইরবা হকচাং কায়াৎশিং মহাক্না লৈপোপ কায়দনা থমজখিবা, য়োকখৎচখিবা অমদি সেক্সচুয়েল এফিনিটি পোক্লকুবা হোৎনখিবদো অরেম্বা তাদৌরব্রা ! মহাক্কী শাথেক শাবান-ইর্টনেসনেলগী সাইজনি — ৩৬, ২৪, ৩৬ ! মাগী পুম্নমরবী থিকলেন চীন্দুম্বী অনী (হৈরাংগোইনিদা, চীন্দম্বা হৈনীদা !) চীন্দম্বীনবা লৈতবনবু ওইরবসু... মেরা থাগী খুইজিল্লবা শৌগ্রি মপালগী মতৌগুম্না, খজিক খজিক, নম্বর ৩৬কী থাখুম ফি শিজিন্নবা য়ারক্তে, নম্বর নাছুরকলে। লৈহি চেদ্রবা থম্বাল

লৈরিক্লুম... চীংনুং সনা লোক্তসু খজিক খজিক... অরোনবা লৈকোল, ইরোটিক ফ্রুট ! চিন্নদনা কেনখিদৌবা, কংখিদৌবা পাম্মুইদা, ওম্থোক্লগ পাম্মুইদা!

অদুবু ঙাইহিরি, লাকখিনি খঞ্জে।

অহিং খুদিংগীসু ঙাইজখি। মহাক নুংঙাইথোকপসু হৈবী নুপীনি। করি হায়নি, য়াম্লসু মরু চংঙি ; মোমোন তৌদুনতা খ্বাই ময়ামগী মরক্তা শকনাইরবী অমসু ওইরকলবনি। নুংগী ব্রানা নুংদা থমজে। মাগী পানগী সংসারনা তোঙানবনি। মথক্তা লৈরবা মতমদদি মঙোন্দা ব্রাখল লায়না অমনা হেক্তা ওংলে — মনাকোংদা ঙাইহাক লৈতনা তারকই—

“তপন ! লুক অফটর হার, আই এম ইন দেঞ্জর !”

শ্রীমতী কুমারিকা হিক হিক হেক্তা কপ্পী (তপন সিনহাসু শিখ্রবা ! ঐবু কনানা য়েংশিনবীগনি।) মহাক ঙাওরকই, ফুক হেক্তা হৌগৎতুনা চেম্থোকখি। চেন্দ্রবসু, মাগী নুংব্রাখল মুর্তিদি হেক্তা চেম্থোকখি, লাপ্লা য়াম্লা লাপ্লা।

(মসিদি তশেংনা অচুম্বগী মশকনি, নুংশিবা কায়নবগী হৌনশানি, কল্পনা নত্তে ; পুন্সি খুদিংদা থোকলিবনি। অহিং খুদিংগী কোয়চং চংলি — হাওড়া ষ্টেসনদা হেক্তা চংতুনা ঙাইরুই পুং ৫/৬ তংগী ট্রেন লম্বীনি, পুং ২৪ ট্রেন চেল্লি।) ব্রাখলনা নংত্রবসু ঙাইহাক লৈতনা চংথোক চংশিন য়াবা লম্বীনি। হুরান চীম্থি, তাকু তরাং, লুট পাট তৌবা লৈতে। নক্সলাইটকী ইরাংসু নোংচুপ বঙ্গদগী মরু ফংনা মুৎথৎখ্রে। ১৯৭৫গী এমরজেন্সীদা মথক মখা ওম্থোকখ্রে। জেলদা লৈরম্লা ব্রাকর অমসুং এটিভিষ্ট ৪০০০ থাদোকখ্রে, খুন্দা লৈতাহনখ্রে। অদুগা শ্রীমানদি ?

মসিদনি, শ্রীমতী কুমারিকানা ঙাওখৎলকলিবা ! নোংমসু, মহাক তশেংনা চেম্থোকখি, কনানসু উহৌদ্রে। নাইটমার লায়না পকলবী অমগুম্মা চৎখিদুনা ঙাইরুই, তশেংনা লেপলুই— অদুঙৈ মাগী লেফম অদুদা। শ্রীমানগা মাগা ঙাহৌ ঙাহৌ চংমিন্নখিবা প্লেটফৌর্মগী চিদাই অদুদা মথক্তা চংলুই। ফজ্লাংদা, পীল্লরদা কোয়য়েং য়েংলুই। শ্রীমান্সকী ফোটোদি তপন সিনহানা অহিং অদুমক্তদা লোইনমক শেৎতৎতুনা মাঙহনখ্রবনি। মখাক মচেং অমতসু উখিদ্রে। মতৌ অসুম্মা শ্রীমান মশামকসু ... ? ব্রাহংমক্তনি।

শ্রীমান ওইনীংবা ওইসনু, মাগী মমিংদা ব্রাণ্টেট নোটিশ থোক্তুনা ফোটো থেৎপা অদু শ্রীমতীনা পামখিদে। মী অতৈগী ফোটো থেৎলম্ব্র থেংনরবসু (শ্রীমান ওইরবোই নীংদুনা) চংশিল্লগা শেৎতৎলুই। অমুকসু হেক্তা নীংশিংলকই —

“অদুম লৈবীরমখো, মচি লেঙবীরমগনু !”

হাওড়া ষ্টেসনগী প্লেটফোর্ম নম্বর টেন — শ্রীমতী কুমারিকানা কৈদৌঙৈদসু কাউথোকপা ঙমদ্রি, ঙমগদবসু মানদ্রে, শিদ্রিফাওবা। মাগী লেপফম, ঙাইফম অদুদা চংশিন্দুনা অমুক হেক লেপলুই। মী অমতং চেন্না চেন্না লাকপা উবা য়াদে... মহাক লৈতাফম খঙদে, মিহুন চোংলকই, চেম্থোক্তুনা অমুক, চংশিন্দুনা অমুক, অঙকপা মতৌনি। অঙাওবীদৌনা মচীন কাংদুনা হেক্তা কৌরুই — পাউখুমদি কদায় ?

(“শ্রীমান ! ঐবু অসুক ব্রাহল্লিবা করিগীনো ?”)

মহাক্কী নুংব্রাখলনা মহাকপু নুংঙাইনা হিংহল্লি হায়বা তাই। অসুম্মা হেক হংবা, অসুম্মা হেক খুম্বা — মথক্তা নুংঙাইনা অব্রায়- অখুম শান্নজে। মঙোন্দা লাইথুং মখাক, লাইমন মচেং

অমা লৈহৌরি। মাগী থোপ মনুংদা লায়না অমা পোকখ্রবনি। মহাক পেং চোইরবী অমদৌনা মরক মরক্তা নুংলোন- পাল্লোন শান্নে।

(“ফংলব্রা, মিষ্টর মশায় ?”

“কনাবো ?”

“নওগী নায়িকা, সুরধুনী মাদ্দী ?”

“হৈমা ! সুরধুনীদি শিখ্রে হায়দায়নে ?”

“হোয়, ঐদি শ্রীমতীনি, শ্রীমানগী।”

“অদুদি চৎলসি, লাকওদনা ?”

“কদায়দা ?”

‘প্রেমনিব্বাসতা…।)

মহাক অমুক হেক্তা লৌশিং লাকই (হি ! ঐ ঙাওরেনা। ঐ হৌজিক্তি নুংশি ব্রাখলদা ঙাওদুনা লৈবা য়াদ্রবীনি। থুনমক হনবা তাই ।)

নোংমসু, অহিং মমৈদা

শ্রীমতী কুমারিকা তন্না অমুক হল্লকখি।

হৌজিক্তি,

মহাক, মশাগী চহী নিফু লাল্লোরকলে। ময়ুমগা পাউ ফাওনখিদ্রে। মরমসু লৈত্রে, চন্দ্রবাসু লৈখিদ্রে। মহাক লমদননুবী হায়বা অদু ওইরিব্রা ?

অদুবু ঙাইহরি, পুক্নিগী ব্রামচংদি ঙাইহবনি !

ঙসিগী অহিংসু মহাক পোখাফম খঙদ্রি। অদুবু ঙাইহরি। মহাক মীৎকপ খঙথোক হেক থোকই ! অদুবু ঙাইহরি। মচীন্দা মুকম মুকম শোল্লকই —“ঐ শ্রীমতীনি ! শ্রীমানগী শ্রীমতী কুমারিকা ! হে, শ্রীনদীয়া বিহারী ! লৈকোলগী গুলাপসু খুইথদ্রিফাওবা শাৎসনু ! শাৎচগে ঐসু খুইথদ্রিফাওবা। লেট মি দাই এজ শ্রীমতী কুমারিকা…! ”

শ্রীমতী কুমারিকা মমীৎ উইশিনখ্রে!

---

*

# অয়িবগী ৱারোল

**'শ্রীমতী কুমারিকা'** কৌবা নোভেল অমা ইনিংলকপা কুইরে। মসিগী হৌরকফম লৈ। ইং কুমজা ১৯৯৭, জনুৱারী তাং ১দা নুমিৎ লৌখ্রবনি। উপুমনুংদা অদুম থমজিনখি। দিসেম্বর তাং ৬ ইং কুমজা ২০০১তা অমুক পুথোক্লুনা ইথখি, ফাষ্ট ড্রাফট লোইখ্রবনি। নৌহৌনা অমুক ইথোকনিংলকই। মহোক মনশিন তৌদবা য়ারক্তে। ইং কুমজা ২০০৭ জনুৱারী তাং ১দগী অমুক ইথরকই। ইনা ইনা নম্বসু হৌরুরে। মরক্তা অমুক লেপখি। ৱারী কয়া মশা লোংথোরকলে। থিনিংলকই লিখুন খরসু। পুন্সিদা থেংনখিবী নুপী কয়া নীংশিংলকই। যৌদোক মচা অমদগী নৎত্রগা অৱ য়- অখুম মতেক অমদগী মচাক কয়া পাইশিল্লকখি। ষ্টোরী হন্টিং চৎলুই। অনৌবা ষ্টেটিং অমা থেংনরুই। ৱারী কয়া অমসু।

লুহোংদবী নৎত্রগা য়ুমনাইদবী নুপী কয়া হিংলম্মী। মখোয়বু 'ৱানাইখঙদবী' কৌনবসু য়াওই। থওইনা লাইনীংবী নৎত্রগা 'দেবদাসী' ওইনা মপুন্সি লেনখিবসু য়াওই। মখোয়গী পুন্সি মরুমদা ৱারী অমমমদি হেক্তা লৈরম্মী। ঐখোয়গী অবোক চাউবীসু মপুন্সিগী কুমারী ওইনা লেনখি ; মাগীসু ৱারী লৈরম্মী। নুপী কয়া অমসু য়ুমনাইদবী ওইদুনা লৈরি ; মসিনা হৌজিক্কী ৱানি। নুপী খরদি শিখ্রে।

লৈরিনে, নুপী অমসু ! কনা মসুংলাংগী ৱানাইদবী ওইখ্রিবা ? ঙসিনা মহাক কদায়দা ? পীরম্মী ঈঙ্গিৎ, ইথিল কয়াসু। পুন্সি মমৈ অসিদা উদ্ধার তৌবিরমসিরা ?

ইহে ! কদোমদগী ৱাখলনো ? অমবু ওইরবসু, ইবা তাই ; পুমনৌ হেক নৌরবা ৱাশেম ৱারী অমা। অতৈসু কয়ানি। তৌইগুম্বসুং হিংলিবা অমদি লৈখিদ্রবা মীওই কয়াগী পুন্সিদগী কোপী তৌবদি নচ্চদে ; খুৎশেমনি ; অইবগী ৱাশেম ৱারী! মান্নরুবা য়াওরবসু খঙহৌদনা চান্নরুবনি খন্দোকপীয়ু। নুপী মখল ১৩বু থেংনখি ; ৱারী কয়াসু তাগ্রে ; উখিবা খঙখিবা যৌদোক কয়াসু লৈখি। লুহোংদবী ১৩গী নোভেল ১৩দুম ইরসিরা ? নম্বর ১৩ ! ঐগীদি দেষ্টিনী নম্বরনি, লক্কী নম্বর ওইখিবসু লৈ।

লুহোংদবীশিংগী পুন্সিদসু লোৎতুনা লৈরম্মী ফজরবা ৱারী কয়া। মরম অদুনা লাহোকচরি— **'শ্রীমতী কুমারিকা !'**

লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা তেংবাংবীখিবা ইচীন ইনাও পুমমকপু থাগৎচরি !


ACC. NO
15231

দিসেম্বর ২০০৮
ইম্ফাল নোংপোক

বী.এম. মাইস্নাম্বা



মণিপুরী সাহিত্যদা মীয়াম্না বী. এম. মাইস্নাম্বা হায়রগা হেন্না খঙনরবা মাইস্নাম ব্রজমনি, খৃ: কুম ১৯৪৬কী দিসেম্বর তাং৬ ইরাই নুমিৎতা, ইম্ফাল তুরেল মপানগী লোক্লাউবুংদা পোকই। হৌজিক্লা ঋাংখৈ য়োংলান লৈরক্তা লৈরি। অপোকপগী মমিংনা মাইস্নাম ওঝা তোম্বী অমসুংঅপোকপীনা কারাম নিঙোল উমাবতী কৌই। মচীল মনাও ময়ামগী য়াইমনি। মহেগী থাক বি.কমনি। মণিপুর স্পিন্নিংমিলস কোর্পোরেসনগী একাউন্ট ওফিসার ওইনা থবক্তগী পোথারে। লাইপুবম নিঙোল মেমচা দেবীগম্মযুম্বান্নদুনা মচা নুপা অনী লৈরে।

শ্রী মাইস্নাম্বা, অঙাংওইরিঙৈদগী সাহিত্য, কলা অমসুংসংস্কৃতিগী তোঙান তোঙানবা লম কয়াদা থবায় য়াওজরকই। ড্রামা ইদুনা ড্রামা য়াওরকই, ভিদিও ফিল্ম অমদি ওদিও কেসেট কয়া পুথোকখি। 'মতম' অমদি 'ইরৈবাক' চেফোঙগী জোইন্ট ইদিটর অমদি ইদিটর ওইরম্মী। হৌজিকসু মরক মরক্তা ঋারেংকয়া ইদুনা পাউচেশিংদা ফোঙঙি। মহাক অকাশবাণী ইম্ফালগী শৈরেংবা অমসু ওইরি। ওল মণিপুর প্রোগ্রেসিভ রাইটরস এন্দ কলচরেল এসোসিয়েসন (এম্পৱাকা), ইম্ফালগী অচংবা মেম্বর ওইদুনা সাহিত্যগী লমদা খোঙদাবা হৌরকখি। মণিপুরী সাহিত্য পারিষদ, ইম্ফালগী (লাইফ মেম্বরসু ওইনা) জেনরেল সেক্রেটরী (২০০১-২০০৩) ওইদুনা থৌ পুরম্মী। 'সেনিয়র সিটিজন ফোর সোসাইটি' অমসুং'অপুনবা মতম ঈশৈ কাঙলুপ' (অম্মিক)কী লাইফ মেম্বরসু ওইরি।

অয়িবা অসিগী হৌজিক ফাওবদা লাইরিক ১৪ (নোভেল ১১, ঈশৈ শৈরেং৩) ফোঙথ্রে। হৌজিকসু লেপ্পা লৈতনা ইথরি। মণিপুরী সাহিত্যদা মহাক্লা তৌজখিবা খুদোলবু শকখঙবীবা ওইনা মনা মথুম কয়াসু পীবিখ্রে ঃ

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | ভোক্তব কমল নীংশিংমনা | (ইমাসিনুরাবী) | ২০০৬ |
| ২। | মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমি এৱার্দ | (ইমাসিনুবাবী) | ২০০৬ |
| ৩। | য়েন্দ্রেম্বম সুবলতা সাহিত্য পুরস্কাব | (ইমাসিনুবাবী) | ২০০৭ |
| ৪। | সাহিত্য একাদেমি এৱার্দ | (ইমাসিনুরাবী) | ২০০৭ |
| ৫। | যামিনী সুন্দর গুহা গোল্ড মেদল | (নিংথেমনুবী ত্রিলোজি) | ২০০৭ |
| ৬। | দিনেশ্বরী সাহিত্য মনা | (নিংথেমনুবী ত্রিলোজি) | ২০০৭ |
| ৭। | অকোইজম চাওতোন রাজ কুমারী মুক্তাম্না সাহিত্য মনা | (নিংথেমনুবী ত্রিলোজি) | ২০০৮ |

## অয়িবগী ফোঙলবা লাইরিকশিং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | অতিথি অমগী অহিং | (নোভেল) | ১৯৭৮ |
| ২। | ইপাম খাম্বী মৈহোরে | (শৈরেং) | ১৯৭৯ |
| ৩। | সোরারেনগী মচানুপী | (নোভেল) | ১৯৮০ |
| ৪। | লৈকংলাগী অচাকপা মৈরী | (শৈরেং) | ১৯৮১ |
| ৫। | অহিংগী নুপী | (নোভেল) | ১৯৮৯ |
| ৬। | কংলা দায়রী | (নোভেল) | ১৯৯১ |
| ৭। | ইম্ফাল তুরেল মপানগী রাজকুমারী | (নোভেল) | ১৯৯৫ |
| ৮। | মসিনা ঐগী অরোইবা ঈশৈনি | (ঈশৈ- শৈরেং) | ২০০২ |
| ৯। | ইমাসি নুরাবী | ((নোভেল) | ২০০৪ |
| ১০। | নিংথেমনুবী ঃ পোনগী উচেক | (নোভেল) | ২০০৬ |
| ১১। | নিংথেমনুবী ঃ অহিংগী লাইবার | (নোভেল) | ২০০৬ |
| ১২। | নিংথেমনুবী ঃ কোনুংমীহাং | (নোভেল) | ২০০৬ |
| ১৩। | শ্রীধাম নবদ্বীপ ওংবী | (নোভেল) | ২০০৮ |
| ১৪। | শ্রীমতী কুমারিবা | (নোভেল) | ২০০৮ |

*Cover Printed at R.R. Offset Printing Press* *Layout : Kh. Nabachandra*